# গীতাগী ঈচেল

আই. এস. অকোইজম

ফোঙজবা
শ্রীএস. নিলো সিংহ
নাওরেম লৈকাই
ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০১

# অভিমত

শ্রীআইঃ এসঃ অকোইজমগী "গীতাগী ঈচেল" পাবা ফংবগী লাইবক-ফবা পাঠক অমা ওইরে খনবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতরে। মহাক্কী লাইরীকসে শ্রীমদভগবদ গীতাদুমক্কী, খেন্নবা হায়ববু মূলগী অনুবাদমক্তি নত্তে, মরমদি পাঠক অমগী লমজিং ওইবা ব্যাখ্যা মরক্তা থেৎতুনা পাঠ তৌবদা ঝাখলগী অপন-অরাক লৈহন্দে।

লেখকসিনা লাইরীকসী ইথোক্কুবগী মরমদি সংস্কৃত হৈতবা মীশিংগীদমক্তা কান্নগনি খনবদগী ওইবনী হায়না খল্লী। মাগী লাইরীকসীবু গীতা খঙননবগী পাম্বৈ ফজবা অমনী হায়না লৌনীঙভী। অদুদি গীতানা তাকপা পাউতাকশিং খঙলগা করি কান্নগদৌরিবা হায়না হংবা য়াই। কান্নগনী হায়বসে লাইরিকসে পারগা খঙগনী। মসিদা হায়রিবা ঝাসে নহান-মপোক্কী কর্ম্মফল হন্দক্কী মপোক্তা চাবা লাকপনী মীওইবদি হায়বসে থাজবা মীতাশিংনা পাগদবনী।

গীতানা তাকপা অরোইবা ঝাদি অসিনী — মীওইবা হায়বসে জীব অতৈদগী লাইবক-ফবা হেনবা জীবনি। মীওইপোক অসিদা হিংলিবা জীবতনা মহাক জীব অমা ওইনা করি তৌদুনা মপুক্কী লোমদ্রিফাওবা লেনগদৌবনো হায়বদু খঙভী, অতৈ জীবনা খঙদে।

মর্ত্ত্যলোকসিগী জীবদি শিবা নাই। শিদ্রিঙৈদা নুংঙাইবা থিবগুম্না শিরবা মতুংদা নুংঙাইরুনবা মপোকসিদা হোৎনবা তাবনি। অদুবু মর্ত্ত্যসিদি নুংঙাইবা মফম নত্তে; অদুনা নুংঙাইতবা মফমসিদা অমুক হন্না পোক্রক্তনবা জীবনা হোৎনবা তাই।

অদুবু গীতানা হায়রি — নহান্মুক্কী মপোক্তা অপাম্বা লৈখিবদু থুংননবা হন্দক হনজন্না পোকপনি। অদুনা অমুক হন্না পোক্তনবা উপায়দু গীতাদগী খঙবা ঙম্মী।

গীতানা হায় — জীবদি কৃষ্ণদাসনী। কৃষ্ণদি সচ্চিদানন্দনী, মতম পুন্নমক্কী লেঙদবা নুংঙাইবদুনী। হন্দক্কী মপোক্তা মীনাইনা মপুগী পেন্নবা তৌবগুম্না জীবনা মপুক্কীদা তৌগদবা থবক্তি মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবদা তৌগদবনি। জীবনা দেহ-মন-প্রাণ পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণগীনী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎকদবনী। মাগী মরম্নাই ঝাখল অমতা খল্লরোইদৌবনী। অদুম্না পুক্নী-চূক্না খন্দুনা লৈখিবনা মাগী হৈনবী ওইখিদুনা শিরমদাই ফাওবদা

শ্রীকৃষ্ণতমক খল্লগনি। অদুম তৌরগদি গীতানা হায়বা মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণবু ফংগনি; শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইনা কৃষ্ণসেবাগী নুংঙাইবদা তাউদুনা লৈরগনি। নিত্য ধামদা লৈখ্রবা জীবনা অৱাবগী মহুম মালেম-পৃথিবীসিদা অমুক হল্লক্কুনা অৱাবা নংলররোই।

অর্জ্জুন-না অচুম্বগীদমক জীবগী মথৌ তাকপা ধর্ম্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদা মাগী য়েক্লবনী হায়না চোংথোক্লক্লিবা মরী-মতাদু উবদা খঙদবা অপঙবা অমগুম্না লাল তৌনীঙখিদে। মদুনা উৎপদি মহাক মথৌ খঙদে হায়বা তাকপনী। অদুবু মরাইবক ফবনা জগৎ পূম্নমক্কী থোরকফম শ্রীকৃষ্ণনা মনাক্তা মহাক্কী শিক্ষাগুরু ওইনা লৈদুনা লান তৌবনা মথৌ অশেংবনী হায়বদু তাকপিখি। মখোয় অনী সখাগী ভাব-তা হঙ্গোয়নবা লৈতনা য়েৎনরবা মতমদা কোম্থংদা অর্জ্জুন-না মহাক মছামক শ্রীকৃষ্ণগী শিষ্যনী হায়বা খঙজখি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবগী ৱা-মচংদি অসিনী জীবগা জীবগা মরী থোক্লবদি দেহগী মরীনি। শিবা হায়রিবসে নোংমা শোয়দনা থাদোক্লগদবা দেহবু থাদোকপনী, অদুম্না থাদোক্লগা আত্মানা মাগী অপাম্বদুগা লোয়ননা হায়বদি কর্ম্মফলগা লোয়ননা অনৌবা দেহ লৌগদবনী। অনৌবা দেহদু কৃষ্ণ-মনাইগী দেহ ওইরবদি সচ্চিদানন্দময় ওইদুনা কৃষ্ণনাক্তা লৈরুরনী। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা শিগদৌরিবশিংসে মখোয়গী মতম লোইরদুনা শিননবা শ্রীকৃষ্ণনা হান্ননা হাৎলবা ঙাক্কী। অর্জ্জুনবু নিমিত্তমাত্র ওইজহৌ হায়বিবনী হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীখি। মরী-মতাশিংদা চৎকদবা ধর্ম্ম (মথৌ) পূম্নমক থাদোক্কুনা কৃষ্ণ মঙোন্দা চঙজরগা লোইরবনি হায়বসি ইবুংঙো মহাক্না তাকপীখি। মদুতদা অর্জ্জুন-না লাল তৌখি অমসুং মীওইবগী মথৌ তাকপা শ্রীকৃষ্ণনা সারথি ওইবনা লালঙম-পাজেং থেৎখি।

লম্মুক্লরবা জীবদা তাকপীগে হায়বগীদমক্তা গীতাবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পূন্সীগী ঈশৈ ওইনা অর্জ্জুনগী মফমদা তাকখিবনী। ঈশৈসে থুম্বদা মাপা লৈতবনি। ঈশৈসিবু মনাকোঙনা তারবা মীগী লাইবক্তি করিমুক হায়গনি! মায়া কৌবী লাইরেম্বীনা শুমহৎ-য়াই মপান্না শুমহৎকে নীঙবদা নীঙবা কায়বা নত্তনা অতৈ করি অমা ওইরোইদৌবনী।

হৌজিক ঐনা হায়জনীঙবদি পূন্সী-পান্দম খঙনীঙলবা মীতাশিংনা শ্রীমান আইঃ এসঃ অকোইজমগী "গীতাগী ঈচেল" পাবিরগদি শোয়দনা খঙগনি। ইতি . . .

ইম্ফাল। **শীতলজিৎ**

তাং ২৪/৩/৯৭ ইং

# ফোংদোকচনীংবা ৱা অমনীদং

মায়াগী ঈপাক্তা ঐনা অমুক লূপথ অমুক ফাউগৎ তৌদুনা লৈর-লৈরগা ঐগী পূন্সীগী তাঙ্কক অয়াম্বা অরেম্বদা হৌহনখ্রে, অদুগা হৌজিক্তি ঐনা ঐগী হনুসল্লক্রবা হকচাঙ অসিনা শিগদবা পূন্সীগী তাঙ্কক অদু ঙাইদুনা লৈরি। পোকপু পোক্লক্রবদি নোংমা শিবা হায়বসিমা শুকশোয়-শোয়দ্রে, মরমদুনা তঙাইফদনা থোক্ত-য়াদ্রবসিগীদমক্তদি ঐখোয়না নুংনাংবুফম থোক্তে। শিরগদি জীবনা অমুক পোক্লকপসু য়াই পোক্লক্তবসু য়াই। অরান-খুভম পাম্বা মীতানা পাম্লিবসি অমুক হন্না পোক্লক্তনবা শিবা খুৎশি অদুনি। অদুবু পাপ চেল্লবা ঐনা শিরবা মতুংদা করি ওইরুগদবনো হায়বদুমদি ঐহাক্না খঙবা ঙমদ্রে। তৌবতদি ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী ফল ঐনা ফংজগদবতনি। ঈশ্বরদি কৈদৌঙৈদসু মীচং-সঙ্গল নাইদে। ঈশ্বরগী থৌজালদগী ঐগী হন্দকপোক্কী পূন্সী লোমলমদাই মতাংসে য়ৌশিল্লকপদদি ইবুংঙো মহাক্কী মরমদা য়াম্না কন্না থিনীংবগী পূক্নীং-ঈহুল অমা ঐঙোন্দা ফাওরকই। অদুদগী ঐনা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং মরুওইনা গীতা পাবদা ঐগী ইপূক্নীংসিদা য়াম্না থোইদোক-হেন্দোক্না নুংঙাইজবা অমসু অতৎ-অখম লৈতনা অমুক ফাওরকই। মসিগী নুংঙাইবা মনুংঙাইসে নহারোলশিংগী মফমদসু য়াম্না য়ৌহঞ্জনীংবদগী ঐনা লাইরিক মচা অসিমসু ইতিক-ইপা চাদে খঙনা খঙনা হেক্তা অপঙ থৌনা ওইনা ইজবনি। মসিগী দোষ পূন্নমক ঐহাক্কীনি।

হৌজিক্কী মতমসিদদি ঐখোয় অয়াম্বনা ধর্ম্মবু থৌশানদ্রে, ঈশ্বরবু থাজনদ্রে, লল-থুম্বু ঈশ্বর ওইনা লাৎনরে, ইশা-ইশাগী ওইজ-থিবনা পূন্সীগী য়ুম্ফম ওইনরে, নাপলদা তোংদুনা কনামতা য়েংদনা চৎপনা লেমনরে অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগীদা পেন্ননবা হোৎনবনা পূন্সীগী পান্দম ওইনরে। বিদ্যা পূম্বদগী আধ্যাত্মবিদ্যানা অথোইবনি। অদুবু হৌজিক্কী মীওইবা সমাজসিদদি আধ্যাত্মিক্কী কান্নবা য়াওবা শিক্ষা লৈত্রে হায়বা য়ারে। মরমসিদগী ঐখোয়না শান্তি ফংবা ঙমদ্রে অদুগা অতোপ্পদা শান্তি শন্দোকপসু ঙমদ্রে। ঐখোয় মীওইবা মশেল ফাওবা অমগা অমগা নুংশিনরক্ত্রে। মফম খুদিংমক্তা খৎন-চৈনবগী নত্রগা মীহাৎ-

মীপুন্নচিংবগী ৱাথোক-লাম্থোক ঙাক্তা ঙাইখ্রে। ঐখোয় ময়ামসে পোত্থাফম খঙনদ্রে। মালেমসিনা থোং (উপায়) ওইরগা মীওইবনা স্বর্গ কাবা ঙমগদৌরিবনি। অদুবু হৌজিক্তি মালেমসে মৈ হৌনা চাকখিদৌরে। চিরবা মতাংসিদদি, ঐখোয়গী অৱা-অনা পূম্ববু কোকহনবিবা ঙম্বা, শক্তি পূম্নমক্কা তিনবা অমদি তৌগে হায়বদা ঙম্বা ঈশ্বর হায়বা শকউদবা অমা লেঙদনা লৈরি হায়বসি ঐখোয়না কাউথোকফম থোক্তে।

কর্ম্মগী মখা পোল্লিবা জীবনা মশীঙ লাকঙমদবা মপোকশিংদা কয়ারক হন্না হন্না পোক্লরবা মতুংদা ঈশ্বরগী থৌজালদগী মীগী মপোক্তা পোক্লবনি। মীওইবদি ঈশ্বরবু মশক খঙবা ঙম্বা জ্ঞাননা লৈতেংদুনা পোক্লরুবা জীবনি। অসুম্না পোক্লরুবা মীওইববু শ্রীভগবাননা মতম লৈবা খিবিক্তা য়াম্না নুংশিবি অমসুং তরাম-তরাম্না মনাক্তা কৌশিনবী। অদুবু প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না তাদুনা শেম্বা মায়াগী অঙকপা থৌরীনা চেৎনা পুল্লিবা ঐখোয়না গুণ অহুমসিগী ৱাংমদা লৈবিরিবা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা মতৌ করম্না চৎপা ঙমগনি? জীবনা গুণশিংসিগা শম্নদুনা লৈরিবমখৈদি মানা ময়াগী ঈপাক্তগী লাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী নাক্তা খক চৎপা ঙম্লোই। মরমদুনা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা চঙজবা পাম্বশিংনা তমঃগুণদগী রজঃগুণগী থাক্তা অদুগা রজঃগুণদগী সত্ত্বগুণগী থাক্তা কাখৎলগা সত্ত্বগুণনা সত্ত্বগুণবু মায়থীবা পীহল্লগা গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবা মঙালগী মশক ওইবা খুভম অদু য়ৌননবা কন্না লাক্নে। হকচাঙবু ওইরক্লবগী মরম ওইরিবা গুণ অহুম অসিদগী জীবনা হেক নাম্থোকপা ঙম্নবদি মহাক্না পোকপা, অহল-ওইসল্লকপা, শিবা অমসুং মখোয়শিংদুদগী পোক্লকপা অৱা-অনাশিংদুদগী নাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী নাক্তা চৎপা ঙমই হায়না গীতানা হায়রি। মীওইনা পোক্লরুবা কনাগুম্বা অমনা নিষ্কাম-কর্ম্ম মপূংফানা তৌরবতদা মাগী মথম্মোয়দু পূমশেং-শেংদোকপা ঙমগনি অদুগা মাগী অসুম্না শেং দোক্লবা মথম্মোয়দুদা ঈশ্বরগী মমি ময়েক শেংনা তাগনি অদুগা মদুগী মতুংদদি মাগী পূক্নীং, হকচাঙ অমদি বুদ্ধিবু ঈশ্বরদা কখোকচদুনা অরোইবী ওইনা মানা ইবুংঙোগী খুয়াখাদা চঙজবা ঙমগনি হায়বসিসু গীতানা তাক্লি। মসিগী মথক্তসু অমুক ঈশ্বরবু ফংননবগী মরুওইবা পাম্বৈ ওইরিবা ভক্তিবু মপূংফানা ফংনবগী মরমদা জ্ঞাননা অথোইবা উপায়নি হায়নসু গীতানা অহোয়ননা তাক্লি।

আত্মাবু খঙদবদগী ঐখোয়না অৱাবা ওইরি। গীতানা ঐখোয়বু আত্মাগী পারা

তম্বীগনি অদুগা আম্বাগী মশক নিংথিনা খঙহন্নবীগনি। তশেংনমক "গীতা" হায়বসে মালেমগী মফম খুদিংমক্তা মমিং-চৎনা খঙনরক্লবা ধর্ম্মগী অশেংবো লাইরিক অমনি। মসিদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্কী বানীনি অমসুং মীওইবা জাতিগী কান্নবা ফংননীংঙাই ওইবা মশক্কি। মীওইববু অনেম্বদগী অৱাংবা থাক্তা পুখৎপীনবগীদমক্তা নত্রগা অমম্বদগী অঙানবদা পুবিনবগীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্না মালেমসিদা পূর্ণাবতার ওইনা কুমথবীরকপনি। গীতাগী মনুংদা য়াওরিবা শ্রীভগবানগী ৱা খুদিংমক মীওইবা জাতিদা য়াম্না কান্নবা পীবা ফজথ্রবা পাউতাকশিংতনা পীক থল্লি। ইবুংঙো মহাক্কী পাউতাকশিং সিবু ঐখোয়না নিংথিনা নৈনজবা ঙমজরবদি ঐখোয়না গীতাগী অমৃতবু পেননা থকচবা ফংগনি। অদুগা কনাগুম্বা লাইবক-ফবা অমনগা শ্রীভগবানগী মফমদা পূক্নীং অনী লোঙদবা ভক্তিগা লোয়ননা হেক চঙজখিবদা মহাক থুনমক ইবুংঙো মঙোন্দা তিঞ্জবা ফংগনি। মদু ওইরবদি মহাক মুক্তি ফংলে। মসিনি গীতানা তাকপীরিবা মীওইবা ঐখোয়গী পূন্সীগী পান্দমদি। মরমদুনা মীয়াম্না গীতাবু ইকায়খুম্নরি। ঐখোয়না গীতাগী পাউতাকশিংগী মনুংদগী অমতবু ওইরবসু হান্না থবক ওইনা ঐখোয়গী নুতিগী পূন্সীদা তশেং-তশেংনা শীজন্নবা ঙমজরবদি গীতানা ঐখোয়বু খূৎ-পায়দুনা অসুম অসুম ঈশ্বরগী নাক্তা শোরো শোরো লাক্নুনা চিংশিনবীগনি।

গীতাগী কাননবসি ঐখোয়গী নহারোলশিংদা য়াম্না খঙহঞ্জনীংই। মরমদুনা সংস্কৃতনচিংবা ইমারোল নত্তবা অতোপ্পা লোলশিং নিংথিনা খঙদ্রিবা মখোয়না পাবদা খুদোংচাননবা ঐগী য়াম্না নেমথ্রবা বুদ্ধিনা লাম্বা ফংবা খরদং মখোয়না য়ারিবমখৈ লায়না খঙবা য়াননবা মওঙদা ইজরগা মখোয়গী মতেং খজিক্তা ওইরবসু ওইগদ্রা হায়না খঞ্জবদগী ঐনা লাইরিক মচাসে পুথোক্লবা হোৎনজবনি। হোৎনজরিবা পূম্নমকসে মতিক চাদ্রবসু ইমারোলগী অমসুং তুংগী ঐখোয়গী সমাজগী য়াইফবা অমদি শান্তি পুবিরক্কদবা নহারোলশিংগী সেবানি হায়না লৌবিয়ু। লাইরিকসিনা হৌজিক্কী সমাজদা লৈরিবা নহারোল অমতবু ওইরবসু মশাগী অশেংবা ৱাখল তৌজবদা মতেং পাংবা ওইরসনু।

মতম পূম্নমক্তা কাউবা ঙম্লরোইদবা ৱাফম অমনা, চহী নীফুরোমদগী হেন্না মতম য়াম্না শাংনা অশেংবা মরূপ অমা ওইনা তিন্নজরক্লবা শ্রীএস. নিলো সিংহ, শক্লাইবা ঠিকাদার, নাওরেম লৈকাই, ইম্ফালনা লাইরিক অসিবু হরাও-হরাওনা ফোঙবিরি।

মসিগীদমক্তা পূকচেল-চাওরবা মরূপসিবু ঐনা থম্মোয়-শেংনো হন্না হন্না থাগচ্চরি, অমুকসু হন্না হন্না থাগচ্চরি। লাইরিকসে ফোঙবীবদা নত্তনা ঐনা হেক হায়ঞ্জ-হায়ঞ্জরুবা খুদিংদা মীয়ামগী কান্নবা ওইরবদি মরূপসিনা হেক্তা য়াবিখি। খুদম অমা ওইনা হায়জরবদা, হৌজিক হৌজিক লৈরিবা কৈন্যা গার্লস হায় স্কুল, থৌবালগী বাস্কেট বোল শান্নবুঙসে, স্কুলসিনা সরকারগী স্কুল অমা ওইজরবফাওবদসু, ঐনা হায়জরুবদগী পূকচেল-চাওরবা মরূপসিনা লমদমসিগী শান্নরোইশিংগী খুদোংচাননবগীদমক্তা হায়দুনা মশাগী ফুরীৎখাওমক্তগী লুপা লাক্ষ অমরোম পুথোকপীদুনা শাবিখি। মরূপসিগী লক্ষ্মণ পূর্ণীদা শিংবা ঙমদনা তোপ্লে হায়না লৌজে। ঈশ্বরনা মরূপসিবু থৌজালবিবা ওইরসনু।

য়াইফ-থবকশিংসিদা থৌহিল্লিল পীবিরিবা শ্রীভগবাননা থরায়-পানবা ঐখোয় খুদিং মক্কী হকচাঙ, পূক্নীং অমসুং আত্মাদা শান্তি পীনবিবা ওইরসনু।

হরি ওঁ তৎ সৎ

*খ্বাইগী সেবাদা*

*থৌবাল*

তাং ১/৪/৯৭ ইং

আই.এস. অকোইজম

থৌবাল।



# গীতাগী ঈচেল

গীতাগী তাক্কক তরানীপান শুই, অদুগা শ্লোক মশীঙনা চাতরেৎনি। অহানবা তাক্কক অসিগী মমিংনা "অর্জ্জুন-বিষাদ যোগ" কৌই। তাক্ককসিগী হেক হৌবমক্তদা "ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে . . ." হায়রগা ধর্ম্মক্ষেত্রনা মমাঙ থংই। "বিষাদ যোগ" না শৈহৌবা গীতা অসি "মোক্ষ-সন্ন্যাস যোগ" না লোইশিল্লি। অহৌবনা ফবনিনা পোলোইসু ফৈ। অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা গীতা অসি ওইখিবা মরম্না মসি মতম কুইনা লেঙদনা অদুম নুমিৎ-থানা লৈরিবমখৈ লৈখিগনি। মরমদুনা গীতাগী মতেং লৌরগা মীওইবা জাতিনা নুংঙাইনা, শান্তি ওইনা অমসুং আনন্দ ওইনা অদুম লৈবা য়াগনি।

অহানবা তাক্ককসিগী অহানবা শ্লোক্তা ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়দা হংলিবা ৱাহং অসি অর্থ য়াম্না লৈ। সঞ্জয়না খুমলিবা পাউখুমসু থম্মোয় য়াম্না শেংনা অমদি মীচঙ-সঙ্গল নাইদনা খুমই। কুরুক্ষেত্র হায়না কৌবা ধর্ম্মক্ষেত্র অসি ধর্ম্মবু চাওখৎহনবদা মতেং পীবা য়াম্না শেংলবা চুম্নরম লাইফমনি। "জাবাল উপনিষদ" না হায়, "কুরুক্ষেত্র হায়বা মফম অসি দেবতাশিংগী তোয়না খোঙদাফমনি, পোথাফমনি, ব্রহ্মাগী লৈফমনি অমসুং অরান-খুভমগী মফমনি।" কুরুক্ষেত্র হায়বসি তশেংনমক ধর্ম্মগী ওইবা যজ্ঞনচিংবা তৌফমনি হায়নৈ। "কনাগুম্বা অমনা মফম অসিদা তপ তৌজরবদি নত্রগা লান্দা থৱায় থাজরবদি,

মহাক শোয়দনা স্বর্গ ফংগনি" হায়বা বর অমা কুরুগী ফাওরবা নিংথৌশিংগী মপা-মপুশিংনা ফংখি। নীংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী হৌদুনা কুরুক্ষেত্রবু শেংলবা অথোইবা তীর্থধাম অমনি হায়দুনা অসুম লাক্লি। মসিদসু নত্তনা মফম অসি ধর্ম্মনা করিনো অধর্ম্মনা করিনো হায়বগী ৱারেপ্লফমনি অদুগা ধর্ম্মবু মাঙখিগদবদগী ঙাকশেনবীবা মফমদুনি। মরম পুম্নমকসিদগী ধর্ম্মক্ষেত্রনা গীতাগী ইহান-হেক হানবমক্তদা "ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে ..." হায়দুনা কুরুক্ষেত্রগী মগুণ ফোঙলিবসি য়াম্না নাতে চাই অমসুং মরু ওই।

পাণ্ডব অমসুং কৌরব অনীনা থেংনগদৌরিবা লাল অসি ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্ম অনীগী মরক্তনি। পাণ্ডব হায়রগা লাইগী ওইবা মতৌবু খঙনৈ, অদুগা কৌরব হায়রগনা হিংচা-য়াইতম্বা মতৌবু খঙনৈ, অমনা অচুম্বনি অদুগা অতোপ্পদুনা অরানবনি; অমনা অফবা অদুগা অতোপ্পদুনা ফত্তবা ওই। অফবা অমসুং ফত্তবা অনীগী মরক্তা লাল অমদি অসুম থেংনদুনতা হৌজিকফাওবা লাক্লি অদুগা মতুংদসু থেংনখিগনি। কৌরবশিংগী মপাবুং ধৃতরাষ্ট্রনা অধর্ম্মগী মশক্লি, অদুগা পাণ্ডব মচিন-মনাওশিংগী ময়াম্বুং অহল যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মগী মশক্লি। মাগী মাগী মীচঙ অয়াম্বা মান্নবা মীতা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ধৃতরাষ্ট্র মশামক্না পাণ্ডব মচিন-মনাও মঙা অসি ধর্ম্ম লৈ অদুগা মহাক অমসুং মহাক্কী মচাশিংদি লীচৎ-শাজৎ ফজদে হায়বসি খঙজে। মরম অদুনা ধৃতরাষ্ট্রনা লাল অদুদা মচাশিংনা মমৈদা মায়-পাকপা ঙমগনি হায়বা থাজরমদে অমসুং মথম্মোয়দা চিংনবা অমা অদুম লৈরম্মী। অদুমকপু পাণ্ডব মচিন-মনাওশিংনা ধর্ম্ম লৈবনিনা মমৈদা লাল তৌরক্লবা য়াই অদুগা অমরোমদা মহাক্কী মচাশিংনসু কিদুনা লান্দগী নীংহম্নরকপা য়াই হায়না ধৃতরাষ্ট্রগী ৱাখলদা মমি তাখি। মহাক্কী ৱারেপ পোরেপফম খঙলমদে।

গীতাগী মনুংদা ইহান-হেক-হানবমক্তদা ৱাহৌদোক ওইনা ধৃতরাষ্ট্রনা অমুখক্তং সঞ্জয়দা হংখিবা ৱাহংসে মশানা মশাবু অদুম প্রমাণ ওইজবনি। সঞ্জয়দি মীচঙ-মীখায় নাইদবনি, ইন্দ্রিয়-খুদুম চনবা ঙম্লবনি অদুগা "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা ৱাখল লৈতবা মীশক অমনি। মরম অদুনা ব্যাসদেবনা মহাকপু মহাক্কী মতিক-চাবা শিষ্য অমনি হায়বা খঙদুনা ঈশ্বরগী ওইবা পুম্নমকপু উবা অমসুং খঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল "দিব্যচক্ষু" মঙোন্দা পীবিখি। মরমদুদগীনি মহাক্না ধৃতরাষ্ট্রগী নাক্তা লৈনা লৈনা মাবু কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক উবা ঙমহল্লগা অমসুং লানফমদা লৈরিবা পুম্নমক্কী মপুক্নীংশিংদা ফাওরিবা ঈহল খুদিংমক খঙবা ঙমহল্লগা মঙোন্দা ৱারী লীহল্লি। লাল

তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ব্যাসদেবনা পূন্নমকপু উবা ঙম্বগী শক্তি অসি মমিৎ উদ্রবা ধৃতরাষ্ট্রদা পীনীংলম্মী, অদুবু ধৃতরাষ্ট্রনা শাগৈ-নাতে হাৎনবা অদু য়েংজবা ঙমজরোই, ই-পাউদি তাবা ফংহনবীয়ু হায়না হায়জবদগী নুং-পান উবা ঙম্বা "দিব্যচক্ষু" মঙোন্দা পীদনা সঞ্জয়দা পীবিখিবনি। মরম অদুননি সঞ্জয়দা ধৃতরাষ্ট্রনা মখাগী ৱাহং অসি চিংননা হংখিবসি ঃ

> *"হে সঞ্জয়, ঐগী ইচাশিং অদুগা পাণ্ডুগী মচাশিং অদুনা, মখোয়না পুণ্যগী মশক ওইরবা শেংলবা চুম্নরম লাইফম কুরুক্ষেত্রদা লাল-শোরুনবীদমক পৈদুনা লৈনরবা মতমদুদা, থাঙ্গৈশেংনমক করিমক্তি তৌরবগে?"*

মথক্কী ৱাহং অসিদা ইহান-হেক হান্না "ঐগী ইচাশিং" হায়না হায়রি। "ঐগী" হায়বা ৱাখলনা মহাকপু পঙথহল্লে। মসিনা ফত্তবা পূম্বগী হৌরকফমনি। "অমতা" ওইনা লৈববু "অনী" নত্রগা "ময়াম" ওইনা উরিবা মহাক অদু মরায়বক থীরবনি। লান্না উরিবা অসিদগী অৱাবা পূন্নমক পোক্লকপনি হায়বা অসি মহাক খঙদ্রে। কৌরব অমসুং পাণ্ডব অনীমক শাগৈ অমতনি। অদুবু মতাং অসিদা ধৃতরাষ্ট্রনা মাগী মশাগীতা খনবা শাগী পুকচেল অদু ফোঙদোক্লি। মনাওনা পোকপা পাণ্ডবশিংগা মানা পোকপা কৌরবশিংগা তোঙান-তোঙান্না থম্লে অদুগা মানা মচাশিংবু অধর্ম্মগী লম্বীদা চঙশিলহন্দুনা পাণ্ডবশিংবু অৱাবা কয়াদা তাহল্লি। অদুমকপু অধর্ম্মনা মমৈদা খক মায়পাকপা হৌনদে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না অচুম্বগী মায়কৈদা লৈদুনা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অরানববু মাঙহনবি। অদুননি "ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে" হায়রিবসি।

দুর্য্যোধন মরৈ-মরা চাউনা লমহেনবা মীশক্লি। মহাক্তী অরানবা থবক তৌরুরগা তুংদা নীংঙমদবা লাক্কনি হায়বগীসু করি অমতা চিংনদে। মশাগী ওইজবা মাঙহন্নীং-দবদগী মহাক্না ঙাওদুনা লাল তৌবা তাখি। মহাক্না, মখোয়গী লাম্মী মশীঙ হেন্না লৈজরবসু, ধর্ম্মগা লাম্ন্থেংনবা কিদবদি নত্তে, অদুগা অমরোমদা পাণ্ডবশিংদি কৌরবকী অহেনবা লাম্মী মশীঙ অদু উরগা অকিবা ফাওবগী ৱাফম লৈরমদে। অদুবু দুর্য্যোধন ফত্তনা হৈ-শিংবা মীনি — কূটনীতি হৈবা মীনি। মহাক্না নিংথৌ অমা ওইজরবসু, মানা মাগী পুক্নীং-ঈথিল অদু নমশিন্দুনা থম্লগা বর-সেনাপতি দ্রোণাচার্য্যগী মফমদা পুক্নীং থৌগৎপা ওইনা হৈ-শিংবা মওঙদা য়াম্না নোম্লুক্না মাগী অচেৎপা মীচং ওইবিনবা অসুম্না হায়জখি ঃ "য়েংবিয়ু, হে গুরু ইবুংঙো, অদোমগী শিংলবা মহৈরোই, দ্রুপদগী মচানিপানা

লালগীদমক্তা নিংথিনা শীন্দোক্লবা পাণ্ডুগী মচানিপাশিংগী চাউরবা লাম্মী অসি।" মহাক্লা হায়রিবা "অদোমগী শিংলবা মহৈরোই, দ্রুপদগীদি মচানিপা . . ." হায়বা অসিবু মহাক্লা মহাক্কী মপূক্লীংদা করি নীংদুনা হায়রম্লিবনো? মসি মানা হায়নীংবা অমা য়াওনা হায়খিবনি। দ্রুপদগী মচানিপাদি ধৃষ্টদ্যুম্ননি। "ধৃষ্টদ্যুম্ন" হায়না হেক্তা হায়দদুনা "দ্রুপদগী মচানিপা" হায়দুনা "দ্রুপদ" হায়বা মিংসি পম্নীংবা অমা য়াওনা পম্লি। মসিগী মরমদি মসি পম্লগা মাগা মমাংঙৈদা য়েংথীনখিবা বাফমদু দ্রোণাচার্য্যদা নৌহৌনা নীংশিংহন্দুনা শাওহনবোই-থৌজনবোই তৌবনি। গুরু দ্রোণগা দ্রৌপদীবু পোকপা নিংথৌ দ্রুপদগা রাজনীতিগী বাফমদা থংনখি। মসিনা মরম ওইদুনা দ্রুপদনা গুরু দ্রোণবু হাৎপা ঙমগদবা মচানিপা অমা পোকচগে হায়না চাউরবা ঈড়াৎ-থৌনি তৌজখি। অদুম ওইনমক, মদু খঙনা খঙনা, পূকচেল চাউরবা গুরু দ্রোণনা, মহাক্কী য়ৌনা য়েক্লবা দ্রুপদগী মচানিপা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মঙোন্দা লালগী খুৎলায় তম্বীয়ু হায়জরবা মতমদা, চিংনবা করি অমতা লৈতনা, মঙোন্দা খুৎলায়গী অথুপ্পা মহৈ তম্বীখি। অদুবু হৌজিক্তি কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা কৌরবশিংগী মায়য়োক্তা পাণ্ডবশিংগী হৈশিংবা মীচং ওইদুনা লাম্লোং শীল্লরে। মরম অদুনা মহাকপু চোকশিন্দবা য়াদে হায়না দুর্য্যোধননা গুরু দ্রোণদা নোম্লুক্লা হায়জখি।

গুরু দ্রোণ অমসুং ভীষ্ম অনীসিদি কৌরবকী মীচংদা কৌরবকী চেং চারুবদগী লৈত-য়াদদুনা লৈজরবসু ধর্ম্ম লৈতবা থবক-ইন্‌খাঙশিংদা পঙশী-শীজন্নবা য়াবা জাৎ নত্তে। অদুদসু নত্তনা গুরু দ্রোণনা পাণ্ডব মঙাবু য়াম্না লুনা তৌদুনা খুৎলায় তম্বীখি, অদুগা অর্জ্জুনবু মানা হেক পোকচবা মচানিপা অশ্বত্থামামক্তগীসু হেন্না নুংশিবিখিবনি হায়বসি দুর্য্যোধননা খঙই। মরম অসিদগী অনী অসিনা করি তৌরক্কদগে হায়বসিদা দুর্য্যোধননা চিংনদবা ঙম্লমদে অমসুং মপূক্লীং বাদবা ঙমলমদে। অমরোমদা অমুক, পাণ্ডবকী ভীম অমসুং অর্জ্জুনগী অকনবা মপাঙ্গল, অথৌবা মথৌনা অমসুং হৈ-শিংবদু মহাক্লা খঙলম্মী। মহাক্লা মরুওইনা ভীষ্মু মতম পূম্বদা কল্লক-য়েংথীরম্মী, মরমদি মহাক্লা শিবা তারবদি ভীমতনা মাবু হাৎলগা মহাক শিগদৌরিবনি হায়বসি মহাক্লা নিংথিনা খঙলম্মী। অদুবু মাগী আশাদি ভীষ্ম য়াওরিবনিনা লান্দা মায়পাকপা য়াই হায়বসিনি। মানা খল্লিবদি মসিনি ঃ "ঐগী মীচং-চংবশিংসি কুরুক্ষেত্রগী লান্দা শিজরগে হায়না হান্না লেপত্রবনি, মখোয়গী পাঙ্গল অমদি হৈ-শিংবনা লাল জয় ওইরকপা য়াই; পাণ্ডবকী লাম্মীশিংদি অকক্লবনি অদুগা ঐগী লাম্মীশিংদি খ্বাইদগী হৈ-শিংবা সেনাপতি ইবুধৌ ভীষ্মনা নিংথিনা ঙাক্তুনা

মশীঙ লাকঙমদনা লৈ, পাণ্ডবকী ভীমদগী কৌরবকী ভীষ্মনা হৈ-শিংবা হেল্লি; মরম অদুনা ঐখোয়না লাল ঙম্বা য়াই।"

অঙকপনি! মশাগী ওইজবা থিবদগী মী-ফগু ওইরবা মহাক্লা মশাগী মরী-মতাশিং, মচিম্মনাওশিং অমসুং মমা-মপামক হাৎপা পাপকী থবক ফাওবা তৌবা তারি। মসিগী লম্বীসিদা মহাক ভাওদুনা চঙশিল্লকই। মসি রজঃ গুণগী ওইবা মীওই অমগী হৌনশানি। মহাক্কী অচুম্বা অমসুং অরানবগী খেন্নবা নিংথিনা উবা ঙম্বগী শক্তি লৈরোই, ধর্ম্মগী ওইবা হৌন-মচৎশিং নিংথিনা চৎলোই অমসুং পোথাফম খঙলোই। মহাক্কী পুক্নীংদু শান্তি লৈতনা শোমদা অমুক চৎ, অসোমদা অমুক চৎ তৌদুনা লৈগনি। অসিগুম্বা মীওইশিংদি আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনরোই, ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংদুতা ফংনবা থিগনি, তাইবংগী অহেনবা তাননবা হোৎনগনি, মখোয়বু মীনা সম্মাণ তৌহন্নীংগনি, মখোয়গী অপাম্বগী ঙমখৈ লৈরোই, মীনা থাগৎনবা দাননচিংবা তৌগনি, মখোয়গী মরল-মথুম অমসুং শক্তিনা মীগী মপুক্নীং ফাগে লাক্লগনি, ঐ মঙাইরে হায়দুনা নাপল তৌগনি অমসুং অতোপ-অতোপ্পা ধর্ম্ম লৈতবা থবক কয়া তৌগনি। মখোয়দি অপাম্বদু ফংলগসু পেনবা নাইদনা হেন্নমুক ফংবা পাম্লক্কনি; মদু মখোয়না ফংদ্রগনা মখোয় শোয়দনা শাউরক্কনি। মখোয়না শাউবু-শাউরবদি মখোয় মাঙজরে।

লান্ফম অদুদা দুর্য্যোধনগী ৱাখল মওল-মওল খল্লকই। ভীষ্মনা পাণ্ডবপু মায়থীবা পীবা ঙমগনি অদুবু শিখণ্ডীবুদি মানা হাৎলোই হায়বসি দুর্য্যোধনগী ৱাখলনি। মরমসিদগীনি ভীষ্মবু শিখণ্ডীনা মীরিৎ-নারত্তা হাৎখিদনবা ময়াম পুন্নমক্লা মাবু শেন্নবীবদু মহাক্লা পামলন্নীবসি। অদুবু মানা নুং-দা চিংনজরবসু মপাম্বোংদা ফজবী শারদুনা ভীষ্মদি কুরু শাগৈগী খ্বাইদগী অহল ওইরে, মরম অদুনা মী খুদিংনা তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা শীন্দোক্লদুনা মশা-মশাগী মফম-মফমদা লৈবিরগা মাবু অখন্নবা ঙাক-শেনবিয়ু হায়না দুর্য্যোধননা হায়রম্মী। ভীষ্ম অমসুং দ্রোণ অনীসিনা মায়-ওক্সন্দুনা লাল-থেংনরবদি লাল জয় ওইবদি শোয়রোইদ্রা হায়নসু মাগী ৱাখলদা লৈরম্মী। অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবকী মায়কৈদা লৈখ্রবদা করম্না মানা জয় ওইবা ঙমগনি? মীওইবগী তৌবা ঙম্বা শক্তিদি ঙমখৈ লৈ, অদুবু ঈশ্বরগীদি মদু নত্তে। ইবুংঙো মহাক্কীদি নীংবু-নীংখ্রবদা থবক তৌরে অদুগা তৌবা ঙমদবা থবকসু লৈতে। ধর্ম্ম লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ। ধর্ম্মনা জয়নি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লৈরু-লৈরুবা মফমদা জয় লৈগনি। অদু ওইরবদি ইবুংঙো

মহাক্না মীচং-চংদবা পাপী দুর্য্যোধনগী জয় ওইবগী লাইবক লৈফম থোক্তে। অদুমকপু, ভীষ্ম অমসুং দ্রোণ তঙাইফদনা খুলঙ-লমনগী মওঙ ওইনা লাল অসিদা ঙম্বমখে হোৎনবা তারম্মী।

পাণ্ডব মঙাগী যুধিষ্ঠিরদি ধর্ম্মরাজনি, ধর্ম্মনি। ভীমনা ধর্ম্মগী পাঙ্গল য়াম্না কনবা মনাও-নিপানি, ধর্ম্মগী পাঙ্গলনি। ময়াম্বুং ধর্ম্মগী য়াথং লৌরগা অধর্ম্মবু মাঙহনবা ঙম্বা কল্লবা ভীমনি। অর্জ্জুননা পাণ্ডব মঙাগী অহুমশুবা মনাওনি। অর্জ্জুনদি "মক্তবা", "অঙৌবা", "পুক্নীং-শেংবা" অমসুং "সত্ত্বগুণ" হায়বশিংদুগী মশক্নি। মহাক্তী ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইননীংঙাই ওইবা পোৎশিং মাঙখিগনি অমসুং লাল-শোক্নবদা মায়থীবা ফংগনি হায়বগীদমক্তা ৱাবিদে। মহাক্তী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম-চনবা ঙমজখিবা মীশক অমনি অদুগা গুড়াকেশ হায়বা মিংথোলসু ফংখিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রিয় পুম্বদা ফম্বাল লাংবিরিবা লাই, হৃষীকেশ হায়বদুনি। কুরুক্ষেত্রগী লান্‌ফমদা অনীমক অমনা ছাত্রগুম অদুগা অতোপ্পদুনা ওজাগুম দোলাই মশা অমতদা তোংই। ধর্ম্মবু পুখৎনবা অদুগা অধর্ম্মবু মাঙহন্নবা ওজানা ছাত্রবু তাকপী-তম্বীরি।

মীগী য়ুম মৈ থাবা, মীঙোন্দা শিব য়াবা খুৎলায়না থাবা, মীগী লল-থুম মুনবা নত্রগা হুরানবা, মীগী লৌরী-য়ুম্মম কাদা শোকপা, মীগী নুপীগী কাদা শোকপা — অসিগুম্বা অচৌবা পাপকী মশক ওইবা থবকশিং তৌবা মী-ফত্তশিংবু হাৎপদা পাপ পুদে, দোষ লৈতে হায়না অর্থশাস্ত্রদা হায়রি। অদুবু মখোয়বু হাৎপদি মীচম অমগী থবক্নী। অর্জ্জুনদি মীচম অমা নৎলমদে, তোপ্তোপ্পা মীশক অমনি। দোলাই থৌরিবা সারথি অদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি, অৱাংবা বুদ্ধি পোকহনবিরিবদুনি। ধর্ম্ম-শাস্ত্রদদি "অহিংসানা পরম ধর্ম্মনি", "গুরুজন্নচিংবা হাৎহৈদে", "পাপনা পাপকী "লমন শিংহৈদে" — অসিনচিংবা হায়রি। ধর্ম্মশাস্ত্রনা অর্থশাস্ত্রদগী মতিক-মগুণ য়াম্না হেল্লি। মরম অদুনা মহাক্না মাগী গুরুজন্নচিংবা হাৎলবদি পাপ পুগনি হায়বসি অর্জ্জুনগী ৱাখলদা লাকই অদুগা অসিগুম্বা থবকশিংসি মহাক্না তৌনীংঙক্ত্রে। শাগৈগী লাই-গুরু, অহল-লমন অমদি ফমদোং-য়াইতোংবশিং লোয়না শিখ্রবদি শাগৈ মাঙথরক্কনি, লৈহৌরিবা নহারোলশিংনা ধর্ম্ম নত্তবা শাজৎ ঙাক্তা চৎলক্কনি, শাগৈগী নুপী-অঙাংশিংনা মানা মানা থোকপা ওক্তবা থবকশিং তৌনরক্নুনা শাগৈ অদু অধর্ম্মগী ঈপাক্তা পুন্নুপ-লুপ্থরক্কনি অদুগা তৌহৈদেবা থবক কয়া তৌরুবদগী জাতিধর্ম্ম (বর্ণধর্ম্ম), কুলধর্ম্ম অমসুং আশ্রম ধর্ম্মনচিংবা উৎ ওইনা মাঙলক্কনি হায়বা

বাফমশিংসি অর্জ্জুনগী বাখলদা লাকখি।

অসুম অসুম খন্নরুগা হৌজিক্তি অর্জ্জুননা মহাক্কী মরী-মতাশিংবু হাৎনীংদবতা নত্তনা মাগী য়েক্লবশিং ফাওবা হাৎনীংলক্লে। মখোয়বু হাৎলগা পুন্সীগী নুংঙাইবা ফংগনি হায়বসি মহাক্না খল্লমদে। মখোয়বু লান্‌ফমদা হেক উবদা মহাক্কী মপুক্লীংদা মীনুংশি অসুক্কী মতিক কন্না পোক্লম্মী মদুদি মহাক্কী মহৌশাগী ফীভম কায়রক্লম্মী, মহাক্কী হকচাঙ নীক্লম্মী অদুগা মচীন-ময়াসু খ্রক খ্রক কংসল্লম্মী। পুন্নমক থাদোক্লগা ভিক্ষা নিদুনা চাবনা হেন্না ফরগদ্রা নত্রগা অচীকপা মফমদা পুন্সী লেল্লুবনা হেন্না ফরগদ্রা হায়না মহাক্না খনবা হৌরকখি। মহাক্কী মথম্মোয়দা পোকখ্রিবা মীনুংশি মখল অদু অশোনবগী নত্রগা মরীংজেল বাৎপগী মরম্না নত্তে। মদুগী অর্থরোমদা পুরবদি অরানবা ওইগনি। মদুনা মাগী থম্মোয় শেংবা মতৌ অমসুং পুক্লীং চেৎপা মতৌদুবু চাং য়েংখি। মসিদি "নুংশিহৈবা" হায়বা ঈশ্বরগী অশেংবা ভক্ত অমগী গুণনি।

অর্জ্জুন হৌজিক "প্রেয়" নত্তবা "শ্রেয়" খক্তবু পাম্লক্লে। "প্রেয়" হায়বদি মালেমগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবা, শক্তি, ফমথোল অমসুং লল-থুমগী মিংচৎপুনি। "প্রেয়" হায়বসিদি মীওইবনা হোৎনরগা ফংবা য়াই; মসিদি কর্ম্মগী মতেংনা ফংবা ঙমই। কর্ম্মগী মহৈং নত্তবা শ্রীভগবানগী থৌজালগী মহৈং ওইবা "শ্রেয়" ফংনবা হোৎনবা মহাক্না পাম্লক্লে। মদুনা মহাকপু জ্ঞান তাহন্দুনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজফম লৌহনখি। মহাক্না হকচাঙ অমসুং আত্মা অনীমক্তু অন্মানি হায়না হান্না লান্না খল্লম্বদু তোকখি। "অর্জ্জুন-বিষাদ যোগ" হায়না মিং থোন্নদুনা গীতাগী অহানবা তাঙ্ককপু মতিক-ময়াই হাপখ্রিবদু মরমসিননি।

ঈশ্বরদা চঙজরবা ভক্ত অমনা মরাল লৈবা মীগী মথক্তা লমন খুম্নীংদে, অদুগা ঈশ্বরনদি ফত্তবা মীশিংনা মনাই ভক্ত অমদা অকায়বা নত্রগা অমাঙ-অতা তৌরকপা মতমদা খাঙবা ঙমদে। শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মশামক্তা অকায়বা তৌরকপা মীশিংবুদি ঙাকপীবা ঙমই অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী অচানবা ভক্তশিংগী মাঙনবা তৌবা মীশিংবুদি ঙাকপীদে। মরম অসিনা অর্জ্জুননা মাগী য়েক্লবশিংবু ঙাকপীনীংলবসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনদি মখোয়বু হাৎকে হায়না পুক্লীং চপ য়ুংনা লেপখ্রবনি। অর্জ্জুননা লাল তৌররোই হায়না হায়রিবসি মহাক্না শ্রীভগবানগী ভক্ত অচৌবা অমা ওইরুবনা মপুক পেথরকপগী বানি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মসিমা তৌ হায়রকপদা খক "মাই" হায়না হায়রোইদবা অশেংবা ভক্ত

অর্জ্জুনদি শ্রীকৃষ্ণগী অনীংবা অদুবু থবক ওইনা পাণ্ডথোকপদা খুৎলায় অমা শোয়দনা ওইরক্কনি। শ্রীভগবানগী য়াথং মতুংইন্না মানা মী হাৎপগী থবক তৌরবসু মহাক মী হাৎপগী পাপ পুরোই হায়বসি খণ্ডলকই। "লাম্মী অমনা মকোক থোংবা অঙম্বা অমগী য়াথং মতুংইন্না মী হাৎপগী থবক তৌরবদি লাম্মীদুবু মী হাৎপগী দণ্ডি পীদে।"

অর্জ্জুনগী থম্মোয়দা মওল-মওল খনখ্রিবদুদি অমম্বদগী অঙানবরোমদা অমসুং অনেম্বা থাক্তগী অবাংবা থাক্তা লাক্লবগী শেম-শাবনি। অনৈবা ঈশিংবু নৈর-নৈরগা ঈরা তাহল্লকপগুম্বনি। পূর্ণীগী লান্‌ফমদা মায় পাক্লে হায়রবদি বাখল মুম্না তৌরগা থবক তৌগদবনি। অফ-ফত্ত খণ্ডবগী লৌশিংবু য়াকাইহনগদবনি। মসিগী পান্দম অসি ফংননবগীদমক্তা বুদ্ধিগী মতেং লৌদবা য়াদে। অর্জ্জুনদি জীবাত্মানি, হকচাঙ অদুনা দোলাইনি, শগোলশিং অদুনা মীওইবগী ইন্দ্রিয়শিংনি, শগোল চুক্লিনা পূক্লীথনি, পূক্লীংবু খুদুম চনবা ঙম্বা অমসুং অচুম্বা অরেপ্পা হায়বদুগী জ্ঞান পীবিবা ঙম্বা লমজ্জিংলিবা বুদ্ধি সারথি অদুনা অর্জ্জুনগী পূর্ণী-তুংনফম ওইরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি।

অর্জ্জুননা জীবাত্মা ওইরগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পরমাত্মা ওইবনি। জীবাত্মানা মাগী মথৌ মশক খঙদবদগী অবাবা ওইরকই। অর্জ্জুননা বারিবসি তৌফম খঙদবদগী বাবনি। অবাবা অসি কোক্লবা মহাক্কী মথম্মোয়দা আত্মজ্ঞানগী অরাম-খৌরাংবা অমা য়াম্না কন্না পোক্লকই। অবাবা অসি অর্জ্জুনখক্কীদা নত্তে, মীওইবা ঐখোয় পুম্নমক্কীসুনি। নুমিৎ খুদিং, পুংজা খুদিং অমসুং মীৎকুপ খুদিং মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোয়গী কুরুক্ষেত্রদা অচুম-অরানগী লাল অমদি থেংনদুনতা লৈরি অদুগা মসিনা ঐখোয়দা অবাবা পীরি। অবাবা অসি কোক্লে হায়রবদি ঐখোয়না আত্মজ্ঞান ফংননবা হোৎনগদবনি অদুগা জ্ঞান অদু পীনবিগদবনা ঈশ্বর মহাক্লি। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা জ্ঞান পীবিনবা চঙজবা তাই। হৌজিক অর্জ্জুননা আত্মজ্ঞান থিবা হৌরক্লে। ধৃতরাষ্ট্র অমসুং দুর্য্যোধনদি আত্মজ্ঞান নত্রগা ধর্ম্মগী মরম অমতা থিদে। অবাবা পূন্নমক্কী হৌরকফমদি আত্মজ্ঞান লৈতবদগীনি। জ্ঞান অসিবু ফংনবা পাম্বেদি পূক্লীং লৈতানা বাখল খনবা অমসুং মতিক-চাবা বাহং পুথোক্লুনা গুরুদা হংবনি। অর্জ্জুনদি মপূক্লীং বাবদগী আত্মজ্ঞান করম্না ফংবা ঙমগনি হায়না জগৎ গুরু শ্রীকৃষ্ণদা হংই। খঙনীংবা মীনা আত্মজ্ঞানবু ফংবা ঙমই।

আত্মজ্ঞানবু ফংবা ঙম্নবদি অবাবা পূন্নমক কোক্লনি হায়বসি গীতাগী অথোইবা পাউতাকনি। মরম অদুনা ঐখোয়না গীতাগী অরাম-খৌরাংবা পোক্লবা হোৎনবা তাই।

অরাম-খৌরাংবা পোক্তবদি চীঙ্গাকী মহাও অমসুং কান্নবা চপ চানা ফংবা ঙমদে। অদুগা চীঙ্গাক অদু চীন্দা অদুম থম্বখক্সু অরাম-খৌরাংবা কোক্লোই। মদু তোইনা শাইবা তাই, য়োৎশিন্দুনা চাখ্রিবা চীঙ্গাক অদু তুমহনবা তাই অদুগা ঈগী অৱাৎপা অমা লৈদুনা খৌরাংবা পোকহল্লক্লিবদু কোকহনবা তাই। অদুমহায়না গীতাগী পাউতাক নত্রগা শ্লোকশিং অদু চীন্ফা পুবখক্সদি অশেংবা পান্দম অদু ফংবা ঙম্লোই। মখোয়বু নৈনরগা থম্মোয়নুংদা থম্বা তাই অদুগা থবক ওইনা ঐখোয়গী নুতিগী পুন্সীদা শীজন্নবা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। অৱাবা কোক্লীংবা মীনা গীতাবু নৈনরগা মদুগী পাউতাকশিংবু থবক ওইনা পাঙথোক্লুনা অৱাবা পুন্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা অজ্ঞানবু মাঙন্নবা হোৎনফম থোকই। মসিগী লম্বীসিদা খজিক্তংদবু কনাগুম্বা অমনা চঙশিনবা ঙমজরবদি ঈশ্বরনা য়াম্না থুনা মাগী নাক্তা চঙশিনবিরক্লুনা মাবু খুৎ পায়রগা অরোইবা পম্বুংফম তান্না লমজিংবিগনি।

---

# তাঙ্কক অনী

অনীশুবা তাঙ্কক অসিগী মমিং "সাঙ্খ্য যোগ" হায়না কৌই। মসিগী তাঙ্কক অসিনা গীতা কৌবা শাস্ত্রসিগী মরুনি অদুগা অতোপ্পা লেমহৌরিবা তাঙ্ককশিংদুনা মসিগী মাশাশিংগী মশক্কি। পূর্লীগী লান্‌ফমদা পুক্নীং ৱারিবা, থবক-তৌফম খঙদ্রিবা অমদি লম্বী কদোমদা চৎকদগে খঙদ্রিবা মীওইশিং অদুদা সাঙ্খ্য যোগ অসি অঙকপা ফংনা কান্নে। গীতাগী নৈনবা ৱাফমদি কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞান-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগনি। অনীশুবা তাঙ্কক অসিদা কর্ম্ম-যোগ অমসুং জ্ঞান-যোগ অনীবু নৈনৈ অদুগা ভক্তি যোগগীনা হায়ফেৎতং নৈনৈ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা মাগী শেরান্নবা থাজবা অদুগা মদুগী ফল ওইনা মথম্মোয় পীকথরকপা মতৌ অদুবু থাদোক্লুনা লাল শোক্লনবা য়াথং পী। অর্জ্জুননা মথৌ পাঙথোকফম খঙদদুনা নুংবঙননা লৈরিবা অদু হকচাঙ অমসুং আত্মাগী মরমদা ভাব তাবা য়ৌদবদগীনি, হকচাঙগা আত্মাগা অন্মানি হায়না লৌবদগীনি। হকচাঙদি আত্মা নত্তে; হকচাঙগা আত্মাগা অমতনি হায়না লৌবদি অরানবনি, শেরান্নবা থাজবনি। হকচাঙদি পোকপা নাই, শিবা নাই অমদি মতম খরদগী ওইবনি। অমরোমদনা আত্মাদি পোকপা নাইদে, শিদে অমসুং মতম পুম্বগী ওইদুনতা অদুম লৈবনি।

ভগবদ গীতা অসি মীচম অমনা ইবা লাইরিক্কা মান্নবা য়াবা নত্তে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মীচম অমা ওইনা লৌরবদি গীতাগী মগুণ লোইনা মাঙগনি। গীতাগী অর্থদুবু তশেং

তশেংনা খঙগে হায়রবদি গীতাসি ইবুংঙো মহাক্কী মচিনমক্তগী থোরকপনি হায়দুনা ভক্তিগা লোয়ননা মসিদা চঙজবা হায়বদুমা তঙাইফদ্রে। অদুগা গীতা পাবখক্লদি নত্রগা গীতা ঔরাইবখক্লদি, গীতাগী নুং-গী অয়ৌবী ৱাদুবু খঙবা ঙম্লোই। অর্জ্জুনদা পীরিবা গীতাগী পাউতাকশিং অসি অর্জ্জুনখক্তগী নত্তে নত্রগা ভারত জাতিখক্তগীসু নত্তে, মখোয়সি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কীনি, পুম্নমক্কী কান্নবনি অমসুং পুম্নমক্কী হক লৈ। অর্জ্জুনদি মীওইবা ঐখোয়গী মহুৎ শিঞ্জবনি।

পুম্নমক থাদোক্লগা অর্জ্জুননা জ্ঞানী অমগুম্না থবক তৌবা পাম্নম্মী। অদুবু মহাক্তী ক্ষত্রীয় মচানি, অদুনা মহাক কর্ম্ম যোগখক্কীদমক মতিক চাই। লাল তৌবনা মাগী ধর্ম্মনি। তৌগদৌরিবা লাল অদুসু ধর্ম্ম ঙাক্লবনি। মহাক্লা লাল তৌরোই হায়রবদি মহাক ক্ষত্রীয় মচা অমা ওইবগী অর্থ লৈত্রে। ক্ষত্রীয়শিংদি লৈবাক-থৌশিল নিংথিনা তৌগনি, লৈবাক্কী আইন অমসুং হৌন-নিয়মশিংবু ঙাক-শেনগনি, মপূক-ফত্তবা অমদি লীচৎ-চুমদবশিংবু লাকশিন্দুনা থমগনি, অধর্ম্মবু মাঙহন্দুনা ধর্ম্মবু লিংগনি অমসুং অশোনবা নত্রগা দযা-তারবশিংগী উকল ওইবিগনি। অদুগা ব্রাহ্মণ মচা অমনা ধর্ম্মগী মরী লৈনবা থবক তৌদ্রবদি মহাক ব্রাহ্মণনি হায়বগী অর্থ লৈতে, মমিংতা ওইদুনা তোক্ননি। অদুগা পুক্নীং-হকচাঙ নুংঙাইনা হিংননবগীদমক্তা চংদবা য়াদবা পোৎলমশিংবু পৈশল্লগা মীয়ামগী মফমদা মচাঙ চুম্না হুল্লিবা মখোয় অদুনা বৈশ্যশিংনি। সেবাগী ওইবা পাঙ্গলগী থবক-ইন্‌খাঙশিং তৌদুনা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা য়ুম্ফম থোল্লিবা, পাঙ্গল পীরিবা অমসুং নোম-লিকপা কলহল্লিবা মখোয়শিং অদুনা শূদ্রশিংনি। বর্ণশিং অসিদা শিন্নরিবা মখোয় মখোয়গী মথৌশিং অদু নিংথিনা পাঙথোক্লবা মতমদা মীওইবা জাতি অসিনা চাওখৎপা ফংগনি, নুংঙাই-য়াইফবা ফংগনি অমসুং শান্তি ফংগনি। অদুবু বর্ণ অমখক্তনা মদুগী তৌগদবা থবক্তা থরেক্লরকপদা, সমাজগী নুংঙাইবা অমসুং শান্তি মাঙলকই। হকচাঙ-কয়াৎশিং পুম্নমক লোয়না মরু ওইবগুম বর্ণ পুম্বসি লোয়না মতিক চাবা অমসুং কান্নবা ঙাক্তনি। পুম্নমক্কী য়াইফনবগীদমক্তা তাইবং মপুনা বর্ণ মরি অসি শেমখিবনি। মরম অসিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা ইবুংঙো মহাক্কী খ্বাইদগী অচানবা ভক্ত অর্জ্জুনবু বর্ণ-ধর্ম্ম ঙাক্তবা মীশক অমা ওইহন্নীংদবদগী মহাকপু কর্ম্ম-যোগ অমসুং সাঙ্খ্য-যোগ হায়বা লম্বী অনী অসি পুন্না চৎপা ঙম্লোই অদুগা কর্ম্ম-যোগনা মাগী বর্ণগা চুনবা লম্বীনি হায়না তাকপীরম্মী। অদুনা ধর্ম্ম ঙাক্লনবগীদমক্তা হকচাঙগী ৱাখল থাদোক্তুনা লাল তৌরো

হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা পাউতাক পীবিবনি। মসিগী পাউতাক অসি মচীং-মশোল ওইনা ইবুংঙো মহাক্না হেক্তা পীখিবা নত্তে। অর্জ্জুনগীদমক্তদি "লাল-তৌবা" হায়বা অসিনা মহাক্কী স্বধর্ম্মনি।

অদুবু লালগী চিরবা পুংফমদুদা লেমজদবা পূক্নীং-ঈথীল অমা অর্জ্জুনদা লাকখি। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুন্না হায়রগা মাগী পূক্নীং থৌগৎখি ঃ "অকনবা মীশিংদি খোঁনা হন্থদে, হে অর্জ্জুন, মরমদি মদুনা স্বর্গগী সনথোঙ থিংগনি; মালেমসিদনা মদুনা মিংচৎতুম থীহল্লি। নপূকচেল শোঙ্গরকপা অসি তৌগনু। মসি নঙনি হায়বদা মতিক চাদে, লেমজদে। লংথোকখ্রো নঙগী করিশু লৈত্রবা থম্মোয় খুৎশোনসি, অদুগা লাল-থেংনবগীদমক্তা হৌগৎলো।" ৱাফম অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকপা মতমদা অর্জ্জুনদি তুমিন্না লৈগদবা মীতা অমা নৎলমদে। অতোপ্পা মীশক অমা ওইরম্লবদি ইবুংঙো মহাক্কী ৱাফম অসি তাবদা মখা অমুক ৱাহং চথবা ঙম্লম্লরোই। অদুবু অর্জ্জুনদি ইবুংঙো মহাক্কী ৱাফম অদুদা অসুন্না খুমখি ঃ "নিংথৌগী লৈবাক অমসুং সিংহাসন ফংনবগীদমক্তা হে-লৈনচিংবা কচ্চদুনা লাৎপদা মতিক চারবা ইবুধৌ ভীষ্ম, গুরু দ্রোণ অমসুং অতৈ লাই-গুরুশিংনচিংববু করম্না তেন কাপ্তুনা ঐনা লাল-থেংনবা ঙম্লগনি? ভীষ্মগা দ্রোণগদি দুর্য্যোধনগী মচেঙ-মরল চারুবা মরম্না মাগী মীচং ওইখ্রে। মখোয়বু হাৎকদবগী মহুত্তা ভিক্ষা নিদুনা লেল্লুবনা হেন্না ফৈ। মখোয়বু হাৎলগা তাইবং-সংসারগী ওইবা নুংঙাইবা ফংবদি মখোয়গী ঈ-তোৎলবা লল-থুমগী নুংঙাইবা চাবগুম্বনি। ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাৎলগা ঐখোয়না করম্না হিংদুনা লৈনীংগনি? মখোয়না লাল ঙমখিবগা নত্রগা ঐখোয়না ঙমহৌবগা করম্বনা ফরিবনো হায়বদু ঐখোয় খঙজদে। ঐগী থম্মোয় অসিমক মীনুংশিদগী পোক্লকপা শোঙ্গবা মতৌ অমনা চৈথেং পীরে। ধর্ম্মনা করম্বনো অদুগা অধর্ম্মনা করম্বনো হায়বা লেপ্পা ঙমদ্রে। ঐদি অদোমগী শিষ্যনি। নফমদা চঙজফম থিজরিবা ঐঙোন্দা অসুম তৌ হায়বদু তাকপীয়ু।"

হৌজিক্তি অৱাবগী পোৎলূম অদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা থোঙ্গৎপা হৌখ্রে। মীনুংশিনা থুম্নাৎখিদুনা অৱাবনা লাঙ্গোয় চল্লিবা অদুদগী কনবিনবা অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা চঙজখ্রে। ভগবান হায়বা ৱাহৈ অসি য়াম্না তোইনা শীজম্নরে, মতুংদসু শীজন্নরকখিগদৌরি। মরম অদুনা "ভগবান" হায়বসি করিনো খঙজিনবা দরকার ওই। ব্যাসদেবগী মপাবুং পরাশর মুনিনা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ "লল পূম্বা, শক্তি পূম্বা, মিংচৎ

পুম্বা, ফজবা পুম্বা, ত্যাগ পুম্বা — মখোয় পুম্বগী মপু ওইবা পরমেশ্বরবু "ভগবান" কৌই।" অদুগুম্বা ভগবান অদুবু অর্জ্জুননা মাগী মরূপ অমসুং গুরু ওইনা ফংজবসে কয়াদা মাগী মরাইবক ফগ্রবনো! ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনদা "মরূপ" হায়বা ৱাহৈ অসি শীজম্নে। "মরূপ" হায়বা মতৌ অসিদদি অকিবগী মমি তাদে। মরমদুনা অকিবা অমতা লৈতনা অর্জ্জুননা মাগী চিংনবশিংদু কোক্নবা শ্রীকৃষ্ণদা ৱাহং কয়া কয়া তুকা থি-থিদুনা হংখি অদুগা মমুৎ-তানা খঙনবা মরৈ কয়াসু য়েংখি। মরমশিং অসিনা মাবু হেন্না মপুংফাবা পাউতাক ফংলিবা মী ওইহনখি। অদুগা মমৈথংদা মমাংঙৈগী মরূপ ওইবগী ৱাখল অদু অমুক থাদোক্লগা শিষ্য ওইনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজে। কুরুক্ষেত্রগী লান্‌ফমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গুরুগুম অদুগা অর্জ্জুননা শিষ্যগুম অনীমক দোলাই মশা অমতদা তোংমিন্নে। মরম অসিদগী অর্জ্জুননা গীতাগী পাউতাক লৌবদা মতিক-চাবা মীওই অমা ওইখ্রিবনি।

শিষ্য অমনা খঙগে য়াওনা ভক্তিগা লোয়ননা মতিক চাবা গুরু অমগী লমজিং মখাদা চঙজদ্রবদি, মহাক্কী হোৎনজবা পুম্বা মপুংফাবা ঙম্লোই। মদুগীসু মথক্তা অমুক, শ্রীভগবানগী সেবাদা চঙজগে হায়রবসু অদুগুম্বা মতিক-চাবা গুরু অমগী মফমদা চঙজবা দরকার ওই। সৎগুরুদি শ্রীভগবানগী মতিক-চাবা মহুৎশিনবা মীনি। গুরুনা পেল্লবদি শ্রীভগবাননসু পেল্লি। অদুগা শিষ্যশিংগীদমক্তদি মখোয় মশা মশাগী মরালশিং নত্রগা অশোনবশিং হান্না হন-হন্দুনা থিদোকপনা মখোয় মখোয়গী হরাও-নুংঙাইনবা চঙখোনবা গুণশিংবু ফংনবা হোৎনবদগী হেন্না কান্নে। মসিবু তৌবা ঙম্নবদা, শিষ্য অদু য়াম্না থুনা চাওখৎলে, অকিবা অমসুং নুংনাঙবা অমতা লৈত্রে। অর্জ্জুননা মদুগী থাক অদু মমৈদা য়ৌখি। থম্মোয়না শেংদ্রিবফাওবদি কনাগুম্বা অমনা মতিক-চাবা শিষ্য অমা ওইবা য়াদে। অদুগা অমুকসু, মতিক চাদবা শিষ্যবু মতিক চাদবা গুরুনা লমজিংলবদি মমিৎতাংবা মী অমনা মমিৎ তাংবা মী অমবু খুৎশমদুনা পূবগুম্বনি। হৌজিক্তি অর্জ্জুননা শিষ্য অমা ওইনা জগৎগুরু শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াখাদা চঙজদুনা গুরু-ভক্তি উৎলে। মসি অথোইবা ফিদম অমনি। অর্জ্জুনদি মরাইবক য়াম্না ফরবনি মরমদি মহাক্না মহাক্কী পুন্সীগী ঈপাক লানবদা শ্রীভগবানমক্না হিরোই ওইখ্রে। মখোয় অনী অসি অয়ৌবী ফীদম্নফম ওইবা গুরু-শিষ্য হায়বদু ওইরে।

জগৎ গুরু শ্রীকৃষ্ণনা শিষ্য অর্জ্জুনদা তত্ত্বজ্ঞানগী মরমদা হায়বা হৌরক্লি। তত্ত্বজ্ঞানবু

লৈজবা ঙম্লবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি আত্মজ্ঞানগী মঙাল ফাওরক্তুনা হিংলিঙৈদসু শিরগসু অঙাল-লম্বীদা চৎপা ঙমই। মীওইবগী মপোকসি মপোক মপোক হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক্তগী অথোইবনি। ব্রহ্মামক্তা পোকঙমদ্রবা মপোক্কি হায়নরিবনি। মপোকসিদা কনাগুম্বনা তাইবংগী অরা-অনাদগী নত্রগা মায়াগী লাংদগী লীখোক্রবা মতমদা মানা ঈশ্বর ফংবা ঙমই। ঐখোয়না মী ওইনা পোক্লকপগী তোংজবা হায়বদুদি অমর ওইনবা হোৎনবগী খুদোংচাবা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পীনবিবদুনি। মালেমগী মপাম্নোংগী পোৎশিং অসিনা অমর ওইবগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা ফীভম অদু মীওইবদা পীবা ঙম্লোই। মখোয়না পীবা ঙম্বশিংদি মখোয়গা মরী লৈনবা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ওইবা ঙমখে নাইবা তাইবংগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বনা তাইবংগী নুংঙাইবগী মশক লৌরিবা অরাবদগী লানখৎখ্রবদি মদুদা মহাক্না ফংলিবা নুংঙাইবা মনুংঙাই অদুদি ঙমখে নাইদ্রে, অতৈগী মখা পোন্দ্রে অমসুং মপুং পুংফা ফারে। মদুদা তাইবংগী অরা-অনানা মনাক নক্লুবফাওবা ঙমদ্রে। মদুনি অমর ওইবগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা হায়বদো, সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপ অদুদা লুপ্না হায়বদো। গীতাগী মতুংইন্নদি পুন্সী অসি লোইরগা অওইবা পুন্সী হায়বদু হৌগদবনি, অদুগা অওইবা পুন্সীদু ফংগে হায়রগনা আত্মজ্ঞান লৈবা তাই। জীব পূম্নমক্তা মহাক্কী আত্মা অদুমক লৈ হায়না খনবা ঙম্লবা কনাগুম্বা মহাক অদু আত্মজ্ঞান লৈরবনি অমসুং মহাক্না পুম্নমকসি মাগা মশাগী মশা অমতনি হায়না খঞ্জবা ঙম্লবনি। আত্মাগী অপেনবা ফংলবা মী অমগী মপূক্লীংদি মতম চুপ্পদা মাকা-লাম্না লৈরবনি অমসুং মহাকপু মালেমসিদা লৈনা লৈনা মুক্তি ফংলবনিসু হায়নৈ। মহাক্কী জীবাত্মা, পরমাত্মা অমসুং প্রকৃতিবু মপুংফানা খঙলবা য়াম্না মপূক্লীং তপ্পা মীশক অমনি।

হোংবা নাইবা হকচাঙগী হোংদবা হায়বদু লৈতে। অঙাং ওইরম্বদগী মথোৎ কারকপা, অদুদগী মীয়ায় চল্লকপা, অদুদগী অমুক অহল ওইরকপা অদুগা শিবা হায়বা অওনবশিং অসি হকচাঙদা মথং মথং থোরকই। অদুগা আত্মাদি মতম পূম্বগী ওইনা অদুম হোংদনা লৈ। হকচাঙদি পঞ্চভূতনা শাবনি অদুগা আত্মাদি "চিৎ" না মচাক ওইরগা শাবনি, পঞ্চভূতনা শাবা নত্তে। আত্মানা পোৎচাক্কী ওইবা হকচাঙদগী থোকখিবগা হকচাঙসি শিরে, কীহ্নরে। শিরবা তুংদা আত্মাসি শিরবা হকচাঙদুদা থবায়-পান্দবা পোৎকী পাম্বৈনা লৈহনবা ঙমদে। জ্ঞান য়াওদ্রবা, থবায়-য়াওদ্রবা হকচাঙবু অশিবা হকচাঙ কৌই।

"সৎ" অমসুং "অসৎ" হায়বা ৱাহৈ অনী অসি আত্মা অমসুং থৱায়-পান্দবা পোৎচাক হায়নসু মথংশিংনা খঙনৈ। শিবা নাইবা হকচাঙগীদমক্তা খল্লগা ইন্দ্রিয়শিংগী মখা-পোল্লিবশিংদুদি মাঙজরবনি। ঐখোয়গী হন্দক-মপোক্কী হকচাঙশিংনা মাঙখ্রবা মতুংদা ঐখোয় পুম্বা লৈররোই হায়বগী ৱাফমদি তশেংনমক নত্তে। আত্মাগীদি খম্বা-লোইবা মতৌ লৈতে। কনা অমতনা আত্মাবু মাঙ-তাকহনবা ঙমদে। মসিদি লৈদুনতা অদুম হোংবা নাইদনা লৈজবনি।

মীওইবনা মশাদা পক্লিবা অমনবা চরৈ হন্দোক্লগা অহনবা অমা হোংবগুম, অদুগুম্নমক হেক, হকচাঙনা শিবা মতমদা আত্মানা অশিবা হকচাঙদু থাদোকই অদুগা মতুংদা অতোপ্পা অনৌবা হকচাঙ অমা লৌই। শিরগা অনৌবা তগৎ-তগৎ তেকপা হকচাঙ অমসুং নহা ওইবগী পাঙ্গল ফংগনি হায়রবদি য়াম্না শোল্লবা অহলশিংনা শিবগী মরমদা করিগী ৱারুফম থোকই? ৱারুফম থোক্তে, মখোয়না শিববু য়াম্না হরাউনা য়াফম থোকই। অদুবু কর্ম্মগী মতুংইন্না শিরগা হকচাঙ হোংদোক-হোংজিল তৌবা অসিনা নুংঙাইনবগীসু ওই নত্রগা ৱানবগীসু ওই। ভীষ্ম অমসুং দ্রোণদি মহাত্মা ঙাক্তনিনা শির-তুংদা মীরমলেনগী হকচাঙসি নত্তবা লাইগী ওইবা হকচাঙ ফংদুনা লাইরৈবাক্তা লৈনবগী তাঞ্জা ফংগনি। অদুগীসু মথক্তা ধর্ম্মগী লান্‌ফমদা মখোয়গী হকচাঙশিংদু হাত্তোকপদুনা অহোয়নদুম মখোয়না নুংঙাইফম থোকই, মরমদি মদুনা মখোয়না তৌরম্বা কর্ম্মগী ফল ওইবা পাপপু চামথোক্লবা পাম্বৈ ওইগদৌরিবনি। মরম অদুনা অর্জ্জুননা মখোয়বু হাৎপদা ৱাফম থোক্তে হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা তাকপী।

তাইবংগী অৱা-নুংঙাই, অঙৈং-অশানচিংবা পুংবা-পুংবাশিং অসিদগী লাম্থোক্কে হায়রবদি মুক্তিগী লম্বী থিবা তাই। জীবনা পোকপু পোক্লবদি শিবা হায়বসিমা লম্মন তোল্লে; শোয়দনা শিগনি। অমুক হন্না পোক্লক্তনবা শিবা খুৎশি অদু কনাগুম্বনা শিরগা মহাক মুক্তি ফংবা ঙমই। মুক্তি ফংনবগীদমক্তদি কর্ম্ম-যোগী অমনা মাগী তৌরিবা থবকশিং অমসুং থবকশিংদুগী ফলশিং অদু ঈশ্বরদা কখোক্তুনা থম্মোয় হান্না শেংদোক্কদবনি। মানা মাগী মথম্মোয়বু শেংদোক্লবদি ঈশ্বরগী থৌজাল মঙোন্দা শোয়দনা লাক্কনি অদুগা মদুনা উপায় ওইরগা মহাক্না তত্ত্বজ্ঞানদা পুক্নীং লৈতাবা ঙম্লক্কনি। মহাক্না তাইবংগী পোৎশকশিংদা পুক্নীং চঙলক্লোই। মাগী মপুক্নীংনা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ হায়বা পঞ্চভূতকী মতৌ-মরাংশিং অসিদগী হন্দোকপা ঙম্লকই। অদুদগীদি

আত্মাগী অশেংবা শ্বরূপ অদু ঙাম্থোরকই। অদু ওইরবদি স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা ঙমলক্রে। স্থিতপ্রজ্ঞদি অপাম্বা পুম্বদগী লাম্থোক্লবনি অদুগা আত্মজ্ঞানখক্তদা লৈবনি। মহাক্না লূপ্লীবা মনুংঙাই অদুদি মপাম্থোংগী ওইবা পোৎশকশিংদগী পোক্লকপা নত্তে। তাইবংগী ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমনা মঙোন্দা অৱাবা নত্রগা নুংঙাইবা মখল অমতা পুরকপা ঙম্লোই। মশানকী অওইবা মশক আত্মাবু খঙজদুনা মহাক্না মথন্তদা মথন্তনা পেঞ্জবা ঙমলকই। মসিগী নুংঙাইবা অয়ৌবী অসিদি কনানা খঙবা ঙমদে, মদুগী মীশক অদুনতা খঙজে। মহাক্কী শেংদোক্লবা পুক্লীংগী মীৎনা ঈশ্বরবু উবা ঙমই। তাইবংগী নুংঙাইবা অপুম্বসি মঙোন্দদি করিগু লৈত্রে। নুমিৎনা থোরকপা মতমদা থৱান্মীচাকশিংগী মশক উবা ফংখিদবগুম মহাক্না স্থিতপ্রজ্ঞ ওইদ্রিঙৈগী মমাংদা মাগী থম্মোয়নুংদা থুপ্তুনা লৈরম্বা অপাম্বশিং, অৱাবশিং, চিংনবশিং, অকিবশিং অমসুং খঙদবশিং পুম্নমক জ্ঞানগী নুমিৎনা থোরকপা মতমদা মাঙখি।

অদুবু, কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা ইন্দ্রিয়শিংগী মপানগী মচাকশিংবু খল্লুবদগী অদুগা মখোয়বু হন্না হন্না নীংশিংলুবদগী অপাম্বা পোক্লকই। অপাম্বগী ঙমখৈ লৈতে। মসিবু খক পেলহনবা ঙম্লোই। অপাম্বা অদুবু ফংদ্রগা নত্রগা ফংনবা তাঙ্করকপদা অকায়বা লৈরক্লগা অশাউবা পোক্লকই। অশাউবদগী পুক্লীংগী চমম্লবা লাকই। পুক্লীংনা চমম্লদুনা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা ওন্ন-তৈনবা থবকশিং তৌথ্রবদি, আত্মাগী অশেংবা মঙাল অদু নিংথিনা মাগী অমকপা থম্মোয়দা তাবা য়াদবা মরমনা আত্মাগী অশেংবা শ্বরূপ অদুবু নীংশিংবা ঙমলক্তে। নীংশিংবা মাঙবসিদগী অচুম-অরান খম্ব-ঙম্বগী নত্রগা বুদ্ধিগী পাঙ্গল মাঙখিদুনা মীবু মাঙ-তাকপদা চিংলকই। বুদ্ধিনা মাঙখ্রবদা পুম্মাঙ-মাঙলে।

বুদ্ধি, পুক্লীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং — মখোয় অহুম অসি অমগা অমগা মতেং-পাঙনরগা থবক অমা পাঙথোকই। পুক্লীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা বুদ্ধিগী মখা পোন্না থবক তৌরবদি ফরে; অদু নত্তদুনা, পুক্লীংনা বুদ্ধিগী মখা পোন্দনা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নরবদি অৱাবগী মশক্কি। পুক্লীংবু বুদ্ধিগী মখা পোলহল্লবা মতমদনা, আত্মজ্ঞান ফংনবগী তাঞ্জা ফংই। বুদ্ধিনা বা-লেপহল্লগা, অসুম্না নিংথিনা লেপ্লবা বারেপ অদুবু শোয়দনা পাঙথোক্লবদি, ইন্দ্রিয়শিংনা কা-হেনবা ঙম্লোই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তাকপীরিঃ "অর্জ্জুন! ইন্দ্রিয়শিংবু মপুংফানা খুদুম চম্লু, অদুদগীদি নহাক কিনীংঙাই লৈত্রে, মখোয়শিং অদু হুইয়া শত্তোক্লবা লিলশিং ওইরে।" অদুবু লাকঙম-ফাঙমদ্রবা




ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম-চন্দুনা থম্বা হায়বসি য়াম্না অৱাবগী মশক্নি। ঐখোয় মীওইবশিংদি লায়রদুনা দেব-দেবীশিং ফাওবা ইন্দ্রিয়বু জয় তৌবা ঙমদবা মতাং লাকখি। "মতম অমদা মহাদেবনা ধ্যান তৌরিঙেদা পার্ব্বতীনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা কাইহৌরকখি। মদুদা মহাদেবনা য়াবিখি অদুগা মদুগী ফল অমা ওইনা কার্ত্তিকেয় হায়বা মচা অমা পোকখি। অদুবু হরিদাস ঠাকুরগী মফমদদি ফনা পার্ব্বতীনা মহাদেবদা কাইহৌবগুম মঙোন্দা মায়াদেবীনা মিহৌহল্লবসু, থবক অদু মায়-পাকখিদে। মসি পূম্নমকসি হরিদাস ঠাকুরনা শ্রীভগবানগী মফমদা মক্ত্রবা অমদি অচেৎপা ভক্তি থম্বননি।"

শ্রীভগবানগী অশেংবা ভক্ত অমনা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু ইবুংঙো মহাক্কী সেবা তৌবখক্তদা শীজন্নে অদুগা অতে মতমদদি ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লগা, থেঙ্গুনা মাগী কয়াৎশিংবু কুয়োমনুংদা থূপচিন্দুনা খুদম চল্লগা থম্বগুম, থূপচিন্দুনা থম্মি। ঈশ্বরগী ভক্ত অশেংবা ওইরবা মতমদা, হোৎনরুবা নাইদনা ভক্তনা মশা মথন্তা অদুম সংসারগী নুংঙাইনীংবা পোক্রক্তদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু মপুংফানা লাকশিনবা ঙম্নকই। ঈশ্বরবু পুক্নীং চঙনা নীংদুনা যোগদা মরা চেৎনা লৈরিবা কনাগুম্বা মহাক অদুবু অচেৎপা বুদ্ধি লৈবা মী অমনি হায়না খঙনৈ। মহাক্না পুক্নীং উন-ৱাইমুক চীক্না পোখাবা ফংই, অদুগা মাগীদমক্তদি তাইবংগী অৱা-অনা পূম্বা কেমদুনা মাঙখ্রে। অদুগা ইন্দ্রিয়-খুদুম-চন্দ্রবশিংগীদমক্তদি ঈশ্বরদা হীরীকোনবা হায়বদু লৈতে। বুদ্ধি-মুন্না-তৌদ্রবা মীশক অদুগীদমক্তদি পুক্নীংগী শান্তি লৈতে অদুগা পুক্নীংগী শান্তি লৈতনসু "নুংঙাইবা" হায়বদু মঙোন্দা লৈবা হৌনদে।

অদুবু মপাম্বোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌবা ঙাক্তনদি ওইবা য়াদ্রি। মপাম্বোংগী পোৎলম ময়ামগী সংসার অসিনা পুক্নীংবু নত্রগা কনাগুম্বা অমবু মপানলোমদা চিংথোকলিবমখৈদি, মদুদগী পোক্রক্কদবা পুক্নীং-ঈথীলশিংদগী লাক্কদবা খুদোংথীবা অদুদি অদুম লৈরি। পুক্নীংনা লামলুরিবা অপাম্বা অদুগী চৈথেংদি অদুম লৈগনি। মরম অদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনবগা লোয়ননা পুক্নীংবু খুদুম চনবসু দরকার ওই। খুদুম চনবা অনীসিগী মরক্তা, পুক্নীংদুতবু নিংথিনা লাকশিঞ্জবা ঙম্নবদি, মদুখক্তনা য়ারে। অদুদগীদি মপাম্বোংগী ওইবা ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌরুবগী দরকার লৈত্রে। পুক্নীংনা নীংলগা মপানগী ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মচীঞ্জাক ওইরিবা পোৎশকশিংগা থবক তৌরকপনি। পুক্নীংদুনা পোৎশকশিংগা পক্ন-শম্নদ্রবদি, ইন্দ্রিয়শিংগী চাক্তাফম লৈতদুনা মখোয়গা পোৎ-চৈগী তাইবংগা লৈনরিবা মরী অদু ককথৎখিগনি। মরী অসিবু ককথৎলবা মতুংদদি

ইন্দ্রিয়শিংগী চাকতাফম লৈরক্তে অদুগা পূক্নীংগী শান্তি লৈরে। শান্তি লৈরবদি নুংঙাইবা লাক্লে। ফীভম অসি য়ৌরক্লবা মতমদদি পূকচেল ফাবা ঙম্বা মুনি অমনা নিংথিনা ধ্যান তৌবা ঙমলে অদুগা আত্মাদা শান্তি ওইনা পোথাবা ঙমলে। মদুনা স্থিতপ্রজ্ঞ অমগী খঙনবা খুদমনি।

স্থিতপ্রজ্ঞ অমগী মফমদদি অপাম-পামদবা হায়বদু লৈতবা মরম্না, মহাক্না আত্মাদগী পোক্লকপা অশেংবা নুংঙাইবা অদুদা অদুম লূপ্তুনা লৈ। আত্মাগী অপেনবা ফংলবা মী মহাক অদুগী বুদ্ধিদি মতম চুপ্পদা মোং-হাদনা লৈ। মপূক থল্লবফাওবদসু ঈহোং-হোংদনা লৈবা সমুদ্রদা মায়কৈ খুদিংদগী ঈশিং ময়াম্না চেনশিল্লকপা মওঙদা অপাম্বা পূম্বনা মঙোন্দা চঙশিল্লক্লবফাওবদসু মপূক্নীং ইহোং-হোংদনা লৈবা মীশক অদুনা শান্তিদা অদুম লৈ। মহাক্না হৌগত্তুনা লৈবা মতমদা সাধারণ মীশিংনা তূমদুনা লৈগনি। মাগী অহিং ওইবা মতমদু সাধারণ মীশিংগীদমক্তদি অয়ুক-নুংথিলনি। মসিগী নুং-গী অর্থদি ওয়্খোক্লা নির্থিজে। ব্রাহৈনা তাক্লিবা অর্থদুদগীদি নুং-গী অর্থনা য়াম্না লাপ্না লৈ। "তূম্বা" নত্রগা "অহিং" হায়বসিনা করি খঙনৈ? অহিংদা ঐখোয়না তূম্বা মতমদা ইন্দ্রিয়শিংসি পোথাদুনা লৈ। "তূম্বা" হায়বা অসিদি ইন্দ্রিয়শিংবু থবক-ইন্‌খাঙ তৌহন্দবদগী পোক্লকপা মনুংঙাই অদুবু খঙনৈ। অদুগা "হৌগত্তুনা লৈবা" নত্রগা "অয়ুক-নুংথিল" হায়বসিনা করি খঙনরিবা? অয়ুক-নুংথিলদদি ঐখোয় হৌগত্তুনা থবক-ইন্‌খাঙ তৌরগা লৈ। মতম অসিদা সাধারণ মীশিংনা মহৌশাগী মহৌশা ওইনা য়াইকাইদুনা মীৎকূপ-নাহুম শেন্নরগা লৈ। মখোয়না ইন্দ্রিয়শিংদা মচীঞ্জাক হুল্লি অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনা তাল্লক-তাল্লকপশিং অদুগী মতুং ইল্লি। মখোয়না হকচাঙগী ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈ। স্থিতপ্রজ্ঞদি অদুম হায়না তৌদে। মহাক্তী আত্মজ্ঞানদদি হৌগথলি অদুগা হকচাঙগী মরমদদি থৌশাবিরুদে। মীচমশিংনা আত্মাগী থাক্তা তূম্মী অদুগা হকচাঙগী থাক্তনা হৌগথলি অমসুং মীৎকূপ-নাহুম শেন্নদুনা লৈ। তশেংনা হায়রবদা, মীচমশিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা থিবদা মমীৎ শিংই অদুগা স্থিতপ্রজ্ঞনা আত্মা-নীংবগী মতাংদা মমীৎ শিংই। মীচম্না আত্মতত্ত্ববু থিবগী মতাংদা তূম্বগা চপ মান্ননা লৈথোকই অদুগা স্থিতপ্রজ্ঞনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা থিবগী মতাংদা তূমখুল-হুন্দুনা লৈবগা চপ মান্ননা লৈথোকই। অনী অসি ওন্ন-তৈনবনি। মরম অদুনা স্থিতপ্রজ্ঞদি মীচম্না থরায়-য়াওনা শেন্নদুনা লৈরিবা ইন্দ্রিয়গী ওইবা সংসারগী অবা-নুংঙাইসিবু থৌশাবিরুদে। মহাক্না ঈশ্বরগী ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈগনি অদুগা ঈশ্বরবু ফংলবদি পূন্নমক ফংলবনি হায়না

মানা লৌগনি।

সংসারগী অপাম্বা পূম্বা থারবা, ফংনীংবগী পান্নুবা লৈত্রবা, মশাগীনি হায়বা ৱাখল য়াওদ্রবা অমসুং ঐনা মহেল্লে হায়বা নাপল লৈত্রবা মহাক্তুনতা পূন্নীগী অশেংবা শান্তিদু ফংই। মসিদি ঈশ্বরগী ওইবা ফীভমদুনি, ব্রহ্মজ্ঞানদা তুংদুনা লৈবদুনি অমসুং সংসারগী থাক্তা লৈতবা হায়বদুনি। অমরোমদা হায়রগনা মসিদি মায়াগী লাংদগী লাম্থোক্লবা হায়বদুনি। ফীভম অসিদবু য়ৌরবদা, কনা অমতা নমথাক চঙদ্রে, লম্বাংনদ্রে অমসুং চমমনদ্রে। মতৌ অসুম্না পূক্নীং লৈতানা লৈবা ঙমখ্রবা মহাক অদুদি, মাগী পূন্নীগী অরোইবা পুংজামক্তদা ফাওবা, চীঙু মশায়কোন্দা চঙবা ঙমজে অদুগা ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইনা ওইসিন্নবা হায়বদু ফংজে।

---

# তাঙ্কক অহুম

অহুমশুবা তাঙ্কক্কী মমিংদি "কৰ্ম্ম যোগ" হায়না কৌই। মমাংগী তাঙ্কক অনীদা গীতাগী লংলা-লংজিল চাওরাক্লা খর ফোঙদোকখ্রে। সংসারগী অফা-অপুন্দগী নাঙ্গোক্লবা, আত্মাগী অশেংবা মশক খঙননবা অমসুং পুন্সীগী অরোইবা পম্থুং অদু য়ৌননবা লম্বী অদু ভগবান শ্ৰীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপীখ্রে। গীতাগী পাউতাক্লা ঐখোয় মীওইবদা মুক্তি ফংনবগী লম্বী তাকপীবনি। হিন্দু ধৰ্ম্মদা মুক্তি ফংনবগী লম্বী অনী লৈ। অমনা "জ্ঞান-মার্গ" হায়বা জ্ঞানগী লম্বী অদুনি অদুগা অতোপ্পা অদুনা "কৰ্ম্ম-মার্গ" হায়বা কৰ্ম্মগী লম্বী অদুনি। "জ্ঞান-মার্গ" গী অর্থদা "সাঙ্খ্য" হায়বা ৱাহৈ অসি অদুগা কৰ্ম্ম যোগগী অর্থদা "যোগ" হায়বা ৱাহৈ অসি গীতাদা হন্না হন্না শীজনৈ। জ্ঞান-মার্গদা চৎপা কাঙবুবু সন্ন্যাস মার্গদা নত্ৰগা নিবৃত্তি মার্গদা চৎপশিং হায়না খঙনৈ। কৰ্ম্ম-মার্গদা চৎপশিংনা কৰ্ম্ম থাদোক্তে হায়দুনা মখোয়বু প্রবৃত্তি মার্গদা নত্ৰগা যোগ-মার্গদা চৎপশিং হায়না খঙনৈ।

কৰ্ম্মগী মতাংদা হায়রবদা, সকাম কৰ্ম্ম অমসুং নিষ্কাম কৰ্ম্ম হায়বা কৰ্ম্ম মখল অনী লৈ। সকাম কৰ্ম্মনা থবক তৌরিবা মীশক অদুবু পুল্লি অদুগা নিষ্কাম কৰ্ম্মনদি মাবু পুন্দে। সকাম কৰ্ম্ম হায়বা অদুনা থবক্কী লাক্কদবা মহৈঃবু লোক্কে অমসুং চাদুনা নুংঙাইগে হায়বগী আশাদা থবক অমা অমা তৌই। মখোয়না থবক অদুগী মহৈঃদু তানবদা মায়পাক্লবা কন্না

হোৎনৈ। মখোয়না তৌবা থবক খুদিংমক থবক অদুনা শোয়দনা ফংহনগদবা মহৈংদুগা নত্রগা পান্দমদুগা ঙম্মীবমখৈ চুনহনগনি। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা শিরগা, মখোয়না তাল্লক্লিবা অমসুং মদুগীদমক্তা থবক তৌরক্লিবা লোকশিং অদুদা মখোয় চৎকনি, অদুগা মফম অদুদা মখোয়গী থবক্কী মহৈংশিং অদু চাবা য়াবমখৈ চাদুনা লৈরম্লগা মখোয় অমুক মপোক অমা পোক্কুনা মালেমদা হল্লকপা তাই। থবক্কী ফলনা অহানবা মরুওইবা পূক্নীংগী ঈথিল ওইদুনা তৌবা সকাম কর্ম্মশিংবু গীতানা য়াদে। অমরোমদা নিষ্কাম কর্ম্ম হায়বদুদি থবক তৌরুবগী মহৈং পাম্বা য়াওদনা তৌবা কর্ম্ম অদুবুনি। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবিশিংনা ঈশ্বরবু ফংনবা মওংদা থবক খুদিংমক পাঙথোকই। মরম অদুনা মখোয়না ফত্তে হায়বা করিগুম্বা থবক অমতা তৌদে; অদুগা তৌরিবা থবক অমসুং মদুগী ফল পূম্নমক মখোয়না ঈশ্বরদা কখোকই।

তাইবংগী ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা ফংনবগী পান্দমগা লোয়ননা তৌবা সকাম কর্ম্মনা নিষ্কাম কর্ম্মদগী মগুণ য়াম্না হন্থে। ঐখোয়না "যোগ" হায়রগা "নিষ্কাম কর্ম্ম যোগ" বু খঙনগনি। যোগনা কনাগুম্বা অমবু পোকপা অমসুং শিবগী চক্রনা লৈ-লৈদুনা পুরগা চৎপগী অকিবা অদুদগী কনবিগনি অদুগা অরোইবা পম্মুং য়ৌনবা লমজিংবিগনি। যোগী অমনা জগৎকী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা পরমেশ্বর ভগবানদা লোয়না কখোকই। ইবুংঙো মহাকপু পেলহনবা ঙম্লবদি, মদুনা মীওইবা খুদিংমকপু পেলহল্লবনি হায়বসি মহাক্কী মতনি। ইবুংঙো মহাক্কা পেল্লগা কনাগুম্বা অমনা অরোইবা পম্মুং য়ৌগদৌরিবনি। স্বর্গ নত্রগা নরক য়ৌবনা মীওইবগী পম্মুং নত্তে। পরমেশ্বর ভগবানদা অমতা ওইনা তিল্লুবা অদুনা অরোইবা পম্মুংনি। কর্ম্মগী মতুংইন্না কনাগুম্বনা স্বর্গ ফাওবা কাবা ঙম্লবসু, মফমদুদা কর্ম্মগী মহৈং চাবা লোয়রগা মানা মালেমদা অমুক হল্লক্কুনা মপোক অমমুক তম্লগনি; ফত্তবা কর্ম্মগী ফল অমা ওইনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা নরক্তা তারবসু, মাগী লঙজরুবা পাপ অদুগী চৈরাক ফংফম থোকপা ফংবা লোয়রগা মালেমদা অমুক হল্লক্কনি। অসুম্না মীওইবনা মানা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী মতুংইন্না কর্ম্মগী মহৈং চাই। অরান-খুভম নত্রগা মুক্তি নত্রগা মোক্ষ ফংদ্রিফাওবা জীবনা কর্ম্মগী মহৈং চাবা লেপ্তে।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা মতাংদনা "জ্ঞাননা থবক্তগী মথক থোংই, মগুণ লৈবা হেল্লি" হায়বা অদুগা অতোপ্পা মতাংদনা অমুক "কর্ম্ম তৌ, কর্ম্ম থাদোকপা য়াদে" হায়বা অর্থ অনী-লোঙবা ৱাফমসি অর্জ্জুনদা তাকপী। অনীসিগী মরক্তা নৈশিন্নবা নত্রগা

ফাক চৎনবা অমা অর্জ্জুননা ফংই। মসি অর্জ্জুনগী চমন্নবা ৱাফমনি। মরম অদুনা মহাক্কী পূক্নীং পোরেপফম খণ্ডলমদে। সাঙ্খ্যশিংনা চৎপা জ্ঞানগী লম্বীনা ফবা হেনবরা অদুগা থবক অমসুং থবক্কী ফল ঈশ্বরদা কখোক্লবা যোগীশিংনা চৎপা কর্ম্মগী লম্বীনা ফবা হেনবরা হায়বসি অর্জ্জুন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা হংবা ৱাহংনি। চমন্নরিবা অসিবু ইবুংঙো মহাক্না শেংদোকপীরকপা অর্জ্জুননা পান্নম্মী। গীতাগী অথুপ্পা মরোল অদু মীচমশিংনা ইৱায়-লায়না খঙবা ঙম্নবা অর্জ্জুনগী মচীন্দগী ৱাহং অসি থোকহনখিবনি। ৱাহং অসিগী পাউখুম অমা ওইনা শ্রীভগবাননা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ "জ্ঞানগা কর্ম্মগা ওন্ন-তৈনবা লম্বী নত্তে, অনীসিগী পন্থুংফম অমতনি। তৌবতদি জ্ঞানী অমা ওইবদা মতিক চাবা মীনা জ্ঞান যোগদা অদুগা কর্ম্ম যোগী অমা ওইবদা মতিক চাবা মীনা কর্ম্ম যোগদা চৎলগা পন্থুংফম য়ৌগনি।" অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু থম্মোয় শেংবা হায়বসিমদি তঙাইফদ্রে। থম্মোয়না শেংলবদা কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরগা মাগা লৈনরিবা লেঙদবা মরীদু তশেংনা খঙবা ঙম্নকই। থম্মোয় মোৎলিবা মীগীদি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরগা থম্মোয়গী অমোৎপা অদু হান্না শেংদোক্কনি অদুগা ঈশ্বরগী লম্বীদা চত্নুনা সন্ন্যাসকী থাক অদু য়ৌনবা লাক্লগনি। থাক অদু য়ৌরবদি, তপ নত্রগা অৱাবা সাধন কয়া তৌদুনা মপাম্বোংগী ওইবা খুৎশেমগী পাম্বৈনা ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌনবগী থৌরাং তৌরুদ্রবসু, মখোয় পূন্নমক মথন-মথন্তা তুকথজরকই অদুগা থম্মোয়গী অমম্বা পূম্বা কোক্লকই।

কনা অমতনা মশানা মী অমা হায়বদু ওইরিবমখৈদি থবক তৌবা তোকথোকপা ঙম্রোই, মরমদি মীপূম খুদিংমকসি প্রকৃতিদগী পোক্লকপা গুণশিংনা তঙাইফদনা মহাকপু নমদুনা থবক তৌহল্লি। মী খুদিংমক কর্ম্ম অমা নত্রগা অমা তৌবা তাই নত্রবদি সংসার অসি করিগু ওইবা ঙম্নরোই। হকচাঙনা তৌরিবা থবকশিংদি ইন্দ্রিয়শিংনা তৌরিবা থবকশিং অসিনি। ইন্দ্রিয়শিংনা থবক লেপ্নবদি জগৎ অসি লৈররোই। মরম অদুনা কর্ম্মগী কান্নবা য়েংদুনা শ্রীভগবান মশামক্না কর্ম্ম যোগ লিংখৎপীরম্মী। ঐখোয়না থবক তৌবা লেপ্নবদি ঐখোয়না হিংদুনা লৈবগী থবক অদু ওইথোক্রোই হায়বদি হিংদুনা লৈবা ঙম্রোই। চাবা, থকপা, স্বর হোনবা — মখোয়শিংসিফাওবা কর্ম্মনি। মসিগী থবকশিংসি য়াওদনা কনানা হিংবা ঙমগনি? জগৎসিদা লৈরিবা পূন্নমক অসি কর্ম্মগী লীপূন্না পুল্লিবনি। অদুবু সাধারণ মীওইশিংদা কর্ম্মগী ফলনা করিগীদমক্তা অৱাবা পীরিবনো? কর্ম্মনা কর্ম্মগী ফল থোকহল্লি; কর্ম্মগী ফলশিং অদুনা মখোয়বু অপাম্বা পোকহল্লি; মদুনা

কর্ম্ম মখা চখবগী পূক্লীং-ঈথিলশিং হৌহল্লি; পূক্লীং ঈথিলশিং অদুনা মীশিংবু অৱাবদা তাহল্লি। কর্ম্মদি তশেংনমক মশামক্কী ওইবা পুননবগী শক্তি লৈজদে; অফা-অপুন ওইহল্লিবদি থবক্কী মহৈ ঃ অদু ফংগে তাল্লুরিবা "অপাম্বা" অদুনি। মশা নুংঙাইনবগীদমক পোৎশিং ফংনবা তাল্লিবা অদুগা পূক্লীংগী ঈথিলশিং অমসুং অপাম্বশিংনা কোইহৌই-হোইরিবা মীশিংদু কর্ম্মগী ফল ওইনা অৱাবা নংই। তৌইগুম্বসুং "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা ৱাখল অদু থাদোক্লগা কর্ম্ম তৌরবা অদুগা তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী লাক্কদবা মহৈংশিংবু করিমতা পাম্বা লৈতনা মখোয়শিংদুবু ঈশ্বরদা লোয়না কখোক্লবদি কর্ম্মনা নত্রগা কর্ম্মগী ফলনা অৱাবা খক পীরোই।

অদুগা পেনবা হৈবা মীদি মনীং-মখা তম্বা ঙম্মী অমসুং মহাক্কী পূক্লীদা অৱাবা লৈতে। মহাক্কী অতোপ্পা কনাগী মখা পোন্দে অদুগা মঙোন্দা মহাক্লা থবক তৌই নত্রগা থৌবু ওই হায়বা ৱাখল অমতা লৈতে। অফবা ওইগে ওইসনু নত্রগা ফত্তবা ওইগে ওইসনু মঙোন্দা থোক্লীংবহেকমখে থোক্লকপদা মহাক্কী পেন্দুনতা লৈজে, মরমদি তাইবং মপুগী অনীংবদি মহৌশানা অদুম শোয়দনা থোক্কদবনি অদুগা মদুদি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী খুদোলনি হায়বসিদা মহাক্কী অদুম থাজদুনা লৈরগা পূক্লীংগী শান্তি ফংই। অপাম্বগী অপাম্বা ঙাক্তা ঙাইরবা, নুংনাঙদুনতা লৈরবা অমসুং মশামক্কী মথম্মোয়বু অপাম-মিহৌনা মৈচাকহল্লিবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি হকচাঙগী অমসুং পূক্লীংগী চৈনা ফংগনি। অসিগুম্বা চৈনা অসি ফংদনবা অদুগা অরান-খুভম ফংদুনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ "অর্জ্জুন! নথৌ তৌ, খাদোকপগী থবক তৌ। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরিবা মীশক অমা ওইয়ু। মদুগী থাদোকপা অদুনা আত্মজ্ঞানদা তঙ-তানা নঙবু লৈহনগনি। থবক তৌরিবা মীশক অদু নহাক্কি অদুগা কান্নবা ফংলিবা মীশক্তুসু নহাক্কি হায়বা ৱাখলদু থাদোকউ। থবক অমসুং থবক্কী মহৈঃ অদু ঈশ্বরদা কখোক্লো, অদুগা মদুদগীদি নহাকপু পাপ অমতনা শোকপা ঙম্মরোই, মরমদি নহাক থবক তৌরিবা মীশক্তু নত্রে অদুগা থবক অদুনা তঙাইফদনা ঈশ্বরগী অশেংবা থবক ওইরে। নহাক্কী চমম্নবা পূম্নমক অদু থবক তৌরিবা মীসি নহাক্কি হায়বা সেরান্নবা ৱাখলদুদগী, নহাক্কী নাপলদগী অমসুং "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা ৱাখল অদুদগী পোক্লকপনি। "ব্রহ্ম" মশক খঙউ, তৌফম থোকপা থবক পূম্বা তৌ, তৌইগুম্বসুং ফলশিং অদুদি থাদোকউ।" ৱাফম অসি অর্জ্জুনবু তাৎ তৌবা মী অমা হায়বদু ওইহন্নীংদবদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা

হায়বিখিবনি।

থবক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন-পুনসিন্দুনা থম্লগা থবক তৌহন্দ্রবা মতমদা পূক্লীংদি থবক অদুম তৌদুনা লৈ, মদুদি ঐখোয়না তূম্লগা মঙ-মঙবা মতমদা পূক্লীংগী থবক লেপত্রিবদুনি। পূক্লীংনা নীংবগী থবক তৌরিবা অদুসু থবকনি। মরম অদুনা কনাগুম্বা ওইদনা ওইবা শাজন্নবা তাৎ তৌবা অমনা মহাক্কী মপূক্লীংদি ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংদা শাদোংদুনা লৈরগা চুম্লগী খোঙ, খুৎ, মীৎ-নানচিংবগী থবক তৌরুদবখক্তনা থবক্কী পুনবা ঙম্বা শক্তি অদুদগী নাম্থোক্লে হায়বা য়ারোই অদুগা সিদ্ধি ফংবসু ঙম্লোই। "ঐদি লাই নীংলবনি" হায়না ময়াম মমাংদা উৎলগা ওইদনা ওইবা শাজন্নবা মী কয়া লৈ। মপাম্থোংদনা লম্বোইবা শাজন্নবা অদুগা মপুক্লুংদনা ইন্দ্রিয় পেন্নবগী রাখল খন্দুনা লৈবা মীওইশিংসিনা মীচমশিংবু য়াম্না লান্না লমজিংবি। মখোয়শিংসি মীনম-চাউবা মরম্না য়াম্না চেকশিনগদবনি হায়না গীতানা তাক্লি। মখোয়গী থম্মোয়দি মোত্তুনতা লৈ; মরম অদুনা মখোয়না করিগুম্বা কান্নবা অমতা পুরকপা ঙমদে। ইন্দ্রিয়শিংগী পেন্নবতা তৌদুনা লৈরিবা তাৎতৌবা লাইনীংবা অমা ওইগদৌগী শরুকপুদি ইশা-ইশাগী বর্ণ-কর্ম্ম অমসুং আশ্রম ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ইথৌ তৌদুনা পূম্নীগী পান্দম ফংনবা হোৎনবনা য়াম্না হেন্না ফৈ।

পূম্নীগী পান্দমদি মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্লগা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবনি। য়ুম্বান্দুনা লৈবা মীশক অমনা নিয়ম-নাইনা ঈশ্বরগী সেবা তৌরিবনি হায়দুনা থবক খুদিংমক তৌরবদি মানা পূম্নীগী পম্থুং য়ৌবা ঙমই হায়নসু গীতানা তাক্লি। য়ুম্বানবা থাদোক্লগা য়ুম্বানবা মী অমগুম লল তানবা তাৎতৌবা-সাধু অমা ওইগদৌবগী শরুকপুদি সংসারদা লৈনা লৈনা হম্থরবা থাক্তা ওইরবসু ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ফংজবনা হেন্না ফৈ। মশাগী ওইজবা লোয়না থাদোক্লে হায়জিন্নরগা মশাগী খুদোংচাবদা থিবা কয়াসু ঐখোয়না উবা ফংই। অর্জ্জুনবু অসিগুম্বা তাৎ তৌবা সাধু অমা ওইহনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খক পামলমদে। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনবু য়ুম্বানবা মী অমা ওইনা অমদি ক্ষত্রীয় মচা অমা ওইনা, মশাগী য়েংদুনা ত্যাগ তৌবা শাবদো থাদোক্লগা, মশাগী ধর্ম্ম ঙাকপনা অমদি থবক খুদিংমক ঈশ্বরনা পেন্নবগীদমক্তা তৌবনা হেন্না ফগনি হায়না তাকপীরম্মী।

থবকশিং অসি যজ্ঞগীদমক্তা ওইনা পাঙথোক্রবদি তাইবং অসি থবক্কী খুরৌ থাংদুনা অদুম লৈগনি। থবক তৌরগা মদুদগী তারকপা ফলনা পুন্দবা কর্ম্ম অদুবু যজ্ঞ হায়না

কৌই। অতে অতোপ্পা কর্ম্ম মখল পুম্নমক্তি অফা-অপুন ওইহনবা ঙাক্তনি। লৈশেম মপু ব্রহ্মানা যজ্ঞগা লোয়ননা তাইবং শেমখিবনি অদুগা তাইবং মীশিংদা য়াইফ-থৌজাল পীবিখি অদুগা অসুম্না হায়বিখিঃ "যজ্ঞনা (কথোকপনা) নখোয় মথং মথং শোয়দনা চাওখৎপা হেল্লক্কনি অদুগা নখোয়গী অনীংবা পুম্নমক হেনগৎ-হেনগৎনা ফংজগনি। যজ্ঞগী মতেংনা নখোয়না লাইশিংবু য়োকউ অদুগা লাইশিংনসু অদুদগীদি নখোয়বু য়োকখৎসনু; অসুম্না মহৈ মহৈ য়োকখৎনদুনা অমদি চাওখৎহন্নদুনা, নখোয়না অথোইবা য়াইফববু শোয়দনা ফংগনি।" কয়াদা থৌজাল লৈখ্রবনো! জগৎ সংসারসিদা জীব খুদিংমক্কা হিংবা ঙম্নবা হায়দুনা দরকার ওইব ়খৈ পীবিনবা শ্রীভগবাননা শীনবিরি। অদুদসু নত্তনা জীবশিংনা মখোয়গী অশেংবা ময়ুমদা হায়বদি শ্রীভগবানগী নাক্তা অমুক হন্নবগী লম্বীসু তাকপীরি। জীব ঐখোয়না যজ্ঞ তৌরগা ইবুংঙো মহাক্কা পেল্লবদি, ঐখোয়না আত্মজ্ঞান ফংলক্তুনা শ্রীভগবানগী সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা ধামদুদা চঙবা ঙম্লক্কনি। থৌজাল হৈবা শ্রীভগবাননা জীব ঐখোয়গীদমক্তা থৌরাঙ অসি তৌবিরি।

অদু ওইরবদি, ইবুংঙো মহাকপু পেন্নবা ঐখোয়না করি তৌবা তাবা? মখল-মখাগী শক্তিশিং অসি য়েংশিন্নবা থবক্তী দেব-দেবীশিংদা মখোয়গী চান-চানবা মতিক্কী মতুং ইন্না শীন্নে। দেব-দেবীশিংসিনা শ্রীভগবানগী মশীঙ-লাকঙমদ্রবা হকচাঙগী কায়াৎশিংগুম্না ইবুংঙো মহাকপু সেবা তৌই। লাইশিংসিগী মফমদা পোৎকৎ কৎলবসু পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা কৎপগা চপ মান্নে। যজ্ঞ পুম্নমক অসি পোলোইদদি শ্রীভগবানদা কৎপা ওইরকই। অদুগা অমুক, পাম্বী অমগী মরুদা ঈশিং চাইরগা পাম্বী মশা পুম্বদা ঈশিংগী কান্নবা ফংহনবগুম, তাইবং মপু ওইবিরিবা পরমেশ্বরদা কচ্চবসু ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইরিবা লাইয়ামদা কৎপগা চপ মান্নে। ইবুংঙো মহাক্তী পুম্নমক অসিগী অসুপ্পনি। লৈরিবা পুম্নমক অসিসু ইবুংঙো মহাক্কী ওইনা লৈ। অদুগা পুম্নমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী ওইরগা করিগী অমুক মাগী মপোৎপু ইবুংঙো মঙোন্দা কৎশিল্লুগনি? মসি হংবা য়াবা ৱাহং অমনি অদুগা য়াম্না তোয়নসু হংনবা ৱাহংনি। খুদম অমনা ৱাহং অসিগী পাউখুম ওইগনি। হৈকোল-লৈকোল অমগী মপুদা মনাইনা ফজবা হৈরাং-লৈরাং মফমদুদগী হেকচরগা পুকচেল শেংনা পীবদা, মপু অদুনা, পীরিবা পোৎ 'অদু মাগী মপোৎমক ওইজরবসু, য়াম্না হরাওজগনি অমসুং পেঞ্জগনি অদুগা মনাইদুবু থাগৎকনি। অদুম হায়না ঐখোয়না শ্রীভগবানদা থম্মোয় শেংনা ইবুংঙো মহাক্কী মপোৎমকপু

কচ্চবদা ইবুংঙো মহাক্না য়াম্না হরাওবিগনি অমসুং পেনবিগনি।

যজ্ঞশিংবু নিংথিনা তেক্ত-কায়দনা পাঙথোকপা মতমদা লাইয়াম্না পেন্দুনা থৱায়-পানবশিংদা য়াইফ-নুংঙাইবা পীবি অমসুং অৱাৎ-অপা করি অমতা লৈহন্দে। অমনা অমগী মতেং পাঙনদুনা চাওখৎমিন্নে। অদুবু মালেমগী য়াইফনবা যজ্ঞ তৌদুনা লাইশিংদা নত্রগা ঈশ্বরদা কৎপা তৌদনা ঈশ্বরগী পোৎশিংবু ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগীদমক্তা মরন্নাই হৈনথোক্লবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি লেপ্নমক হুরানবা মীশক অমা ওইরে, অদুগা মহাক্তী তশেংনমক পাপকী মশক ওইবা চীঞ্জাক চারবনি। প্রকৃতিগী নিয়ম মতুংইন্না মহাক মতিক চাবা চৈরাক ফংগনি। হয়েংমুক্কী মপোক্তসু মহাক য়াম্না হন্থবা মপোক্তা পোক্কনি। ভক্তশিংনা করিগুম্বা পোৎশক অমতা ঈশ্বরদা হান্ননা কৎপা তৌদনা চাদে, থক্তে। মরম অদুনা ভক্তশিংনা ঈশ্বরনা চাবা য়াদবা পোৎ অমতা প্রসাদি ওইনা চাবসু তৌদে। নিয়ম নাইনা চুম্না যজ্ঞ তৌরগদি, যজ্ঞ তৌরিবা মীদুগী থবকশিং অদু শেংলে, চারিবা চীঞ্জাক হায়বদি লাইগী অশেংবা প্রসাদি অদুসু মশানা শেংজরে। কনাগুম্বা অমনা চারিবা চীঞ্জাক অদুনা শেংলবদা মাগী পুন্সীগী মরেল অদুসু শেংলে, অদুদগীদি অরান-খুভম ফংনবা লম্বী অদু চৎপগী তাঞ্জা ফংজরে হায়না বেদনা হায়রি।

কনাগুম্বা খরনা লল-থুম ফংনবা যজ্ঞ তৌই অদুগা অতোপ্পা খরনা ফম, মিংথোল অমসুং শক্তিনচিংবা ফংনবগীদমক্তা যজ্ঞ তৌই। মখোয় মখোয়না ফংনীংবশিং অদু যজ্ঞগী মতেংনা ফংবা য়াই। লাইয়াম্নসু মখোয় মখোয়গী অনীংবগী মতুংইন্না পীবি।অদুবু ফংলিবশিং অদুনা যজ্ঞগী মরুওইবা পান্দম নত্তে। মায়াদগী ঐখোয়না লাম্থোকপা ঙম্বা অদুগা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্বা হায়বদুনা যজ্ঞগী মরুওইবা পান্দমনি; ঙাইহাক্কী ওইবা লল-থুম, ফম, মিংচৎনচিংবশিংদু নত্তে। পান্দম অসি ফংগে হায়রবদি বেদনা তাকপা মতিকচাবা যজ্ঞ তৌদুনা ঈশ্বরবু পেলহনবা তাই। বেদনা য়াদবা থবক্তু শাস্ত্রনা য়াদবা থবক্তি অদুগা শাস্ত্রনা য়াদবা থবক্তু ঈশ্বরনা য়াদবা থবক্তি। বেদশিংসি ঈশ্বরদগী লাকই, বেদশিংদগী কর্ম্মশিং চেম্থরকই, কর্ম্মদগী যজ্ঞ লৈবা হৌরকই, যজ্ঞদগী লাইয়াম্না পেন্নদুনা নোং খিকথবি, নোংদগী চীঞ্জাক ওইনরিবা মহৈঃ মরোঙনচিংবা পোৎলমশিং অসি হৌরকই, অদুগা চীঞ্জাক ওইনরিবা পোৎশিংদগী থৱায়-পানবশিংগী হকচাঙ ওইরকই। ঐখোয়বু পোকপীবা ইমা-ইপাশিংগী অমসুং ঐখোয়গী হকচাঙশিংসি চীঞ্জাক্তগী ওইখিবনি। অসুম্না মথং-মনাও কায়দনা লেংথরক্লিবা থৌদোকশিংগী পরেং

অসি ঈশ্বরগী থৌজালদগী অসুম লৈরক্তি। লাইবক-থীবদি অসুম্না চৎলিবা যজ্ঞগী চাকাগী লীক্রুম্বু মীওইপোকসিদা ইন্দুনা চত্তবা মীশিংদি তুক্কচরবা পাপকী পূন্সী লেন্দুনা অরেম্বদা চন্নদনা হিংই। লৈয়দুনা লৈরিবা নিষ্কাম-কর্ম্ম-চক্রগী কাংগ্লোং অসি লেপহনবা য়াদে, লেপহল্লবদি জগৎ অসি লোইরে।

নিষ্কাম কর্ম্মনা কনাগুম্বা অমবু জ্ঞানদা নে-না তানা লৈবা ফংবা ঙমহল্লি অদুগা মহাক্না তাইবংগী অহোংবশিংদগী নত্রগা পোকপা অমসুং শিবদগী নাম্বোকপা ঙমই। ঈশ্বরদা অখাকপা লৈতনা লোয়নমক কম্বোক্লগা কনাগুম্বা অমনা শ্রীভগবানগী সেবা তৌরবদি, মহাক অদু থবক অমসুং মদুগী অফ-ফত্ত ফলশিংগা মরী লৈনদ্রে। ঈশ্বরগী সেবাদা থবায়-হকচাঙ লূপখ্রবা মহাক্তি থবক অমা পাঙথোকপগসু নত্রগা পাঙথোক্তবগসু মরী অমতা লৈনদে, অদুগা মহাক্কীদমক্তদি, মহাক মশাগী কান্নবা অমগীদমক কনাগুম্বা নত্রগা করিগুম্বা অমতদা তাংজবা লৈতে। অসুম্না ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপ্তুনা কখোকপগা লোয়ননা থবক তৌবা মী অমগী মফমদদি জগৎসিদা লৈরিবা পোৎ পূম্বা অসি ঈশ্বরগীনি, মাগুম্বা কনাগুম্বা লন্নাই ওইবা মীশক অমতগী নত্তে হায়বসিনা মাগী অচেৎপা থাজবা ওই। মহাক্তী আত্মাদতা হরাও-নুংঙাইজৈ, আত্মাতনা চপ-চানা ওকচৈ অমসুং আত্মাদতা পেঞ্জে। মপানগী সংসারদগী লাকপা নুংঙাইবনা অৱাবগী থোঙ্গালশিং হাংদোকই। মরম অদুনা প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা শ্রীভগবানগী ৱাখলদা চঙদ্রবদি কনাসু প্রকৃতিগী গুণ অহুমদগী নাম্বোক্তুনা অৱাবা কোকপা ঙম্লোই হায়বসি মহাক মশামক্না থাজে।

গীতাগী পাউতাকশিং অসি শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মহাক মশামক ওইবা ঐখোয় খুদিংগী নুংঙাই-য়াইফনবগীমক্তা পীবিবনি। পাউতাকশিং অসিবু ইন্দ্রবা মখোয়শিং অদুদি, মখোয়না চাউগে হায়বা মখৈ চাউজরবসু, মখোয় মশাবু, অতৈশিংবু অমসুং ঈশ্বরবুসু খঙবা ঙমজদ্রবনি। মরম অদুনা মখোয় অদু বুদ্ধি-লৌশিং পূম্বা হোরৎলবনি, ৱাখল য়াওদ্রবনি অমসুং মখোয়গী পূন্সী অরেম্বনি। ঐখোয়দি মালেমসিদা ঙাইহাক্তংগী ওইনা লাক্তুনা লৈরবনি অদুগা নোংমদি শুকখঙ-খঙহৌদনা মীৎকুপ অমদা তাইবং থাদোক্কনি। অদুদগীদগী ঐখোয়না ঐখোয়গী হৌরকফম হায়বদি ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙমদ্রিফাওবদি মপোক মপোক হঞ্জিন হঞ্জিন পোক্তুনা অৱা-নুংঙাই তাইবং ঈপাক্তা অমুক লূপ অমুক তাউখৎ তৌদুনা লৈখিগনি। অদুবু লাইবক ফবদগী শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা

ঐখোয়না অমুক হনখিবা ঙম্নবা উপায় অমা ওইনা "বেদ" পীবিরম্বনি। বেদদগী লাকপা কর্ম্ম হায়বা অসি মহৌশাদগী হোংবা য়াদ্রবা ঈশ্বরনা থারম্বা নিয়মনি। নিয়ম অসিবু মশাক খণ্ডনা কর্ম্ম তৌরিবা কনাগুম্বা মহাক অদু ঈশ্বরগী য়াথং ঙাকপা যোগী অমনি। মহাক অদু ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনবা খোঙ থাংজিল্লবনি।

ঐখোয় মশেল অমগা অমগা চাওখৎমিন্নবগীদমক্তা ঐখোয় কর্ম্ম তৌবা লেপ্পা য়াদে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি, "ঐদি কর্ম্ম অমা অমা তৌবগী দরকার লৈতে; অদুম ওইনমক, ঐদি মতম পুন্নমক্তা কর্ম্মদা চিন্দুনতা লৈ, মরমদি চোকথবা লৈতনা মতম চুপ্পা ঐনা থবক তৌরিবসিবু হেক লেপথোকপদা, তাইবং মীওইবনা হীরম খুদিংমক্তা ঐনা চৎখিবা অতনবগী লম্বী অসিদা তুং-ইল্লকনি। অদুমহায়নমক তৌরবদি, মরোল পুন্নমক মুৎকনি অদুগা কাং-খোং-চাইবা মতৌ অদুগী দায়ী ঐনা ওইরক্কনি।" মসিদা হীরম অহুমখক তাক্লি ঃ— (১) মী খুদিংমক কর্ম্ম তৌগদবনি, তৌদ্রবদি সংসার অসি লৈত্রে, (২) মীথোই মীহেনবা মীশিংগী কর্ম্মনা মীচমশিংগী ফিদম্নফম ওই, অমসুং (৩) জগৎসিদা লৈরিবা পুন্নমকসি কর্ম্মগী লীপুন্না পুল্লি। শ্রীভগবান মশামক্না ময়াম পুন্নমক্কী পাউতাক লৌফম অমসুং ফিদম্নফম ওইবনি। ইবুংঙো মহাক্না জীবশিংবু লম্বী শেরান্ননা চৎখিদনবা লমজিংবিবা ওইনা কর্ম্মদা চিন্দুনতা লৈবনি। মরম অদুনা মীওইবনা তাইবংপানবগী ফগৎনবা মশা মশাগা চুনবা থবক তৌদুনা লৈগদবনি অদুগা তৌরিবা থবক খুদিংমক মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী সেবা ওইনা তৌগনি।

হৌজিক খুদম ওইনা, নুমিৎনা তেংবানবা অসিগী কান্ননবা শুকলেপমক হেক লেপ্তনা থবক তৌরিবসি য়েংশি। মহাক্তী থাদোকপা ঙম্বদা মাগুম্বা কনা অমতা লৈত্রবনি। মঙোন্দা গীতা অসি ইহান-হান্না শ্রীভগবাননা তম্বীখিবনি অদুগা মহাক্তী ইবুংঙো মহাক্কী য়াম্না হায়বা ইনবা অহানবা সেবকনি। মহাক্না খমথেংনা শারবা মৈরি-মৈশা পুন্নমক্তু পুরগা লৈরিবনি। মহাক্না অদুগুম্বা মৈরি-মৈশাদু পুদুনা লৈবা ঙম্নরোই হায়দুনা ঈংথপ্রবদি, ঐখোয় করি থোক্কনি? মহাক্না ঐখোয় পুন্নমক্না হিংদুনা লৈরিবসিগী থাদোক্নবা য়াদ্রবা উপায়নি। মহাক্কী মঙাল-মশেক য়াওদনদি ঐখোয় হিংদুনা লৈবা ঙম্নোই। ঐখোয় পুন্নমক মুৎকনি। মহাক্না ঐখোয়গী হকচাঙবু শাহল্লি অমসুং ঐখোয়গী দরকার ওইবা শক্তি পীবি। মহাক্না পাৎ-কোমশিংগী, তুরেলশিংগী অমসুং সমুদ্রনচিংবগী ঈশিং অতিয়াদা চিংখৎলি অদুগা মদুনা অতিয়াদা পাইবা নোং-মপৈ-মপৈশিং ওইরকই অদুগা মখোয়দুদগী মালেমদা

নোং হৈথে। নোংনা মহৈঃ মরোঙনচিংবা তাইবংগী চীঙ্গাক হৌহল্লি। মহাক্তী মীচঙ-মীখায় নাইদে। পূন্নমক্তা চপ মান্ননা মহাক্কী মঙালগী মশেকশিং য়েনবি। মীৎকুপ অমগী মতম ফাওবা মাগী থবক্কী মহৈঃ খল্লুদনা, ঙাইহক্তং ফাওবা পোত্থানীংবগী রাখল খল্লুদনা অমসুং চাউথোকপা লৈতনা মহাক্না ময়ামগী সেবা তৌই। মহাক্না তৌরিবা সেবা অসিদি অঙকপনি হায়বা ঐখোয়না খঙলে। মহাক্তী ধর্ম্ম-দেবতানি অদুগা অচৌবা ত্যাগী অমসুনি। মহাক্না ঐখোয়দা ফজরবা পারা অমা তম্বীরি, মদুদি কনাগুম্বা অমনা মশাগী হৈনবা মথৌদাং তৌবদা নত্রগা মশামক্কী অওইবা হৌনশাদুমক ওইবা মতমদা চোকথবা লৈরোই।

থবক্কী মহৈঃ চাবা পাম্বা লৈতনা মশাগী মথৌ নত্রগা ঈশ্বরগী শিষ্থা পাঙথোক্লিবা মীশক অমনা থাঙ্গৈশেংনা ঈশ্বরবু ফংজে। জনক নিংথৌ অমসুং অতৈ অতৈনা তাইবংগী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা থবকশিং পাঙথোক্লগা সিদ্ধি ফংখি অদুগা মখোয়না তৌবা থবকশিং অদুনা ময়ামগী ফিদমনফম ওইহল্লি। মখোয়গী থবকশিং অদুনা ধর্ম্মগী মঙাল পীবি। মখোয়দি আত্মাগী মপুংফাবা জ্ঞান লৈ। মখোয়না জ্ঞানী ওইরফাওবদা জগৎকী য়াইফনবগী অমসুং ঈশ্বরগী পেন্নবা সেবাগী মশক ওইবা কর্ম্ম অদুম তৌদুনা লৈগনি, অদুগা সাধারণ মীশিংগী অতনবা অমসুং পঙথবা মতৌ অদু মাঙহন্নবা হোৎনগনি। মখোয়না খঙই মদুদি মখোয়না থবক তৌদ্রবদি সাধারণ মীওইশিংদি মখোয়গী লমজিং লৈতদুনা মখোয় মশামক ইন্দ্রিয়গী ওইবা নুংঙাইবগী অরায়বা লম্বীশিংদা চৎখিদুনা মাঙজগনি, মরমদি কনাগুম্বনা ইন্দ্রিয় পেলহনবা মতমদা ঙাইহাক্কী অরায়বা নুংঙাইবা মতেক অমা মানা ফংবা য়াই অদুবু নুংঙাইবা মতেক অদুনা মাগী তুংগী মাঙহনগদবা অচৌবা য়েক্লবা অমা ওইরকই।

মীথোই-মীহেনবা মীশিংনা পাঙথোকপা থবক হেক মখে মীচম ময়াম্নসু মতৌ তম্মী। অদুগা খুদম-চাংদম ওইবা থবকশিংগী মতেংনা মখোয়না পুথোক্লম্বা চৎন-লমদাংশিং অদুবু মীচমশিংনা ইল্লি। অখঙ — অহৈশিংনা মরন্নাই মশাগীদা নুংঙাইনবা য়েংলগা থবক শুজরিবা অপঙবশিংগী মপুক্লীং চোইহনগদবা নত্তে। অশিংবশিংদুনা কখোকপগা লোয়ননা থবক কন্না শুদুনা লৈরগা অপঙবশিংদুবু মখোয়গী মতৌ তমজহন্দুনা অফবা থবকশিং তৌহনগদবনি অদুগা শ্রীভগবানগী সেবাদা চঙহনগদবনি। আত্মজ্ঞান ফংলবা মীতা অমগা হকচাঙবু আত্মানি হায়না শেরান্ননা লৌরিবা মীতা অমগা

থবক চপ মান্নবা তৌনরবসু মখোয় অনীগী ফীভম মান্নরোই। নাপল-চাউবা মীতানা পঙথখিদুনা খঙদবদগী থবক খুদিংমক মানা লন্নাই ওইনা তৌবনি হায়না চাউথোকচে। তশেংনমক্তি, থবক মখল খুদিংমকসি সত্ব, রজ অমসুং তমঃ হায়বা প্রকৃতিগী গুণ অহুমনা মহৈ মহৈ কনবা তান্নদুনা পাঙথোকই। জ্ঞানী অমনা অফ-অফবা থবক কয়া তৌজরবসু থবকশিং অদু মানা তৌবা নত্তে, প্রকৃতিনা প্রকৃতিগী থবক তৌজবনি, মাদি তোঙান্না লৈবনি, অদুগা করিগুম্বা বিষয় অমগা মাগা মরী লৈনদে হায়না লৌই। প্রকৃতিগী গুণশিং অমসুং মখোয়না পাঙথোরকপা থবকশিং অদুগী অচুম্বা মরমদু মুন্না খঙবা মীনা ইন্দ্রিয়শিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী পামজবা মচাকশিংদা তোংদুনা শান্নজবগুম গুণশিংনা গুণশিংদা তোংদুনা লৈজবনি খন্দুনা ইন্দ্রিয়শিংদা অমসুং ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগী তুং-কোইদবা থবক্তা খক মশানা পকশিন্নরুদে, অদুগা মদুগী মহুত্তা ঈশ্বরগী সেবাদা পূরা চঙজে। অমরোমদা অমুক, প্রকৃতিগী গুণশিংনা সেরান্ননা লমজিংবিরবা অপঙবশিংদুদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা অরায়বা থবকশিংদা পুক্নীং লুপশিল্লি অদুগা হকচাঙগী নুংঙাইনবতা খনবা পুন্সীনা মখোয়গী পুন্সী ওইনা খল্লি। মখোয়না হকচাঙবু আত্মানি হায়না লান্না লৌই। মখোয়দা ঈশ্বরগী ৱা হৌদোক্তুনা মপুক্নীং লাঙহল্লুবা তৌরোইদবনি, মরমদি ৱাফম অদু মখোয়দদি শূণ্যনি। মখোয়না ৱাফম অদু লৌশিনবা ঙম্নোইদবনিনা অশিবা শগোলদা শাজে থাদুনা চৎহনগে হোৎনবগুম থোক্তুনা অরেম্বদা মতম মাঙহনবগুম ওইগনি। অদুম অদুম ওইনমক, অশিংবশিংনা মথৱায় চঙনা তুমিন্না ঈশ্বরগী থৌরম পাঙথোক্তুনা অদুম লৈরগা মদুনা ফিদম অমা ওইদুনা অপঙবশিংগী থম্মোয়শিংদা ঈশ্বর ভক্তি পোকহল্লি।

আত্মাদা হেন্দোকহন্দনা থম্নবা পুক্নীংগা লোয়নননা ঈশ্বরগী ময়াথং ওইবা থবক পুন্নমকপু ঈশ্বরদা কখোক্তুনা মীওইবনা মথৌ ওইনা পাঙথোক্কনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা মাগীনি হায়বা ৱাখল অমতা খন্দমবমখৈ লাল শোক্নৌ হায়না য়াথং পীরি। ইবুংঙো মহাক্কী য়াথং অদুবু অফবরা নত্রগা ফত্তবরা হায়না মানা খিগৎপগী দরকার লৈতে, মরমদি ইবুংঙো মহাক্কী য়াথং অদু অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবনি অমসুং চুমদুনতা লৈরবনি। ঈশ্বরগী অচুম্বদি ঐখোয়না চাং য়েংগদবা নত্তে, য়েংবসু ঙম্নোই, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী অচুম্বদুনদি ঐখোয়বু চাং য়েংগনি। শ্রীভগবানগী অনীংবা অদু কখোকপগা লোয়নননা নিংথিনা পাঙথোক্লগা ঐখোয়না মায়াগী লাংদগী লাম্থোকপা ঙমগনি। অদুবু, কল্লক-য়েংথীবদগী ইবুংঙো মহাক্কী পাউতাকপু হুন্নান্দুনা ঙাঙলবা অদুগা ময়াথংবু ইন্দ্রবা মখোয়

অদুদি ঈশ্বরগী ৱাখল য়াওদ্রবনি অমসুং মাঙ-তাক্রবনি। মপুগী য়াথংবু মনাইনা ইন্দ্রবদি মনাই অদু মতিক চাবা দণ্ডি ফংবা তাবনি।

লৌশিং লৈরবা মীমক্লফাওবা মহাক মশাগা প্রকৃতিগা লোয়ননা লৈরিবমখৈদি প্রকৃতিগী মখা পোন্দুনা লৈ অদুগা মরম অদুনা মহাক প্রকৃতিগী গুণশিংগী মখা পোন্না মশাগী হৌনশাগী মতুংইন্না থবক তৌই। থৱায় পানবা খুদিংমক মহৌশাগী নিয়ম্ব ইল্লি। ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা প্রকৃতিগী ওইবা মচাকশিংবু খোয়দারুবা অদুগা মখোয়না পামদবশিংবু হঙ্গোয়রুবা হায়বসি মীওইবগী অনেম্বা মরমচৎতা মরা তাদুনা লৈ। অদুগুম্বা অপাম্বা অমসুং পামদবা অনীসিগী শক্তিগী মখা পোন্দনবা মীশিংনা হোৎনগদবনি। মখোয় অনী অসি আত্মাবু মশক খঙনবগী অফবা লম্বেল চৎপদা য়াম্না খুদোং-থীনীংঙাই ওইবা খুদি-থীফমশিংনি। মখোয়শিং অসিদগী নাম্থোকপা হায়বা অসিদি প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা শ্রীভগবানগী ৱাখলদা লূপচরগা ঙমগনি।

মী অমনা অতোপ্পগী মথৌবু নিংথিনা পাঙথোকপা ঙম্লবফাওবদা মদুবু মানা তৌনীংবা থাদোক্নুনা মহাক মশামক্লা মশামক্কী হৈনবা মথৌদাং অদুবু, য়াম্না হম্বা ওইজরবসু, পাঙথোকপনা মাগী হেন্না ফবা মথৌনি হায়না গীতানা তাকপী। প্রকৃতিগী গুণশিংগী মখা পোল্লিবমখৈদি মীওইবনা মহাক মশা মশাগী শাস্ত্রনা তাকপা মথৌ অদু পাঙথোকপনা চুমগনি অদুগা শিরবসু মশাগী মথৌ পাঙথোক-পাঙথোক্লা শিবনা হেন্না ফৈ। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা অমগী মথৌবু তৌরুবা হায়বসিদি য়াম্না খুদোংথীনীংঙাইগী মশক্লি। অহানবদা কনাগুম্বা অমনা মশাদা প্রকৃতিগী গুণ অহুমদুগী মনুংদা করম্বা গুণনা হেন্না লৈবগে হায়বসি মুন্না বিচার তৌথোক্কনি। তমঃ গুণনা হেন্না লৈবা মীনা রজঃ গুণদা, রজঃ গুণনা হেন্না লৈবা মীনা সত্ত্ব গুণদা মথং মথং কাখৎনবা লাক্লগনি অদুগা সত্ত্বগুণ মপুংফানা চেল্লবা মতমদদি সত্তগুণনা সত্ত্বগুণবু মায়থীবা পীদুনা প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা থাক অদুদা মহাক লাকপা ঙমগনি। গুণ অহুম অসিদগী লাম্থোক্নুনা লাক্লবা অদুগা ঈশ্বরগী ভক্তিদা লূপ্লবা কনাগুম্বা মরাইবক ফরবা মহাক অদুদি ঈশ্বরগী অনীংবগী মতুংইন্না ওইনীংবতা ওইবা ঙম্লে। মসিগী থাক অসি য়ৌদ্রিবফাওবদি মীওইবনা কখোকপগা লোয়ননা মশা মশামক্কী পক্লবা মথৌশিংদু নিংথিনা পাঙথোক্নুনা হান্ননা মশা মশাগী থম্মোয়দু শেংদোকখিবা তাই।

মীওইবনা প্রকৃতিগা শম্নরিবমখৈদি প্রকৃতিনা মহাকপু মশানা য়ানীংদ্রবফাওবদা

নমফূদা পাপ তৌ হায়দুনা ইন্সল্লি। মসিবু করম্বা শক্তিনা ইন্সল্লিবনো হায়দুনা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হংজখি। শ্রীকৃষ্ণনা বাহংদুগী পাউখুম অমা ওইনা অসুন্না হায়রম্মী ঃ "নখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা পরমাত্মানা ইন্সনবা নত্তে, হে অর্জ্জুন, রজঃগুণগা শম্নবদগী পোক্লকপা "কাম" (অপাম্বা) অমসুং মাঙ-তাক্লীংঙাই ওইরবা "ক্রোধ" (অশাউবা) হায়বা সংসার অসিদা অচৌবা য়েংক্লবশিং ওইরিবা অনী অসিনা ইন্সনবনি।" কয়াদা ফজখ্রবা অচুম্বা পাউখুমনো। তাইবংগী পূন্সী অসিদা অপাম্বগী থৌইনসিন্দগী প্রকৃতিগী মপোৎ-মচৈশিংবু পাম্নুরি অদুগা মখোয়গী মপু ওইনীংবনা পূক্লীং খোয়রাঙনৈ। মদুনা ঐখোয়বু শুস্কথলি, পঙথহল্লি অদুগা অজ্ঞানদা পুশিল্লকই। ঙাল্লবা মৈবু মৈখুনা কুপশিনবগুম, লূরবা মিংশেলবু উফুল-বাইফুলনা কুপশিনবগুম, পুক্লুংগী অঙাংবু নাউয়োম্না য়োম্বগুম, অদুম হায়না অপাম্বনা মীওইবগী বুদ্ধি-লৌশিংদা ঙাল্লকইবা আত্মজ্ঞানবু খুমজিন্দুনা থম্মী।

অপাম্বগী মচীঞ্জাক ওইরিবা পোৎশিং অদু মহাউ তংলবা ফাওবদা, অপাম্ববু কৈদৌঙৈদসু পেলহনবা ঙম্লোই নত্রগা ঈংথহনবসু ঙম্লোই। মনুনা হায়ঃ "অপাম্বা হায়বা অসিদি পেনবা নাইদ্রবা মৈগী মশক্নি। ঘী নত্রগা শীংনচিংবা মাগী মচীঞ্জাকশিং হাপ্ল-হাপ্লগা মৈনা মৈচাক হেনগৎলকপগুম, অপাম্বসু অপাম্বগী পোৎশিংদু মহাউ তংল-তংলগা অপাম্বা অসুম অসুম হেনগৎলকই। মালেমগী অচাপোৎ পূন্নমক, শা-ষণ পূন্নমক, মমল য়াম্ল-য়াম্লবা ধাতু পূন্নমক অমসুং ফজরে ফজরে হায়রীবী নুপী পূন্নমক অপাম্বনা তাহৎলবা নীপা অমদা মাগী ওইজরো হায়না পীশল্লবা ফাওবদা মখোয়দুনা মহাকপু পেলহনবা ঙম্লোই। মরম অদুনা অপাম্বনা নুংনাঙবা অমসুং অবাবখক্তবু পুরক্কনি।" মরম অসিদগী ঐখোয়না বারেপ অমা তাবা য়ারে মদুদি "অপাম্বা" হায়বা অসি জগৎপু পূময়োৎ-য়োৎশিনবা ঙম্বা অমদি পাপকী লম্বীদা চৎলু হায়না ঐখোয়বু ইন্সনবিবা য়াম্না চাউরবা য়েক্লবা অমনি হায়না। "অপাম্বা" হায়বা অসি রজঃ গুণগী শাথীবা লৈখোলনি। মসিবু জয় তৌগে হায়রবদি ঐখোয়না সত্ত্বগুণ হেনগৎনবা লাক্লগনি, মরমদি রজঃ গুণনা সত্ত্বগুণগী মমাংদা লেপ্পা ঙমদে।

অপাম্বা অমা ফংনবা তাল্লকপদা নীংবা থুংদ্রবা মতমদা অপাম্বা অদুনা কোন্নথংদা অশাউবগী মশক লৌরকই। মসিমসু মীওইবা ঐখোয়গী য়াম্না চাউবা য়েক্লবনি। মসিনা ঐখোয়বু য়াম্না থুনা হনুহল্লি অদুগা লায়না কয়া কয়াসু পোকহন্দুনা পূন্সী তেলহল্লি।

অশাউবনা হকচাঙগী ঈবুসু হু-চেলহল্লি। নুংঙাইতবা থৌদোক অমগী ৱারিনি। নোংমা খা ভারতকী খুঙ্গং অমদা, খোমনৌ চেল্লিবী মমা অমগা মাগী যুম্লোন্নবী অমগা কন্না খৎনবদগী মমাদু অশাউবগী মতোল লোমখি। মমৈদা খোঙনা নেৎলবা খারৌ অমগুম মানা খু-খু কামদুনা লৈরিঙৈ মতমদা মাগী য়াম্না নৌরিবা মচা অদুনা খোম-লামদুনা কপ্লকপদগী মানা মাগী অশাউবনা হু চেলহল্লবা খোম অদু নৌরিবা মচাদুদা ইনবিখি। লাইবক থীবনি, নৌরিবা অঙাঙ অদু হু চেল্লবা খোমদু থকউবদগী মতম খর লৈরম্লগা শিখি। মরম অদুনা অশাউবা হায়বা অসি খুদোংথীনীংঙাইগী মশক্তি। অশাউবনা ইন্সন্দুনা কনাগুম্বনা অকিবা ফংলবা থবক কয়াসু তৌরকই। শাউনবদগী শাগে অমনা শাগে অমবু হাৎলি, কাঙবু অমনা কাঙবু অমবু হাৎলি, শাগে মশেল নত্রগা কাঙবু মশেলসু হাৎনরী, মী অমনা মী অমবু হাৎলি, অসিনচিংবা।

মসি পূম্নমকসি কোক্লবা "কাম" নত্রগা "অপাম্বা" হায়বা ঐখোয়গী পূল্লীগী য়েক্লবসি হাত্তোকপা তাই। অদু ওইরবদি, অহানবদা য়েক্লবা অদুগী মশক খঙদোক্কনি অদুগা মাগী লৈফমসু খঙদোক্কনি। "কাম" হায়বসিদি করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্রগা পোৎশিং নত্রগা কনাগুম্বা মীশক অমা নত্রগা মীশকশিংবু পুক্নীং অমসুং ৱাখলদা য়ান্নদুনা লৈবা অদুক্কী মতিক কন্না পাম্বা অদুবু খঙনৈ। অসুম্না "কাম" হায়বা য়েক্লবদুগী মশক খঙলগা মাগী লৈফমদুসু অমুক খঙলবদি মাবু লাকথুবদা অমসুং হাৎপদা য়াম্না লায়না থোক্কনি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা "কাম" হায়বা য়েক্লবদুবু ঈরায়-লায়না থেংনবা অমসুং হাৎপা ঙম্নবা মানা থুপ্তুনা লৈরিবা মফমশিং অমসুং মাবু হাৎননবা উপায়সু য়াওনা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ "ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং অমসুং বুদ্ধিনা কামগী কাইদোংফমশিংনি। কামনা আত্মাদগী য়ৈরকপা জ্ঞানগী মাঙল-মশেকপু খঞ্জন্দুনা শাবানবা জীববু মমিৎ তাংহল্লি। মরমদুনা, হে অর্জ্জুন! ইন্দ্রিয়শিংবু অহানবদা খুদুম চল্লু অদুগা জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানবু মাঙহল্লিবা পাপকী মশক ওইবা য়েক্লবা মকোক "কাম" বু হাত্তোকউ। ইন্দ্রিয়শিংনা হকচাঙদগী হেল্লি, ইন্দ্রিয়শিংদগী পুক্নীংনা অমুক হেল্লি, পুক্নীংদগী বুদ্ধিনা হেন্নমুক মথক থোংই অদুগা বুদ্ধিদগী অমুক মথক থোংবদি আত্মানি। বুদ্ধিগী মথক্তা লৈরিবা আত্মাবু অসুম্না খঙলগা অমসুং আত্মা খঙবগী অশেংবা বুদ্ধিনা হম্বা পুক্নীংবু লাকশিল্লগা নমথবদা ৱারবা অপাম্বগী শাক্লোন লৌরিবা শক্তি লৈরবা য়েক্লবদু হাৎতোক্লো।" হকচাঙদগী ইন্দ্রিয়শিংনা কুপশিনবা হেনবনিনা জ্ঞানগী মঙাল-মশেক্লা

হকচাঙদা য়ৈবদগী ইন্দ্রিয়শিংদা য়ৈবনা হেল্লি, ইন্দ্রয়শিংদগী অমুক পুক্নীংনা কুপশিনবা হেনবনিনা পুক্নীংদনা ইন্দ্রিয়শিংদগী জ্ঞানগী মঙাল-মশেক্না য়ৈবা হেল্লি অদুগা মদুনা পুক্নীংদা য়ৈবদগী পুক্নীংদগী হেন্না কুপ্না বুদ্ধিদা য়ৈবনা অমুক হেল্লি।

ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মথক-থোংলিবা পুক্নীংগী মতেং য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমতা লন্নাই ওইনা নীংতম্না তৌবা ঙমদে। অদুবু পুক্নীংদি লাকঙম-ফাঙমদে অমসুং মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। মফম অমদা মসিদি সুক্রেপ লেপ্লোই। মসিবু ফাগে হায়রবদি বুদ্ধিগী মতেং লৌগদবনি, মরমদি মসিগী মথক থোংলিবা বুদ্ধিদি আত্মাগা হেকমক থংননা লৈবা মরমনা অচুম-অরান খেন্নবা খঙবগী পাঙ্গল লৈ। বুদ্ধিদগী অমুক মথক থোংবদি মীওইবদা অমসুং অতোপ্পা থবায়-পানবা পুন্নমক্তা আত্মাগী শক্তোন লৌদুনা লৈরিবা শ্রীভগবান ইবুংঙো মহাক্নি। বুদ্ধিনা আত্মাদগী জ্ঞানগী মঙাল-মশেক বাইদুনা শীজন্নে। আত্মাদি ঈশ্বরগী মৈরীক অমনি, ঈশ্বরগী শরুক অমনি অমসুং ঈশ্বরমক্নি। মাদি হকচাঙদৌনা পোকপা অমসুং শিবা নাইদে, অওনবসু লৈতে অদুগা কনাগীসু মখা পোন্দে। মতৌ অসুন্না আত্মানা ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং অমসুং বুদ্ধিদগী হেল্লি হায়না খঙলগা অমসুং অরেপ্পা তাল্লিবা অশেংবা বুদ্ধিনা পুক্নীংবু লেঙহন্দনা লাকশিন্দুনা থম্লগা পেন্নাইদবা কাম কৌবা শাথীবা য়েক্নবা অদুবু মাঙহনবা ঙমগনি। মরম অদুনা আত্মাগী মঙালদা মীওইবনা অবাংবা থাক্কী বুদ্ধি শীজন্নরগা কামবু জয় তৌবা তাই। আত্মাগী বাখল হায়বসিনা পাঙ্গল ওইরগা কামবু মাঙহল্লবা মতমদা মীওইবনা মাগী ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং অমসুং বুদ্ধিবু অচুম্বা ফীভম অমদা থম্বা ঙমগনি।

---

# তাঙ্কক মরি

**মরিশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিং "জ্ঞান যোগ" হায়না কৌই। মসিনা লৌশিংগী লম্বীবু তাকই। কর্ম্ম যোগগী মরমদা অহুমশুবা তাঙ্কক্তা নৈনখ্রে। হৌজিক তাঙ্কক অসিদা, মীরোল মথং মথং খুখাঙ য়ৈনা হায়ন-খঙনরক্রবা কর্ম্ম যোগগী নিয়ম অমসুং ধর্ম্মবু য়েৎনঙাই লৈতনা থম্নবগীদমক অদুগা অধর্ম্মবু মাঙহন্নবগীদমক শ্রীভগবাননা অবতার তৌরকপগী মরু মরু ওইবা অচুম্বা ৱাফম অদুবু শুগায়না তাক্লি। ঈশ্বরগী মফমদা পুন্নমক কখোকপা অমা ওইনা তৌবা নিষ্কাম-কর্ম্মশিংনা কনা অমতবু পুন্দে অদুগা অপাম্বা, অশাউবা অমসুং অতোপ্পা পুক্নীংগী ফত্ত-ঈহলশিং পুন্নমক্লসু নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌবা মীশক অদুবু শোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা ইশাগী ওইজবা থাদোকপা থবক্লা অৱাংবা থাক্কী খমথেংলবা মতোন অদু য়ৌরক্রবা মতমদা থবক অমসুং মদুগী ফল পুন্নমক উৎ ওইনা তুমখিদুনা মাঙখিগনি হায়না তাঙ্কক অসিনা তাক্লি। মীওইবা অমনা অহানবদা নিষ্কাম-কর্ম্ম যোগ হান্না তৌগনি, অদুগা কর্ম্মদুনা মাগী থম্মোয় শেংদোক্রবা মতুংদা, মহাক্না কর্ম্মগী অফা-অপুন্দগী নাম্বোক্রকপা ঙমগনি। নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌবনা পুক্নীগী পান্দম ফংনবগী উপায়নি অদুগা আত্মজ্ঞান ফংবা হায়বা অদুনা মীওইবগী পুক্নীগী অথোইবা অতম্নবা পান্দমনি। জীব পুন্নমক্না হৌখিবা মপোকশিংদা মখোয় মশা মশানা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী ফলশিং তুংশিন্নগা পুদুনা হন্দকপোক্তা লাক্নে অদুগা হৌজিক হৌজিক্কী পুক্নীগী

লান্‌ফমদা মখোয় মশা মশাগা চুনবা মথৌদাংশিংদু পাঙথোক্লি। মথৌদাংশিংদু খেন্নজরবসু হায়বদি পম্বুংফম য়ৌনবা উপায়শিং খেন্নজরবসু য়ৌগদৌরিবা পম্বুংফমদুদি অদ্মানি। মরমদুনা ঐখোয় ঐখোয়না মালেমসিদা লৈরিঙৈ মতমসিদা য়ারিবমখৈ কখোকপগা লোয়ননা ইশা ইশাগী চুনবা ইথৌদাংশিং নিংথিনা পাঙথোক্লুনা পুম্নমক্কী নুংঙাই-য়াইফনবা থবক তৌবা তাই, অদুগা অসুন্না তৌরগা পুম্নমক্কী মশক ওইরিবা তাইবং মপুবু পূজা তৌবা ওইগনি। যোগগী অকুপ্পা বা হায়বদু মসিনি।

নীংশিংবা থোক্লবা মতমদা পরমেশ্বর ভগবাননা মাঙ-তাকপা নাইদ্রবা যোগ অসি সূর্য্যদেব বিবস্বানদা (নুমিৎতা) ইহান হেক হানবদা তম্বীখি, অদুগা মতুংদা ত্রেতা যুগ হৌরকপদা বিবস্বান্না মদুবু মীওইবা জাতিগী অপোকপা, মহাক্কীদি মচানিপা মনুদা, অদুগা মনুনা মদুবু অমুক মহাক্কী মচানিপা মালেমগী লাইনীংবা নিংথৌ ইক্ষ্বাকুদা তাকথখি। ইক্ষ্বাকুদি শ্রীরামচন্দ্রনা অবতার তৌখিবা রঘু শাগেগী পুকোক্নি। মঙোন্দগী অমুক মথং মথং মীরোল মথাং য়ৈনা অতোপ্পশিংদা য়ৌখি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মদুদি গীতাগী পাউতাক অসি মালেমগী নিংথৌ ঈক্ষ্বাকুগী মতমদগী হৌদুনা মীওইবদা য়ৌরকখ্রে। অদুবু তাইবং অসিনা যোগ অসিগা মতম শাংমন্না তৎনখিবদগী মসি মফম-মরাং খঙদনা মাঙখিবগুম তৌখি। "মাঙখিবগুম তৌখি" হায়বা অসিনা যোগ অসি সূক্রে লৈখিদ্রে হায়বা য়ারোই। নুমিৎ তাখিদুনা নুমিৎপু ঐখোয়না উদ্রবা মতমদা নুমিৎ লৈত্রে হায়না ঐখোয়না হায়বা য়াদে। নোংঙাল্লকপা মতমদা ঐখোয়না নুমিৎ অদু অমুক উবা ফংগনি। শ্রীরামচন্দ্রনা বন চৎপা মতমদা ধর্ম্মনা ইবুংঙো মহাক্কী তুংদা ইন্নখ্রবসু ইবুংঙো মহাক্না বনদগী হল্লকপা মতমদদি ধর্ম্মসু মহাক্না অদুম লোয়নরকখি। বনদা চৎলুরবা ধর্ম্ম অদু অমুক মীওইবগী মফমদা হঙ্গিনহন্নবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা অবতার তৌবিদুনা মীওইবগী মহৎ শিল্লিবা অর্জ্জুনদা অমুক য়াম্না লিরবা যোগ অদুমক্তু তাকপী। মসি তাকপীবগী মরমদি অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবানমক্নি হায়না লৌই, মহাক্তি শ্রীকৃষ্ণবু য়াম্না লুনা নীংজবা অশেংবা মনাই ভক্ত অমসুং মরূপ অনীমক ওইবনি। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্না যোগদুগী অথোইবা অথুপ্পবু খঙবা ঙম্বনি অমসুং মঙোন্দগী মীওইবনা অমুক মথং মথং গীতাগী অর্থ খঙহৌবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা সূর্য্যদেব বিবস্বানদা যোগ অসি তম্বীখি হায়বা বাফম অসিদা অর্জ্জুননা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা বাহং অমা অসুন্না হংজরম্মীঃ 'ইবুংঙোগী মপোক্না

বিবস্বানগী মপোক্তগী কোনবনি অদুগা হান্না পোকপা বিবস্বানদা যোগসিবু অহৌবদা ইবুংঙো নহাক্না তম্বীখিবনি হায়বসিবু ঐনা মতৌ করম্না খঙ-ঙসিগে?" ৱাহং অসি হংবদা অর্জ্জুনগী পুক্নীংদা করিগুম্বা ইবুংঙো মহাকপু থাজদবগী ৱাফম অমতা লৈরমদে; অদুবু মহাক্তি মীওইবগী মহুৎ শিনবনিনা সাধারণ মীশিংনা অথুপ্পা অসি খঙবা ঙম্নবা ৱাহং অসি ইবুংঙোদা অর্জ্জুননা হংজখিবনি হায়বা মত কয়া অমা লৈ। অদুবু পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা মীওই মপোক্তা পোকপা অর্জ্জুনগা মান্নফম থোক্তে। মায়াদা পকসিন্নরিবা জীবশিংনা, মায়না জ্ঞানগী মঙালবু খনজিনখিবদগী, মখোয়না শিরগা মপোক অমা তন্নকপা মতমদা, নহালপোক্তা মখোয়না তৌখিবা থবকশিংদু নীংশিংবা ঙমদে, কাউই। ঐখোয় মীওইবদি নুমিৎ খরগী মমাংদা নত্রগা পুংজা খরগী মমাংদা তৌখিবা থবক অদুফাওবা কাউথোকই। ঐখোয়দি তাইবংগী থবকশিংনা পুনবা মরমনা ঐখোয়গী লৌশিংগী মীৎ অসি পাংবা ঙমদে অদুগা মীৎ অদু পাংলগা উরবসু উবগী শক্তি অদু ঙমখে নাই। অদুবু মায়াগী মপু ওইরিবা শ্রীভগবানদি ইবুংঙো মহাক্না অবতার তৌখি-তৌখিবা মতমশিংদুগী হৌখিবা থবক পূম্নমক কাউদে অদুগা মশাবুসু অদুম নীংশিংই। প্রকৃতিবু "মায়া" হায়না কৌই। প্রকৃতিগী ৱাংমদা নত্রগা মথক্তা কনাগুম্বা অমনা লৈপ্পবদি মানা ঈশ্বরগী নাক্তা চঙশিল্লকই অদুগা মশাবু কাউদবা ঙম্নকই। মীওইবদি কর্ম্ম ফলগী মখা পোল্লিবমখৈদি হন্না হন্না পোকপা নাই অদুগা মহাকপু প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না সেরাম্ননা চিংদুনা কোইপু পুই। অদুগা অমরোমদনা শ্রীভগবানদি প্রকৃতিগী গুণশিংগী মখাদা লৈতনা মায়াবু নত্রগা প্রকৃতিবু লাকশিন্দুনা থম্মী।

শ্রীভগবানদি পোকপা নাইদ্রবসু, মাঙবা নাইদ্রবা মহৌশা ওইজরবসু অদুগা ফোঙদোক্তনা মফম খুদিংমক্তা শীন-থুংনা লৈজরবসু, ইবুংঙো মহাক মশামক অসি মশামক্কী ওইরিবা পূম্নমক্কী মপূ ওইবা হৌনশাদা অসুম লৈনা লৈনা মশামক্কী মায়াদগী অঙকপা শায়োন-পাঙ্গলগী পাম্বৈনা শ্রীভগবাননা অবতার তৌই। মসি পরমেশ্বর ভগবানগী পূম্নমক তৌবা ঙম্বা শক্তি অদুগী মতুং ইন্ননি। জীবশিংগীদি পোক্রক-পোক্রকপা মপোকশিংদা কর্ম্মগী মতুংইন্না অওনবা কয়া ওইরকই। শ্রীভগবানদি মদু নত্তে, ইবুংঙো মহাক্না মায়া শক্তি পুথোকচরবসু ইবুংঙো মাদি সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইদুনতা অদুম লৈবনি। শ্রীভগবাননা নোংগুম-নোংগা শান্নরিবা লিলাসিগী মরমদি ধর্ম্মনা মরায়-চায়থরকপা অদুগা অধর্ম্মনা মরায়-হাইগৎলকপা খুদিংদা ইবুংঙো মশামক্না মশাগী

অনীংবগী মতুংইন্না অবতার তৌরে। অবতার হায়বা অসিদি মীওইববু ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তিগী ৱাংমদা লৈবা অৱাংবা অদুদা কাবা ঙমহন্নবা ঈশ্বর মশামক্না মওঙ অমসুং মমিং নাইৱগা অনেম্বা মালেমদা কুমথবিৱকপনি। লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমকপু য়োকখৎপীনবগীদমক, অফবশিংবু ঙাকপী-শেনবীনবগীদমক, ফত্তবশিংবু মাঙহন্নবগীদমক অমদি ধর্ম্মবু অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎপীনবগীদমক শ্রীভগবাননা যুগ যুগ খুদিংদা তাইবংসিদা অবতার তৌবিরগা লিলা শান্নরে। ইবুংঙো মহাক্না অবতার তৌরকপদি লিলা শান্ননবনি অদুগা থৱায়-পানবশিং ঐখোয়না মপোক তম্নকপদি কর্ম্ম তৌনবনি। ইবুংঙো মহাক্না অবতার তৌরকপগী অথুপ্পা ৱাবু খঙলবা মীদুদি মায়া ঈপাক লান্দুনা ইবুংঙো মহাক্কী নাক্তা য়ৌবা ঙমই অদুগা মুক্তি ফংই। পোকপা অমসুং শিবা নাইদবা শ্রীভগবাননা মালেমসিদা ঐখোয়গী ইরক্তা অবতার তৌবিরবা হায়বা অসি অধর্ম্মবু মাঙহনবতা নত্তনা মীওইবদা ধর্ম্মগী পাউতাক কয়া খুদম-চাংদমগা লোয়ননা পীবি। মদুনা মীওইববু অরান-খুভম ফংবা ঙমহল্লি।

অপাম্বা লৈরক্ত্রবা, মশাগী ওইজবা থাদোক্রবা অদুগা থৱায়-পানবা খুদিংমক্তা লৈরিবা আত্মাসি অমতনি খঙলবা মতমদা কনা অমতনা সংসারগী পোৎশিংগা মরী লৈনরক্তে। মসিগী ফীভম য়ৌরক্রবা মতমদদি অকিবা, অশাউবা, য়েংথীবা অমসুং তুক্কচবা মঙোন্দা লৈররোই। অদুদগীদি মানা তাইবংগী পোৎশিংগী ৱাখল থাদোক্নুনা ঈশ্বরগী ৱাখলদা লাক্কনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজরক্কনি। অসুন্না ইবুংঙোগী মফমদা চঙজরবা মীশিংনা, জ্ঞানগী মৈনা ইকথোক্নুনা মখোয়গী থম্মোয় শেংহল্লগা, ইবুংঙো মহাক্কী লাইগী ওইবা ফীভম অদু ফংগনি। তোঙান-তোঙানবা মীওইবা ঐখোয়গী তোঙান-তোঙানবা অপাম্বা কয়া লৈনৈ। মদুগী মতুংইন্না মীওইবনা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজে। মীওইবনা মানা মানা হায়জ-চঙজরকপা মওঙদুগী মতুংইন্না ইবুংঙো মহাক্না মওঙ অদুমক্তদা মাবু থৌজানবি, মাগী অপাম্বা মতুংইন্না মাগী অনীংবা অদু অদুম থুংহল্লি। কনাগুম্বনা আত্মজ্ঞান ফংজগে হায়না শ্রীভগবানবু নীংজ-লাচ্চরবদি, মঙোন্দা ইবুংঙো মহাক্না অরান-খুভম পীবিগনি। মশাগী ওইজবা থিবা মী অমনা মানা পামজরিবা পোৎশিং অদু পীনবিয়ু হায়না ইবুংঙোদা হায়জরবসু ইবুংঙোনা মখোয়শিংদু পীবি। মীওইবনা আত্মজ্ঞান তানবদি য়াম্না ৱানা থোকই অদুবু তাইবং-সংসারগী ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক হম্বা দেব-দেবীশিংবু পূজা তৌদুনা কন্না হোৎনরবদি মীওইবনা

খুদক-খুদক্কী পান্নিবা মহৈঃ অদু লায়না অমসুং থুনা ফংবা ঙমই। হন্থবা খোইয়ুম-লাইশিংনা পীবা লল-থুম, সনা-লুপা, মাল-চাংনচিংবা অপাম্বা পোৎশিং অদুদি মায়া-সংসারগী ওইবনি, ঙাইহাক্তংগীনি অমসুং তুং-কোইরোইদবনি। মী অয়াম্বনা হৌজিক-হৌজিক্কী করিশু লৈতবা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা অদুতবু পামজ্জে অদুগা "আনন্দ" হায়বা নুংঙাইবা অয়ৌবী অদু পীবিগদবা আত্মজ্ঞান অদুবুদি পান্নরুদে। মখোয়না শা-কৈগী লীচৎ-শাজৎ চল্লক্তুনা শা-কৈ ওইরকই, নত্তে, শা-কৈদগীসু হেন্না শাথীবা ফাওবা মীওইবগী মরক্তা য়াওরি। মসি মীওইবা ঐখোয়গীদমক লাইবক য়াম্না থীবনি।

মীওইবনা অৱা-অনা অমদি নুংঙাই-য়াইফবা ফংলিবসি মা-মানা তৌরকপা কর্ম্ম ফলননি। ঐখোয় খুদিংমকসি হৌখিবা মপোকশিংদগী তুংশিল্লক্তুনা লৈরকপা কর্ম্ম ফলশিংনা তাদুনা শাবনি। গুণ অমসুং কর্ম্ম খেন্নবগী মতুংইন্না শ্রীভগবাননা মীওইবা সমাজগী লুখায় মরি হায়বদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য অমসুং সূদ্র হায়বা বর্ণ মরি অদু শেমখিবনি। মসি শেমখিবা মতমদা শ্রীভগবাননা মীচং-মীখায় নাইরুবগী ৱাফম অমতা লৈখিদে। মশা মশানা তৌজরুবা কর্ম্ম অমসুং চেঞ্জরিবা গুণগী মখা পোন্না বর্ণশিংসি ওইখিবনি। মীওইবা জাতিবু জীব পূম্নমক্কী মকোক্তা অদুম থাঙ্গত্তুনা থম্লনবা অমসুং নুংঙাই-য়াইফহন্নবা শ্রীভগবাননা বর্ণ পথাপ অসি শেমখিবনি। সত্ত্বগুণ হেন্না চেনবা মীশিংনা আত্মজ্ঞান তাল্লগা অতোপ্পশিংবু তাকপী-তম্বীদুনা শান্তিগী অমসুং আনন্দগী লম্বী খঙহনবী অদুগা মরম অদুনা মখোয়বু "ব্রাহ্মণ" হায়না কৌই। মথংদা রজঃ গুণ হেন্না চেনবা অদুগা লৈবাক-ঙাক্তুনা প্রজাশিংবু ঙাক-শেল্লিবশিং অদুবুনা "ক্ষত্রীয়" হায়না কৌই। মথংদা "বৈশ্য" হায়না কৌবা রজঃ গুণ অমসুং তমঃ গুণ চেনবা লৌউ-শিংউবা অমসুং ললোন-ইতিক তৌবা মীতাশিংগী কাঙলূপ অদুনা অহুমশুবা বর্ণনি। অরোইবা মরিশুবা কাঙলূপ অদুনা তমঃ - গুণনা মপূং ওইরগা রজঃ গুণ খর চংবা অদুবুনা "শূদ্র" হায়না খঙনৈ। মখোয়দি শিন্মীনি, মশানা মশাগী মপাঙ্গল অমসুং মথৌনা পুথোক্লগা গু-নোমদুনা অতোপ্পগী সেবা তৌই। শ্রীভগবাননা পথাপ অসিবু শেমখিবগী থৌবু ওইরবফাওবদসু ইবুংঙো মহাক্তী থবক্তা করিশু তৌবা য়াওদবা অমসুং হোংবা নাইদনা ইলেঙ-লেঙদনা লৈবা অমনি। বর্ণ মরি অসিগী কাঙলূপ মরি অসিনা মশা মশাগী মথৌশিং নিংথিনা পাঙথোক্লবদি সমাজ অদু শান্তিদা অমসুং নুংঙাই-য়াইফবা ফীভমদা শোয়দনা লৈবা ঙমগনি।

তাইবং মীনা থবক অমা তৌবদা থবক অদু মহাক্লা তৌবনি হায়না খল্লি অদুগা মহাক্লা থবক অদুগী মহৈঃ বু চাবা পামই। মরম অদুনা মহাকপু থবক্লা পুল্লি অমসুং মহাক হন্না হন্না পোক্ল-শির তৌই। শ্রীভগবানদি মশাগী য়েংদে অদুগা থবকশিংগী মহৈঃশিংবুসু পাম্নুবা লৈতে। মরম অদুনা থবক্কী য়োহ্লিংনা ইবুংঙো মহাকপু পুন্দে অমসুং পোকপা অমসুং শিবা হায়দুনা লৈরিবদুনা ইবুংঙো মহাকপু শোকপা ঙমদে। মসিবু খঙবা মীনা কর্ম্মগী লাংদা থুদ্রে। থবক্কী লীপুন্দগী নাম্থোক্লগা অরান-খুভম ফংনবা আত্মজ্ঞান তানখিবা থাইনগী মীতাশিংনা অহানবদা থম্মোয় শেংদোক্লবা থবক কয়া মশা মশাগী ওইজবা থিদনা পাঙথোকখি। কনাগুম্বনা আত্মজ্ঞান ফংজরবসু মানা মালেমগী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা মশানা থবক অদুম তৌদুনা লৈ। অপঙবা মীশিংনা থবক্কী অথুপ্পা ৱাদু খঙদদুনা থবক থাদোক্কে হেক হেক তৌই। অর্জ্জুনসু লাল-তৌবা তোক্লগা লাই নীংখ্রগে হায়গৎলক্রে। মরম অদুনা, মতাং অসিদা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা জনক নিংথৌ অমসুং থক্কী অহল-লম্মনশিংগুম্না মথৌ পাঙথোক্লবা অর্জ্জুনদা তাকপীবনি।

কর্ম্ম যোগী অমনা সংসারগী খুরৌদগী শোয়দনা নাম্থোক্লবগীদমক্তা "কর্ম্ম" হায়বদুনা করিনো, তৌহৈদবা থবক "বিকর্ম্ম" হায়বদুনা করিনো অদুগা থবক তৌরবসু থবক তৌদবা মতৌ "অকর্ম্ম" হায়বদুনা করিনো হায়বশিংদু নিংথিনা খঙফম থোকই হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপী। খঙবদা ৱাবদি থবক্কী লমদাঙ হায়বসিনি। সাধারণ মীওইশিংনা থবক তৌবা হায়রগা খুৎ, খোঙ অমসুং অতোপ্পা হকচাঙগী কায়াৎশিংনা লেঙ-ওৎপা তৌবখক্তবু থবক্লি হায়না খঙনৈ, অদুগা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা অদুবুনা থবক তৌদবা "অকর্ম্ম" হায়বদুনি হায়না খঙনৈ। মসিদি নত্তে। মশাগী তৌফম থোকপা অমদি শোয়দনা মহৈঃ য়ানগদবা থবকশিং তৌববু কর্ম্ম কৌই। মসিগী অর্থদি কর্ম্ম ফল য়াওবা থবক হায়বনি। থবক অদু ওইনীংবা অমা হেক ওইবা য়াই, মদুবু অজ্ঞানগী চমম্নবা মরক্তা তৌরবদি, মদুদগী লাকপা ফল অদুদি অৱাবা, নুংনাঙবা অমসুং অনাবা ওইগনি। "থবক তৌরিবসি ঐনি" হায়বা ৱাখল অসিগা থবক্কা মরী লৈনরকপা মতমদা থবক্তা পুনবা ঙম্বগী শক্তি হাপচিল্লকই। মরম অদুননি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা মহাক থৌবুনি হায়বা খন্দনা মশাগী মথৌ তৌ হায়না তাকপীরিবসি। শাস্ত্রনা য়াদবা তৌফম থোক্তবা কর্ম্মশিং অদুনা "বিকর্ম্ম' কৌই। নিষ্কাম ওইনা ইশাগী ওইজবা য়েংদনা জগৎকী য়াইফনবা তৌরিবা থবক অদুনা "অকর্ম্ম" কৌই। মসিদি

আত্মাগী মওংনি, আত্মাগী মচৎ-মতৌনি। শব্দ নুং-গী অর্থদা হায়রবদা "অকর্ম্ম" হায়বগী অর্থদি কর্ম্মফল য়াওদবা থবক হায়বনি। কর্ম্ম ফলদি কদাইদা চৎখ্রে? কর্ম্ম তৌরবদি কর্ম্মগী ফল লৈফম থোকই। মদুদি ঈশ্বরদা লোয়না কখোকখ্রবনি। থবক খুদিংমক ঈশ্বরগীদমক তৌরবদি কনাগুম্বা অমনা থবক্কী ফল ওইনা নুংঙাইবসু তৌদ্রে নত্রগা বাবসু লৈদ্রে। অদুদগীদি মহাক মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্নুনা অয়ান-খুভম ফংবা ঙমই।

কনাগুম্বনা থবক তৌবা মতমদা থবক অদু মহাক্কীনি, মশানা তৌবনি অদুগা থবক অদুগী ফলদুসু মাগীনি হায়না কন্না আশা তৌরবা মতমদতা তাইবং মায়াগী খৌরিনা মহাকপু কন্না পুনবনি। মসিগী বাখল অসি লৈত্রবা মতমদা থবক অদুনা মহাকপু চেন্নবিদ্রে অদুগা থবক অদুসু থবক ওইদ্রে। মসিবু কর্ম্মদা অকর্ম্ম হায়বদি থবক তৌবদা থবক তৌদবা ওইনা খঙনৈ। থবক তৌনা তৌনা থবক তৌদবগী মতৌ উরিবা হায়বসি থবক তৌরবসু হকচাঙনা নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংনা তৌজবনি "ঐদি য়াওদে" খঙলিবা মীদুনা কর্ম্মদা অকর্ম্ম উরে। থবক অমা নত্রগা অমা হেক ঙম্বমখৈ তৌজরবসু, মতাং অদুদদি, থবক অদু থবক ওকওই ওইদ্রে। মসিগী ফীভম অসিদদি থবক তৌরিবা থৌবু অদুনা থবক তৌজরবসু মহাক মশামক্তা মশামকপু থবক তৌদনা সাক্ষি ওইনা লৈরিবা আত্মাগা অমতা ওইনা তিনসিন্নহন্নি। অদু ওইরবদি মহাক থবক্কী খুন্নৌ চেন্দ্রে। হকচাঙনা নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংনা থবক তৌদবা য়াই, অদুবু কনাগুম্বনা মহাক থবক তৌবা মীনি হায়না খল্লিবমখৈদি মহাক থবক অদুম তৌরি। পূর্ণ্ণীংগী অমসুং বুদ্ধিগী থবকশিং লোয়নমক কর্ম্মনি। মখোয়গী থবকশিংসিবু তৌবসে হকচাঙগী থবক তৌদ-তৌদনা থবক তৌবা কৌই। জীব অমতনা মীৎকূপ অমফাওবা থবক তৌদনা লৈবা ঙম্লোই।

অপঙবশিংনা হকচাঙনা থবক তৌজবা অদুবু থবক তৌদনা সাক্ষি ওইনা লৈজবা আত্মানা তৌবনি হায়না লৌই। মসি অয়ানবনি। মসিবু খঙলবা মহাক অদুদি মী মরক্তা অশিংবনি, অদুগা অসিগুম্বা মীওই অসি অচুম্বমক যোগী অমনি অমসুং মাগী থবক পূম্নমক মানা পাঙথোকপদা শান্তি ফংলবনি। মহাক্তা পায়খৎলকপা থবকশিংদা অপাম্বগী ঈথিল অমসুং ভাবনা শাবা ওইদবা বাখলশিং য়াওদবা ময়মনা মহাক্তা থবক তৌদুনতা লৈজরবসু মহাক থবক তৌদবগা চপ মান্নে। মাগী থবক অমসুং মদুগী ফল পূম্নমকপু, অফবা ওইরবসু নত্রগা ফত্তবা ওইরবসু, মৈনা পোৎশিং চাকথেকপগুম, আত্মজ্ঞানগী য়াম্না পাঙ্গল লৈবা মৈনা চাকথেকই। অসুম্না জ্ঞান অদুনা অজ্ঞানবু মাঙহন্দুনা থবক্তা থবক

তৌরিবা মীদুগা মরী লৈনহন্দে। অসিগুম্বা মীতাবু অশিংবশিংনা তশেংবা পণ্ডিত অমনি হায়নৈ।

কন্নাগুম্বা অমনা নাপল অমসুং থবক্কী মহৈঃ পাম্বগী ৰাখল য়াওদনা মালেমগী য়াইফনবগীদমক্তা মানা ঙমজবমখৈ থবক তৌরবা অদুগা মাগী থবক খুদিংমক মদুগী ফলশিংগা লোয়ননা ঈশ্বরদা কখোক্লবা, অদুদগীদি, থবক অদুনা মহাকপু কৈদৌনুংদসু পুন্দ্রে। মরম অদুনা মঙোন্দা পাপ চঙদ্রে। মরম্নাইগী ওইনা অপাম-মিহৌ অমতা লৈতবা মরম্না মানা তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংদা শান্তি ফংই। হায়জরুদনা ঈশ্বরনা মঙোন্দা হেক পীনবিরকপ-মখৈদুদা, অফবা খঙদে নত্রগা ফত্তবা খঙদে, অম্মা ওইনা মতম পুম্বদা ইপেন্দা পেন্থোক্লুনা মহাক্না লৈবা ঙমই। মহাক্না করি/কনাদসু তাংলুদে। মহাক্না থবক খুদিংমকসি শ্রীভগবাননা মহাক্কী সিন্থা ওইনা খন্দোকপীরকপনি হায়বগী অচেৎপা ৰাখলদা ইবুংঙো মহাক্কী খুৎলায় অমা ওইনা পাঙথোকই। মানা পোৎ অমতংগী মপু ওইনীংবগী ৰাখল ফাওবা পোক্তে। পুন্নীগী ইচঙমক চঙদবা য়াদ্রবশিংথক্কীদমক ফাওবা মহাক্না নাচুংলক্তে। ওন্ন-তৈনবা তুমাশিং হায়বদি অঈংবা অমসুং অশাবা, অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা, ফংবা অমসুং মাঙবা, পাম্বা অমসুং পামদবা অসিনচিংবদা মপুক্লীং ওন্দনা খল মান্ননা নাচুংদনা লৈবা ঙম্নবা মীশক অদুদি থবক তৌদবা আত্মাগা অমতা ওইসিন্নখ্রে অদুগা আনন্দগী ঈপাক্তা লুপখ্রে হায়বা য়ারে। মহাক্তী গুণ অহুমদুগী ৰাংমদা লৈত্রবা মরম্না অরান-খুভম ফংবদা মতিক চপ-চারবা মীশক অমা ওইরবনি।

ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক থবক খুদিংমক তৌরবদি থবক পুন্নমক যজ্ঞ ওইরে। জগৎ অসি পুন্নপ-পুন্না পুনসিন্নগা ওইরিবা অদু ব্রহ্ম হায়বদুনি হায়না লৌবা ঙম্বা মীশক অদুনা যজ্ঞদা তৌবা থবকশিং, যজ্ঞদা কৎলিবা পোৎলমশিং, যজ্ঞদা কৎলিবা ঘী, কৎলিবা মীনচিংবা পুন্নমক অসি ব্রহ্মাঙাক ওইনা লৌই। মহাক্না যজ্ঞদা কৎলিবা অদুসু ব্রহ্মনা ব্রহ্মগী মৈদা কৎপনি হায়না লৌই। মহাক্কী থবক পুন্নমক্তা ব্রহ্মবু মতমলৈবখিবিক্তা উবা ঙম্বা মহাক অদুনা ব্রহ্মতবু লেপ্পমক ফংগনি। জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতনি হায়না খঙজরবা আত্মজ্ঞান লৈরবা মীতাশিংদুনা মখোয় মশামকপু হায়বদি জীবাত্মা অদুমকপু ব্রহ্মাতগী মশক ওইবা মৈগী কোমদা যজ্ঞগী পোৎ ওইনা কখোকই, অদুগা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মাশাগী তোঙানবা মশক অদু মাঙহনখি — মসিবু জ্ঞান যজ্ঞ কৌই। মসিনা অতোপ্পা যজ্ঞশিংদগী হেন্নি। কনা-কনাগুম্বা খরনা অমুক নাকোঙ, অতোপ্পা জ্ঞান-ইন্দ্রিয়শিং অমসুং

কর্ম্ম ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংবু পূক্লীং-বারক্কী মৈদা যজ্ঞ ওইনা কখোকই, অদুগা মখোয়না মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংদুবু আত্মাগী লিচিং মখাদা খোমজন্দুনা থম্নগা মখোয়গী মচীঞ্জাকশিংদা চাকতাহন্দে। মসিসু যজ্ঞ মখল অমনি। অতোপ্পা যজ্ঞ মখল অমদনা মী খরনা অমুক মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিং অদু অশেংবা অমসুং শাস্ত্রগী নিয়ম্না থিংদবা মচাকশিং-দতা চাকতাহল্লি। কনাগুম্বা খরনা অমুক ব্রহ্মচার্য্য অমসুং সন্ন্যাস ওইরগা মপূন্সী লেপ্লি অদুগা কনা-কনাগুম্বশিংনা অমুক ময়ুম-মকৈ পান্দুনা নিয়ম-নাইনা অবাংবা পূন্সীশিং লেপ্লি। মী খরনা অমুক মখোয়গী পূক্লীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মথৌ-মডম পূম্বা অমসুং মখোয়গী থবায়-নিংসাগী থবকশিংসু জ্ঞান্না চুখৎলবা ইশা-লাকশিনবা যোগগী মৈদা কৎসিন্দুনা যজ্ঞ তৌই। ইন্দ্রিয়শিংনা আত্মাগী মপান্দা থবক কয়া কয়া তৌই। থবকশিং অসি থবায়-নিংসা য়াওদ্রবসু পাঙথোকপা ওইথোক্লোই। মরম অদুনা যোগী অমনা ইন্দ্রিয়শিংগী মকোক্তা লৈরিবা পূক্লীংবু আত্মাদা নত্রগা ব্রহ্মাদা লেংদনা থম্নবদি ইন্দ্রিয়শিং অমসুং থবক তৌরিবা থবায়-নিংসানা মখোয়বু ওইহল্লকইবা ওইহল্লকফম অদুদা তিনসিনখিগনি।

যজ্ঞ মখল য়াম্মি। কনা কনাগুম্বা খরনা অমুক মখোয়গী মরল-মথুম্মু মী মতিক চাবা, মফম চাবা অমসুং মতম চাবা য়েংদুনা দান তৌথোকই নত্রগা হকচাংবু শাথীনা বাহনবা তপশিংবু নত্রগা মখোয়গী যোগ শান্নবগী হৈনবীবু যজ্ঞ ওইনা কখোকই। অমরোমদনা অমুক, অতৈ মশা-বাশক চেৎপা নত্রগা বাশক-কনবশিংনা মতিক চাবা গুরুশিংদা চঙজরগা বেদ-শাস্ত্র তমজদুনা নত্রগা পাজদুনা শেংনা নৈনজবা অদুদগী লাকপা মহৈং অমসুং মদুগী জ্ঞানবু যজ্ঞ ওইনা কখোকই। নুংশাস্বর কাঙলোন-শান্নবশিং খরনা মখোয়গী "প্রান" কৌবা হোন্দোরকপা নুংশাস্বরবু "অপান" কৌবা হোঞ্জিল্লকপা নুংশাস্বরদা কৎলি। মসিদদি স্বর য়াম্না শাংনা চিংশিল্লি অদুগা মতম অদুদা হকচাঙ মনুংসি নুংশিৎনা থল্লি। অদুগা খরনা অমুক হোঞ্জিল্লকপা স্বরবু হোন্দোরকপা স্বরদা কৎলি; মসিদদি স্বর শাংনা হোন্দোকখিদুনা হকচাঙ মনুংদা নুংশিৎ লৈতে। খরনা অমুক "প্রান" অমসুং "অপান" অনীগী খোঙচৎপু থিংদুনা নিংসা কাঙলোন শান্নে; মদুদদি হকচাঙ মনুংদা নুংশিৎ পূমহাং-হাংহল্লগা স্বর হোনবা পূন্নেপ লেপ্নে। অতোপ্পা মী খরনা অমুক চাবা অমসুং থকপা নিয়ম নাইরগা মখোয়গী নিংসাবু প্রানদা তিলহল্লগা যজ্ঞ ওইনা কৎলি। চাবা অমসুং থকপা নিয়ম নাইবা নত্রগা চপ চাবী চাং অমদা চাবা হন্থবা হায়বা অসিনা ইন্দ্রিয় খুদম

চনবদা অমসুং পুক্নীংবু শেংদোকপদা তেংবাংই। মথক্তা পনগ্রিবা যজ্ঞ মখল পুম্নমকসি তৌকপী মরমদি ইন্দ্রিয়শিং অমসুং পুক্নীংবু নত্তবা থবকশিং তৌহন্দনা খুদুম চন্দুনা থম্নবনি অদুগা ধর্ম্মগী চাওখৎপরোমদা লাক্নবনি। যজ্ঞতনা কনাগুম্বা অমগী লঙজনবা পাপশিংবু মাঙহনবা ঙমই।

পাপ চেনবা পূর্ণীনা তাইবং অসিদা অমুক হন্না হন্না পোক্নবগী মরম ওই। মীওইনবু পোক্নবদি পাপ চেন্নে। পাপ অদু কোক্নে হায়রবদি বেদনা তাকপা যজ্ঞশিং খঙবা তাই অমসুং তৌবা তাই। যজ্ঞগী অরেম্বা অমৃতবু খুজ্ঞরিবশিংনো লেঙম্রবা ব্রহ্মগী খুভম ফংজে হায়না গীতানা তাকপীরি। যজ্ঞ পাঙথোক্নবা মীশিংদি হৃদয়কী মপোকসিদা নুংঙাইবা ফংদে অদুগা মীরমলেনসিদসু খোঙদাফম লৈতে। অদুনদি মখোয়গী মথংগী মপোক্তি অরাবগী মশক ওইগনি। যজ্ঞশিংসি পাঙথোক্নগা পুক্নীংবু শেংদোক্নুনা আত্মজ্ঞানবু ফংজরবা মতুংদদি কনাগুম্বনা লেঙদবা ব্রহ্মগী নাক্তা য়ৌবা ঙমজে। যজ্ঞগী তোঙান-তোঙানবা মখলশিং অসি বেদনা হায়বা ঙাক্তনি। মখোয় পুম্নমক থবক্তগী পোক্নকপনি। মতৌ অসুম্না খঙলবা মীওইবনা অরান-খুভম ফংবা ওইগনি।

পোৎচং য়াওবা অচম্বা যজ্ঞদগী জ্ঞান যজ্ঞনা য়াম্না হেন্নি। থবক পুম্নমক লৈতক্না মমৈদা জ্ঞানগী অরাংবা থাক্তা য়ৌই অদুগা পরমেশ্বর ভগবানগী ভক্তিদা লোমগনি। পোৎচং য়াওবা যজ্ঞনা তাইবংগী থবক্তগী লাকপা মহৈংগী নুংঙাইবা পী অদুগা জ্ঞান যজ্ঞনা ঐখোয়বু অরান-খুভমসী লম্বীদা লমজিংবি। মরম অদুনা শিষ্য অমনা মতিক চাবা তত্ত্বজ্ঞান খঙবা গুরুবু দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজরগা, মাবু পেন্নবা সেবা তৌজরগা অমসুং খঙনীং-হৈনীংবা পুম্বা হংজ-কোক্চরগা অচুম্বা তত্ত্বজ্ঞানবু তানগদবনি। সদ-গুরু অদুনা অদুদগীদি থম্মোয়-শেংনা চঙজরক্রিবা শিষ্য অদুদা আত্মজ্ঞান অদু খঙনবা অথুম্না পুম্নমক তাকপীরক্কনি। তৌবতদি শিষ্য অদুনা তৌশিন্নবা য়ারোই। মহাক্না গুরুদুবু ভক্তি লৈনা নীংগদবনি অমসুং মহাক্কী পাউতাকশিংদুবু মপুংফানা থাজগদবনি। তাকপীরকপা জ্ঞান অদুনা শিষ্য অদুগী ওইজরবদা, মহাক কৈদৌনুংদসু অমুক চমম্নরোই অদুগা জ্ঞান অসিগী পান্থেনা লৈরিবা খিবিকপু চিথদনা মহাক্কী আত্মাদা নত্রগা শ্রীভগবান ইবুংঙোদা মানা উরগনি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপীরম্মী।

মপূর্ণীদা তৌহে-তৌহেদবা থবক কয়া তৌরক্নুনা খাইদগী হেন্না ফত্তবা পাপ-চেনবা মী অমা ওইজরবা ফাওবদসু, অদুম ওইনমক, মহাক্না আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা

হিগী মতেংনা লানঙমদবা পাপকী ঈপাকপু লাম্হোক্পা ঙমগনি। থাজেপেংনমক অচাকপা মৈনা শীং পূম্বু চাকথেক্নুনা তাঙোয় তাহনবগুম, মশাবু মশানা মশক খঙজবা হায়কদুগী জ্ঞানগী মৈনা থবক পুম্নমক্কী অফা-অপুন নত্রগা দোষ পূম্বু চাকথেক্নুনা উং ওলহল্লগা মাঙহল্লি। মালেমসিদা শেংবদগী শেংবদা জ্ঞানগা মান্নবা শেংবা অমসুং শেংদোকপা ঙম্বদা জ্ঞাননা শেংদোকপা ঙম্বগা মান্নবা অতে করি অমতা লৈতে। আত্মজ্ঞান ফংলবা মী অমনা অতোপ্পগী আত্মাবু মশাগী আত্মাগা অখানি হায়না লৌই। কর্ম্ম যোগ অমসুং ধ্যান যোগবু তত্তনা অভ্যাস তৌদুনা মপুং-ফায়ক্লবা ফনাওম্বা মী অমনা মাগী মতমদু য়ৌরগা মশানা মশাবু খঙজদুনা আত্মজ্ঞানবু ফংজে।

থাজবা অমা কন্না লৈত্রবদি, করিগুম্বা থবক অমতা নিংথিনা পাঙথোকপা ঙমদে। তাইবংগী ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ওইবা কান্নদবা নুংঙাইবশিং অসিগী মথক্তা লোইখম-নাইদবা মপুংফাবা লেঙদবা নুংঙাইবা মখল অমা লৈরি। মদুদি “আনন্দ” হায়বা নুংঙাইবা অয়োবিদুনি। মসিবু ফংবসু শান্তি লৈত্রবদি ওকয়া য়াদে। শাস্ত্র অমসুং গুরুদা অচেৎপা থাজবা লৈরবা, গুরুবু চেৎনা সেবা তৌজরবা, গুরুগী পাউতাকশিংবু লেঙদনা তাজরবা অদুগা ইন্দ্রিয়শিংবু থুদুম-চন্দুনা আত্মজ্ঞানদা পুক্নীং-লুপ্পা ঙমজরবা মীশক অদুনা শোয়দনা পূমথোই থোইবা শান্তি হায়বদু ফংবা ঙমজে। তৌইগুম্বসুং আত্মজ্ঞান লৈত্রবা, চিংনবশিংনা মহুম শারবা, মশামকপু থাজদ্রবা, চৎনরিবা শাস্ত্রবু অমসুং গুরুগী পাউতাকশিংবু থাজদ্রবা নত্রগা খঙদ্রবা অদুগুম্বা চিংন-পূকচেল লৈবা মী অদুদি মাঙজরবনি, মরমদি মহাক্তী হন্দকমুক্কী মপোক্তসু অমসুং হয়েংমুক্কী মপোক্তসু নুংঙাইবা নত্রগা চাওখৎপা হায়বদু শুকফং-ফংবা ঙম্লরোই। অসিগুম্বা মীতা অমনা অরান-খুভমগী লম্বীদা চৎপা ঙমদে।

অদুবু জ্ঞানগী লম্বীদা চত্তুনা মাগী কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মফলনচিংবা পূম্নমক অথাকপা লৈতনা লোয়না ঈশ্বরদা কথোক্লবা, জ্ঞানগী পাম্বৈনা মাগী চিংনবশিংবু মাঙহল্লবা অদুগা আত্মাদা চানমক্কী মপুক্নীং লুপ্তুনা লৈরবা মহাক অদুদি মহাক মশামক্তা মশামকপু মশক খঙজে অদুগা মহাকপু কর্ম্মগী লাংনা ফা-পুন্দুনা থম্বা ঙমদে। খঙদবদগী পোকপা মীওইবগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা চিংনবা হায়বা অসিনা পুক্নীংদা য়াম্না শাথীনা ওৎ-নৈবা তৌই। মসিনা ধর্ম্মগী লম্বীদা অকায়বা য়াম্না পী। মরম অদুনা জ্ঞানগী থৌরবা থাংশোংনা খুৎলায় ওইরগা অজ্ঞানদগী পোক্লকপা থম্মোয়নুংদা লৈরিবা মশামক্কী চিংনবমথৈদুবু

ককথত্তুনা হাত্তোক্রো, নিষ্কাম-কর্ম্ম-যোগদা চঙজরো, লাল থেংননবগীদমক হৌগৎলো অদুগা চিংনবা করিমতা লৈতনা লাম্বেংনরো হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা য়াম্না কন্না তাক্কক অসিদা হায়বিরি।

---

# তাঙ্কক মঙা

**মঙাশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিং "সন্ন্যাস যোগ" হায়না কৌই। মথক্কী তাঙ্ককশিংদা কর্ম্ম যোগদগী জ্ঞান যোগনা অথোইবনি অদুগা যজ্ঞ পুম্বগী মতোম্লোমফমসু জ্ঞাননি হায়না ফোঙদোকখ্রে। অদুগা মতম অমতদা অমুক্সু পুণ্য ওইবা থবক্কী যোগগা থবকশিং থাদোকপা "কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগ" হায়বদুগা অনীমকসিবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা থাগৎপীরি। অর্জ্জুনগী ৱাখলদদি থবকসু তৌবা অদুগা থবকসু থাদোকপা হায়বা অনীসি পুন্না চৎমিন্নবা য়াবা হৌনদে হায়না লৌরম্মী। অর্জ্জুননা ৱাফম অসি মুন্না খঙদবদগী মহাক্কী পুক্কীংদা চিংনবা পোক্রম্বনি। শ্রীভগবানগী সেবাগীদমক্তা তৌবা থবক্তি অফা-অপুন লৈতে অমসুং অকর্ম্মনি হায়বা ৱাফমসি অর্জ্জুননা নিংথিনা খঙলমদে। মরম অদুনা যোগ অনীসিগী মরক্তা করম্বনা হেন্না ফরিবনো হায়বদু তাংদাংবা অমা খঙননবা মঙোন্দা তাকপীয়ু হায়না অর্জ্জুননা শ্রীভগবানদা হায়জরম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অনীমক্কুগী পম্মুংফম অমতনি হায়বদি অনীমক্না অরান-খুভম ফংবগী মায়কৈদা লমজিংই; অদুবু অনীসিগী মনুংদা সাধারণ মীওইবগীদমক্তদি কর্ম্ম যোগনা হেন্না লায়বা, চুনবা অমসুং ফবা ওই হায়না তাকপীরম্মী। কর্ম্ম যোগদা সিদ্ধ ওইদ্রিবা মীতানা সন্ন্যাসতা চঙসিনবা ঙম্লোই। মরম অদুনা অহানবদা অরান-খুভম ফংবা পাম্বা মীনা জগৎকী য়াইফনবগীদমক্তা মশাগী ওইজবা য়েংদনা কর্ম্ম তৌবা ঙম্মবা হোৎনগনি। মানা অসুম

অসুম নিষ্কাম কর্ম্ম তৌর-তৌরগা আত্মজ্ঞান ভানসিনগনি। অদুগী মতুংদদি মহাক্না অয়ান-খুভম ফংনবা লম্বীদা লাকনি। মসিনা অয়াম্বগীসু ক্বিদমনফম অমা ওইরকই। কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী সেবাগী মওঙদা পুম্নমক্কী য়াইফনবগীদমক্তা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরকপা মতম অদুদা মানা তৌরকপা থবক খুদিংমক অশেংবা ওইরকনি অদুগা মাগী থবক্তুনা মাবু পুত্রোই।

অফ-ফত্ত, অবা-নুংঙাই, অঙ্গং-অশানাচিংবা ওয়-তৈনবা অনী অনী লৈরিবা পাবোৎশিংদগী নীংথা-তম্নবা কনাগুম্বা মীশক অমনা হেক তৌবা থবক খুদিংমক শ্রীভগবানগীদমক তৌই অদুগা ইবুংঙো মহাক্না পেন্নগা মহাক্কীদমক্তদি লোয়রে। ময়ম অদুদগী মহাক্না ঈয়ায়-লায়না তাইবং-সংসারগী লাংদগী নাহ্রোক্তুনা অয়ান-খুভম ফংবা ঙমই। মহাক্তী লেপ্নমক সন্ন্যাসি ওইরবনি। মী অমনা তনবদগী নক্রগা পঙবদগী নক্রগা অতে ময়ম অমা অমদগী থবক তৌত্রে হায়দুনা মহাকপু সন্ন্যাসি অমনি হায়না কৌবা য়ারোই। লম্বোই-ফী শেংলগা নক্রগা ধর্ম্মগী বা ঙাঙলগা কনানসু সন্ন্যাসি হেক্তা ওইবা য়াদে। দরকার ওইরিবদি অহংকার, অপাম্বা অমসুং অশাউবা তশেংনা থাদোক্রবা তক্ক-তক্নবা থম্মোয়দুনি। মী অমনা সংসারদা অদুম লৈনা লৈনা অপাম-পামদ থাদোক্তুনা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌর-তৌরগা মাগী থম্মোয়দু হান্না শেংদোক্লবা লাক্লগনি, শেংদোকনি অদুগা অশেংবা সন্ন্যাসি অমা ওইবা ঙমগনি। ময়ম অসিনা সন্ন্যাসকা নিষ্কাম-কর্ম্ম যোগগা অনী-অসি খেন্নদে, অমতনি; অমনা অমগী মতেং পাংনৈ। অপঙবা মীশিংথক্তনা থবক থাদোকপনে অমসুং ময়ামগী য়াইফনবা অশেংবা থবক পাঙথোকপনে অনীসি তোঙান-তোঙানবনি হায়, অদুবু আত্মজ্ঞান লৈরবা অশিংবশিংনেদি মদু হায়দে — অনীসিগী পোলোইদি অমতনি হায়। "থাদোকপা" হায়বা অসি পুক্নীংগী বাফমনি, থবক তৌবদা অপাম্বা থাদোকপবুনি। অনীসিগী মরক্তগী অমতবু চঙথোম্না হৈনবী ওইনা পায়থৎলিবা মহাক অদুনা অনীমক্কী মহৈ অদু অদুম ফংই। অদুবু "থাদোকপা" হায়বসিমক ময়ামগী য়াইফনবগীদমক ফথেক্রবা অশেংবা থবক্কী যোগ য়াওদনদি ওইথোক্তে।

পূর্ণীগী অয়োবী পাঙথোকদবা থবক্তি আত্মাবু মশক নিংথিনা খঙনবা হোৎনবনি। কনাগুম্বা মীভা অমনা সংসারগী ওইবা পোৎপু কম্না পামদ্রবা অদুগা জ্ঞান-যোগগী লম্বীদা চৎলবা মতমদা মহাক্না মহাক্কী অওইবা স্বরূপতা লৈবা ঙম্মকই। মশাগী করিমতা য়েংদনা য়াইফ-থৌ তৌরিবা অদুগা মাগী তৌক্ক-তৌক্লবা থবক খুদিংমক তাইবং মপুদা পোৎকং অমা ওইনা কৎলিবা মহাক অদু কর্ম্ম যোগীনি। অসিগুম্বা নিষ্কাম কর্ম্ম অসিনা মহাক্কী

থম্মোয়বু শেংদোকই অদুগা শেংদোকপা অসিনা আত্মাবু তরং-তরং উরকপগী উপায় অমা ওইরকই। থবক্কী লমদা কখোক্রবা, মপুক্কীং য়াম্না শেংলবা, মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম-চন্নবা অমসুং থবায়-পানবা পুম্বদা লৈরিবা আত্মা অদু মাগী আত্মা ওইনা খঙলিবা মহাক অদুনা জীব পুম্নমকপু য়াম্না নুংশিনা তৌই। মহাক্কী মতম পুম্বদা থবক তৌনা তৌনা লৈরবসু থবক্না মহাকপু পুন্দে। মহাক্না নুং-দদি থবক পুম্নমক থাদোকই, অদুবু মপাঙ্গোংদদি মহাক্না থবকশিংদু থাদোক্তে। মানা পাঙথোক্লিবা থবক অমতা মাগা মরী লৈনদে হায়না মানা খঙ্গে। মীৎনা য়েংবা, নাকোঙনা তাবা, নাতোন্না মনম নম্বা, চীন্না বা-ঙাঙবা, খুৎনা থবক তৌবা, খোঙনা চৎপা, মীৎ পাঙথোকপা অমসুং উইশিনবা অসিনচিংবা থবকশিংসি থবক্কীদমক লৈবা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয় মখোয়গী মরী লৈনবা থবক তৌজবনি অদুগা মাদি থবক অমতা তৌবা য়াওদে হায়না মানা খঙ্গে। থবক খুদিং-মক্তা মহাক্কী আত্মানা করিমতা তৌদে হায়না মানা মপুক্কীংদা লেপ্পা ঙমই। হকচাঙদি মহাক নত্তে হায়বদু মহাক্না খঙজে।

থবক পুম্নমকপু ব্রহ্মাগী মফমদা কখোক্লুনা অমসুং থবক্কী ফলগা শম্নবদু থাদোক্লুনা অহংকার য়াওদনা থবক তৌরিবা মীদুবু পাপকী মশক ওইবা থবক্কী ফত্ত-মহৈং না চুহনবা ঙমদে। গীতানা থবক তৌগনু হায়দে, তৌবতদি থবক পুম্নমকসি ঈশ্বরদা কখোক্রবা ওইনা তৌ হায়বনি। গীতাগী পাউতাক মতুংইন্না থবক তৌরিবা কর্ম্ম-যোগী অমনা হক্না পামশিনবা থাদোক্লগা মশাগী থম্মোয়বু শেংদোকন্নবগীদমক্তা হকচাঙ, পুক্নীং, বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মতেংতনা থবক তৌই। থবক্কী ফলবু থারগা থবক তৌনা তৌনা ঈশ্বরগী বাখলদা লুপ্না থম্মোয়দি অশেংবা শান্তিনা পীক থল্লি। অদুগা থবক্কী মহৈংগীদমক য়াম্না মিহৌ-চাউবা অমসুং ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগীদমক অপাম্বগী মখা পোন্না থবক তৌবা মীদুদি মায়াগী লাংদা থুই অদুগা মরম অদুদগী মহাক্না অশেংবা শান্তি ফংবা ঙমদে।

অপঙবা মীনা মখোয় মশাগী লাইগী ওইবা মতৌবু খঙদদুনা মশাবু হকচাঙদুনি হায়না শেরাম্ননা লৌই, অদুগা মরম অদুদগী মহাক বাই। মহাক্কী হকচাঙনুংদা লৈরিবা মশক উদবা আত্মাগা মা-মশাগা অমতনি হায়না লৌরবদি মহাক মুক্তি ফংই। তাইবংগী অপঙবা মীনা "ঐদি ছোফাদা ফমদুনা পোত্থারি" হায়না হায়রি। ছোফাদা পোত্থারিবদি হকচাঙ অদুনি। হকচাঙগী মনুংদা লেঙদনা লৈরিবা "ঐ" হায়বা অদুদি হকচাঙনুংদা পোত্থাবনি। "ঐ" হায়বদি "আত্মা" অদুনি। হকচাঙগা "ঐ" গা থেম্নে। হকচাঙগী মপুদি

"ঐ" না ওইগনি। মরম অদুননি ঐখোয়না "ঐগী হকচাঙ" হায়রগা "ঐ" বু না "হকচাঙ" গী মপু ওইহল্লিবসি। জ্ঞানীনা "ঐদি হকচাঙনুংদা করিগু তৌদনা পোত্থাদুনা লৈ" হায়না হায়রিবসি অচুম্বনি। থবক পুম্নবু পুক্নীংনা থাদোক্লবদা অদুগা মশা-মদোম লাকশিঞ্জরবদা, হকচাঙনা য়োমশিন্দুনা লৈরিবা মশক উদবা আত্মা অদুদি, মশানসু থবক তৌদনা অদুগা হকচাঙ নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংবু থবক তৌ হায়না ইকল্লুদনা, থোঙলোন মাপল পানবা হকচাঙগী মশক ওইবা য়ুম (সহর) অসিগী মনুংদা মনীং তম্না নুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈ। তাইবং হকচাঙনুংদা লৈরিবা আত্মানা থবকশিংবু পুথোরক্তে, মশানসু থবক তৌদে, কনাবুসু থবক তৌ হায়না ইকন্দে অমসুং থবকশিংগী অৱা-নুংঙাইগী মশক ওইবা ফলশিংবুসু পুথোক্তে। তৌইগুম্বসুং মায়াগী শক্তি লৈবি প্রকৃতিনা প্রকৃতিগী থবক তৌজবনি।

ঈশ্বরনা কনাবুসু পাপ নত্রগা পুণ্যচেনবা থবক তৌনবা খক ইকন্দে অদুগা কনাগী পাপপু নত্রগা পুণ্যবু লৌদে। শ্রীভগবাননা কনাগুম্বা অমগীনি হায়দুনা থোইদোকপা ফীভম অমা শেমদুনা থমদে। অদুবু জীবশিংগী অশেংবা জ্ঞানবু মমশিলহল্লিবা "খঙদবা" হায়বা অদুনা মখোয়বু কোক-ঙাওনহল্লি অদুগা মখোয়না মখল-মখাগী ফীভমশিংদা লৈনীংবা পোক্লকই অমসুং লৈবা ফংই। শ্রীভগবাননা জীবশিংগী অনীং-অনীংবদুদা অয়েংপা পীদে। মীওইবগী অৱাবগী মরম ওইরিবা "খঙদবা" হায়বা অদুবু আত্মজ্ঞাননা মাঙহনখ্রবা মীওইশিং অদুগীদমক্তদি অয়ুক-নুংথিলদা নুমিৎনা ঙাঙ্গোরক্লুনা পোৎ খুদিংমকপু পোৎশক চুম্না ঐখোয়দা উহনবগুম জ্ঞান অদুনা মখোয়গী "খঙদবা" হায়বা অমম্বদুবু কোকহন্দুনা ব্রহ্মবু উহল্লি। হিংলিঙৈ মতম অসিদা মখোয়দি অপাম্বা পোৎ ফংলগসু থোইনা হরাওদে অদুগা পামদবা থৌদোক থেংনরগসু থোইদোক্লা ৱাদে। কনাগুম্বগী পুক্নীং অমদি বুদ্ধিনা ব্রহ্মদা লূপশিঞ্জরবা, ব্রহ্ম থাজবদা হোংবা লৈত্রবা, ব্রহ্মবু মাগী অথোইবা পম্মুংফম ওইনা লৈরবা অদুগা মাগী আত্মানা ব্রহ্মদা তিকন্দুনা ব্রহ্ম ওইরবা — অদুদগীদি মহাক মফমদু য়ৌরগা অমুক হন্না খক হল্লক্লরোইদবা লমলেন অদু য়ৌই, হায়বদি, মহাক অরান-খুভম ফংই।

মহৈ-মশিং হৈরবা ব্রাহ্মণ, ফনবী, শামু, হুই, হৌদোঙ, সমাজদগী তাঙ্গোক্লবা মীনচিংবশিংসে মখোয়গী তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপশিংদু য়েংলুরগা মপান্দদি খেন্নবা য়াই; মখোয়গী হকচাঙশিং, মওঙশিং, অমসুং মমিংশিং অমগা অমগা খেন্নবা য়াই; অদুবু

মখোয়গী হকচাঙশিংগী মনুংদা লৈরিবা আত্মা অদুদি অমতনি। মরম অদুনা মুনি-ঋষিশিংনা মখোয় পুম্নমকপু চপ মান্নবা মীথয়েংদা য়েংই। আত্মাবু মশক খঙলবদি "পুক্নীংগী খল-মান্নবা" হায়রবদু ওইরকই। মখোয়দুনা পোক্ত-শির-নাইবা ফীভম অসিবু জয় তৌবা ঙমই। অসিগুম্বা মীশিংদি পুম্নমক্তা অন্ধা ওইবা অমসুং অমকপা লৈতবা ব্রহ্মদা লেঙদনা লৈজে অদুগা মালেমসিদা হিংলিঙেদগী হৌনা মুক্তি ফংজে। অসিগুম্বা মীতাশিংনা অহৌবা অমসুং অরোইবা নাইবা সংসারগী নুংঙাইববু পামসন্নুদে। হকচাঙগা মরী লৈনবা নুংঙাইবদু মখোয়না ফংলগা হরাওবসু তৌদে অদুগা নুংঙাইতবদু ফংলগসু তেংথাবা তৌদে। মখোয়দুদি মনম, মওঙ, মহাও, খোঞ্জেলনচিংবনা চিংবা ঙমদে, মরমদি শ্রীভগবানগী বাখলদা লুপখিবনা মখোয়দি ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা হায়বা অদুগী মহাউ লৈখিদ্রে অমসুং অপাম্বনা শোকপা ঙমখিদ্রে। ব্রহ্মতগী মফমদা হীরী কোনবদা মপুক্নীং লুপচরবা অদুগা ব্রহ্মগা অমতা ওইজরবা মহাক অদুনা মপাম্নাইদবা মনুংঙাই "আনন্দ" হায়বদু ফংজে। মপাম্বোংগী মচাকশিংগা শম্নবদগী থোরকপা নুংঙাইবা মনুংঙাই মখল অদুদি অবাকগী হৌফম ওই অদুগা অহৌবা অমসুং অখম্বা নাই। অশিংবশিংনদি অসিগুম্বা তুংকোইদবা মনুংঙাইশিংদুদা নুংঙাইরুদে। অপঙবশিংনদি মখোয়শিংদুদা নুংঙাইজে অদুগা মদুগী নুংঙাইবা মনুংঙাইশিংদুদা লুপ্তুনা লৈরিবমখে মখোয় অদুক্কী মতিক অদুম অবাবা নংই।

থবায়গা হকচাঙগা খায়নদ্রিঙেদা হায়রবদি তাইবংসিদা হিংলিঙেদা মীওইকনা অপাম্বা অমসুং অশাউবগী শাফু কন্না চেনবা ঈচেলবু থিংবা ঙম্নবা হোৎনগনি। মখোয় অনী অসিবু খুদুম-চনবা ঙম্নবা মহাক অদুদি যোগী অমা ওইরবনি; অসিগুম্বা মীতাসিদি তশেংনা নুংঙাইরবনি। লাইবক ফবা মহাক্তি হিংদুনা লৈরিঙেদফাওবদা মহাক্কী থম্মোয়দা অশেংবা শান্তি ফাওরক্তুনা অথোইবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংবা ঙমই। মাগী নুংঙাইবদি থনুংদতা লৈজে, থনুংদতা মানা হরাওজে অদুগা থনুংদতা মাগী মঙাল লৈজে। মহাক্না নুংঙাইরিবা মনুংঙাই অদুদি মালেমসিদা লৈবা খ্বাইদগী ইনাক-খুনবা মীশক অদুনফাওবা ফংবা ঙম্নোই। অসুম্না আত্মাদতদা মানা নুংঙাইজরবা, আত্মাদুতনা মাগী পোখাফম অমসুং থবক তৌফম ওইরবা, আত্মাদতদা মাগী হরাওবা অমসুং মঙাল ফংফম ওইজরবা, অফ-ফত্তনচিংবা তুমাশিংগী নীংজিং-মাঙজিংনবশিংদগী লাম্বোক্রবা, মশাবু লাকশিঞ্জদুনা মদোম ঝারকচরবা, বাখল-বাহে-থবক্তা জীব অমতবু শোকহন্দনা জীব খিবিক্কী য়াইফনবা

তৌদুনতা লৈরবা মুনিশিংনো ব্রহ্মদা ত্তিঞ্জবা (ব্রহ্মনির্ব্বাণ) ফংজে। অতোপ্পগী নুংঙাই-য়াইফনবা থবক তৌবা হায়বা অসি অতোপ্পদুগী হক্চাঙগী নুংঙাইবা পীবা নত্রগা পৈশা-নুংশা পীবা নত্তে; মহাক্কী মশাগী লেঙদবা অওইবদুবু খঙহনবদা অমসুং আনন্দ ফংহনবদা মতেং পীববুনি। পুন্নমকসি সংসারবু জয় তৌরবতদা ওইথোকই।

কনাগুম্বা অমনা সংসারবু জয় তৌগে নীংলবদি মহাক্না সংসারগী ওইবা মীশক অমা ওইদবা তাই। সংসারগী অপাম্বা থাদোক্লুনা অশাউবা লৈহন্দবা তাই। অপাম্বা অমসুং অশাউবা লৈত্রবা, পুক্নীং বাখলবু খুদুম চন্নবা অদুগা আত্মাবু মশক খঙলবা সাধুশিংগী মফমদদি জগৎকী অবা-অনাগী চৈনা চঙদে অদুগা মখোয়না য়েংথি-য়েংখিবা মায়কৈ খুদিংদা অমদি তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংদা শ্রীভগবানবু উবগী মতিক-চাবশিং ওইরকই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা করম্না ব্রহ্ম-নির্ব্বাণগী থাক অদু য়ৌগদগে হায়বদু তাকপীরম্মী। আসন, প্রাণায়াম, প্রত্যাহার, ধারনা, ধ্যান, সমাধিনচিংবশিংসি যোগ মখলশিংনি। প্রত্যাহার হায়বা স্বরগী থবক অসিগী পান্থৈনা ইন্দ্রিয়শিংগী ওইবা মচাকশিংবু খত্তোক্লগা, মীৎ অনীমক্কী মীথয়েংনো পীওম অনীগী কারক্তা লেঙদনা থমদুনা, নাতোন-মখুনশিংদা হোন্দোক-হোঞ্জিল তৌরিবা নিংসা-স্বরবু চাং মান্নহন্না হোন্নবা তৌগনি। চ্যেকশিনগদবা অমনা মীৎশিং অদু য়াম্না উইশিন্নবসু তৃপ্নীংবা মতৌ অমা লাকপা য়াই অদুগা য়াম্না মীৎ-লাউনা পাঙথোক্লবসু ইন্দ্রিয়গী মচাকশিংনো পুক্নীংবু চিংখিবা য়াই। অনীসিগী অকায়বা অদু লৈহন্দনা পীওম অনীগী কারক্তা মীথয়েংদু থম্বা তাই। অসিগুম্বা যোগ অসি শান্নরগা ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং অমসুং বুদ্ধিবু খুদুম-চনবা ঙমগনি। অদুদগীদি অরান-খুভমগীদমক শেম-শাবা য়ায়রক্রে। অরান-খুভমবু অরোইবা পম্বুং ওইনা মপুক্নীং লেপচবা ঋষিদুগীদি অপাম্বা, অকিবা অমসুং অশাউবা হায়বা পুন্নীগী য়েক্লবশিং অসি লৈররোই। অসিগুম্বা ফীভমসিদা মতম লৈবখিবিক্তা লৈরবা মহাক্তো থাঙ্গৈশেংনো মশাগী, পুক্নীংগী অমসুং আত্মাগী মপুংফাবা শান্তি ফংদুনা মতম পুম্বগী ওইনা মুক্তি ফংজরবনি।

মীওইবনা মশাগী মহৌশা ওইবা লেঙদবা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি অদু ফংবা পাম্মি; অদুবু মখোয়দু ফংনবগী পাম্বৈদুদি খঙনদে, খঙগে হায়নসু তাম্নদে। মরোল পুম্বগী মপুরেন্নি হায়না লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা লৈজবা পুম্বা লোয়না কথোকপনা অচুম্বা উপায় অমা ওইগনি, মরমদি শ্রীভগবাননা যজ্ঞ অমসুং তপ পুম্বগী মহৈং চাবনি অমসুং জীব পুম্বগী মরূপনি। মসিবু খঙজরগা কনাগুম্বা অমনা সংসারগী মৈচাকশিংদগী

পোথাবা ফংঐজে। অদুগা মায়াগা মরী লৈনরিবমথৈদি মহাক য়াম্না ৱাগনি। মরম অদুনা মতম চুপ্নদা মহাক্না নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌরগা ভক্তিগী লম্বীদা চঙশিল্লবদি মহাক সংসারগী মায়াদগী লাম্হোকপা ঙমগনি। অদুদগীদি মহাক্না অশেংবা শান্তি হায়বদু ফংজরে অদুগা তাইবংসিদা হিংনে-হিংনফাওবা মুক্তি ফংবা ঙমজরে।

---

# তাঙ্কক তরূক

তরূকশুবা তাঙ্কক অসিগী মমিং "ধ্যান যোগ" হায়না কৌই। গীতাগী তাঙ্কক তরানীপানগী মনুংদা অহানবা তাঙ্কক তরূক অসিদি কর্ম্ম-যোগনা মরুওইবা মশক্তি। হৌখিবা তাঙ্কক মঙাগী মনুংদা কনাগুম্বা অমনা করম্না বৈরাগ্যগী থাক্তা লাকপা ঙম্নগনি, করম্না আত্মাগী অথুপ্পা বাফম্দু খঙলগা মশাগী থৌদাং লেপ্পা ঙমগনি, করম্না কর্ম্মগী মহৈঃ থাদোকপা ঙমগনি, করম্না ঈশ্বরদা কর্ম্মগী মহৈঃ পুম্নমক কত্থোক্লগা কর্ম্মগী লীপুন্দগী নাম্থোক্পা ঙমগনি, করম্না নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরগা শান্তি অমসুং আনন্দ ফংবা ঙমগনি হায়বনচিংবা শ্রীভগবাননা তাকপীখ্রে। তরূকশুবা তাঙ্কক অসিদনা ইবুংঙো মহাক্না ধ্যান-যোগগী পানগী অমসুং নুং-গী ওইবা মখল কয়াগী সাধণশিং তাকপীরি।

কনাগুম্বা অমনা মাগী শেংদবা পুক্নীংবু ফাজিনগে হায়না হোৎনবা হায়বা অসিদি নুংশিৎপু ফাগে হায়না হোৎনবগুম্বনি। শেংদবা পুক্নীংদি তাইবংগী মপাম্থোংগী অরঙ-অরাকশিংদা কোইচৎ-চত্তুনা লাকঙম-ফাঙমদনা লৈগনি। পুক্নীং শেংদনা কনা অমতনা যোগ নিংথিনা তৌবা ঙম্লোই। মপাম্থোংদা সন্ন্যাসি ওইবা মালহনবনসু করিগু ওইবা য়ারোই। মরম অদুনা অহানবদা পুক্নীংবু শেংদোকখিবা তাই। নিষ্কাম কর্ম্মনা পুক্নীং শেংদোকপগী খ্বাইদগী অথোইবা উপায়নি। থবক্কী মহৈঃ গী মথা পোন্দনা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌবু ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তি থম্না থবায়-হকচাঙ য়াওনা থবক তৌবা

মতৌবু অশেংবা থবক কৌই। করি-করা অমতা খল্লুদনা ঈশ্বরগী পেন্নবা থবক তৌরবা মহাক অদু অশেংবা যোগীনি অমসুং অশেংবা সন্ন্যাসিনি। নুং-গী ওইবা অশেংবা থাদোকপদু য়াওদনা মপানগী মওঙদা সন্ন্যাসি ওইবথক্তনা "অশেংবা থাদোকপা" হায়বদু ওইবা য়াদে।

মপান্থোংগী তুং-কোয়দবা পোৎশিং অসিবু ফংনীংবগী অপাম্বা লেরিবমখৈদি কনানসু নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা অমসুং ধ্যান তৌবা ঙম্লোই। কনাগুম্বনা ধ্যান তৌরিঙৈদা মানা তাইবংগী ওইবা পোৎশিংবু নীংশিংলক্রবদি মহাক্কী ধ্যান অদু কায়গনি। অপাম-মিহৌ লৈতনা পুকচেল শেংলবা মীনা পুক্নীং তপ্না অমদি লৈতানা লৈগনি। অসিগুম্বা মীশক অসিনা জীব খুদিংমকপু নুংশিবা অমসুং ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা ঙমই। অতৈ করি-করা খল্লুদনা আত্মাতবু খল্লিবা মহাক অদুনা আত্মাগী অশেংবা মশক্তু খঙবা ঙমই। অদুদগীদি মহাক্না ঈশ্বরদা পুক্নীং লুপশিনবা ঙম্লকই। মসিবু ধ্যান কৌই। ধ্যানবু তশেংনা তৌরবা মতুংদদি জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতা ওইরকই। "থাদোকপা" হায়না ময়াম্না হায়নরিবা অদুদি অসুম্না জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা তিন্নবসিবুনি। মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সীগী পান্দমদি ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী অহানবা হৌরকফমসু অরোইবা পন্থুংফমসু ওইরিবা মফম অদুদা নিংথিনা য়ৌবদুনি। মসিগী মফম অসি য়ৌগে হায়রবদি সাধক অমনা ঈশ্বরগী পেন্নবা থবক তৌবা তাই। মসিগী থবক মতৌ অসিনা ধ্যান যোগগী লম্বীদা লমজিংই।

ধ্যান যোগবু কন্না আশা তৌরিবা মীশক অমনা অহানবদা পুক্নীং শেংদোক্নবা উপায় অমা ওইনা নিষ্কাম-কর্ম্মবু মপুংফানা তৌবা ঙম্নবা কন্না হোৎনগনি। থবক্কী মহৈং থাদোক্নগা মহাক্না থবক তৌরবদি মহাক্না তৌরিবদু সাধণ ওইরে। অদুদগীদি ধ্যান তৌবা য়ারক্লবদা সাধক অদুনা তাইবংগী পুক্নীং-ঈরাঙ হৌহনবা থবকশিং তৌবা লেপ্লকই। ঙাচক্না হঙোই ওইদ্রিঙৈদা ঈশিংদগী কংফালদা কাখৎলক্রবদি ঙাচক্তু মথরায় মাঙজরে। অদুবু ঙাচক অদুনা হঙোয় ওনশ্রবদি মদুনা ঈশিংদা চোঙথরগা লৈগে কংফালদা কারগা লৈগে মকুসিনি। অদুম হায়না নিষ্কাম কর্ম্মবু মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমদ্রিফাওবদি সাধক অমনা কর্ম্ম যোগবু থাদোকপা য়াদে। অদুবু মহাক্না নিষ্কাম কর্ম্মবু মপুংফানা পাঙথোকপা ঙম্নবা মতমদুদদি মহাক ধ্যান-যোগদা কাখৎপা য়ারে। তাইবংগী ওইবা পোৎশিংবু ফংনীংবগী বাখল থাদোক্লবদা অদুগা ইন্দ্রিয়গী পোৎলমশিংদা নত্রগা মহৈং চাগদবা

তাইবংগী থবকশিংদা পকশিন্নরুদ্রবদা, অদুদগীদি, মহাক অদু যোগদা লৈতারে হায়বা য়ারে। "সংকল্প" হায়বা অসি মহৈ ফংনীংবদগী করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না ৱাশকপগী মতৌবু খঙনৈ। কনাগুম্বা অমনা "সংকল্প" থাদোক্রবদি মহাক অরান-খুভম য়ৌনবা লম্বীদা লাক্রবনি।

মরুওইনা ধ্যান-যোগ শান্নরিবসি পুক্নীংদনি। পুক্নীংবু জয় তৌবা ঙম্নবা মী অমগীদমক্তদি, মপুক্নীংদুনা মাগী মরূপক্তগী খ্বাইদগী ফবা মরূপনি; অদুবু অসুম্বা তৌবা ঙমদবা কনাগুম্বা মীদুগীদমক্তদি, মাগী মপুক্নীং অদুমক্তা মাগী পান-গী য়েক্রবগী পাংথক্তুম্না নুং-দগী মাবু মাঙনবা থবক তৌরক্কনি। কনাগুম্বনা মাগী মপুক্নীংবু থাদোক্তুনা মায়াগী অরং-অরাক্তা নীংতম্না চাক্তাহল্লবদি মহাক শোয়দনা অৱা-অনা কয়া নংবা তাবনি। কনাগুম্বা অমবু সংসারগী ঈপাক্তগী লাম্থোকহনবসু পুক্নীংননি অদুগা অমরোমদনা অমুক অতোপ্পা মীশক অমবু মায়াগী ঈপাক্তা অমুক লূপ্থ অমুক তাওখৎ তৌহনবসু পুক্নীংনেনি। মরম অসিনা পুক্নীংবু মপাম্থোংগী পোৎশিংদগী লাকশিন্দুনা থম্লগা ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপহনবা ঙম্নবদি মদু অফবা মরূপ অমা ওইরে। মদু নত্তদুনা, পুক্নীংনা মায়াগী মীৎ-থকপা পোৎশিংদা মসিনা পাম্মি মদুনা পামদে হায়দুনা মতম পুম্বদা লৈরবদি মদু ঈশ্বরদগী লাপথোক্রবা শেংদবা পুক্নীং অমা ওইরে। শেংদবা পুক্নীংনা ঐখোয়বু মায়াগী লাংদা থুহল্লি অদুগা মরম অদুদগী পুক্নীং অদু ঐখোয়গী পুন্সীগী শাথীবা য়েক্রবা অমা ওইরকই। অমরোমদনা অশেংবা পুক্নীংনা অমুক ঐখোয়বু অরান-খুভম পাংহল্লি অদুগা মরম অদুনা মদু ঐখোয়গী পুন্সীগী অশেংবা মরূপসু ওই। মরমসিদগী যোগীশিংনা অহানবমক্তদা পুক্নীংবু খুদুম-চম্নবা কম্না লাক্লে। পুক্নীংবু নিংথিনা লাকসিনবা ঙম্নবদি, পুক্নীংগী মখাদা লৈবা ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম-চনবদি য়াম্না লায়না থোকই।

অহানবদা পুক্নীং শেংদোক্তুনা পুক্নীং-উন-ৱাইমুক চীক্লা লৈনবা হোৎনদনা ধ্যান যোগ হেক্তা তৌবা য়াদে। মশাবু লাকশিঞ্জরবা অমসুং মপুক্নীংদা শান্তি ফংলবা মীদি প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈদুনা তাইবংগী অৱা-নুংঙাই, অঙৈং-অশা অমদি চোপ্পা-লেম্বদসু পাংদিং চপ মান্নে। মসিগী ফীভম অসি য়ৌরবা মহাক অদুনা ধ্যান যোগদা কাখৎলকপা য়ারে। ধ্যান যোগী অমনা সংসার অসিদা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমতা উদে; মানা উরু-উরুবা খুদিংমক ব্রহ্ম ওইনা উই। তাইবংপানগী পোৎ খুদিংমক ব্রহ্মগা মরী লোয়না লৈনে। ব্রহ্মনা মরমনি অদুগা পোৎ খুদিংমক অসিনা ফলনি। মসিগী মরমদি পুম্নমকসি ব্রহ্মদগী

থোরকই, ব্রহ্মনা মরম ওইদুনা পুন্নমকসি লৈ অদুগা মাঙবা মতমদসু ব্রহ্মদা তিল্লি। পুন্নমকসি মপাম্লোংদা ময়াম ওইনা উজরবসু অমতনি হায়না ধ্যান যোগী অমনা মাগী মথম্মোয়দা ফাওই। ফীভম অসি য়ৌরবদা যোগী অদুগী মফমদদি লৈতৃম অমা, নুঙদুম অমা অমসুং সনা-মতৃম অমা লোয়নমক চপ মন্নে। মখোয় পুন্নমক লৈবাক্তগীনি অদুগা মাঙবা মতমদসু লৈবাক্তা তিনবা মরমনা মখোয় পুন্নমক লৈবাকমক্তনি। আত্মাগী জ্ঞানতদা পেঞ্জরবা মহাক অদুনা মপাম্লোংগী ওইজ-ওইথক্তা মপুক্লীং চোয়দে। মহাক্না সনাগা লৈতৃমগা অম্না ওইনা খনবা ঙমই। পুন্নমক্তা মীৎয়েং অমতা ওইনা য়েংবা ঙম্বা যোগীনা অথোইবা যোগীনি। ঐগীনি হায়বা ৱাখল লৈতবা; থৱায়-পানবা পুন্নমক্তা ৱাখল অমতা ওইনা থম্বা; চান্নবা মরূপশিং, লোয়নবশিং, য়েক্লবশিং, কনাগীসু মীচঙ-চঙদনা ময়ায়দা লেপ্পশিং, মরক-চেনবশিং, তৃক্কচবা মীশিং, শাগৈ-নাতৈশিং, সাধুশিং অমসুং পাপীশিংগী মফমদা পাইমা পুক্লীং ইমান-মান্নরবা যোগী অদু থোইদোক-হেন্দোক্লবনি।

পুক্লীংবু শেংদ্রবদি ধ্যান তৌবদা করিমতা মহৈং য়ানবা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু পুক্লীংদা মমি তাহনগে হায়রবদি পুক্লীং অদু শেংবা তাবনি। পুক্লীং শেংনা লৈনবগীদমক্তা হকচাঙ শেংনা লৈগনি, ইন্দ্রিয়শিংবু নিংথিনা ফাজিনগনি অমসুং ফংনীংবা অমদি মপু ওইনীংবা য়াওহন্দনা পুক্লীংবু খুদুম চনগনি। অসুম্না তৌরগা ধ্যান-যোগী অমনা নাইতোম মথক্তা অচীকপা মফম অমদা লৈরগা ধ্যান-যোগগী অভ্যাস তৌগনি। ধ্যান তৌবা হায়বা অসি নীংঙিবা অথোইবা মহাক অদুদা মতম কুইনা অরৎপা লৈতনা পুক্লীংবু থম্বনি। মসি ফম্না-ফম্না তৌরগা হেন্না খুদোংচাবা ওই। মদু ওইরবদি করম্বা মফমদা ফম্লগা ধ্যান তৌগনি? পুক্লীংনা পামগদবা অশেংবা মফমদা শোয়দনা ওইগনি, মরমদি অশেংবা মফম নত্তনদি পুক্লীংনা মফম অদুদা ধ্যান তৌনীংলোই। লৈবাক্তা ফমদুনা কনাগুম্বা অমনা ধ্যান তৌরবসু মহাক্কী হকচাঙবু পৃথিবীনা চিংশিনগনি অদুগা মাগী হকচাঙদা অঈং-অশানচিংবা পীরক্কনি। মদুনা ধ্যান তৌবদা অকায়বা খজিক্তা ওইরবসু পীবা য়াই। মদু কোকহন্নবগীদমক্তা ধ্যান তৌবদা ফমগদবা আসনগী মওঙ অদু গীতানা অসুম্না তাক্লিঃ "মখা ইথং-থংবদা কুশ মনা, মথক্তা কৈ নত্রগা শজি মউল, মদুগী মথক্তা অমুক অমোনবা ফিনা মথং মনাও নাইনা অমনা অমগী মথক্তা কুপ্তুনা শেম্বা, হাক্কসু ৱাংদবা নত্রগা হাক্কসু নেমদবা মহাক মশামক্কী ওইবা খুভম চেৎপা তাঙবল অমা নিংথিনা তরু-তরুবা মফম অমদা থাগনি; অদুগা মদুদা ফম্লগা, লেঙদনা পান্দম অমতদা পুক্লীং চপ-চানা থমদুনা

যোগী অদুনা যোগ শান্নগনি।"

ধ্যান তৌরিঙৈদা মহাক্না মায়কৈ খুদিংদা কোইয়েং য়েংদুনা মীৎ-না চোইহল্লোইদবনি অমদি মপাম্থোংগী ওইবা বাখলশিং খল্লোইদবনি। মহাক্না মহাক্কী হকচাঙ-মঙ, ঙক অমসুং কোকপু চপ-তিংনা থম্নগা মানা মশাগী মনাতোন মতোন্দা শংত্রিক য়েংগনি। তয়াং-তশোয়দবা পূক্নীংগা লোয়ননা, অকি-অখঙ অমতা লৈতনা, মপুংফাবা ব্রহ্মচারী অমগী ঙাকফম-থোকপা বাশক অদু চেৎশিন্না ঙাক্নুনা মাগী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌগনি অদুগা ইবুংঙো মহাকপু অরোইবা পন্থুং ওইনা লৌগনি। ব্রহ্মচারী অমা ওইবা হায়বা অসি নুপী-নুপা হকতিন্নবগী থবক্তু তৌদবা ঙাক্তনা ওইবা য়াদে; বাখলদসু মদুগী বাখল খল্লোইদবনি অদুগা বা-ঙাঙবদসু মদুগী বাফম অমতা ঙাঙলোইদবনি। থবক, বাখল অমসুং বাহে অহুম্মকসি চুনহনগদবনি। সংসারগী পোৎ ফংনীংদুনা হকচাঙগী যোগ শাজেল ময়ামদা উৎলগা যোগ সাধণ তৌরিবদুদি গীতাগী সাধণ নত্তে। ঐখোয়না ধ্যান তৌরগা তানগদৌরিবা পন্থুংফম অদুদি মায়াগী ঈপাক অসি লাম্থোক্লগা ব্রহ্মগী নাক্তা য়ৌবা অদুগা মদুদগী অমুক সংসারদা হল্লক্তবা হায়বা অদুনি। পান্দম অসিগা লোয়ননা মহাক মশামকপু কাঙলম চাহন্দুনতা থম্নগা পূক্নীং ফানা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগী অদুনা থম্মোয় লকানুংদা আত্মাগী শকফম লৌদুনা লৈরিবা ঈশ্বর মহাকপু খঙবা অমসুং উবা ঙমই। অদুগা মহাক্না ইবুংঙো মহাক্কী মফম-লাঙদা লৈরিবা লেঙদবা অথোইবা শান্তি অদু ফংজে।

পূক্নীংগী পাঙ্গল হায়বা অসি হকচাঙগী পাঙ্গলগীসু মখা পোল্লি। অশেংবা চীঙ্গাক্না মীওইববু ফহল্লি অদুগা শেংদবা চীঙ্গাক্না মীওইববু ফহন্দে। অফবা হকচাঙ, অফবা লমচৎ, অফবা হৈনবী, ধর্ম্ম লৈনবা হোৎনবা মহোৎনচিংবা পূন্নমক অসি অফবা চীঙ্গাক্কী মখা পোল্লি। অনাবা, পূক্নীংগী অশোনবা, ধর্ম্মদা থৌশা-বাশাদবনচিংবসিবুনা অরানবা চীঙ্গাক্না থোকহল্লি। হকচাঙগা পূক্নীংগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মরম অদুনা ঐখোয়না হকচাঙ অমদি পূক্নীং ফগদবা চীঙ্গাক খল্লগা চাং অমসুং কান্নগদবা য়েংদুনা চীঙ্গাক চাগনি। মতম নাইনা চাগনি, তুমগনি অমসুং য়াহৌগনি। চাং অমসুং মথং-মনাও পথাপ কায়হললোইদবনি। কা-হেন্না ওকতৌনা পঙচা-চাশিনবা, অনাবা মীদৌনা ইচা-চাদবা অদুগা কুম্ভকর্ণদৌনা কা-হেন্না পঙতুমদা তুম্বা অদুগা তুম্বা য়াদবা মীদৌনা কা-হেন্না তুমগন্দবা মীওইনা যোগী অমা ওইবা য়ারোই। চাবগী চাংগী মরমদা যোগগী

লাইরিকশিংনা অসুন্না হায়ঃ "যোগীনা কৈদৌঙেদসু পূক থন্না চারোইদবনি, পূক্কী শরূক মরিগী মনুংদা অনীবুনা চীঞ্জাক্লা থলহনগনি, অহুমশুবা শরূক্লা ঈশিংগীনি অদুগা মরিশুবা শরূক্তী নুংশিংকী চৎথোক-চৎশিন তৌনবা হাঙনা থমগনি।" য়াম্না হেঞ্জন্না চারবদি, হেন্না চাশিল্লুবদু তুম্নবা লাক্লবদা হকচাঙগী শক্তি য়াম্না হেন্না মাঙলকই অদুগা পূক্লীং অমসুং হকচাঙ শোম্বুরকই। মদুগীসু মথক্তা, অহিং নিংথিনা তুম্বা য়ারোই, তুম্বা নিংথিনা য়াদ্রবদি হকচাঙ ফরক্রোই, তান-ইচা-চাদনা উইনীংগনগনি, পূক্লীং শিথগনি অমসুং য়াম্না তম্বুরক্কনি। নোংমদা অয়ুক-নুংথিল তুমদনা অহিংদা পুং তরূকরোমদি শোয়দনা তুমগদবনি। ঙন্না ফমুংদা চঙদুনা তুন্লিবমখৈ অদুগা ঙন্না হৌগৎলিবমখৈ কান্নে। অহিং নোংয়ায় মমাংদা তুম্বনা নোংয়ায় মতুংদা তুমবদগী হেন্না কান্নে। চাবা অমদি থকপা, তুম্বা অমদি য়াহৌবা, শু-নোম্বা অমদি অৱা-পোকথোকপনচিংবদা নিয়ম ঙাক্তুনা কনাগুম্বনা ধ্যান-যোগ তৌরবদি মহাক্লা তৌজরিবা যোগ অদু শোয়দনা মহৈঃ য়ান্দুনা মাগী অৱাবা পুন্নমক কোক্কনি।

যোগীদি কৈদৌঙেদসু সংসারগী অপাম্বগী মখা পোন্দে। মহাক্তী ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইনীংঙাই ওইবা পোৎশিংগী অপাম্বা পুম্বা লৈত্রবনি। মহাক্কী মপূক্লীংসু মশাগী আত্মাতদা কাইদোংদুনা লৈ। অদুগুম্বা পূক্লীং অদু চেঞ্জরবা মহাক অদুনা আত্মাতবু পান্নে, আত্মাতদা পোত্থাজরে অমসুং আত্মাতদা নুংঙাইবা লৌরে। অদুদগীদি মহাক মশানা আত্মাদা তিল্লন্দুনা আত্মাগা অমতা ওইরক্রে অদুগা সংসারসিদা হিংনা হিংনা ব্রহ্মগা মান্নবা ওইদুনা লৈরে। মহাক সমাধিদা লৈবা ঙন্নে। ফীভম অসিবু মালং-মথিল নাইদবা মফমদা থাওমৈগী মৈরীনা হাই-হুমদনা নিংথিনা ঙান্দুনা লৈবা মতৌ অদুগা চাংদমনৈ। মসিনা তাকপদি আত্মাগা মশাগা অমতা ওইসিন্ননবা হোৎনরবা ধ্যান-যোগী অদুদি নুংশিৎ-শীত্তবা মফমদা থাওমৈগী মৈরীনা লেঙদনা ঙান্দুনা লৈবগুম মানা মাগী ধ্যানদা অদুম লেঙদনা লৈ হায়বনি। কনাগুম্বগী পূক্লীংনা সংসারগী পোৎশিংবু থাদোক্লবা মতমদা মহাক অদুনা মশাগী অওইবা শক্তম আত্মাবু শংশঙনা উবা ঙন্নকই। অদুদগীদি ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদবা অদুগা বুদ্ধিনদি লৌশিনবা ঙম্বা ঙমখৈ লৈতবা অথোইবা নুংঙাইবা "আত্মানন্দ" হায়বদু মহাক্লা ফংজরে। আত্মাগী নুংঙাইববু ফংবা হায়বা অসিদগী হেনবা অতোপ্পা অফংবা অমা লৈত্রে। অতৈ পোৎ অমা ফংবনা মদুদগী হেল্লি হায়না খন্দ্রবা পোৎশক অদু ফংজরবা মহাক অদুদি ফীভম পুন্নমক্তা অদুম পেন্দুনতা লৈজরে। খ্বাইদগী অহকপা

অবাবনফাওবনসু মহাকপু লেঙহনবা ঙমদে। মখল-মখাগী অবা-অনা খঙলিবসি হকচাঙ অমসুং পূক্লীং অনী পূন্না লৈমিন্নবগীনি। ওপরেসন তৌবা মতমদা ক্লোরোফোর্ম থারগা হকচাঙবু পঙথহল্লি অদুগা পূক্লীংগা হকচাঙগা লৈমিন্নহন্দে। মপূক্লীংগা হকচাঙগা লৈমিন্নদবা মতম অদুদদি হকচাঙদা ফন্না থাংনা লেন্দুনসু অনাবা ফাওরোই। মরম অদুনা পূক্লীংনা হকচাঙদগী হন্দোকখিদুনা আত্মাদা লূপগ্নবা মতমদা যোগী অদু অবা-অনা করি অমতা ফাওররোই। অজ্ঞানদগী অবা-অনা পোকই। আত্মাবু মশক খঙলবা মতমদা অজ্ঞান মাঙখিদুনা অবা-অনাসু মাঙখি।

সাধারণ মীওইশিংনা পূক্লীংদা অপাম্বা পোক্লিবসিদি অপাম্বা পোৎ অদু ফংলগা মখোয়না নুংঙাইগনি হায়বা অসিনি। অদুবু পোৎশিংদুদগী ফংগদবা নুংঙাইবশিংগী মনুংদা খঙবদা বানা থূপ্তুনা লৈরিবা অবাবশিংদুবু মখোয়না নিংথিনা থিজিল-হুমজিল তৌরগা খঙলবদি মখোয়দা অপাম্বা অদু পোকফম থোক্তে। অবাববু নুংঙাইবনি হায়না শেরান্নরা লৌরুবনি হায়না মখোয়না খঙলকনি। অসুম্না ওইদবা বাখল অমসুং ভাবনা শাবদগী পোক্লকপা অপাম্বা পূম্ববু চিখবা লৈতনা থাদোক্লুনা অদুগা লৈতারবা পূক্লীংনা ইন্দ্রিয়শিংবু মপাম্লোংগী পোৎ পূম্নমক্তগী চিংথোরক্লুনা, অসুম অসুম, তপ্লপ তপ্লপ, চেৎনা লৈতানা লৈশ্রবা বুদ্ধিগী পাম্বৈনা, মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইবা পীগদবা আত্মাদা পূক্লীংদুবু লেঙদনা ফাজিন্দুনা থম্লগা, যোগী অদুনা অতৈ অমা অমগী বাখল হেক মখৈ খন্দনা লৈনবা হোৎনগনি। অসুম্না ঈথক-থকপা পূক্লীংবু বুদ্ধিনা তপথহন্দুনা চোয়হন্দ্রগা তপ্না তপ্না তাইবংগী ওইদবা বাখল ময়াম অদুবু কাউহনগনি। অদুদগীদি ফাথদুনা তেহল্লবা পূক্লীংবু আত্মাদা পুশিল্লক্লুনা আত্মাগী মখাদা খুদুম চন্দুনা লেঙদনা থম্লগা মদুবু নুংঙাইনা পোত্থাহনবা য়ারে। মসিবু যোগ শাস্ত্রনা "প্রত্যহার" হায়না কৌই।

মহৌশানা পূক্লীংদি ঈথক-থকপা, লৈতাগন্দবা অমসুং তয়াং-তশোইবা ওই। অদুবু পূক্লীংনা ঙাওচৎনরকপা মতাঙ মতাঙদা যোগী অদুনা পূক্লীং ফাথগনি। ধ্যান তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্না নিংথিনা মফম চাবা ফম্ফম অমদা ফমগনি অদুগা প্রণায়াম অহুমলক তৌরবা মতুংদা স্বর ঙম্বমখৈ শাংনা ওঁ (অউম) শোন্দুনা আত্মাগী ধ্যান তৌবা হৌগনি। অদু ওইরবদি পূক্লীং চোয়দে। অদুফাওবদসু মরক-মরক্তা পূক্লীং চোয়রকপা য়াই। অসুম্না মরক মরক্তা মাগী মপূক্লীং চোয়রক্লবদি যোগী অদুনা হন্না হন্না "ওঁ" শোন্দুনা পূক্লীং লৈতানবা হোৎনগনি। মাগী মপূক্লীংদু মপূংফানা ঈংলবা, মাগী অপাম-ঈথৌবু

তপথহনগ্রবা অদুগা মানা হিংনা হিংনা ব্রহ্মগা অমতা ওইরক্লবা যোগী অদুগীদমক্তদি মাগী হান্না লঙশিল্লম্বা পাপ পূন্নমক পূমকোক-কোক্রে অদুগা মহাক্লা আত্মাবু দর্শণ ফংদুনা ব্রহ্মদা তিনবা ফংজবগী চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবদু ফংজে। ফীভম অসি য়ৌগ্রবদা, মফম খুদিংদা ইমান-মান্নবগী শক্লোন উরবা যোগী অদুনা জীব খুদিংমক্তা মাগী আত্মানা লৈবা অদুগা মাগী আত্মাদা জীব পূন্নমক্লা লৈববু উবা ঙম্নকই। মহাক্লা আত্মাসি ব্রহ্মগা অহ্মানি হায়না মথম্মোয়দা ফাওরকই। শ্রীভগবানদি পূন্নমক্তা লৈবিবনি অদুগা পূন্নমকনসু ইবুংঙো মঙোন্দা লৈবনি। মরম অদুনা যোগী অদুনা পরমাত্মাবু জীব খুদিংদা উরক্লবদা জীব খুদিংমকপু নুংশিরকই অমসুং ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরকই। খেন্নবা মীৎয়েংবু থাদোক্লবা মতুংদা যোগীনা তাইবংপানবা পূন্নমকপু মঙোন্দা অমসুং মহাক মশামকপু তাইবংপানবা পূম্বদা উবা ঙম্নকই। মহাক্লুম্বা যোগী অসিদি অথোইবা যোগী অমনি। মহাক্লা পূন্নমক্তা শ্রীভগবানবু উই অদুগা অমুকসু শ্রীভগবানদা মহাক্লা পূন্নমকপু উই। মরম অদুদগী শ্রীভগবাননা মাবু খক থাদোক্ত্রে অদুগা মহাক্লসু শ্রীভগবানবু খক থাদোক্ত্রে।

ঈশ্বরনা পরমাত্মাগী শক্তম লৌরগা থবায়-পানবা খুদিংমক্তা লৈবি। পূন্নমক অসিগী হৌরকফমদি ইবুংঙো মহাক্নি। চফুনা লৈবাক্তা য়ুম্ফম ওইবগুম নত্রগা ফিনা লংদা য়ুম্ফম ওইবগুম, জগৎ অসিনা ব্রহ্মদা য়ুম্ফ ম ওই। ব্রহ্মনা মরম ওইরগা জগৎ অসিনা ফল ওইবনি। মরমগা ফলগা অমতনি। মরম অদুনা পূন্নমক অসি ব্রহ্মমক্তনি। যোগ শান্নরিবসি অমতা ওইবা মতৌ অসিবু খঙননবনি। শ্রীভগবানবু পূন্নমক্কী আত্মাদুনি হায়না লৌদুনা যোগীনা পূজা তৌই। মায়াগী শক্তিনা মরম ওইদুনা অমতা ওইবা তাইবংপানবা অসিবু ময়াম ওইনা শেরান্ননা উবনি হায়বসি মহাক্লা ধ্যান তৌরগা উবা ঙম্নকই। জীব পূন্নমক্কী অবা-নুংঙাই পূন্নমকপু মহাক মশামক্কী অবা-নুংঙাইমক্নি হায়না মহাক্লা লৌবা ঙম্নকই। অপঙবা মীনা মশাগী নুংঙাইবা থিবদা অতোপ্পশিংবু চিংনবা লৈতনা অবাবা পী। অতোপ্পশিংদুসু মহাক্লুম্না নুংঙাইবা পাম্বনি হায়বসি মহাক্লা খক খল্লুদে। মসিগুম্বা মীফন্ত অসিদি শাদগীসু হেন্না তোল্লবনি। পূন্নমকসি অমতা ওইনা লৌরগা অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নগদবনি। অবাবদবু ওইরে নত্রগা নুংঙাইবদবু ওইরে, মশামক্কা চাংদম্নদুনা থবায়-পানবা পূন্নমকপু মহাক মশাগা চপ মান্নে হায়না উরিবা মহাক অদুবু অথোইবা যোগীনি হায়না লৌনে। মহাক্তী মতম পূম্বগী ওইনা ব্রহ্মদা তিল্লবনি হায়নসু শ্রীভগবাননা তাকপী।

শ্রীভগবাননা ধ্যান-যোগগী মরমদা তাকপীরিবা অদুদা অর্জ্জুননা চিংনেদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা অসুম্না হঙ্গচখিঃ "ইবুংঙো নহাক্না তাকপীরিবা অমতা ওইবগী যোগতত্ব অসি য়াম্না ফজে, অদুবু পুক্নীংবু হেক্তা ঈরায়-লায়না খুদুম-চনবা য়াগনি হায়বা অসিদি ঐহাক থাজদে। পুক্নীংগী লৈতাদবা মতৌনা মরম ওইদুনা যোগ অসিগী কজোয়-কমাঙ তৌদনা চথরকপগী মওঙ অদুদি তুংকোইরোইদৌবা মাল্লি; মরমদি পুক্নীং হায়বসি থাঙ্গৈশেংনমক পোখাবা লৈতে, লাকঙম-ফাঙমদে, মপাঙ্গল কল্লি অমসুং মঙক কল্লি, হে কৃষ্ণ, মীবু মথুম-মরাঙ হৌহল্লিবা পুক্নীংবু ফাজিনবা হায়বসি নুংশিৎ ফাবগুম্না লুনা থোকই হায়না ঐনা থল্লি।" অর্জ্জুনগী ৱাফম অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লসু য়াদি য়ারম্মী; অদুবু ঈথক-থকপা পুক্নীংসিবু তত্তনা শাজেল শান্নবনা অমসুং পান-গা শন্নহন্দবনা উপায় ওইরগদি তপ্না তপ্না থেমজিল্লগা লাকশিনবা ঙমগনি হায়না শ্রীভগবাননা তাকপী। "সৎ-চিৎ-আনন্দ" গী মশক ওইবা আত্মাদা পুক্নীংবু লেঙদনা থম্বা ঙম্নবা তত্তনা শাজেল শান্নদুনা হোৎনবসিবু "অভ্যাস" হায়না খঙনৈ। সংসারগী পোৎচৈশিংগী ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈরিবমখৈদি কনানসু পুল্লীগী মহৈঃ য়ানবা ঙম্লোই। মরম অদুনা পুল্লীগী মহৈঃ য়ানবা পাম্বা মীতানা ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা সংসারগী পোৎশিংদা মায়-ওন্সন্দনা ঈশ্বরদা মায়-ওন্সল্লগা সংসারদগী নাম্থোক্নবা হোৎনগদবনি। মপুক্নীং ৱারক্লবশিংনদা অচাবী পাম্বৈ শীজন্নদুনা আত্মাবু খঙবা ঙম্মী হায়না শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মহাক্কী মত পীবি।

অর্জ্জুননা যোগদা থাদি-থাজরবসু ইন্দ্রিয়শিং অমসুং পুক্নীংবু খুদুম-চনবদি ৱানা থোকই হায়না অদুম হায়রি। কনাগুম্বা অমনা য়াম্না থাজনা মশাগী অওইবা মশক অদু খঙজগে হায়না ধ্যান-যোগ কন্না অভ্যাস তৌজরবসু মপুক্নীংনা যোগদগী নাম্থরক্তুনা ফৈরেংননা চৎখিবা য়াওই নত্রগা মরক্তা নীংবা থুংহৌদনা শিখিবা য়াওই। যোগদা মপুংফাবা ফংখিদ্রবা মহাক্কী লাইবক অদু করম ওইগনি, মহাক্না তৌজখিবা অদু অরেম্বদা তাগদ্রা নত্রগা তারোইদ্রা অদুগা মানা মথংগী মপোক্তা করি করম্না পম্বুংফম ফংদুনা করমতৌরগদগে হায়না অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণদা হংজখি। ব্রহ্মবু ফংনবা লম্বেলদগী লম্মুক্লরবা কনাগুম্বা অমনা, কর্ম্মগী মহৈঃ ওইনা স্বর্গনচিংবা অদুগা যোগগী মহৈঃ ওইনা অরান-খুভম ফংহৌদনা, মীরমলেন অমসুং লাইরমলেন্দা চন্নফম লৈতনা, মচেৎ মচেৎ তত্তুনা তারবা লৈচিন-সেনফ্রাগুম পনফম লৈতনা, অরেম্বদা মাঙলোইদ্রা হায়বসি অর্জ্জুনগী ৱাহংনি। অসিগুম্বা চিংনবশিং অসি কোকহনবা ঙম্বদি শ্রীভগবান ইবুংঙো মহাকখক্তনি।

মরম অদুনা বাহং অদু অর্জ্জুননা শ্রীভগবানদা হংখিবনি। মদুগী পাউখুমদা ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীরম্মী মদুদি কনাগুম্বা অমনা অফবা থবক তৌবা হৌগৎলুরগা মপুংফাবা ঙমহৌদ্রবসু মহাক হন্দক্কী মপোকসিদসু নত্রগা মতুংগী মপোক লাংওন অমদসু মাঙবা হৌনদে, মরমদি অফবা তৌবা মীনা অবা-অনাগী লম্বেলদা খোঙ থক থারোই অমসুং ফত্তবা পম্মুংদা থক লাক্রোই।

যোগ হৌগৎলুরগা মপুংফাবা ঙমদনা যোগদগী খোঙফম নাম্থোক্রবা মহাক অদুনা শিরগা স্বর্গ ফংই অদুগা মানা মফম অদুদা লৈবা য়াবা মতম মখৈ লৈরুই। মফমদুদা পুণ্যগী মহৈঃ অদু চাবা লোয়রগা নুংঙাই-য়াইফবা, লমচৎ-ফজনা চৎপা অমসুং ঈশ্বরবু-লুনা-নীংজবা ইমুংদা মানা চঙদুনা অমুক হন্না পোক্ররৈ। মদু নত্রগা মানা স্বর্গনচিংবা মফমদা চৎলুদনা শিবগা থিম্থবা তৌদনা যোগ মপুংফাবা ঙমজনবগীদমক লাইরজরবসু তত্বজ্ঞান য়াম্না খঙলবা যোগীশিংগী ইমুং-মনুংদা পোক্রে। ইনাকখুনবা ইমুংগুম্বদা পোক্লরবদি সংসারগী অকে-অমৌ অমদি অরঙ-অরাক্তা চৎখিদুনা অমুব হন্না যোগ-অভ্যাস তৌখিদবসু য়াই হায়দুনা মাবু যোগীগী ইমুংদা পোকহন্দুনা যোগ মপুং ফাহল্লগা মানা ফংঙমদ্রবা অরান-খুভম অদুবু মপোক্তুমক্তদা ফংবা ঙমহল্লি। মসি পুম্নমক মানা তৌখিবা যোগগী মহৈঃ ওইনা ফংজবনি। অসিগুম্বা মখল অসিগী মপোকসিদি তাইবংসিদা থাঙ্গৈশেংনমক য়াম্না অতাঙবনি।

হান্নগী মপোক্তা যোগগী লম্বীদা চঙশিন্দুনা মহাক্না তাম্বিনখিবা আত্মজ্ঞান অদু হন্দকমুক্তি মপোক অসিদসু মহাক্না য়াম্না লায়না খঙলকপা ঙমই। অমরোমদা হায়রগা মমাংগী মপোক্তা তাম্বিনখিবা লৌশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা মহাক্কী অনৌবা পুন্সী হৌই অদুগা মানা হন্দকমুক্কী মপোক্তা অপাম-মিহৌ থাদোক্তুনা অমুক খুমাঙ-চাওসিন্না যোগ অভ্যাস তৌবদা হেন্না খুদোংচাবা ফংই। মরম অদুনা মহাক্না যোগ মতোল লোমনবগীদমক হান্নদগী হেন্না অমুক্না কম্বিন্না হোৎনৈ। মমাংগী মপোক্তা মহাক্না তৌজখিবা যোগগী শাজেল অদুমক্তনা, মশানা নীংউ-তৌরুদ্রফাওবদা, মহাকপু থিংবা ঙমদনা যোগগী লম্বীদা চিংশিল্লি। চুম্নগীদা যোগ অসিবু খঙগে হায়দুনা নীংত-নীংলুবা মহাক অদুনা বেদগী কর্ম্ম-ফলশিংদগী হেন্না ফবা মহৈঃশিং ফংই। যোগী অমনা যোগ শান্নবদা মপুংফাবা ঙমদ্রে হায়দুনা নীংব-কায়নীংঙাই ওইদে, মরমদি কনাগুম্বা অমনা খজিক্তংবু ওইরবসু যোগ শান্নবা হৌরুরবদি মদুগী কান্নবা মহাক্না শোয়দনা ফংগনি। অদুম

ওইনমক, উইন-কন্না অমদি থরায়-য়াওনা সিদ্ধি ফংনবা মপোক মপোক কয়ামুক্কী হোৎনরকপনা লঙজরুবা পাপ পুন্নমক শেংদোক্রক্লুনা কোক্রবা মতমদদি যোগী অমনা যোগদা মপুংফাবা ওইরকই। যোগদা মপুংফারবা মীশক অদুগী মরমদদি করি অমুক হায়রুনি? মহাক্তী নুংঙাইবা অয়ৌবী "আনন্দ" হায়বদু ফংগনি। হকচিন্না লমচৎ-নুংচৎ ঙাক্লিবা তপস্বীশিংদগীসু হেন্না মহাক্লা মতিক-মগুণ লৈ; শাস্ত্র নত্রগা গুরুদগী ফংলকপা জ্ঞান মপুংফানা লৈরবা জ্ঞানীশিংদগীসু মহাক্লা হেল্লি অদুগা নীংবা থুংননবা সকাম-কর্ম্ম তৌরিবা মীশিংদগীসু মহাক্লা হেল্লি। মরম অসিদগীনি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু যোগী অমা ওইয়ু হায়না তাকপীরম্লিবসি।

কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞান-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগ মখোয় অহুম অসি অমগা অমগা মরী ইরৈ লৈনৈ অমসুং ঈতিন-তিন্দন্নে। মখোয়সিগী মনুংদা ভক্তি যোগনা ইহ্বাং-হ্বাংই। অতৈ যোগশিংদুদি ভক্তি-যোগগী থাক য়ৌনা কাখৎনবা যোগশিংনি। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদনা কনা অমতনা পূর্ণগী মহৈঃ য়ানবা ঙমদে। ঈশ্বরদি ঙমখৈ-নাইদবমখৈ মতিক-মগুণ চাউই। মীওইবদি লায়রদুনা ব্রহ্মামরুফাওবা ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-মগুণবু নিংথিনা খঙবা ঙমদে। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-মগুণবু খজিক্তংদবু ওইরবসু খঙজরগা মদুগী মতুংইন্না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা মপুক্লীং চেৎনা থমদুনা থাজবগা লোয়ননা পুকচেল শেংনা ভক্তি কচ্চরিবা মহাক অদুদি লেপ্পমক শ্রীভগবানগী অশেংবা যোগীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেনবনি হায়না লৌই।

---

# তাঙ্কক তরেৎ

**তরেৎশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিং "জ্ঞান-বিজ্ঞান যোগ" হায়না কৌই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মমাংগী হৌখিবা তাঙ্কক তরাক্তা যোগশিংদু সাধন তৌরগা কনাগুম্বা অমনা মশাগী অশেংবা অওইবদু খঙবা ঙম্লকই হায়বদু ফোঙদোকখ্রে অদুগা কর্ম্ম-যোগগী মতাংদদি য়াম্না মরু ওইনা নিংথিনা তাকপীখ্রে। হৌজিক মথং তারকপদদি ঈশ্বরদা পূক্নীং মপুংফানা লুপশিন্নগা পুকচেল শেংনা থবায়-হকচাঙ কখোকপগী মতাংদা লাক্লে। তাইবংপানবা অসিবু শেম্বীবা, লমজিংবিবা অমদি নোংদম্বীবা মশক উদবা অমা লৈরি। মায়াগী খুৎশেম অসিগী মনুংদা হোংবা অমসুং খম্বা নাইদনা মনুং-হঞ্জন্না লৈরিবা অথুপ্পা অদুবু নাকোইননা খঙববু "জ্ঞান" কৌই। অমতা ওইবা মাঙফদ্রবা অথোইবা তত্ত্ব অদুগী মরমদা অদুগা মদুদগী মুৎনাই-খন্নাইবা পোৎ মখল ময়াম অমা থোরকপগী রাফমগী মরী লৈনবদা শাস্ত্র অমদি গুরুশিংনা তাকপীরিবা তত্ত্বজ্ঞানবু অপান্ননা খঙববু "বিজ্ঞান" কৌই। জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞান অনীমক ফংনবা মীওইবনা তানগনি। হৌরকফম পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা নত্রেগা মরম পুম্নমক্কী মরম ওইরিবা শ্রীভগবান মহাক্তনা জ্ঞানগী থোরকফমনি। সংসারসিদা পোকপু পোক্রবদি অরা-অনা নংবা শোয়দ্রে। জ্ঞানতনা অরা-অনা অদুবু কোকহনবা ঙম্মী। মদুগী জ্ঞান অদুদি মায়া সংসার অসিগা আত্মাগা করি মরী লৈনবগে হায়বদুগী মরী-মখোঙ খঙবদুনি। কনাগুম্বা অমনা অথুপ্পা জ্ঞান অদুবু মশাগী মরল ওইনা

লৈজরবদা নত্রগা থোরকফম পূন্নমক্কী থোরকফম অদুবু খঙলবদা, তাইবংপানবসিদা মানা অমুক খঙলুনীংঙাই চিংখহৌবা অমতা লৈহৌদ্রে। মীওইবা অয়াম্বনা ইন্দ্রিয়শিংগী পেন্নবা হোৎনদুনতা লৈথোকই; আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনবা মীদি য়াম্না তাঙই। মীওই লিশিং-লিশিংগী মরক্তা, তাঙনা মী অমগুম্বনা য়াম্না চেকশিন্না তত্ত্বজ্ঞান অসিবু খঙনীংবা অমা য়াওনা কন্না থি। ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদবা ঈশ্বরবু পঙলবা ঐখোয়না খঙবা ঙম্লোই। তৌইগুম্বসুং ভক্তশিংগী ভক্তিদা ইবুংঙো মহাক্না পেনবিদুনা ইবুংঙো মহাক মশামক্না মশাবু ভক্তশিংগী মমাংদা উৎপীরে মরমদি মতম পূন্নমক্তা শ্রীভগবাননা মাগী ভক্তবু নুংশিবি অমসুং চানবী।

হকচাঙগা আত্মাগা খেন্নে, ক্ষেত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগা খেন্নে অমসুং প্রকৃতিগা পুরুষকা খেন্নে। প্রকৃতি অসি শক্রোন নিপান থোক্না উৎলকই। মখোয় অদুদি — লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া, পূক্নীং, বুদ্ধি অমসুং ঐনা মহেক্নে হায়বা ওইদবা ৱাখল "অহংকার"। অকোনবগী অকূপ্পা অহুম হায়বদি পূক্নীং, বুদ্ধি অমসুং অহংকার হায়বশিংসি নিপান্দুদগী লৌথোক্লগা লেমহৌরিবা মঙা অদুবু পঞ্চভূত হায়না খঙনৈ। মখোয় নিপানসি পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তিদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা প্রকৃতিগী পোৎশিং অসিবু অপৌবা অমসুং অকূপ্পা হকচাঙ হায়না লৈশেম্বদা পুথোক্লে। মসিবু "অপরা প্রকৃতি" হায়না খঙনরে। অদুগা মসিদগী তোঙানবা "পরা প্রকৃতি" হায়না খঙনবা অমা লৈরি। মসিদি "অপরা প্রকৃতি" দগী হেন্না ৱাংই, তাইবংপানবা অসিবু পুরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী অতোপ্পা মহৌশা অমনি। মসিদি চৈতন্যনি। ঈশ্বরনা অহানবদা খুৎশেমশিং অদু শেম্বীখি অদুগা মতুংদা জীব ওইনা ইবুংঙো মহাক্না মখোয়দুদা চঙবিখি। অদুদগীদি ইবুংঙো মহাক্কী চৈতন্যনা মখোয়দুবু "চিৎ" ওইহনখি। "অপরা প্রকৃতি" বু ইবুংঙোগী স্বভাব ওইনা অদুগা "পরা প্রকৃতি" বু ইবুংঙোগী স্বরূপ ওইনা লৌগনি। "অপরা প্রকৃতি" না জগৎসিনি অদুগা "পরা প্রকৃতি" না পরমাত্মা হেক মশামক্তুনি। চৈতন্য অদুমক য়াওনা ফোঙদোক্লিবা অপূম্বসি অমতনি হায়না লৌগনি। "অপরা প্রকৃতি" সি পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তিদগী থোরকপা ওইজরবসু মায়াগী শক্তিনা হেনবা মরমনা মসি হত্থবী প্রকৃতি কৌই। জীবশক্তিনা থবক কয়া তৌহল্লি। জীবশক্তি অসিগী মপান্না তেংবানবা পূম্বসিনা থবক চথরিবনি। প্রকৃতিগী মায়া শক্তিনা ঐখোয়বু নমহৎলি। জীবশক্তিদি মায়াদা চঙশিনবসু য়াই অদুগা ঈশ্বরদা চঙশিনবসু য়াই। জীবনা মায়া শক্তিদগী নাম্থেক্লক্তুনা

ঈশ্বরদা চণ্ডশিল্পক্রবদি মহাক্লা মহাক্কী অওইবা মশক অদুদা লাকই অদুগা অরান-খুভম ফংই।

জগৎ পূম্বগী য়ুম্ফম, হৌরকফম অমসুং লোইশিনফম ঈশ্বরনা ওই। জগৎ পূম্নমকসি ঈশ্বরদগী লাক্লগা ফোঙদোক্লকপনি অদুগা পোলোইদা ঈশ্বরদা অমুক তিনখিবনি। ব্রহ্মাদগী হৌনা জীব পূম্নমকসি অদুগা শক্লোন অমদি মমিং কয়া থোক্লা লৈরিবা জগৎকী পোৎ পূম্নমক অসি লংসুংদা মণিমুক্তা ময়াম লেংশিনবগুম ঈশ্বরদা লেংশিন্দুনা লৈ। পরমেশ্বর ভগবান ইবুংঙো মঙোন্দগী হেন্না ৱাংবা অতৈ অতোপ্পা অমা লৈত্রে অদুগা ইবুংঙো মঙোন্দদি সংসারগী অৱা-অনা অমদি অমকপা অমতনা শোকপা ঙমদে। তত্বসিবু খঙবা ঙমজরবা মহাক অদুদি সংসারগী অৱা-অনা ফংলরোই।

পরমেশ্বর ভগবাননা মফম পূম্বা শীন-থুংনা লৈবিরি। ইবুংঙো মহাকপু খঙগে হায়রবদি ইবুংঙো মাগী লৈরিবা শক্তিশিংনা পাম্বৈ ওইদুনা খঙবা ঙমগনি। শ্রীভগবাননা মতম অমতদা পোৎ খুদিংগী মনুংদা লৈ। ঈশিংগী অশেংবা মহাওসি শ্রীভগবানগী শক্তি ময়ামগী মরক্তা অমনি। ঈশিংদা শ্রীভগবান লৈ হায়বসি ঈশিংগী মহাওনা পাম্বৈ ওইরগা খঙই। নুমিৎ অমসুং থা অনীগী মঙালসু শ্রীভগবানদগী থোরকপা ব্রহ্মজ্যোতিনা ঙানবনি। অদুম হায়না বেদ মন্ত্র খুদিংদা "প্রণব" হায়বদি ওঁকার (ওঁ = অউম), আকাশতা ঈৱায়-ঈনিল (শব্দ) অমসুং মীওইবদা নিপা-নুপী থোকপগী থৌনা ওইনা লৈরিবা পূম্নমক শ্রীভগবানদগী থোরকপনি, ইবুংঙো মহাক মশামক্কি। লৈবাক্তনা ইবুংঙো মহাক্লা অশেংবা মনমদুনি, মৈদনা ইবুংঙো মহাক্লা অরংবা মঙালদুনি অদুগা হিংদুনা লৈরিবা থৱায়-পানবা পূম্বদনা ইবুংঙো মহাক্লা থৱায়নি, পূন্সীনি, অদুগা খাঙবা কন্না লাইনীং-পরৈ-চেৎপশিংদনা ইবুংঙো মহাক্লা লাইনীং খুৎচেৎ অদুনি। লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা হাম্বা নাইদ্রবা মরূসু ইবুংঙো মহাক্কি। বুদ্ধি-লৌশিং পূম্বা ইবুংঙো মঙোন্দগী থোরকপনি। বুদ্ধি লৈবশিংগী অথৌবা বুদ্ধিদুসু ইবুংঙো মহাক্কি। মপাঙ্গল কনবশিংগী অপাম-থৌরাং পক্তবা পাঙ্গল-শক্তি অদুগা চীংলেম্বশিংগী চীংলেম্বা মতৌ অদুসু ইবুংঙো মহাক্কি। ধর্ম্মগা মুক্কদবা অপাম্বা হায়বদুসু ইবুংঙো মহাক্কি, অদুবু মশাগী ওইজবা থিবগী অপাম্বা হায়বদুদি ইবুংঙো মহাক নত্তে।

প্রকৃতিদগী পোকপা গুণ অহুম অসিসু ঈশ্বরদগী থোরকপনি। অদুম অদুম ওইনমক ইবুংঙো মহাক্কি গুণ অহুম অসিগী মখা পোন্দে, মথোয়গী মনুং চন্না লৈতে অমসুং মদোম

মনীং তম্না লৈজবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, ঈথকশিংসি মহাসাগরদগী লাকই অদুগা মহাসাগরদা লৈ। তৌইগুম্বসুং মহাসাগরনা ঈথকশিংদা লৈতনা মহাসাগর ওইনা মদোম নীংতম্না লৈজে। গুণ অহুমগী মশক ওইবা মায়া শক্তিনা জগৎ পুম্ববু শুম্নথখিদুনা জগৎসিনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙবা ঙমদে। ঈশ্বরগী শক্তি ওইরিবা মায়াবু লাম্থোকপা হায়বা অসি অরায়বা থবক অমদি নত্তে। অদুবু শ্রীভগবানদি মায়াগী মপুনি অদুগা মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্না মায়াবু ফাজিন্দুনা থম্লগা লমহেলহন্দবা ঙম্মী অদুগা মায়াবু অফবা লম্বীদা শীজন্নবা ঙম্মী। মায়াদেবীনা শ্রীভগবানগী য়াথংবু কৈদৌনুংদা হিক্তোকপা ঙম্বা হৌনদে। মরম অদুনা ঈশ্বর মহাক্কী মফমদা চঙজরবা মীশিংবুদি মায়ানা, মাগী মপুগী য়াথং মতুংইন্দুনা শ্রীভগবান মশামক ওইনা লেঙবীরক্লগা, মায়া-লাংদগী থাদোকপীগনি।

ভগবান ইবুংঙোগী মফমদা মশাবু কখোকচদুনা চঙজফম লৌজরবা মহাক অদুনা মায়া-লাংদগী লাম্থোকপা ঙম্মি হায়না গীতানা তাক্লি। অদুবু মীওইলক্তা খ্বাইদগী পঙলবা, হকচাঙগী নুংঙাইনবতা থল্লবা অমসুং হিংচা-য়াইতম্বগী লীচৎ চৎলবা খ্বাইদগী তোম্থরবা মীতাশিংনা ঈশ্বরদা খক চঙজফম লৌদে। মখোয়গী মফমদদি মাঙবা-তাকপা য়াবা লল-থুমনচিংবা ফংবনা পুন্সীগী অমতা ওইবা পান্দম ওই। মখোয়দা ঈশ্বরগী বাখল অমতা লৈজদে। রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অনীসিনা মখোয়বু শরাক শান্নে অদুগা পুল্লি। নাপল অমসুং ময়াইকাবনচিংবনা মখোয়গী লৈখোলনি। মখোয়না অচুম্বা অমসুং অরানবগী খেন্নবা উবা ঙমদে। মখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইনবনি হায়দুনা অৱাবা পুরক্কদবা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌই। মসি তশেংনা অজ্ঞানদগী ওইরকপনি। মখোয়দি ঈশ্বরদগী য়াম্না থাপ্না লৈ।

অদুগা ঈশ্বরবু নীংবা মী মখল জাৎ মরিখক লৈ। মখোয়দুদি — (১) "আর্ত্ত" হায়বা খুদোংথীবা তারবা নত্রগা অৱা-অনা নংলবশিং, (২) "জিজ্ঞাসু" হায়বা ঈশ্বরগী তত্ত্ব খঙনবা জ্ঞান তাল্লিবশিং, (৩) "অর্থার্থী" হায়বা লল-থুম নত্রগা পূক্কে-ললগৈ নত্রগা খুদোংচাবা ফীভম নত্রগা শক্তি নত্রগা সমাজগী অৱাংবা থাক পীবিনবা হায়জরিবশিং অমসুং (৪) "জ্ঞানী" হায়বা লৌশিং-লৈবা মীশিং। মহৈঃ চানীংদুনা থবক তৌবা মীশিংনা অৱাবা তারবা মতমদা নত্রগা পুন্সীগী নীংবা কায়রবা মতমদা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজে। মখোয়শিংসি ঈশ্বরদা চঙজবগী ফল ওইনা সংসারগী ওইবা মহুৎ-মরেং অমমম পাম্মী।

অদুবু অশেংবা ভক্ত অমদদি সংসারগী অপাম্বা করি অমতা লৈরোই। কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরদা মানা চঙনীংবা মওঙ অমদা চঙজরবসু মদুনা মাগী থম্মোয় শেংদোকপদা মতেং খরদসু ওই অদুগা করিগুম্বা মতমদা মহাক্না অশেংবা ভক্তিদা ওম্বোরক্লুনা অশেংবা ভক্ত অমা ওইরকপসু য়াই। অপাম্ববু থাদোক্লবদি মথক্কী কাংবু মরি অসিনা অশেংবা ভক্ত ওইরকপা ঙমই। মখোয় মরি অসিগী মরক্তা, অচেৎপা ফীরেপ চেন্দুনতা লৈরবা অদুগা মতম পুম্বদা ঈশ্বরদা ভক্তি সেবা তৌদুনতা লৈরবা অদুগুম্বা জ্ঞান মপুংফানা লৈরবা মীদুনা খ্বাইমক্তগী ফবা হেল্লি। মঙোন্দদি শ্রীভগবানসে মথবায় তাজে অদুগা মহাকপুসু ইবুংঙো মহাক্না খ্বাইদগী চাল্লি। মরমদুনা জ্ঞানী-ভক্তনা অথোইবনি।

আৰ্ত্ত, অৰ্থাৰ্থী অমসুং জিজ্ঞাসু সকাম - ভক্তশিংনি। মশা মশাগী ওইজবা অমমম য়েংই। মশাগী ওইজবা অপাম্বা অমগীদমক কনাগুম্বা অমনা শ্রীভগবানগী মফমদা চঙজবা ওইরবসু ইবুংঙো মহাক্না মহাকপু নুংশিদবা তৌদে। ভক্তগা ভগবানগা মরক্তা খুল্লং অমদি ইরৈ লৈনৈ। ঐখোয়না ঈশ্বরদা নিবু-নিজরবদি ঐখোয়না ফংবদা মতিক-চাবা কান্নবঙাই ওইবশিংদু ইবুংঙো মহাক্না শোয়দনা পীবি। ঐখোয়না করি ফংগদবা হায়বদু শ্রীভগবাননা হেন্না ফজনা খঙই। অদুবু জ্ঞানী অদুবুদি ইবুংঙো মহাক্কী মথবায়মক্লি। জীব খুদিংমক্না মশা মশাগী মথবায়বু খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবগুম শ্রীভগবান্নসু মাগী মথবায় ওইনা খঞ্জরিবা জ্ঞানী ভক্তবু খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজে। ঈশ্বরবু খঙবা ঙমজরবা জ্ঞানীশিংদি ভক্ত পুন্নমক্তগী পূকচেল চাউবা হেল্লি অমসুং মখোয়না অতৈ তাইবংগী পোৎশক অমতা পামসল্লুদনা শ্রীভগবানবু প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা লত্তনা সেবা তৌরগা ইবুংঙো মহাক্কী নাক্তা য়ৌনবা লাক্নে। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্না জ্ঞানী-ভক্তবু য়াম্না নুংশি।

মীওইবদগী হৃম্বা জীবশিংনা মপোক কয়ারক হন্না হন্না পোক্লগা ঈশ্বরগী থৌজালদগী মীওইনা পোকচবা ফংলকই অদুগা অফবা ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্ম তৌজদুনা ঈশ্বরবু নীংজবা ঙম্নকই। অসিগুম্বা ঈশ্বরবু নীংজবা ঙম্নবা মীতাশিংনা মরোল তরামরিগী মপু ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবানবু থোরকফম পুম্বগী থোরকফমনি, তাইবংপানবসিসু ইবুংঙো মঙোন্দগী তোঙান তাবা নত্তে অদুগা পুম্নমক অসি বসুদেব ঙাক্লি হায়না খঙলকই। বসুদেবনা লোয়নমকপু কোনবিবনি অমসুং পুম্নমক্তা শন্দুনা লৈবিবনি। মরম অদুনা পুম্নমকসি বসুদেব ঙাক্তা ওইবনি। ভক্তনা অসুম্না মফুংফাবা জ্ঞান ফংলগা ঈশ্বরদা মশাবু পূমকৎ-কখোকচৈ অদুগা ঈশ্বরগা অমতা ওইখিদুনা ঈশ্বরবু ফংজে। অসিগুম্বা

মহাত্মাশিংগী মপোক্তি ফংঙমদনা ফংবনি, য়াম্না তাঙই। অদুবু ফংনীংবগী অপাম্বনা মবুদ্ধিবু হুবিগ্রবা মীওইশিংদুনা লাই পুন্নমক্কী মকোক ওইবা লাই-কোক্রেন পরমেশ্বরবু থাদোক্লগা অতোপ্পা খোইয়ুম-লাই মচা মচাবু মখোয় মশা-মশাগী অপাম্বশিং অদু ফংনবগীদমক্তা ঈড়াৎ-থৌনি অমা নত্রগা অমা তৌদুনা লাৎলি। মখোয়না থাজবগা লোয়ননা লাৎনীং-লাৎনীংবা লাইশক অদু-অদা হেক মখৈ লাৎচবদা শ্রীভগবাননা মখোয়দা অয়েৎপা অমতা পীবিদে। য়েৎপগী মহুত্তা ইবুংঙো মহাক্না মখোয়গী অপাম-অপাম্বদু থুংহন্নবা শীল-লাঙবি অদুগা মখোয়গী অচেৎপা থাজ-পরে অদুমক লেঙহন্দনবা চেৎশিলহল্লি। অওইবমক্তি অসিগুম্বা খুদোংচাবশিংসি ইবুংঙো মহাকখক্তনা নোংদম্বনি।

লাই ময়াম অসি ইবুংঙো মহাক্কী তোঙান-তোঙানবা শরূকশিংনি। মখোয়বু ঈড়াৎপা হায়বা অসি ঈশ্বরবু মচেৎ মচেৎ ওইনা ঈড়াৎপা মখল অমনি। মবুদ্ধি-থেনবা মীশিংনা লাই মচা মচাশিংদগী নিজরিবা মহৈহুংশিং অদুদি মাঙবা নাইবনি, ঙমখৈ নাইবনি, ঙাইহাক-ঙাইহাক্কীনি অমসুং চাং-কক্লা খজিক্তা ওইবনি। মখোয়না নীংজ-লাচ্চরিবা লাই মচা মচাশিংদুবু থাদোকপা ঙমদ্রবদি মখোয়না লাৎলি-লাৎলিবা লাইশক অদুনা লৈরিবা লোক অদু তাপ্পা ফাওবদা মখোয়না শিরগা চৎলি। মখোয়না "সৎ-চিৎ-আনন্দ" গী ওইবা ফীভম অদুদি ফংবা ঙমদে। মদুগী ফীভম অদু ফংবগী লম্বীদদি সংসারগী পোৎলমশিং কন্না পামসল্লুবা মতৌনা য়াম্না শাথীনা অপনবা পী। মরম অদুনা সংসারগী অপাম্বা থাদোক্তুনা পুন্নমক্কী মপু ওইরিবা ঈশ্বরবু নীংজরিবা ভক্তশিংনা ঈশ্বরগী অথোইবা লোক্তা য়ৌনবা চৎলি।

অপঙবশিংদি শ্রীভগবানবু তাইবং মীৎনা উরিবা মীশক অমা ওইনা লৌই। মখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মাঙ-তাকপা লৈত্রবা, পুমথোই-থোইবা, হোংদোক-হোংজিল নাইদ্রবা অমসুং মায়াগী শক্তিগী বাংমদা লৈবা ফোঙদোক্তবা অথুপ্পা অদুবুদি খঙউদে। যোগ মায়ানা মখোয়বু লাকশিনখিদুনা মখোয়না মখোয়গী মশাদা থুপ্পুনা লৈরিবা পরমাত্মাবু নত্রগা ঈশ্বরবু খঙবা ঙমজদে। যোগ-মায়া হায়বা অসি প্রকৃতিগী গুণ অহুম তিন্নবা মতৌবু খঙনৈ। তাইবং মীশিংবু গুণ অহুম তিন্নবা মতৌ অদুদগী পোক্লকপা মায়া অদুনা পঙথহল্লি। মরম অদুনা অনম-অহা চুরবা তাইবং অসিনা খক পোকপা অমসুং শিবা নাইরক্ত্রবা অদুগা হোংদোক-হোংজিল নাইদনা অদুম লৈরক্লবা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙবা ঙমজদে। মখোয় মশা মশাগী অওইবা মতৌবু মায়া কৌবী য়ুখল অসিনা খঞ্জিনখিদুনা

লৈবা মরম্না মখোয় মখোয়গী মমাংদা শ্রীভগবানসে অফোঙবা হায়বদু ওইদে। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজরবা অশেংবা ভক্ত অদুগী মফমদদি ইবুংঙো মহাক মশামকসে তশেং-তশেংনা ফোঙদোকই।

প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না নম্মাংলবা মীশিংনা ঈশ্বরবু নীংদে অমসুং খঙবা ঙমদে। ইবুংঙো মহাক্কী ওইখ্রবা, ওইরিবা অমসুং ওইরক্কদবা পুম্নমক খঙই। অপাম্বা অমসুং পামদবদগী থোরকপা ওন্ন-তৈনবা জোড়া-জোড়াশিংগী শুম্মাংলাংদা থুবনা মরম ওইদুনা থবায়-পানবা পূম্বসে মখোয় মখোয়না পোক্রকপা মতমদা পঙথনা পোক্রকই; অদুদগী অমুক "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা বাখল অদুনা শুম্মাংত্তুনা লৈ। অদুবু ধর্ম্ম চেনবা থবকশিং তৌদুনা মখোয়না মখোয়গী লঙজরুবা পাপ পূম্ববু মাঙন্নবা অহানবদা হোৎনরগা মখোয়না মশাবু কণ্ঠহৌনবা লাক্লগনি। মদুগীদমক্তা মখোয়না নত্তবা সঙ্গ থাদোক্তুনা সাধু সঙ্গ তৌরগা ঈশ্বরদা চঙজগনি। পুণ্য চেনবা থবক তৌরগা লঙজরুবা পাপ পূম্বা কোক্রুবা অদুগা ওন্ন-তৈনবা পুংবাশিংগী শুম্মাংথয়াইদগী নাম্থোক্রবা মীশিংদুনা বাশক অচেৎপা লৌদুনা শ্রীভগবানবু লূনা নীংই।

ঈশ্বরদা পূক্নীং থিংজন্দুনা চেৎনা নীংবা ঙম্নবা ভক্তশিংনা হনুরক্তুনা হকচাঙ কেমথরকপা অমসুং শিব-নাবনচিংবদগী নাম্থোরক্তুনা মুক্তি-ফংনবা লত্তনা কন্না হোৎনৈ অদুগা মখোয়না ঈশ্বরগী থৌজালদগী অমাঙ-অতা লৈত্রবা ব্রহ্মবু অদুগা অধ্যাত্মিক অমসুং কর্ম্মগী তত্ত্ব পুম্নমকপু খঙবা ঙমজরকই। অধিভূত, অধিদৈব অমসুং অধিযজ্ঞগা লোয়নননা শ্রীভগবানবু লৈরোল-নোংলোন্দা অদুগা যজ্ঞগী খাম্বী মৈনুংদসু লৈ হায়না খঙলিবা মখোয়শিংদুনা শিরমদাইমক্তদা ফাওবা ইবুংঙো মহাকপু কাউদনা নীংই অমসুং খঙই। মরমদুননি গীতাগী তরেৎশুবা তাক্কী মচি ওইবা বাসি শ্রীভগবানবু থাজনা নীংবা হায়বসিনা ওইরিবসি।

---

# তাঙ্কক নীপান

**নীপানশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিংদি "অক্ষর-ব্রহ্ম যোগ" হায়না কৌই। মসিদি অমাঙ-অতা লৈত্রবা ব্রহ্মগী যোগদুনি, শিদবা মপু ফংনরোল অদুবুনি। মথক্কী তরেংশুবা তাঙ্কক্কী লোইশিল্লকপদা ব্রহ্ম, অধ্যাত্ম, কর্ম্ম, অধিভূত, অধিদৈব অমসুং অধিযজ্ঞ হায়বা দর্শণ শাস্ত্রগী অরু-অরুবা সংস্কৃত ৱাহৈশিং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শীজন্নখি। অর্জ্জুননা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ নিংথিনা খঙলমদে। মরম অদুনা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থদু করিনো অদুগা মশাবু ৱারকচবা ঙম্নবশিংনা শিরমদাই মতম য়ৌশিল্লক্রবফাওবদা হায়বদি মশাগী নীংশিংবগী পাঙ্গল শোহ্নরক্নুনা ঈশ্বরদা পুক্নীং থিংজনবা ঙমদবমখৈ পঙথরক্রবফাওবদা করি সাধনা তৌরগা পরমেশ্বর ভগবানবু করম্না নীংবা নত্রগা খঙবা ঙমগনি হায়না অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণদা হংজখি।

অর্জ্জুনগী ৱাহংশিংদুগী পাউখুমশিং শ্রীকৃষ্ণনা পীবিখি। অহানবদা ইবুংঙো মহাক্না "ব্রহ্ম" হায়বদুগী মরমদা অসুম্না তাকপীখিঃ "ব্রহ্ম হায়বসিদি মাঙ-তাকপা লৈতবা, মাঙ-তাকহনবসু য়াদবা, হোংবা নাইদবা, পুমথোই-থোইবা, মতম পুম্বদা অদুম লৈরবা, মফম খুদিং শীন্থুংনা লৈবা, শক্তি পুম্নমক মহাক্কী ওইবা অমসুং পুম্নমক খঙবা ওইবা অদুবুনি।"

ব্রহ্মদি পাক-চাউরে হায়না কৌরি কৌরিবা হেক মখেদুদগী হেন্না পাক-চাউই। ব্রহ্মদি "পরম অক্ষর" নি। "পরম" হায়বা অমনে অদুগা "অক্ষর" হায়বা অমনে ৱাহে অনী অসিনা ব্রহ্মবু মগুণ ফোঙদোকই। "পরম" হায়বদি "অহানবা" হায়বনি। ব্রহ্মনা পুম্নমক্কী হৌরকফমনি, অহানবনি অমসুং মরুনি। মদুদা থৱায়-পানবশিংনা হিংই, লেঙই অমসুং পাল্লি। "অক্ষর" হায়বদি "ক্ষর" নত্রগা "মাঙ-তাকপা" লৈতবা, মাঙ-তাকহনবা য়াদবা হায়বনি। কনামতনা মদুবু ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদে। মদুদি খক হম্বদে, হাইথদে, লোম্বা নাইদে, থুগায়-খোৎকায়বা ঙমদে অমসুং শেংনা হায়ঙমদে। ব্রহ্মদি মশক নাইদে, গুণ লৈতে, লৈক্ষনা অমতা চেন্দে, খ্বাইদগী শেংলে হায়বদুদগীসু হেন্না শেংই, মশাগী ওইদুনা লৈবা অদুদা অদুম মথন্তা লৈজবনি। মসিবু খঙবা ঙম্নবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি পরমেশ্বর ভগবানবু ফংজে।

মথংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মশেল, মরূপ অমসুং ভক্ত অর্জুনদা "অধ্যাত্ম" গী অর্থ অদু মাচা খায়না অসুম্না তাকপীরম্মী ঃ "অহিংবা হকচাঙ খুদিংদা মঙাল ফুদোক্লীংঙাই ওইনা লেঙদনা লৈরিবদুগী অরেপ্পা মওই নত্রগা অশেংবা মতৌ অদুবু "অধ্যাত্ম" কৌই।" "অধ্যাত্ম" হায়বসিদি ব্রহ্মগী লেঙদ্রবা অরেপ্পা মওই অদুবুনি, ব্রহ্ম মশামক্কী মঙালনি। হকচাঙ খুদিংমক্কী মনুংদা "ঐ" গী মওঙদা অরেপ্পা মশক ওইনা লৈরিবদু ব্রহ্মনি। মদুগী "ঐ" অদু হকচাঙদা লৈত্রবা মতমদা হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিংনা থবক তৌবা ঙম্লোই অদুগা হকচাঙ অদু পোৎচাকতমক ওইরকই। থবক তৌবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু "অধ্যাত্ম" নি। পাঙ্গল অদু লৈত্রবদি হকচাঙ অদু অশিবা ওইরে। শিরিবসি হকচাঙ অদুনি অদুগা আত্মাদুদি শিদে। শিরিবসি আত্মা নত্রগা "ঐ" নি হায়না শেরান্ননা থাজরোইদবনি। "ঐ" গা হকচাঙগা খেন্নে। হকচাঙগী মপুদি "ঐ" নি। অদুননি মী অমনা "ঐগী হকচাঙ" হায়দুনা "হকচাঙ" গী মপু "ঐ" না ওইহল্লিবসি।

লেঙদবা, অচুম্বা অমসুং তরু-তরুবা আত্মাদি নত্রগা "ঐ" দি শিবা নাইদে, "সৎ" নি। হকচাঙদি শিবা নাই, "অসৎ" নি। শাস্ত্রনা "ব্রহ্ম" বু "সৎ-চিৎ-আনন্দ" নি হায়নসু মশক তাকই। "সৎ" হায়বদি শিবা নাইদবা লেঙদবা মশক্নুনি, হোংদনা অদুম লৈবগী মওঙদুনি। মসিদি হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং মতুংগী মতমদসু মথংশিংনা অদুগী অদুম ওইখ্রবা, ওইরিবা অমসুং শাংথনা ওইরগদবা অদুবু খঙহল্লি। "চিৎ" হায়বদুনা খুদিংমকপু খঙননবা ঐখোয়বু কন্না তকশিল্লিবা শক্তি অদুনি। মসিদি খুদিংমকপু তশেংনা খঙবা হায়বদুবু

খঙহল্লি। "চিৎ-শক্তি" হায়বসিদি মদোম অদুম ঙাঞ্জে। অদুগা মথংদা "আনন্দ" হায়বা অসিদি "নুংঙাইদুনতা লৈবা অয়ৌবী মনুংঙাই" অদুবুনি। আনন্দদা অৱা-অনানা খক শোকপা ঙমদে অদুগা শোক্কে হায়নসু খক লাক্করুদে। মসিদি আত্মাগী লৈখোলনি। হকচাঙগী ওইবা মনুংঙাই অদুদি নত্তে। হকচাঙগী নুংঙাইবদি অৱাবগা লোয়নরুকই। "আনন্দ" হায়বসিদি থোইদোকপা নুং-গী অশেংবা শক্তম অদুমক্কি। "সৎ-চিৎ-আনন্দ" হায়বসিদি থৱায়-পানবা খুদিংমক্কী মফমদা হিংনবগী মরু ওই অমসুং মাগী অওইবা মশক্তুমক ওই। মদুদি জীবগী শক্তোন লৌরিবা অদুদা মীশক অমগুম্না লিলা কুম্মিবা ভগবান মশামক্কি। পরমেশ্বর ভগবানগা ব্রহ্ম অমসুং অধ্যাত্ম অনীমক্কা চপ মান্নবা মতৌ অদু অর্জ্জুনন‌া ভাব তাবা ঙম্নবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীখিবদুগী নুং-গী ওইবা অর্থদি অসিনি।

মথংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা "কর্ম্ম" গী মতাংদা অমুক অর্জ্জুনদা অসুম্না হায়বীরম্মীঃ "অর্জ্জুন, অরেঙ-লেঙদ হায়দুনা লৈরিবশিংবু ওইহল্লকপা, য়োকপা, মখোয়গী হকচাঙ শাগৎলকপা, মখোয়গী মশক হোংদোক-হোংজিল তৌবা, ঈশ্বরদা কৎপগী য়াইফ-থৌ তৌবা অমসুং লোইশিনবগী তঙাইফদনা ঙমখৈ নাইহন্নবা তৌবা থবকশিংবু "কর্ম্ম" হায়না কৌই।" লেঙলি - পাল্লিবা পূন্নমকসি তাইবংপানবা অসিদা লৈরবা ঙাক্তনি। তাইবং লৈশেমগে হায়বগী অহানবা ৱারেপ অদুমক কর্ম্মনি। তেংবানবা পূম্বসিদা, মদুনা পূন্নমকপু থবক তৌহল্লি অদুগা মসিগী মনুংদা লেঙথোক-লেঙশিন অমসুং অতোপ্পা থবক-ইনখাঙশিং তৌরিবা পূন্নমক অসি অহানবা য়ুম্ফম ওইরিবা কর্ম্ম অদুদগী চেম্বুরকপা ঈচেলনি। মসিগী ঈচেল অসি পরমেশ্বর ভগবানগী অনীংবগী মখা পোল্লি। ইবুংঙো মশামকসু কর্ম্ম ওইনা উৎপনি।

মথংদা ইবুংঙো মহাক্না "অধিভূত" গী মতাংদা অসুম্না হায়রম্মী ঃ "তোইনা হোংদোক-হোংজিল তৌরিবা, অসুম অসুম মরায়-চায়থরকপা নাইরিবা, শিবা নত্রগা তুম্বা নাইরিবা অমসুং মওঙ নত্রগা পোৎশক নাইরিবা খুদিংমক "অধিভূত" ঙাক্তনি।" "অধিভূত" হায়বসিদি জৱা-প্রকৃতিনি। মায়কৈ খুদিংমক্তা নত্রগা মফম খুদিংমক্তা লৈরিবা শাবানবা পোৎশিং পূন্নমকসি "অধিভূত" ঙাক্কি। পূন্নমক অসিনা থোরক্লিবা থোরকফম অদুদি পরমেশ্বর ভগবাননি। ইবুংঙো মহাক্না অহৌবা মরমনি অদুগা ফলশিং অদুসু ইবুংঙো মহাক্না ওই। পূন্নমক অসি মুম্না খম্বুরুরবদি, ইবুংঙো মশামক্না

ব্রহ্ম, অধ্যাত্ম অমসুং কর্ম্ম ওইবা অদুপ, ইবুংঙো মহাক্কা "অধিভূত" ওই।

মথংদা "অধিদৈব" গী মতাংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ "জীব পূম্বদা তোংলিবা অখণ্ডবগী মতৌ ওইরিবা পুরুষ অদুবুনা "অধিদৈব" কৌই।" অধিদৈবদি ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং, বুদ্ধি, অহংকার, চিৎ অমসুং থবায়-মঙানচিংবগী মপু ওইবা অমসুং খোইয়ুম-লাইশিংগী হৌরকফম ওইরিবা "হিরণ্যগর্ভ" হায়বদুনি। মদু পুরুষনি, আত্মানি অমসুং ব্রহ্মনি। হকচাঙশিংদা "হিরণ্যগর্ভ" কৌনা পরমেশ্বর ভগবানগী মিরেল-শক্ত - অদু তুংদুনা লৈ। অধিদৈবশিং হায়রগনা মখোয়বু হিরণ্যগর্ভগী ইন্দ্রিয়শিং ওইনা লৌগনি। "মী অমবু মাগী ইন্দ্রিয়শিংনা চপ-চানা সেবা তৌবা মতৌগুম্না, "হিরণ্যগর্ভ" অদুবু অধিদৈবশিংনা সেবা তৌই। মী-মীদুগা মী-মীদুগী ইন্দ্রিয়শিংদুগা অমতনি। অধিদৈবশিংদি তাইবং মপুগী ইন্দ্রিয়শিং ওইনা থৌরমশিংবু থৌবাঙলিবা লাইশিংনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, মীৎপু সূর্য্যদেবনা (নুমিৎনা) উহল্লি, নাকোঙবু নাকোঙদা তোংবা লাইনা তাহল্লি অদুগা ইন্দ্র দেবনা খুৎপু থবক তৌনীংবা পোকহল্লি।" অসুম্না অতৈ অতৈ লাইশিংনসু ইবুংঙো মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিং ওইনা অতোপ-অতোপ্পা থবক কয়া তৌই। পরমেশ্বর ভগবাননা ব্রহ্ম, অধ্যাত্ম, কর্ম্ম অমসুং অধিভূত ওইবা অদুপ ইবুংঙো মহাক্কা অধিদৈবসু ওই।

মথংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা "অধিযজ্ঞ"সু ইবুংঙো মহাকপুনি হায়না তাকপীরম্মী। খুৎশেম পুম্নমক অসিবু য়োক্লবা তৌরিবা নিষ্কাম-কর্ম্ম অদুবু যজ্ঞ কৌই, অদুগা যজ্ঞ পূম্বগী মপু ওইরিবা অমসুং জীবাত্মাদা মঙাল-মশেক পীনবিরিবা পরমাত্মাবু অধিযজ্ঞনি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শুগায়না তাকপীরম্মী। যজ্ঞ পুম্নমকপু ওক্লিবা মশক্তু অধিযজ্ঞ ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্তি। ইবুংঙো মহাক্কী থবক্তুগী কান্নবা পীনবিবদুসুনি অদুগা ফংলিবদুসুনি। তাইবংপানবা পূম্বগী হৌরকফম ওইরিবা অদুগা মদুদা শীঙ্খংনা লৈবিরিবা ইবুংঙো মহাক্কী অক্ষরনি, অমাঙ-অতা লৈতবনি, হোংদোক-হোংজিল নাইদবনি, মপুং-পুংফা-ফাবনি, ময়েং তাবা লৈতবনি, জ্ঞান পুম্নমক্কী হৌরকফমনি অমসুং শক্তি পুম্নমক্কীসু হৌরকফমনি। যজ্ঞ পূম্বগী হৌফম্নি অমসুং মপুনি।

তাইবং মপু মহাকপু ঐখোয়না শিরমদাইদা নীংজ-নীংজনা ঐখোয়গী হকচাঙ-পোলাঙ থাদোক্লবদি ঐখোয়গী থবায়না অমাঙ-অতা লৈত্রবা পরমাত্মাদা অমতা ওইনা তিল্লুবা ঙমই। মরম অদুনা থবায়গা হকচাঙগা কায়নরমদাইগী মীৎকুপ্তা লৈরিবা পুক্নীংগী

ফীভম অদু য়াম্না মরু ওই। অদুবু, শিরমদাইদা ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙম্বা হায়বা অসি মতম শাংনা লত্তনা সাধনা তৌরক্তবদি হেক্তা ওইথোক্কে। শাস্ত্রনা তাকপীবা ধ্যানগী নিয়মশিংবু হন্না হন্না হান্নদগী হৌনা ঙাক্তুনা পূক্নীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্নগা ঈশ্বরদা পূক্নীং লুপশিন্দুনতা লৈরক্রবদি সাধক অমনা শিরমদাইগী মীৎকুপ্তা ঈশ্বরবু কাউদবা ঙমগনি অদুগা শিরবা মতুংদসু পরমাত্মাদা তিঞ্জবা ঙমগনি। মসিগী মরমদা করিমতা চিংননীংঙাই লৈতে। অদু নত্তদুনা, ঈশ্বরবু কাউথোক্লগা বাখল ফৈরেংননা শাগৎলুবা মওঙ-মওঙদুগী মরমদা খন্না খন্না পুন্সীগী অরোইবা মীৎকুপ্তা হৰুচাঙবু থাদোক্লিবা মী-মীদুনা মা-মানা মতম শাংনা তত্তনা শাগৎচরকপা মওঙ-মওঙদুমক্কা মরী লৈনবা মপোক্তা পোক্লুই। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা পোৎশক অমদা তোইনা মতম কুইনা খন্দুনা লাক্লবদি মাগী পূক্নীং অদুনা শোয়দনমক পোৎশক অদুবু শিরমদাইদা নীংশিংলক্কনি। শিরমদাইদা মহারাজ ভরতনা মানা লুনা নীংজবা শজি অমগী বাখল খন্দুনা শিখি অদুগা মরম অদুনা মথংগী মহাক্কী মপোক্তি শজি মপোক ওইখি। মরম অদুনা কনাগুম্বনা মতম পুম্বদা পরমাত্মা ঈশ্বরবু নীংশিংদুনতা লৈজরবদি মহাক্কা চিংনবা লৈতনা শিদ্রিঙৈদসু অদুগা শিরগসু ঈশ্বরবু ফংজবা ঙম্নে।

পূক্নীং অনী লোঙদনা চাং-নাইনা তত্তনা ধ্যান তৌরগা যোগদা চুসিন্নহল্লবা বাখলগা লোয়ননা ঈশ্বরবু লাইনীং-হীরী-কোল্লিবা কনাগুম্বা মহাক্তুনা অথোইবা পুরুষ ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী নাক্তা শোয়দনা য়ৌবা ঙমই। পুন্নমকপু লোয়না খঙলিবা, জগৎ অসিবু শেম্বীবা, মতম পুম্বদগী হৌনা পুন্নমকপু ঙাক-শেনবীরিবা, কুপ্লেন-কুপ্লবা ওইদুনসু পাক-চাউরবা, লৈরোল-নোংলোন অসিবু পুবিরিবা জগৎ মপু মহাক্কী মওঙদি পূক্নীং-বাখলনা লাম্বা ফংদবনি হায়না অমসুং অমম্বগী ঈৰাংমদা নুমিৎকুম ঙান্থোইরিবা অথোইবা পুরুষ অমনি হায়না শ্রীভগবানদা সাধক অমনা ধ্যান তৌদুনা মাগী লাইনীং-পরৈ চেৎহনগনি। অদুগা মাগী শিরমদাইগী মতম য়ৌরক্লবা মতাংদা মানা কচোয়-কমাঙদবা পূক্নীং অমগা লোয়ননা যোগ-শক্তিগী মতেং লৌরগা প্রাণবু পীশুম অনীগী কারক্তা থম্লগা ইবুংঙো মহাকপু নীংশিংদুনা লৈরবদি মহাক্কা লেপ্পমক মদোমতগী মঙাল্লা লংত্রিক-লংলবা অথোইবা পুরুষ অদুবু ফংবা ঙমগনি। ভক্তি যোগবু লীশাঙ-শীৎনা অভ্যাস তৌদ্রবদি শিরমদাইদা পরমেশ্বর ভগবানবু নীংশিংবা ওইথোক্তে হায়না মতাং অসিদা গীতানা তশেং-তশেংনা হায়রি।

বেদ-শাস্ত্র খণ্ডবশিংনা পরমাত্মাগী অথুপ্পা বাবু শন্দোক্লা হায়রি। মদুবু খণ্ডনীংদুনা চন্না লেপ্পবা লাইনীংবশিংনা ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্লা চৎলি। মমাংঙৈদদি মহৈ-তম্বা হৌরকপদগী মহৈরোই অমবু ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্লা চৎহল্লগা ব্রহ্মবু ফংনবা গুরুশিংনা তাকপী-তম্বীরম্মী। হৌজিক্তি মদু নত্রে। মফম মফম খুদিংদা মহৈ-তম্ফমশঙ মশীঙ লাকঙমদনা লৈরে, অদুবু লাইবকথীবদি ব্রহ্মচারীগী লীচৎশিং তম্বীনবা তম্ফ ম অমতা ফাওবা লৈত্রে হায়বা য়ারে। ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্লা কনাগুম্বা অমনা চত্রবদি ঈশ্বরগী মায়কৈদা মহাক্লা চঙশিনবদা মদুনা অচৌবা অপনবা অমা ওইবা শোয়দ্রবনি। ইন্দ্রিয়শিংগী থোঙলোন পুম্বা থিং জিল্লগা হায়বদি ইন্দ্রিয়শিংবু ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবকশিংদা চঙশিনহন্দ্রগা, থম্মোয়-লকানুং দগী পুক্নীংবু হেন্দোকহন্দনা হৃদিদা ফাজন্দুনা থম্লগা, থবায়-নিংসাবু লবাই-লুরেন্দা লেঙদনা থমদুনা আত্মা সমাধিদা লৈরগা, ব্রহ্মগী মিংখৈ ওইরিবা অশেংবা খোঙ্গ্রে অমতগী ওইবা "ওঁ" (অউম) বু শোল্লগা কনাগুম্বনা পরমেশ্বর ভগবানবু নীংশিং-নীংশিং না হকচাঙ থাদোক্লবদি মহাক অদুনা শোয়দনা অথোইবা পম্বুংফমদু য়ৌই। অতৈ অতৈ অমতবু খল্লুদনা মতম শাংনা তাইবং পুন্সী খম্বা ফাওবা শ্রীভগবানবু নুমিৎ খুদিংগী তত্তুনা নীংশিংলিবা অদুগুম্বা পরৈ-চেত্তুনতা লৈরবা যোগী অদুদদি ইবুংঙো মহাক্পু ফং বদা ঈরায়-লায়না থোকই। মরম অদুনা হকচাঙগা থবায়গা শেৎনরমদাইগী অরোইবা মীৎকুপ অদুদা ওইহন্নীংলিবা ঈশ্বরগী মফম য়ৌবগী ফীভম অদু কনাগুম্বনা ফংগে হায়রবদি ফংনীংলিবা মহাক অদুনা মতম কুইনা তত্তুনা ঈশ্বরবু ভক্তি সেবা তৌবদা লুপ্তুনা লৈরকপা তাই। শিরমদাইদা ওইগদৌরিবা ফীভম অদুদি হিংলিঙৈ মতমদা ওইখিবশিংদুগী অসুপ্পা ফলনি।

পরমাত্মাবু পুক্নীং-অনী-লোঙদনা মতম কুইনা সমাধি তৌবা ঙম্লবা মহাত্মাশিংতনা পরমাত্মাবু ঈরায়-লায়না ফংবা ঙম্মী। মদুবু ফংলবদা, মখোয়না অৱা-অনানা পীক-থন্না লৈরবা তঙ-তাদ্রবা সংসার অসিদা অমুক হন্না পোক্রক্কদবা লৈত্রে, মরমদি মখোয়না পুমথোই-থোইবা পম্বুং ওইবা "মুক্তি" হায়বদু ফংগ্রবনি। মখোয়দি ব্রহ্মদা তিনবা ফংজবা হায়বদু ওইখ্রে, "কৈবল্য মুক্তি" ফংজবা হায়বদু ওইখ্রে। ব্রহ্মালোক্তগী খ্বাইদগী নেম্বা ভূ-লোক ফাওবদা লৈরিবা পুম্বসি হন্না হন্না পোকপা অমসুং শিবা হায়বসি থোক্রগদবা ঙাক্তা ওই। তৌইগুম্বসুং পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা লৈগ্রবা অদুগা ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইনা তিন্নখ্রবা মহাক্তুদি অমুক হন্না মথাং মথাং খক শিদ্রে

অদুগা খক পোক্রদ্রে।

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর অমসুং কলি হায়দুনা লৈরিবা যুগ মরি অসি পূল্লপ-পূলল্লগা শাবা চর্তুযুগ নত্রগা মহাযুগ হায়বদু লিশিং অমনা ব্রহ্মাগী অয়ুক-নুংথিল অমনি। সত্য যুগ অসি ঐখোয়গী চহি ১,৭২৮,০০০ না শাই। ত্রেতা যুগনা ঐখোয়গী চহি ১,২৯৬,০০ না শাই। দ্বাপুর যুগনা ঐখোয়গী চহি ৮৬৪,০০০ না শাই, অদুগা কলি যুগনা ঐখোয়গী চহি ৪৩২,০০ না শাই। যুগ মরিসি পূশিল্লবা মহাযুগ অমা হায়বা অসি চহি ৪,৩২০,০০০ না শাই। যুগ মরি অসি হঙ্গৎ-হন্দা কোয়রে লৈরিবনি। ব্রহ্মাগী অহিংসু মহাযুগ হায়বদু লিশিং অমনা শাবনি। মরম অদুনা ব্রহ্মাগী পূর্ণীগী নোংমা হায়বসি মহাযুগ লিশিং অনীনা হায়বদি মীরম্রেনগী চহি ৮৬৪০,০০০,০০০ না শাই। ব্রহ্মাগী চহি অমা হায়বসিনা ঐখোয়গী চহি (৮৬৪০,০০০,০০০ × ৩৬৫) = ৩১১০,৪০০,০০০,০০০ না শাই। মসিগী খূৎপা অসিদা পারগা চহি ১০০ না ব্রহ্মাগী পূর্ণী ওই। ব্রহ্মাগী অয়ুক-নুংথিল অমসুং অহিংবু নিংথিনা খঙলিবা মখোয় অদুনা অহোরাত্র করিনো হায়বদু খঙই। মদুগী অয়ুক-নুংথিল অদুনা লাক্রবদা, উরিবা খূৎশেম পূম্নমক শকউনলৈতবদুদগী ফোংনা উরকই; অদুগা অমম্বা অহিং অদুনা লাক্রবা মতমদনা হায়বদি ব্রহ্মানা তুমখুন-হুনখ্রবদা উরম-লৈরম্বা খূৎশেম লোয়না শকউদনা লৈরিবা ফোঙদোক্তবদুদা থূপচিনখি। মরম অদুনা জগৎ অসিবু সৃষ্টি তৌবনা ব্রহ্মাগী অয়ুক-নুংথিল অদুগা প্রলয় তৌবনা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরিবনি। ব্রহ্মাগী অঙানবা অয়ুক-নুংথিল অদুনা থূংলরবদা, থবায়-পানবা শক্রোনশিং পূম্বা পোকখৎলকই অদুগা মহাক্কী অমম্বা অহিংনা লাকপগা লোয়ননা মখোয়শিং অদু পাম্বে লৈতবমখে ফোঙদোক্তনা লৈবদুদা হুঞ্জিনখিদুনা মখোয়গী হকচাঙশিংদু মাঙখি। অমরোমদা হায়রগনা, ব্রহ্মাগী অয়ুক-নুংথিল হেক হেক লাকপগা জীবশিংসু হন্না হন্না থোরকই অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরক-ওরকপদনা জীবশিংসি করি অমতা থিংবদা উপায় লৈতবমখে থূপখি।

অদুবু উবা ঙম্বা অমসুং উবা ঙমদবা হায়দুনা লৈরিবা খূৎশেম অসিগী বাংমদা লৈবা, ব্রহ্মানা শেম্বা অমসুং মাঙহনবা ঙমদবা, পূমথোই-থোইবা, শকউদবা, খ্বাইদগী হেন্না বাংথোইবা, অসুম লৈদুনতা লৈরবা অমসুং হোংবা নাইদ্রবা অমা লৈরি অদুগা মসিমদি জগৎ অসিদা লৈরিবা পূম্নমক্না মরু ফংনা মাঙখ্রবফাওবদা মাঙবা কৌবদা মরৈত্রে, খকময়েং তাবসু লৈত্রে অদুগা হোংবসু লৈত্রে। শকউদবসিবু অথোইবা খমথেংবা

য়ৌফমদুনি হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বনা মফমদু য়ৌবা ঙমগ্নবদি তাইবংপান অসিদা মহাক অমুক হল্লক্লরোই। অদুগুম্বা মফম অদু পরমেশ্বর ভগবানগী মরানয়ায়নি। পূক্নীং-অনী-লোঙদনা তৌজবা ভক্তিনা পাম্বে ওইরগতা ভক্ত অমনা ইবুংঙো মহাক্কী নাক্তা য়ৌবা ঙমগনি। আত্মজ্ঞান লৈরগা জীবগা ব্রহ্মগা লৈনরিবা অরেপ্পা মরী অদু খঙদুনা মহাক্কা ব্রহ্মদা অচেৎপা ভক্তি থম্বা ঙমই।

পোক্লবদি শিবা হায়বা অসিমা শোয়দ্রে। শিরগনা অমুক পোক্লকপা য়াই অদুগা পোক্লক্তবসু য়াই। শিননবা পোকপনি অদুগা পোক্লনবা শিবদি তোংজবা নত্তে। "শিবা" হায়বসিদা তোংজবা খুৎশি অমা শোয়দনা পীবিগদবা তাঞ্জা অমা লৈফম থোকই। মরম অদুননি যোগীশিংনা অফবা তাঞ্জা ফংলবা মতমদতা শিনবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা, ভীষ্মনা তেঞ্জৈ মথক্তা হিপ্তুনা শিবগী অফবা তাঞ্জা অদু ঙাইদুনা লৈখি। মরম অদুনা গীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা যোগীশিংনা অমুক হন্না পোক্লররোইদবা তাইবং থাদোকপগী মতমগী মরমদা অমসুং মখোয়না অমুক হন্না পোক্লরগদবা তাইবং থাদোকপগী মতমগী মরমদা অসুন্না তাকপীরম্মী ঃ "ব্রহ্মবু মশক খঙবা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা যোগীশিংনা মৈ কৌবা লাইনা পুরিঙৈদা, মঙাল লৈবা মতমদা, অয়ুক-নুংথিলদা, পানখৎলকপা শুক্লপক্ষগী অঙানবা থাখায়দা অমসুং কৌরৌহনবনা (নুমিৎনা) অৱাং-পুঙমায় চৎলকপা উত্তরায়ণগী থাবুম তরুক্কী মনুংদা শিরগা, মখোয়না ব্রহ্ম তান্না চৎলি। অদুগা সকাম কর্ম্ম তৌবা যোগীশিংনা মৈখুলক্তা, অহিংদা, থানা শিথরকপা অমম্বা থা-খায়দা অমসুং কৌরৌহনবনা খা-পুঙমায় লৈথরকপা দক্ষিণায়ণগী থাবুম তরুক্কী মনুংদা শিরগা, মখোয়না থা-লৈবাক্তা থুংই অদুগা মফম অদুদা মখোয়না ফংগে হায়না খৌরাং-জরিবা অদুগা মদুগীদমক্তা থবক তৌজখিবা পূন্নমক্কী মহৈং অদু চাবা লোয়রগা মখোয় অমুক শিবা নাইবা তাইবং মপোক্তা অমুক হল্লকই। তাইবংসিদগী হনখিবগী লম্বী অনী লৈ — অমনা অঙানবা লম্বীদা অদুগা অতোপ্পা অদুনা অমম্বা লম্বীদা। লম্বীশিং অসি তশেংনমক অদুম ওইদুনতা লৈরক্লবনি। কনাগুম্বনা মঙালগী লম্বীদা চৎলগনা মহাক অমুক হল্লক্তনবা চৎলি; অদুগা মহাক্কা অমম্বা লম্বীদা চৎলগনা, মহাক অমুক পোক্লরৈ। চৎন-লম্বী অনী অসি খঙলগা, যোগী কনাসু ৱাখলসেরান্নদ্রে।"

পূন্নীগী পান্দমদি পোকপা অমসুং শিবদগী থৈদোক্লগা অরান-খুভম ফংবনি। "অমম্বা" অমসুং "অঙানবা" হায়বা অনীসিগী মরক্তা থেংনরিবা পূন্নীগী লাল অসিদা

“মঙাল” না মায়পাক্লগদা মসি ওইথোকই। থাগী মঙালগা মীওইবনা শিবগা য়াম্না মরী লৈনৈ। থাদগী পূক্লীং পোক্লকই। পূক্লীংনা ধর্ম্মগী লমদা চাওখৎলকপা হায়বা অসি থাজৎকী অহানবা থা-খায় অদুদা লৈ। “অহানবা থা-খায় অদু ধর্ম্মগী ওইবা চাওখৎপা হায়বদু ফংগদবা মতমনি। কনাগুম্বনা মশাদা য়াওরিবা লাইগী মতৌবু খঙবা হেনগৎলকপগী মঙাল-মশোঙবু “শুক্লপক্ষ” হায়বা ৱাহৈদুনা খঙহল্লি। অদুগা “উত্তরায়ণ” হায়বা ৱাহৈ অসিনা পাক্লবা অতিয়া মকোয়সিবু লৈচিন নত্রগা নোংদুমনগা মকহন্দবা অমসুং নুমিৎনা পূমঙাল ঙানবা মতম তাক্কক অদুবুনি। মসিনা অপৌবা অর্থনি।” অকুপ্পা অর্থদি অসিনিঃ “থাম্মোয়না নুং-গী ওইবা অতিয়ানি। মফম অদুদা ঙাল্লিবা নুমিৎ অদুদি বুদ্ধিনি। অজ্ঞানগী মংলিবা নোংনা, নাপলগী নত্রগা মশাগীদা য়েংবগী অথাবা লৈচিন্না অমসুং মিহৈৌবগী মৈখুনা নুং-গী অতিয়া ওইরিবা থম্মোয়দা নৈসন্দুনা লৈবা মতমদা বুদ্ধিগী নুমিৎ অদু লোত্তুনা লৈ অদুগা পোৎশিংসি মুশি মুশি উই, পোৎশক নিং-থিনা খঙদে অমসুং শেরান্নবা উই। নুং-গী থম্মোয় অতিয়ানা লূ-না লৈরবা মতমদা অদুগা বুদ্ধিগী নুমিৎনা মঙাল-মশোঙ মপূংফানা ঙাল্লবা মতমদা, থম্মোয়গী উত্তরায়ণ ওই। নুমিৎ হায়বসি মতম পূম্বদা বুদ্ধিগা লোয়নৈ।” মীশক অমনা মাগী শেংলবা থম্মোয়নুংদা মঙাল পোকপা মতমদা শিরবদি, মহাক্না তশেংনমক অমুক হন্না নৌনা পোকপদগী নাম্থোকপা ঙমই। মহাক্না মৈগী লম্বেল, অর্চ্চিরাদি মার্গদা চৎলি; অদুগা অরান-খুভম ফংই।

“চহিদুগী অতোপ্পা তঙ্খায়, দক্ষিণায়ণ হায়বদুদা শিবা মখোয়শিংদুনা ওন্নবা লাইবক অদু ফংই। মতমদুদা থম্মোয় অতিয়া অদু মৈখু, লৈচিন অমসুং অমংবা নোংনা পূমথা থাজিল্লি। নুমিৎপুসু মখোয়না খুমজিল্লি অদুগা মঙাল ফুদোকহল্লক্তে। থাজৎকী অমম্বা তঙ্খায় অদুদদি ধর্ম্মগী ওইবা পূক্লীং-ঈশ্চলশিংনা মরাই লূকই। অজ্ঞানগী থারবা মৈখুনা পূক্লীংদা থানা থাজিল্লি। অদুগা ঈশ্বররোমদা মায়-ওনসিনবগী ৱাখলশিং শিথরকপবু খঙহন্দুনা থাজনা শিথরকই। অসিগুম্বা মতমদা শিবা মখোয়দুনা মুক্তি ফংবা ঙমদে। দক্ষিণায়ণ মার্গদি অমম - লম্বীনি, তমঃ গুণ অমসুং অজ্ঞাননা পীক থল্লি; মরম অদুনা মদুবু কৃষ্ণ-মার্গ হায়না কৌই. দক্ষিণায়ণগী মতমগী মনুংদা হকচাঙবু লঙশেক্লবা অদুগা অমম-লম্বী পাংথ্রবা মখোয়শিং অদুনা অনৌবা হকচাঙ অমমুক, পোকপা অমসুং শিবগী মখা পোন্না, অমুক পুর-থাংলবা তাই।

“উত্তরায়ণ অমসুং দক্ষিণায়ণ হায়বশিংসি অদুক হাক্না অকক্না মতমশিংবু খঙনদে

— পূক্লীংগী ফীভমশিংদুবুনি আত্মজ্ঞানগী মঙালগা লোয়ননা শিরবা মখোয়শিং অদুনা উত্তরায়ণ মার্গদা নত্রগা অঙাল-লম্বীদা অদুম চৎলি অদুগা আত্মাগী অওইবা মশক্তু খঙদনা শিরবা কাঙবুদুনা পিতৃযান নত্রগা দক্ষিণায়ণ নত্রগা অমম-লম্বীদা অদুম চৎলি অদুগা অমুক হল্লকই। কাঙবু অনীসি নত্তবা অতোপ্পা কাঙবু অমদি আত্মজ্ঞান ফংনবসু হোৎনদে অদুগা পূণ্যচেনবা থবকশিংসু তৌদে। মখোয়দি শুপ্নগী শাথীরবা পাপকী লীচৎ-শাজৎ চত্তুনতা লৈ। মখোয়না মখোয়গী লঙজরুবাল পাপশিং অদুগী মতুংইন্না যমলোক্তা ওৎ-নৈবা কয়া থেংনরুরগা মখোয়গী মরাল-মরালগী চাং মতুংইন্না তীন, কাং, কৌজেং, হারৌনচিংবগী অতোনবা মপোক্তা হন্না হন্না পোক্লরৈ। মসিগী অহুমশুবা লম্বী অসিমসু লৈ হায়নৈ। মসিগী লম্বী অসিদা চৎখিবা মখোয়দুদি মরাইবক য়াম্না থীরবনি, মরমদি মখোয় মীওই-মপোক্তগী হেন্না তোত্থবা মপোকশিংদা হত্থ্রে। অহুমশুবা লম্বী অসিদি অনীশুবা অমম-লম্বীদুদা হাপচিন্দুনা অমতা ওইহনবা য়াই। মরম অদুনা তাইবংসিদগী হনখিবগী লম্বী অনীখক্তা লৈ।

অঙান-লম্বী অমসুং অমম - লম্বীগী মরম অসি মুন্না বিচার তৌরগা যোগীনা যোগগী লম্বীদা কাখৎপা ঙম্নবা মতম পূম্বদা হোৎনগনি। লম্বীশিংদুগী মওঙ অমসুং মখোয়দুদা চৎলুরগা ফংলক্কদবা তুং-তাবা ফলশিংবু খঙবা যোগী কনাসু ৱাখল শেরান্নদ্রে, বুদ্ধি চোয়দ্রে। মহাক্না অঙান-লম্বীবু য়োংনা চু পায়বগুম পায়দুনা লৈরগা শুকথা থাদোক্লোই। মহাক্না হেন্না হত্থবা থাকশিংদসু কুমথনীংলোই। অদুদগীদি মহাক্না ভক্তি যোগদা লৈতাবা ঙমগনি অদুগা ঈশ্বরগী ধাম ফংবগী অঙাল-লম্বী চৎপদা য়ৈথায়-থিঙ্গায় অমতা থেংনররোই। বেদ নৈনবা, যজ্ঞ তৌবা, তপ তৌবা, দান তৌবনচিংবগা মরী লৈননা খঙহল্লিবা লাইনীং-লীচৎ নাইবা থবকশিং অমসুং সকাম কর্ম্ম তৌবগী মহৈংশিং পূম্নমকপু হেন্দোক্লগা ভক্তি-যোগ সাধন তৌবা যোগীশিংনা মমৈদা অরোইবা পম্থুংফম ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী অথোইবা মরানয়ায় অদুদা চঙলগা সং-চিৎ-আনন্দ ফংজে।

---

# তাঙ্কক মাপল

**মাপলশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিং "রাজবিদ্যা-রাজগুহ্য যোগ" কৌই। তাঙ্কক অসিদা য়াওরিবশিংসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাকশিং ঙাক্তনি। মসিদা ইবুংঙো মহাক্না পরব্রহ্মগী অশেংবা মশক, লৈশেমগী মতৌ অমসুং ভক্তিগী পাম্বৈনা ইবুংঙো মহাকপু ঈরায়-লায়না ফংননবা মখল-মখা অয়াম্বা উপায়শিং তাক্লি। তাঙ্কক অসিদা হৌজিক তাক্কদৌরিবা মুক্তি অসিদি তাইবংদা হিংনা-হিংনা লৈরিঙৈ মতমদ-ফাওবা মুক্তি ফংবা হায়বদুনি। মসিগী মুক্তি মখল অসিবু জীবন্মুক্ত হায়না কৌনৈ। হিংলিঙৈ মতমদা ব্রহ্মমক ওইদুনা লৈরগা শিবমক্তদা ব্রহ্মদা পূমতিল-তিল্লি হায়বা ৱাফম অসি তাঙ্কক অসিদা খঙহল্লি। মসিগী ফীভম অসি ফংহন্নবগীদমক্তা অতোপ্পগী মরালবু হুমা হুমা থিদবা থম্মোয়-শেংবা অর্জ্জুনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হকথেংননা থেংনরকপদগী শংশঙনা খঙলকপগা কোন্নরবা ব্রহ্মগী জ্ঞানমক ওইবা লুপ্লেন-থুপ্লা বিদ্যা অদুগী মরমদা হায়রম্মী। অর্জ্জুনদি পুক্নীং শেংবনিনা অমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মতিক চাবা শিষ্য অমা ওইবনিনা জ্ঞান অসি ফংবদা মতিক চাই। থুপ্লেন-থুপ্লা ব্রহ্মজ্ঞান অদু ফংলবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি সংসারসিদা লৈন-লৈনমক প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা ঙমই। অদুগা তাইবংগী অৱা-অনানা মহাকপু শোকপা ঙম্লোই। মহাক্না "আত্মাসে হকচাঙ নত্তে" হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙমগনি।

সাধনা তৌজদুনা ইশাগী আত্মাদগী হৌরগা পূন্নমক্তা লৈরিবা আত্মাদুদা অমতা ওইবা মীৎয়েংনা য়েংলগা পূন্নমকসি অমতনি খঙজবা ঙম্নকপা অধ্যাত্মিক বিদ্যা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না থূপ্পবশিংদগী থূপ্পবা থূপ্লেন-থূপ্পা জ্ঞান অদুনি। মসিগী জ্ঞান অসিনা বিদ্যা পূন্নমক্কী মকোকনি, নিংথৌনি। ব্রহ্মজ্ঞান অসিদি খ্বাইদগী হেন্না ফবনি অদুগা মসিগা মান্নবা শেংহনবা ঙম্বা অতোপ্পা অশেংবা পোৎ অমা সংসারসিদা লৈত্রে। মসি ধর্ম্মগী অয়ৌবী মশক্কি। মীওইবনা ধর্ম্ম কায়দনা নিংথিনা অভ্যাস তৌরগা মসিবু ফংননবা হোৎনবদা লায়না থোকপনি, মরমদি মদু তৌবদা শরু-শয়াং তেক্কা অমসুং হুমাং তানা নোম্বা নত্রগা শেল-থুম য়াম্না চঙবা দরকার ওইদে। মসিগী মহৈংদি মাঙবা লৈতবনি।

ব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বর হায়বসিদি আত্মাগী মশক ওইবনি। আত্মজ্ঞানদা থাজবা লৈতবা হায়বদি ঈশ্বরদা থাজবা লৈতবা হায়বনি। ঈশ্বরবু থাজদবা মীশিংদুনা ঈশ্বরবু ফংদনা শিরতুংদা অমুক পোক অমুক শি তৌবা মীরম্লেন তাবা লম্বেলদা অমুক হল্লক্কুনা লাকই অদুগা অরেম্বদা সংসারগী ঈপাক্তা অমুক লূপ অমুক তাওখৎ তৌদুনা মখোয়না খানা লেনগনি। মরম অদুনা সংসারগী লাংদগী নাহোক্কুনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনীংবা কাঙবুনা ঈশ্বরদা থাজবা থমগদবনি অমসুং তাইবংপানবগী শকউদবা মপু অমা লৈরি অদুগা ইবুংঙো মানা নোংদম্বনি হায়বা অসি চেৎনা থাজগদবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মওঙ-মতৌ অমসুং মশকপু ঐখোয়গী পাপ চেল্লবা তাইবং-মীৎ অসিনা উবা ফংদ্রবসু পূন্নমকসি ইবুংঙো মাগী মখা পোল্লি হায়বসিমদি কাউফদে। মায়াগী শক্তিনা শুদ্ধৎখিদুনা জীবশিংদি পঙথৈ, মখোয়গী জ্ঞানসু অজ্ঞাননা পূম্নম-মমসিলহল্লি অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মফম পূম্বা শীম্বুংনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু মখোয়না খঙবা-উবা ঙমদে। মীওইবনা মায়াগী ঈপাক্তা লূপ্লিবমথৈদি ঈশ্বরদা থাজবা নত্রগা প্রেমভক্তি থম্বা ঙমদে। অদু ওইরবদি মায়া শক্তি অসি কদাইদগী লাকই? মসি শ্রীভগবান ইবুংঙোদগী থোরকপনি। মায়ানা জগৎ অসিগী থবক পূন্নমক তৌরি। মায়াগী মপু ওইবা ইবুংঙো মঙোন্দদি মায়াগী শক্তিনা শোকপা ঙমদে। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থৱায়-হকচাঙ য়াওনা নীংজদুনা ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াখাদা চঙজবা ঙম্নবদি মায়া শক্তিনা ঐখোয়দা করিশু মাঙননবা তৌবা ঙম্লোই।

জগৎ অসিদা ইবুংঙো মহাক্না মাগী ফোঙদোক্তবা মওঙদা পাক-চাউনা পূমসন-সনবিরি অদুগা লেঙলি-পাল্লিবা পূম্বসিনা ইবুংঙো মহাক্কী মখা পোন্না লৈরি। সংসারগী পোৎ খুদিংমক ঙমথৈ লৈবা ঙাক্তনি অদুগা ঈশ্বরদি ঙমথৈ নাইদবনি। ঙমথৈ-নাইদবা

ব্রহ্মনা জীব খুদিংদা আত্মা ওইনা লৈ হায়বনা মরম ওইরগা ব্রহ্মনা জীবশিংদদা লৈ হায়না লৌবদি লানগনি। "ঙমখৈ-নাইদবা" হায়বদুনা ঙমখৈ-নাইবশিংদা করম্না লৈগনি? খুদম ওইনা হায়রবদা নুংশিৎনা অহাংবা চফুশিংগী মনুংদা লৈ হায়বা মরমদগী মফম পূম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈরিবা নুংশিৎনা ঙমখৈ-নাইবা চফুশিংগী মনুংদতা লৈ হায়না হায়বসি লানগনি। চফুশিং অদুনা কায়খিদুনা মাঙথ্রবসু নত্রগা মাঙদ্রবসু নুংশিৎতি অদুম মফম খুদিংমক্তা করিশু কায়দনা লৈগনি। অসুম হায়না ঈশ্বরগী ফোঙদোক্তবা শক্তিনা মফম খুদিংমক্তা শীন্থুংনা লৈ। মসি শ্রীভগবানগী ঙক্লবা যোগ শক্তিনি। জগৎ অসিদি ইবুংঙো মহাক য়াওদনা লৈবা ঙমদে। অদুগী মথক্তসু ইবুংঙো মহাক্কী তোঙান-তোঙানবা শক্তি চাইথোক্লগা লৈশেম্বা হায়বসিসু ওইহল্লক্লিবনি। ইবুংঙো মঙোন্দগী লেংলি-পাল্লিবা পূম্নমকসি হৌরকপনি অদুগা পূম্নমকসিবুসু ইবুংঙো মহাক্কী শক্তিনা পুবিরিবনি, ঙাকশেনবিরিবনি অমসুং য়োক-থাকপীরিবনি।

অদুবু ইবুংঙো মহাক্না করিগুম্বা পোৎশক অমগা পকশিন-নপশিন্নবা মতৌ অমতা লৈতে। মফম খুদিং খোন্না শিৎলিবা নুংশিৎনা অহাঙবা আকাশতা লেঙদুনা লৈজরবসু, মখোয় অনী পকশিন-নপশিন্নদে। অদুগা অম্মা ওইনা, অঙকপা লৈশেমগী লৈরিবা ময়ামসি ভগবান ইবুংঙোদা শন্নদনা লৈ, অদুবু মখোয় লোয়নমক ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবগী মখা পোন্না লৈ। শ্রীভগবানদি পক্ক-শন্নদবা অসঙ্গ হায়বদু ওইজরবসু খুৎশেম-নুংশেম লোয়নমকসি ইবুংঙো মহাক্না মপূং ফানা খুদুম চন্দুনা থম্মি। কল্প অমা লোইখিদুনা প্রলয়গী মতম লাক্লবদা অচৎ-চত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমকসি ঈমায়দা কাবা কোঙ্গোলশিংনা তাকখিবগুম ইবুংঙো মহাক্কী মায়াগী মশক ওইবি প্রকৃতিদা থুপচিনখি। অদুগা অনৌবা কল্পগী অনৌবা লৈশেম্বা মতমদা মখোয় পূম্নমকপু অমুক নৌহৌনা শেমই। হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী তৌজমল মখা পোন্দুনা মখোয়না তোঙান-তোঙানবা মপোক্তা পোকচৈ। মসিদা ইবুংঙো মহাক্কী মীচং-মীখায় নাইবগী রাফম অমতা লৈতে। কনাগুম্বা অমতবু ইবুংঙো মহাক্না পাপ নত্রগা পূণ্য তৌ হায়দুনা ইপ্সন্দে। লৈশেম্বা, য়োকপা অমসুং মাঙহনবা হায়দুনা লৈরিবা ঙম্নমক গুণ অহুম উল্লবি প্রকৃতি কৌবী মায়া শক্তিনা পাঙথোক্লিবনি। অসুম্না পাঙথোক্লিবা থবক পূম্নমক অদুনা ইবুংঙো মহাকপু পুনবা ঙমদে মরমদি ইবুংঙো মহাক্না থবকশিং অদুদা পকশিন্নরুদে।

মায়া-শক্তিদি শ্রীভগবানগী মখা পূমপোন-পোল্লি। মানা ইবুংঙো মহাক্কী মতেং

য়াওদনা থবক অমতা তৌবা ঙমদে। খুদম ওইনা হায়ররবদা, থবক হায়দুনা লৈরিবা থবক পূন্নমকসি নুমিৎকী মঙালগী মতেং য়াওদনদি করিমতা পাঙথোকপা ঙম্লোই। মীওইবনা মহাক্কী থম্মোয়-লকানুংদা আত্মাগী শক্তম লৌদুনা লৈরিবা শ্রীভগবানবু থৌওইদবা মরমদগী মায়া লাংদা থুই। মায়া প্রকৃতিগী খোঙ্গাউদা খাঙবা ঙমদবমখৈ চেন্নরিবা মশীঙ থীঙমদ্রবা জীব শঙ্গু-শঙ্গু পূম্বসিবু অমুক শেম অমুক মাঙহন তৌদুনা তাইবং-য়াওন অসিবু হন্না হন্না ওন-ওন্দুনা চৎহল্লি। পরমাত্মাবু নত্রগা জগৎকী যুম্ফ ম ওইরিবা ঈশ্বর মহাকপু থৌওইদবদগী জীবশিংনা হন্থবা মপোকশিংদা পোকই। মায়ানা জগৎসিগী থবক-ইন্‌খাঙশিং শীল্লাংই। তাইবং মপুগী মীৎয়েংতনা ইবুংঙো মাগী অপরা প্রকৃতিগী গর্ভনুংদা জীব পূন্নমক, মপানা মমাগী গর্ভ মনুংদা ফম্বী হাপচিল্লগা অঙাঙ পোকহনবগুম, হাপচিল্লি অদুগা জীবশিংদুনা হৌখিবা পূন্সীগী অপাম্বা ৱাখল অমসুং থবক মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা শাগৈ-জাৎ অমসুং শকওঙদা মপোক তম্নরকই। লৈশেম্বগী থবক্তা ইবুংঙো মহাক্না মীৎয়েংতনা য়েংলগা থৌশিল-থৌরাং তৌজরবসু, থবক অদুগা ইবুংঙো মহাক্না হকথেংননা মরী লৈনদে।

অপঙবা মীশিংনা খঙদদুনা মীওইবগী হকচাঙ লৌদুনা লৈররবা পূন্নমক্‌সিগী অথোইবা মপু শ্রীকৃষ্ণবু থওই-উশীত্তে অমসুং নোক্নৈ। অসিগুম্বা মীতাশিংদি হিংচায়াইতম্বশিংগী নুংশিহৈতবা লীচৎ-শাজৎ চৎলি অদুগা শিরবা তুংদা খম্নুংগী অমম্বা ণরক্তা তাই। মখোয়দি অসুক্কী মতিক নুংশি হৈতে মদুদি মখোয়গী হকচাঙগী নুং-ঙাইনবগীদমক্তা হোৎনবদা অতোপ্পশিংবু মখোয়না অৱাবা কয়া পী। অতোপ্পশিংসু মখোয়গুম্না নুংঙাইনীংবনি হায়বসি মখোয়না কৈদৌনুংদা খল্লুদে, অদুবু মশাগী হকচাঙগী নুংঙাইনবগী ৱাখলদি অয়ৌবীদা খল্লি। মখোয়সিনা চাবা, থকপা, অমসুং তূম্বা হায়বশিংদু নীংদুনতা লৈ। মখোয়দি মখোয়শিংসিগী শারাক ওইদুনা লৈ। মখোয়গী পূন্সীগী পান্দমদি করি অমুক হায়রুগনি মখোয় মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহনবা নত্তনা অতৈ অমা লৈতে। মখোয়গী ৱাখলদি পূমচোয়-চোয়রবনি। অদুবু মহাত্মাশিংদি খোইয়ুম লাইগী মতৌবু চেল্লি।

মহাত্মাশিংনা পরমেশ্বর ভগবানবু লৈশেম-নুংশেম পূম্বসিগী মাঙ-তাকপা নাইদবা হৌরকফম আদি পুরুষ হায়বদুনি হায়না খঙবা মরম্না মখোয়না পুক্নীং অনী লোঙদবমখৈ মতম পূম্বদা ইবুংঙো মহাকপু নীংই। মখোয়গী খল্লকপা ৱাখল, ঙাঙথোরকপা ৱাহৈ

অমসুং তৌথোরকপা থবক লোয়নমক পূমশেং-শেংমিন্নে। ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-ময়াইবু মতম পুম্বদা শক-শোঞ্জদুনা, অতোপ্পা ৱাথল অমা তৌদনা পুক্নীং খোয়জঙনা কন্না হোৎনদুনা, পুক্নীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্দুনা, ৱাশক-নুংশক চেৎনা ঙাক্তুনা অমসুং ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজদুনা মহাত্মাশিংদি ভক্তিগা লোয়ননা তত্তনা ভগবান ইবুংঙোদা উপাসনা তৌদুনা লৈ। মানসিক, বাচিক অমসুং কায়িক হায়দুনা উপাসনা মথল অহুম লৈ। মানসিক উপাসনাদি অথোইবা ধ্যানগী অওইবা মশক্নি। মসিদি শ্রীভগবানবু পুক্নীংদা লেঙদনা থম্নগা অতোপ্পা ৱাখল অমতা খন্দনা ইবুংঙো মহাকপু নীংশিংদুনতা লৈবনি। ইবুংঙো মহাক্কী নাম (মিং) অমসুং গুণ-শিং তত্তনা শক-শোন্দুনা লৈবসিনা বাচিক উপাসনানি অদুগা অহুমশুবা কায়িক উপাসনা হায়বদুনা লাইশঙশিংদা চৎপা, লাইখুরুম্বা, দর্শণ তৌবা অসিনচিংবনি। মহাত্মাশিংনা মতম পুম্বদা শ্রীভগবানগী মফমদা উপাসনাশিংসি তৌদুনা লৈ অদুগা অশেংবা জ্ঞান তাক্লি। মরমদুনা মখোয়না ঈরায়-লায়না মুক্তি ফংবা ঙমই।

পুম্নমকপু ব্রহ্মগী মশক ওইনা য়েংনা অদুগা মশামকপুসু ব্রহ্মমক ওইনা নীংনা উপাসনা তৌববু "জ্ঞান যজ্ঞ" কৌই। জ্ঞান-যোগ পাঙথোক্লিবা মীশিংনা অমতা-ওইনা উবা ঙম্বগী জ্ঞানবু খুদোল তমদুনা শ্রীভগবানবু অনীশুদবা লাই অমা ওইনা লাৎলি। মখোয়না পুম্নমক অসি ইবুংঙো মঙোন্দা লৈ হায়বসি উই। যজ্ঞ পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোক্লা ফবা যজ্ঞ অদুবু জ্ঞান-যোগনি হায়না শ্রুতিনা তাকই। খরা অমনা মশা মশামকপু ঈশ্বরগী মনাই ওইনা অদুগা ঈশ্বরবুনা মপু ওইনা লৌরগা ইবুংঙো মহাকপু লাৎলি। খরা অমনা অমুক শ্রীভগবানবু ব্রহ্মানি, বিষ্ণুনি অমমসুং শিব-মহাদেবনি হায়না লৌই। মখোয়না নীংনীংবা লাই অমা অমা নীংলবসু অতোপ্পা লাইশিংবুসু মখোয়না নীংলিবা লাইদুমক্নি হায়না মখোয়না খল্লি। মরম অদুনা মখোয়না নুংঙাইবা ফংগনি। অদুগা অমুক লাইনীংলোই খরনা মখোয়না নীংলিবা লাই অদুতবু লাইনী হায়না খন্দুনা অতোপ্পা লাইশিংবু লাইশিং নত্তে হায়দুনা নিন্দা তৌই। মখোয়শিংসিদি শোয়দনা অৱাবা নংগনি।

যজ্ঞ হায়বসিমক শ্রীভগবান মশামক্নি, মরমদি ইবুংঙো মহাক্কী অতোপ্পা মিং অমনা "মহাযজ্ঞ" কৌই। স্মৃতি শাস্ত্রনা তাকপা অচৌ-অচৌবা ঈড়াৎ-থৌনীরোল অদুসু ইবুংঙো মহাক্নি। লাই-ওইখ্রবা ইপা-ইপুশিংদা তন্নিবা হৈকৎ-লৈকৎনচিংবা পুম্নমক, অনাবা

কোল্লবা হিদাক পাম্বী অমসুং থবায়-পানবা পূম্নমক্কা চানবা পাম্বীশিং, অশেংবা লাইশোল ওইবা মন্ত্র, যজ্ঞ, যজ্ঞদা কৎলিবা ঘীনচিংবা পোৎলমশিং, যজ্ঞগী মৈ অমসুং কৎ-পগী থৌ-দুসু শ্রীভগাবান ইবুংঙো মহাক্নি। ইবুংঙো মহাক্না লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসিগী মপানি, মমানি, অয়োকপনি অমসুং পুরেননি। ঐখোয়গী ইমা-ইপাশিং, ইপুশিংনচিংবা ঙম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী তোঙান-তোঙানবা অংশ ঙাক্তনি। ইবুংঙো মহাক্তি থিগদবা অমদি খঙগদবা ওইবা ৱাংথোইবা পরব্রহ্মদুনি, খ্বাইদগী হেন্না শেংবগী মশক ওইবা অমসুং শেংদোকপীবা ঙম্বা ওইবা পরমেশ্বর ভগবানদুনি, অদুগা প্রণব কৌবা "ওঁ" (অউম) হায়বা মীরম্লেন-ৱাংমগী খোম্মোক্তুসুনি। ঋগ, সাম, যজুঃ অমসুং অথর্ব্ব বেদ হায়দুনা লৈরিবা বেদ মরি অদুসু ইবুংঙো মহাক্নি।

শ্রীভগবাননা থবকশিংগী ফংগদবা মহেঃ নি, পূম্নমকপু শৌগৎপীবনি, পূম্নমক্কী মপুনি, জীবশিংগী অফ-ফত্ত থবকশিংগী সাক্ষিনি, পূম্নমক্কী মরানয়ায়নি, ৱারবশিংগী পোত্থানবা চঙজফমনি, মহেঃ য়েংদনা থবক্তা তৌদুনা লৈবা নুংশি থোইবা মরূপনি, লৈশেম্বগী হৌরকফমনি, প্রলয়গী তুংদা হঞ্জিনফমনি, তুংনফমনি, জীবশিংগী শীজন্নবা লনগৈনি অমসুং জগৎসিবু ওইরক্নবা অমাঙ-অতা লৈত্রবা মরূসুনি। জগৎ পূম্বা অসি ইবুংঙো মশামক্নি অমসুং ইবুংঙো মহাক নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্না মাগী লাইগী ওইবা শক্তি কয়া পুথোক্তুনা নুমিৎ ওইনা মৈশা অমসুং মঙাল পী, অতিয়াদগী নোং চুবা থিংই অদুগা নোং-তাহন্নবগীদমক্তসু থক্রোমদা ঈশিং চিংখৎলি অদুগা নোং ওইনা অমুক তাহল্লি। থৱায়-পানবা ঐখোয়বু হিংহল্লিবসিসু শ্রীভগবানগী শক্তিননি অদুগা ঐখোয়গী শিরমদাইদসু ইবুংঙো মহাক্না "অশিবা" কৌবা লাইগী শক্তম লৌরগা লাকই। উরি-খঙলিবা অফোঙবা পোৎ পূম্নমকসু ইবুংঙো মহাক্নি, অদুগা উদ-খঙদবা ফোঙদোক্তবা পূম্নমকসু ইবুংঙো মহাক্নি। করি-করা অরৈবা হায়বদুসু লৈতবা হায়বদুসু অনীমক ইবুংঙো মহাক্নি। মরম অদুনা পরমেশ্বর ভগবান মহাক্তি পূম্নমক্কী অসুপ্পনি।

সোম-রস থক্লবা অমসুং বেদ খঙলবা মীতাশিংনা লাইবু পূজা তৌরগা স্বর্গ ফংনবা কন্না হোৎনৈ। স্বর্গলোক য়ৌরবা মখোয়দুনা হেন্না শাংবা পূন্সী লেল্লি অদুগা ইন্দ্রিয় পেন্নবা পাম্বৈসু হেন্না ফংই। মরম অদুনা মখোয়না স্বর্গলোকপু ফংনীংবনি। মখোয়না পরমেশ্বর ভগবানবুদি মশক শেংনা খঙদে। মখোয়না পূজা তৌরিবদুদি মহেঃ পাম্বগীদমক্তা দেব-

দেবীশিংগী মফমদতা তৌজবনি। মখোয়না ইন্দ্রগুম্বা দেবতাশিংবু পেলহন্নবা যজ্ঞ তৌবতদা পূক্নীং লূপ্নী। মদুগী ফল ওইনা লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রগী লাইরেপাক অদুদা মখোয়না য়ৌরগা মফমদুদা মখোয়না লাইশিংনা ফংলিবা লাইরম্লেনগী নুংঙাইবদু ফংদুনা নুংঙাই। অদুবু মফম অদুদা মতম পূম্বগী ওইনা লৈবা য়াদে। মখোয়না লাইরম্লেনগী পাক-চাউরবা লমদমদা মখোয়গী কর্ম্মগী মনা-মথুম চাবা লোইবফাওবা নুংঙাইনা লেপ্লুরগা পোকপা অমসুং শিবা নাইবা মালেমসিদা অমুক পোক্লরে। অসুম্না ঙাইহাক লৈরম্লগা চৎখিবা নুংঙাইববু কন্না মিতাজবশিংদুনা বেদনা তাকপা সকাম ওইবা যাগ-যজ্ঞশিং তৌদুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন পোক্ল-শির তৌবতবু ফংই। মখোয়দি পরমেশ্বর ভগবানগী লৈফম "বৈকুণ্ঠলোক" তান্না চত্তে। অদুগা পরমেশ্বর ভগবান নত্তনা অতোপ্পা অমা খল্লুদনা লৈরবা নিষ্কাম ভক্তশিংনা মখোয়গী আত্মা ওইনা লৈবা ইবুংঙো মহাক্তবু নীংই। মখোয়দি হিংলিভৈদসু শিরগসু মখোয়গী করিগুম্বা অতোপ্পা আশাগী অপাম্বা নত্রগা অনীংবা অমতা লৈতে। শ্রীভগবানগী মফমদা লোয়না কখোক্লগা চঙজবগী মতৌ অদুতদা মখোয়না পূমপেন-পেঞ্জে। মখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী রাখল নত্তনা অতোপ্পা রাখল অমতা খন্দে। অদুদগীদি পরমেশ্বর ভগবাননা মখোয়গী "যোগ" অমসুং "ক্ষেম" গী হায়বদি মখোয়গী অরাৎপা পোৎপু পীবিবগী অদুগা মখোয়গী লৈজবদুবু মাঙহন্দনা ঙাক-শেনবীদুনা থম্বীবগী দায়ী অদু লৌবি।

হন্থবা নুংঙাইবা পাম্বা মখোয়শিংদুনা খঙদবদগী মখোয়গী অরাৎপা অমা অমা ফংনবগীদমক্তা মখল-মখা অয়াম্বা খোইয়ুম-লাইশিংবু য়াম্না থাজনা নীংই অমসুং লাৎলি। খোইয়ুম-লাই মচাশিংদুনা পীরিবশিংদুদি পরমেশ্বর ভগবানদগী লাকপনি। লাইশিংদুবু লাৎলিবা মখোয়দুনা অপান্নবা পরমেশ্বর ভগবানবু লাত্ত্রগসু মখোয়না ইবুংঙো মহাকপু নাকোইননা লাত্তি-লাৎলি। অদুমকপু মদুনা অরান-খুভম পীবা ঙম্বা লাইনীং অমদি নত্তে, মরমদি দেব-দেবীশিং অদুনা অরান-খুভম নত্রগা মোক্ষ নত্রগা মুক্তি পীবা ঙমদে। মীশিংগী পূকচেলশিংসি অমগা অমগা মান্নদে। অপাম্বগী মখা পোল্লিবা মীনা গুণশিংগী মখা পোনবা খোইয়ুম-লাইশিংবু নীংই অদুগা মখোয়না নীংলিবা অদুগী মতুংইন্না অরান-খুভম নত্তবা অপীক-অপীকপা হন্থবা মহৈংশিং ফংই। পাম্বীগী মরুদা ঈশিং চাইদনা উশাদা ঈশিং-চাইরবদি মদুগী কান্নবা মকান্না অদু মপূং ফাদে। মরুদা ঈশিং চাইরবদি পাম্বীদুগী উশাশিংনচিংবা পূন্নমক্না কান্নবা ফংই। পরমেশ্বর ভগবাননা পাম্বীগী মরুনি

অদুগা লাই-মচা-মচাশিং অদুনা পাম্বীদুগী উশাশিংনি। থাঙ্গেশেংনমক ঐখোয়না পূজা কৎফম থোকপা মপু মহাক্তুদি পরমেশ্বর ভগবাননি। মসিবু খঙদদুনা অপঙবশিংনা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী কান্নবা নত্রগা মপূংফাদবা নুংঙাইবা ফংননবগীদমক খোইয়ুম-লাইশিংবু লাৎলি। মখোয়দি শিরগা অরান-খুভম ফংবা ঙমদনা শিবা-নাইবা তাইবংদা অমুক পোক্লকই।

খোইয়ুম-লাইশিংবু লাৎপা মখোয়দুনা শিরগা খোইয়ুম-কোনদা হায়বদি মখোয় মখোয়না য়ৌবা য়াবা চন্দ্র, সূর্য্যনচিংবগী লোক মখল-মখলশিংদা চৎলি; মপা-মপুনচিংবা অপোকপশিং লাৎপা মখোয়দুনা পিতৃলোক্তা চৎলি; অদুগা ভূত-প্রেতশিং লাৎপা মখোয়দুনা প্রেতলোক্তা চৎলি। অদুম অদুম ওইনমক মখোয় কাঙবু অহুম অসি মুক্তি ফংবদি ঙমদে। অদুবু পরমেশ্বর ভগবানবু লাৎপা মখোয়দুনা ইবুংঙো মহাক্কী নাক তম্না চত্নুনা বৈকুণ্ঠলোক য়ৌই। ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌবদি মমল চঙদে অদুগা মরম অদুনা ঈরায়-লায়; থম্মোয় শেংলগা লোয়রে। অদুগা খোইয়ুম-লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রদেব অমসুং অতোপ্পা লাইশিংবু পেলহনবা হায়বসিদি য়াম্না রাই অমসুং মমল য়াম্বা পোৎশিং পোৎকৎ ওইনা কৎপা তারকই। অদুবু পূম্নমক্কী মপু ওইনা লৈবিরিবা শ্রীভগবানদা প্রেম-ভক্তিগা লোয়ননা কনাগুম্বনা ইবুংঙো মহাক্কী পোৎশিং ওইনা লৈরিবশিংসিগী মরক্তগী ঊনা অমতং নত্রগা লৈরাং অমতং নত্রগা হৈরাং অমতং নত্রগা লাইজ-ঈরীক অমতং ফাওববু কৎনফম ওইরিবা ইবুংঙো মঙোন্দা থম্মোয় শেংনা কচ্চরবদি, অসুম্না মহাক্না তম্নিবা চম্নবা খুদোল অসিবু শ্রীভগবাননা য়াম্না পেন্না লৌবি।

অদুগা প্রেম ভক্তিবু লৈত্রবদি, কনাগুম্বা অমনা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ অমা ঈশ্বরদা কচ্চরবসু, ইবুংঙো মহাক্না মদুবু পামফম থোক্তে মরমদি পোৎ খুদিংমকসে ইবুংঙো মহাক্কীনিনা ইবুংঙোগী অৱাৎপা অমতা লৈতে অদুগা ইবুংঙোনা পাম্লিবদি প্রেম-ভক্তি লৈরবা অশেংবা থম্মোয়খক্তুদনি। মরম অদুনা তৌরিবা থবক হেক খুদিংমক মদুগী মহৈংগা কোন্ননা ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তা কথোক্কদবনি। চাবা য়াবা হেক চারিবমখৈ, যজ্ঞদা হেক কচ্চরিবমখৈ, দানদা ঙমজবা হেক পীথোক্লিবমখৈ, তৌরিবা তপ হেক মখৈ অমসুং তৌরিবা অতোপ্পা হেক মখৈসু করিগুম্বা মহৈঃ অমতা নিদনা ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তা তৌবনি হায়না তৌগনি; পূম্নমক ঈশ্বরদা কৎপগী মশক ওইনা তৌগনি। ঈশ্বরনা পামদবা থবক অমতা তৌরোইদবনি মরমদি ঈশ্বরদা কথোক্কদৌরিবা থবক অদু

ঈশ্বরনা য়াবা ওইগদবনি। ঐখোয়না চাগদবা অচাপোৎ অদুসু ঈশ্বরদা কৎপা য়াবা পোৎশিংদু কৎলগা ঈশ্বরগী প্রসাদি ওইগদবনি। ঈশ্বরগী প্রসাদি নত্তনা অতৈ অমতা চারোইদবনি। ঈশ্বরনা লৌরোইদবা পোৎসু ঈশ্বরদা কৎফদে।

মুক্তি তাল্লিবা মী অমনা ঈশ্বরগী মনাই অমা ওইনা অমদি খুলায় অমা ওইনা থবক্কী মহৈ ঃ য়েংদনা থবক তৌগনি। থবক তৌবগী অমসুং মহৈঃ ফংবগী নাপল লৈত্রবা মহাকপু অফ-ফত্ত মহৈঃ পীরিবা কর্ম্মশিংনা পুনবা ঙম্লরোই। মহাক্না থবক খুদিংমক শ্রীভগবানগী পেন্নবা সেবানি হায়না তৌবা ঙম্লকই। অদুদগীদি মাগী প্রেম-ভক্তিদু মপুংফানা চেৎশিল্লক্কুনা মানা ঈশ্বরগী অশেংবা মওঙদু খঙবা ঙম্লকই। ঈশ্বরদি থব্রায়-পানবা পূস্নগী মফমদা মীচং-মীখায় নাইদে। কনাবুসু ইবুংঙোনা হঙ্গোইবা তৌদে। ইবুংঙো মহাক্তী কনাগীসু য়েরুবা নত্তে। খুদিংমক্না ইবুংঙো মাগী মফমদা চঙজবা য়ানবা ইবুংঙো মশানা থোঙ-লাউনা হাংদোক্কুনা অদুম থমই। অশেংবা ভক্তশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা লৈ অদুগা ইবুংঙো মহাকসু মখোয়গী মফমদা লৈরে। তাইবংগী থৌরিনা চেৎনা পুল্লিবা ভক্ত-নত্তবশিংনা পুল্লিবা থৌরিদুদগী নাম্থোক্কুনা ঈশ্বরগী নাক্তা চৎপা ঙমদে। মসি পঙলবা মখোয়গী দোষনি, ঈশ্বরগী অচান-অরাই নাইবগী ৱাফম নত্তে। নিংথমথাদা মৈফু মনাক্তা চঙদুনা মৈ য়াইদ্রবদি মৈগী মৈশা কনানা ফংদুনা করম্না অঈংবা কোক্কনি? মৈদগী লাপ্না লৈবশিংনা মৈগী মৈশা ফংদদুনা থক থক নীক্কুনা ৱানা লৈগনি। মসিদি মশানা তারবনি; মৈনা মীচং-মীখায় নাইবগী ৱাফম নত্তে। মরম অদুনা ভগবান ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙজরুদনা ইবুংঙোনা চঙহন্দে হায়দুনা কনামতনা প্রতিবাদ তৌফরোই। দোষ পূম্নমক ঐখোয়গীনি, ঈশ্বরদা থংজিনবা য়ারোই।

খ্বাইদগী হেন্না পাপ চেনবা মীনা খ্বাইদগী তমথীবা পাপকী থবক কয়া তৌজরুরবসু তুংদা মপূরুীং অনী লোঙদনা থব্রায়-হকচাঙ য়াওনা পূকচেল শেংনা ঈশ্বরদা ভক্তি তৌজবা হেকমক ঙম্লবদি মহাক অদু চাঃননা ফরবনি হায়না লৌবা তাই, মরমদি মহাক ৱারেপ চুম্না লেপখ্রে। পাপশিং অদু করিনুংগী তৌজরুরবনো হায়না মহাক্না অনুতাপ তৌরবা অদুগা অমুক হন্না পাপ খক তৌজররোই হায়না মপূরুীং চপ-যুংনা লেপ্লবা মতমদা মহাক্কী থম্মোয়দু শেংদোক্কুনা পাপ কোকপা হৌরক্লবনি। "করিনুংগী তৌজরুরবনো হায়না অনুতাপ তৌবা" হায়বা অসি থম্মোয়গী অশেংবা অওনবা অমনি। অদুগা মদু তৌদনা পাপী অমনা ঈশ্বরদা মায়-ওক্নিনবা হায়বদুসু ওইথোক্তে। অদুগা

অমুকসু মানা ঈশ্বরদা মায়-ওন্সিনদ্রগসু মাগী হৌখিবা থবকশিংগী ফত্তবা ফলশিং অদুবু মাঙহন-কোকহনখিবা থক ঙম্লোই। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা, রত্নাকর কৌবা শাথীরম্বা ডাকু অদুদা করিনুংগী পাপকী মশক ওইবা থবক কয়া তৌরুরবনো হায়বা অনুতাপ অমা লাকখি। অদুদগীদি অদুগুম্বা পাপকী মশক ওইবা থবকশিং অদু তৌররোই হায়না পূক্নীং-চপ-য়ুংনা লেপ্লগা মহাক্না অতৎ-অখম নৈতনা ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপখি অদুগা মাগী থম্মোয় অদু পূমশেং-শেংদোকখি। মরম অদুগীনি ডাকু রত্নাকরনা মানা লঙজরুবা পাপ পূম্নমক কোক্তুনা বাল্মিকী মহর্ষি ওইখিবসি। অহানবদা য়াম্না শাথীরবা মহাপাপী অমা ওইরম্লবসু ঈশ্বরবু নীংদুনা ইবুংঙো মঙোন্দা প্রেম-ভক্তি কচ্চরবদি কনাগুম্বা অমনা থুনমক লীচৎ-শাজৎ চুম্লক্তুনা ধর্ম্ম চেনবা মী অমা ওইরকপা য়াই অদুগা মানা লেঙদবা শান্তিবু ফংগনি। মহাক্তী লেম্না থক মাঙলরোই।

নুপীগী, বৈশ্যগী, শূদ্রগী অমদি পাপ্না থল্লবা চণ্ডালশিংগী মপোকশিংদা পোক্লবা মখোয়শিং অদুফাওবনা পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা চঙবু চঙজরবদি মখোয় পূম্নমক অরেম্বদা থক মাঙলোই, অথোইবা লম্থুংফম য়ৌবা ঙমগনি। ভক্ত অমা ওইবদি নুপা-নুপী খায়দে, অঙাঙ-অহল খায়দে, জাতি-বিজাতি খায়দে, লাইর-ইনাকখুনবা খায়দে, পাপ তৌবা মী-তৌদবা মী খায়দে, অমসুং অচৌ-পীশক খায়দে। পূম্নমক্না ভক্তি-যোগদা চঙবা য়াই। পূণ্য চেনবা মপোক্তা পোক্লবা মক্তবা ব্রাহ্মণশিং অমদি ঋষিশিংগীদি করিমুক হায়রুগনি? মখোয়না মথক্তা পনখ্রিবা মীতাশিং অদুদগী কয়ামুক হেল্লিবনো হায়বদু হায়রুদুনা করি কান্নগনি? মখোয়না ভক্তি-যোগদা চঙবদি য়াম্না লায়না থোকই। মরম অসিনা, ঐখোয় পূম্নমক অৱাবগী তুংনফম অমদি ঙাইহাক্কী ওইবা অসিগুম্বা তাইবং অসিদা লাক্লগা ঈশ্বরবু কাউথোকপা চুমদে। ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা নুংশি-থবক তৌদুনা লেল্লগা পূর্ণগী পান্দম ফংনবা লাক্লগনি।

অরেপ্পা নৈতবা তাইবংগী নুংঙাইবা অসি মুন্না খঞ্জিল্লুরবদি নুংঙাইবা হায়না কৌবা য়াদে। মসিগী মনুংঙাই অসিদি ঙাইহাক্কী ওইবা তৌশন্নবা মনুংঙাই অমনি। মতম পূম্বগী ওইবা অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংগে হায়রবদি মীওইবনা ঈশ্বরদা মায়-ওন্সনবা তাই, ঈশ্বরদা প্রেম ভক্তি থম্বা তাই। তুংকোইদবা তাইবং অসিদা মীওইবনা লাক্লগা ঈশ্বরদা ভক্তি থম্বা ঙমদ্রবদি মীওইবগী মপোক অদু অরেম্বদা তারবনি। মীওইবগী মপোক অসিদি অকারম তানবা য়াবা মপোকনিনা খোইয়ুম-লাইশিংনফাওবনা কল্লকইবনি।

ঈশ্বরনা পীবিবা অথৌবা বুদ্ধিগী মতেংনা মীওইবা ঐখোয়না অচুম-অরান থিদোকপা ঙম্বনি। মতম খরদগী ওইবা মীওইবগী হকচাঙসিদি মাঙখিগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইবগীখক্তা খনবা অমসুং হোৎনবা তৌরোইদবনি। ঐখোয়না আত্মা মশক খঙননবা হোৎনগনি অদুগা মদু নত্রবদি ঐখোয় মীওইনা পোক্লককপগী মহৈঃ ফংজদ্রে। মপোক কয়া কয়ারক হন্থবা মপোকশিংদা পোক্লুরবা মতুংদা জীব অমনা মীওই মপোক্তা য়াম্না ৱানা কাখৎলকপনি। মীওই-মপোক অসিদগীদি ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা লায়রে। অদুবু কর্ম্ম ফত্রবদি ঐখোয় মীওই-মপোক্তগী কুমথখিদুনা হেন্না অমুক লাইবক থীগনি। মরম অদুনা পোকঙমদনা পোকপা মীওই মপোক অসি অরেম্বদা মাঙহন্দুনা হন্থ-হন্থবা মপোকশিংদা অমুক কুমথরগা পোক্লুনবা ঐখোয়না হোৎনগুমসি।

মীওইবা ঐখোয়গী পূর্ন্নীগী পান্দমদি পরমাত্মাবু নত্রগা পরমেশ্বরবু নত্রগা ব্রহ্মবু খঙলগা অরান-খুভম নত্রগা মোক্ষ নত্রগা মুক্তি হায়বদু ফংবনি। মীওইবগী পূর্ন্নীগী পান্দম অনী লৈবা য়ারোই। তাইবংগী নুংঙাইবা ফংবনা পূর্ন্নীগী পান্দম নত্তে। লল-থুম পৈশনবা, নোংমা তেকথ-কায়থরক্কদবা অচৌ-অচৌবা য়ুম-বঙ্গলাশিং নিংথিনা শাগত্নুনা থম্বা, লৌ-ইখোলনচিংবা য়াম্না লৌশিনবা, মশক ফজবা নুপা/মশক ফজবী নুপী ফংবা, চারোল-সুরোল হেনগৎহনবা, উপাধিশিং তাঙ্গিনবা অমসুং ফম অচৌ-অচৌবা কাবনা পূর্ন্নীগী পান্দম নত্তে। মখোয়দি হোংবা নাই অদুগা মখোয়গী মপূ ওইদুনা নুংঙাইবদি তুং-কোইদে। মমিং, মওঙনচিংবগী অফা-অপুনশিংসি থাদোক্কদবনি। পূর্ন্নীগী খ্বাইদগী মকোক ওইরিবা মায়- পাকপদি নুংঙাইদুনতা লৈবা মনুংঙাই "আনন্দ" হায়বদু ফংবনি। আনন্দগী অচেৎপা, অশেংবা অমসুং লূরবা ফীভম অসিবু ভক্ত অমনা ফংবা ঙমজরবদি মহাক্না ঈশ্বরদা তিন্সিনবা ঙম্নবনি। মসিনি পূর্ন্নীগী অশেংবা পান্দম হায়বদো।

পূর্ন্নীগী অশেংবা পান্দম অসিবু লাইনীংলোই অমনা ফংগে হায়রবদি মহাক্না মহাক্কী মপূক্লীং অদু ঈশ্বরগী মফমদা লেঙদনা থমগনি, ইবুংঙো মহাক্কী থাদোক্লবা য়াদ্রবা অশেংবা ভক্ত অমা ওইগনি, অখাকপা লৈতনা থৱায়-হকচাঙমকসু য়াওনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা লোয়নমক কখোক্কনি অদুগা ইবুংঙো মহাকপূ অথোইবা পল্লেপফম ওইনরগা অতৎপা লৈতনা খুরুমজগনি। অদুদগীদি মহাক্না অঙকপা ফংলবা পূর্ন্নীগী অওনবা অমা হকথেংনদুনা মফম খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি অদুগা অঙান-লম্বী পাংনা চৎপা ঙমগনি। ফীভম অসিদা মানা য়ৌরকপা মতমদদি মহাক্কী অৱা-অনা পূম্নমক

মাঙখিগনি অদুগা পরমেশ্বর ভগবানবু থরায়-পানবা পূন্নমক্কী পরমাত্মানি অমসুং খ্বাইদগী ৱাংবা পন্থুংনি হায়না খঙদুনা ঈশ্বরদা মায়-ওন্সিঞ্জরগা মানা ঈশ্বরবু শোয়দনমক ফংজৈ।

---

# তাঙ্কক তরা

তরাশুবা তাঙ্কক অসিগী মমিংনা "বিভূতি যোগ" হায়না কৌই। মসিগী তাঙ্কক অসিদনা পরমেশ্বর ভগবানগী বিভূতিশিংবু হায়বদি মতিক-মগুণশিংবু অমুক হেন্না মপূং খরা ফানা তাকপীরি। মী অয়াম্বনা ঈশ্বরগী ৱা তানীংদে। অদুবু অর্জ্জুনদি মীচম অমা নত্তবনিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ৱাবু তাবদা য়াম্না নুংঙাইজৈ অদুগা মানা ইবুংঙো মহাক্কী ৱাবু তার-তারগা মাগী শ্রীভগবান্দা থমজরিবা ভক্তি অদু অসুম অসুম চেৎশিনবা হেঞ্জল্লকই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু তশেংনা নুংশিবা মরমদগী মাগী য়াইফবা ওইহন্নীংদুনা ইবুংঙো মহাক্কী অথোইবা অথূপ্পা ৱাবু অমুক্কসু পূক্নীং-চঙনা তাখো হায়দুনা হন্না হন্না য়াম্না নুংশিনা ইবুংঙো মশামক্না অর্জ্জুনদা হায়বিরম্মী।

শ্রীভগবানগী অথূপ্পা ৱাদুবু কনামতনা নিংথিনা খঙবা ঙমদে। খোইয়ুম-লাইশিং অমসুং লৌশিং-মঙাল চাউরবা মহর্ষিশিংনফাওবা ইবুংঙো মহাকসি করম্না ওইবনো অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-মগুণনা করি করিনো হায়বদু মপূংফানা খঙবা ঙমদে, মরমদি মখোয়শিং অসি ইবুংঙো মহাক্না কোন্না শেমখিবনি। অহানবদা লৈরম্বগী অশেংবা তত্ত্ববু কোন্না ওইরকপনা নিংথিনা খঙবা হৌনদে হায়বসি লেঙদবা নিয়মনি। ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী হৌরকফমনি অদুগা ইবুংঙো মাদি লৈশেমগী মমাংদগী লৈশেমগী ৱাংমদা লৈরক্লবনি। অচৎ-চত্ত পূম্নমকসিগী অহানবা মরমদি শ্রীভগবাননি অদুগা

পূন্নমকসিনা শ্রীভগবাননা ওইরিবা মরমদুগী ফলনি। শ্রীভগবানবু মপূং ফানা খঙগদবদি শ্রীভগবান মশামক্তা খঙগদবনি। ব্রহ্মা, শিব-মহাদেবনচিংবা লাইশিংবু ইবুংঙো মহাক্না শেমখিবনিনা ইবুংঙো মহাক্তী লাই পূন্নমক্কী লাই মকোক্নি, পরম ঈশ্বরনি। ইবুংঙো মহাক্তী মপোক লৈতবনি, অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈতবনি, মরোল পূন্নমক্কী মপুরেলনি অমসুং দেব-দেবীফাওবা য়াওনা মরোল পূন্নমকসিদা লৈরিবা পূন্নমকসিগী হৌরকফমনি। মসিবু খঙলিবা মহাক্তো, অশিবা মচাশিংগী মরক্তা, তাইবং শুন্দ্ধৎয়াইদগী নাম্থোক্তুনা লঙজরুবা পাপ পূন্নমক্তগী পূমকোক-কোক্লবনি।

জীব খুদিংমক্তা লৈরিবা মতিক-মগুণশিংসি ইবুংঙো মঙোন্দগী পোকখিবা ঙাক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মরম অদুনা করিগুম্বা পোৎশক অমবু চপ-চানা খঙবা ঙম্বা বুদ্ধি, আত্মা অমসুং আত্মা-নত্তবশিংবু তোঙান-তোঙান করিনো হায়না খঙবা ঙম্বা জ্ঞান, পূক্নীংদা চিংনদবা, ঙাকপী হৈবা, অচুম্বা রা ঙাঙবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা, পূক্নীং লাকশিনবা, অৱাবা, নুংঙাইবা, শিবা, অকিবা, কিদবা, অহিংসা, অৱা-নুংঙাইদা পূক্নীং খল মান্ননা লৈবা নত্রগা অপাম-পামদ লৈতবা, পেন্থোকপা নাইবা, তপ তৌবা, দান তৌবা, ফজবা মিংচৎ অমসুং অথীবা মিংচৎ অসিনচিংবা পূন্নমকসি জীবশিংগী তোঙান-তোঙানবা মতিক-মগুণশিংনি অদুগা মখোয় পূন্নমক অসি শ্রীভগবানদগী থোরক্তুনা ওইরকপা ঙাক্তনি। মথক্তা পনখ্রিবা বুদ্ধি, জ্ঞাননচিংবা মখোয় পূন্নমকসি ইবুংঙো মঙোন্দগী ওইরকপা মরমনা ইবুংঙো মাগী বিভূতিশিংমক্নি। মরম অসিনা বুদ্ধিনচিংবা পূন্নমকসিদা ঐগীনি হায়বা ৱাখল থাদোক্লগা মসি পূম্বসি ইবুংঙো মহাক্কী বিভূতি ঙাক্তনি হায়না চেৎনা থাজগনি অদুগা মদুগী অচেৎপা থাজবা মথাজা অদুগী মতুংইন্না ঐখোয়না থবক তৌগনি। অদু নত্রবদি, ঐখোয় সংসারদা পুন্দুনা লৈরগা পোক্ল-শির তৌদুনা অদুম লৈখিগনি।

তাইবংপানবা পূন্নমক অসি শেমলগে হায়না পরমেশ্বর ভগবাননা হেক খল্লকপা মতমদা ইবুংঙোদগী মপূংওইবা বুদ্ধিনচিংবা পূন্নমক থোরকই। লৈশেম্বা হেক হৌরকপদা শ্রীভগবানগী হিরন্যগর্ভদগী পোকপা ইহান-হানবা জীবদি ব্রহ্মানি। নীংশিংবা ঙমদনা কুইরবা মতমগী মহর্ষি তরেৎ অদুগা মখোয়গী মথক্তা লৈরম্বা সনক, সমন্দ, সনাতন অমসুং সনৎকুমার কৌবা অতোপ্পা ঋষি কুমার মরি অমসুং মনু তরামরিদুসু শ্রীভগবাননা নীংলকপদা ব্রহ্মাদগী থোকখিবনি। অঙাঙ-পোকফমশিংদগী মখোয়

থোকখিবা নত্তে। অদুবু মখোয়দগী থৱায়-পানবা পূম্নমকসি তাইবংসিদা পোক্লকখি। মরোল পূম্নমক্তা লৈরিবা জীব পূম্নমকসি পরমেশ্বর ভগবানগী তৌবা ঙম্বা মতিক-মগুণ ওইনা ইবুংঙোনা নীংলক-নীংলকপদা ইবুংঙোগী শক্তিদগী পোক্লকপা ঙাক্লি। চফু হায়বা অসি চফুগী মচাক ওইরিবা লৈখোমনা শাবনি, লৈখোমদগী ওইরকপনি। চফুসি লৈবাক্লি। লৈবাক নত্তনা চফুনা ওইবা য়াদবগুম তাইবং-পানবা পূম্নমকসি পরমেশ্বর ভগবান নত্তনা ওইবা য়াদে। ইবুংঙো মহাক্কী মতিক অহকপা অমসুং মঙল অরাববু ময়েক-শেংনা খঙলবা কনাগুম্বা মী মহাক অদুদি মরাইবক ফরবনি। মহাকপু মাগী অচেৎপা ভক্তি যোগগী মপান্না শ্রীভগবানগা অমতা ওইশিন্নহল্লি। মসিগী মরমদা করিগু চিংননীংঙাই লৈতে। মরম অসিনা ঐগীনি হায়বা ৱাখল থাদোক্তুনা পূম্নমকসি ঈশ্বর মহাক্কী মতিক-মগুণ উৎলকপা ঙাক্তনি হায়না খল্লগা ইবুংঙো মহাকপু থৱায়-হকচাঙ য়াওনা নীংগদবনি।

পূম্নমকসি লৈত্রিঙৈদা পূম্নমকসিগী হৌরকফম মরূ ওইবিরিবা ইবুংঙো মহাক্তমক লৈরম্মী। অদুদগীদি লৈশেম্বদা ইবুংঙো মহাক্না জগৎ অসি শেম্মি অদুগা ইবুংঙো মহাক লৈবদগী খুদিংমকসি লেঙলি-পাল্লিবনি। মসি খঙদুনা অশিংবশিংনা য়াম্না থাজবা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাকপু নীংই। অদুবু তুং-কোইদবা মপানগী নুংঙাইবদা পূক্নীং -লূপ্নীবা অপঙবশিংনদি আত্মজ্ঞানগী নুং-গী ওইবা নুংঙাইবদু ফংগে তাল্লুদে। মখোয়দি তাইবং-মায়াগী মমিং, মশক নত্রগা মওঙ নাইবশিংসি ফংলগা লোয়রে হায়দুনা খঞ্জে, অদুগা মখোয়শিংদু ফংলগা ঙাইহাক্কী ওইনা পঙনুং-নুংঙাইজে। মদুগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবা মনুংঙাই অদু মাঙখ্রবা মতমদা মখোয় অৱাবগী ঈপাক্তা ঈরাক্লে। মসি খঙদুনা অশিংবশিংদি ঈশ্বরগী ভক্ত ওইদুনা ঈশ্বরদা মখোয়গী ৱাখল অতৎ-অখম নাইদনা থম্মী অমসুং মখোয়গী থৱায়-হকচাঙ পূম্নমক পূমকৎ-কখোকই, অদুগা মখোয় মশেল অমনা অমদা মখোয়না খঙবা তত্ত্বগী ৱা পূম্নমক তাক্ল-খোৎনদুনা মঙাল পীনৈ। মখোয়গী মফমদদি শাউন-খোৎনবা অমতা লৈনদে। মখোয়দি মতম পূম্বদা শ্রীভগবানগী মতিক-মগুণবু শক-শোন্দুনা লৈবদা নুংঙাইবা পোকচৈ অদুগা পূক্নীংগী শান্তি ফংজৈ।

শ্রীভগবানবু নুংশিবগা লোয়ননা লাত্তুনা মপূক্নীং অদু চেত্তুনতা লৈরবা ভক্তদা ইবুংঙো মহাক্না অচুম-অরান খেন্নবা খন্দোকপা ঙম্বগী বুদ্ধি অচুম্বা অদু পীবি। বুদ্ধি হায়বসিদা আত্মাগী অশেংবা মশেক্না য়ৈরক্লগা অচুম-অরান খন্দোকপগী শক্তি চোংথোরকই। মসিগী মপান্না আত্মাগী জ্ঞান ফংবা ঙমহল্লি। আত্মানা মসিনি অদুগা

আত্মা-নত্তবনা মদুনি হায়না চিংনবা লৈতনা খঙবা ঙম্বা শক্তি অদুবু জ্ঞান-শক্তি হায়না কৌই। মদুনা সংসারগী মায়া-লাংদগী নাম্থোক্লবা লম্বী অদু তাকই, অদুগা মদুগী মতেংনা ভক্তশিংনা মখোয়গী অশেংবা ময়ুম ওইবা ঈশ্বরগী মরানয়ায়দা য়ৌবা ঙম্মি। ঈশ্বরগী মফমদা পুক্লীং লুপ্তুনা লৈরিবা ভক্তশিং অদুদি হিংবদা চঙগদবা পোৎলমশিংগীদমক ৱাখল থোইনা খল্লুদে মরমদি মখোয়গী থম্মোয়গী অমম্ববু কোক্লবদি ঈশ্বরনা অদুম মখোয়গী চঙগদবা অৱাৎপা পুম্বা ফংহনবীগনি হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা থাজবনি। মখোয়বু নুংশিরুবখক্তগী থৌজানবীগে হায়বগীদমক ইবুংঙো মহাক্না মখোয়গী থম্মোয়-লকানুংদা লৈবি অদুগা খঙদবদগী পোক্পা মখোয়গী অমম্ববু জ্ঞানগী অঙানবা থাউমৈ পাইরগা শ্রীভগবান মশামক্না তাম্থোকপীদুনা ঙালহনবী। আত্মাগী জ্ঞাননা অসুম্না অ-জ্ঞানবু তাম্থোকখ্রবা মতমদা পরমেশ্বর ভগবানখক্তনা মখোয়গী থম্মোয়-লকানুংদা ঙান্দুনা লৈগনি।

অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবানমক্তি হায়না খঙলবা মতুংদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদা অসুম্না হঙ্গচখি ঃ "ইবুংঙো নহাক্তি পুমথোই-থোইবা ব্রহ্মদুনি, পুম্নমক্কী চঙজফম ওইবা অমদি নশা-নতোমতনা কনাগী মতেং য়াওদনা ঙাম্থোক্তুনা লৈবা অথোইবা মঙালনি, খ্বাইদগী থোইনা শেংদোকপা ঙম্বীবনি, অদুম অরোই-অথম লৈতনা লৈরবা অরেম্বনি, লাইরৈপাক্কী চীংঙু মপুরেলনি, লাইশিংগী মরক্তগী পুমহান-হানবা লাইদুনি, পোকপা-শিবা নাইদবদুনি অমসুং পুমথুং-থুংনা শীন্দুনা লৈবিরিবদুনি। অসিত, দেবল, ব্যাসনচিংবা ঋষি পুম্নমক্না অদুগা খোইয়ুম-লাইনীংবা দেবর্ষি নারদনসু ইবুংঙো নহাক্কী নতিক-নগুণবু অসুম্না শক শোল্লি অদুগা হৌজিকসু ইবুংঙো নশামক্না ঐঙোন্দা অসুম্না তাকপীরি।" ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা হায়বীখিবা চীংঙু-মবাহে পুম্নমকসি অচুম্বমক্তি হায়না অর্জ্জুননা য়াজখি। থবায়-পানবা পুম্নমক্কী মপা-মমা ওইদুনা লৈরবা, লৈরিবা পুম্নমক্কী মপু ওইনা লৈবা মরমদগী থৌজাল হৈরবা ভগবান ইবুংঙো মহাক্তি মহাক মদোমখক্তনা মশাবু মরম্নাই নুং-গী মঙাম্না খঙজৈ। ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-মগুণবু কনা অমতনা নিংথিনা খঙবা ঙমদবদগী ইবুংঙো মশামক্না মশাগী মতিক-মগুণবু অখাকপা লৈতনা মঙোন্দা তাকপীয়ু হায়না অর্জ্জুননা শ্রীভগবানদা হায়জখি। ঈশ্বরবু নীংদবা মীতাশিংনা ঈশ্বরবু খঙবা হৌনদে। মখোয়না তাইবংগী তুং-কোইদবা পোৎশিংদমক খন্দুনা লৈবা মরমনা মখোয়না ঈশ্বরদগী য়াম্না থাপ্না লৈ। অর্জ্জুনদি ইবুংঙো মহাক্কী মনাকমক্তদা

লৈরবনিনা পরশ্বের ভগবানবু করম্না শক-খঙজগনি অমসুং ইবুংঙো মহাকপু করম-করম্বা মওঙশিংনি নত্রগা পোৎশিংনি হায়না খঙ্গগনি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা মহাক্না হঙ্গচ্চরম্মী। তাইবংগী ৱারিশিংদি হন্না হন্না তারগা তানীংঙক্তে অমসুং অতনবা অমা পোক্লকই, অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অমৃতগুম খোইথূম্নরবা পৃল্লীরোলগী ৱাশিংদু অর্জ্জুননা তাবদা পেনবা নত্রগা চোকথবা কৌবদা খক লৈজদ্রে হায়না মানা ফোঙদোকখি।

ইবুংঙো মহাক্কী ঙমখৈ-নাইদবা চীংঙু মতিক-মগুণশিং অদুদি ফোঙদোকপদা লোই-খম্বা নাইবা নত্তে অদুগা পূন্নমকপু খঙবসু ওইথোকপা নত্তে। মরম অদুনা মীচমশিংনা খঙবা য়াবা মরু মরু ওইবা চীংঙু মতিক-মগুণশিং অদুতমক মীওইবগী মহুৎ-শিল্লিবা তুমদনা লৈবা ঙম্বা অর্জ্জুনদা হায়রগে হায়দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা য়াবিখি। ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনদা মহাক্কী থৱায়-পানবা পূন্নমক্কী থম্মোয়নুংদা আত্মা ওইনা যুম্নিংদুনা লৈরিবনি হায়না তাকপীরম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী মশক ওইবা আত্মাসি য়াওদ্রবদি জীবশিংগী হকচাঙশিংসি ওইখৎলকপা, চাউখৎলকপা অমসুং লেঙ-ওৎপনচিংবা ঙম্লোই। ইবুংঙো মহাক্কী হিংদুনা লৈরিবা পূন্নমক্কী থৱায়নি, ইবুংঙোগী থৌজালগী মখাদা পূন্নমক্না হিংদুনা লৈবনি অদুগা প্রলয়গী পোলোই মতমদসু অমুক লোইনমক ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা হঞ্জিঞ্জবনি।

শ্রীভগবানদি আদিত্য তরানিথোইলক্তা বিষ্ণুনি, মঙাল-নাইবশিংগী মরক্তা ইরং-লংনা ঙাল্লিবা কৌরৌহনবা নুমিৎনি, মরুৎ কৌবা লাইশিংগী মনুংদা মরীচিনি, অদুগা থৱান্মিচাকশিংগী মনুংদনা থাজনি, বেদশিংগী মনুংদনা ইবুংঙোনা "সাম-বেদ" হায়না খঙনবা ঈশৈগী বেদদুনি, লাইয়ামলক্তা হায়রগনা লাই-নিংথৌ ইন্দ্রনি, ইন্দ্রিয়শিংগী মনুংদনা ইন্দ্রিয়শিংগী মকোক ওইনা লৌনরিবা পূক্নীংনি অদুগা থৱায়-পানবশিংদনা হিংনঙাই পাঙ্গল ওইরিবা চেতনা-শক্তিনি। রুদ্র তরামাথোইগী মনুংদা ইবুংঙো মহাক্না শিব-মহাদেবনি, যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মনুংদা ইবুংঙো মহাক্না লন-থুমগী মপু কুবেরনি; বসু নীপানগী মরক্তনা ইবুংঙোনা পাবক কৌবা খাম্বী-মৈদুনি অদুগা চীংজাউশিংগী মনুংদনা ইবুংঙোনা মেরু কৌবা চীংদুনি। রাজ-পুরোহিতশিংগী মনুংদনা ইবুংঙোবু স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগী পুরোহিত বৃহস্পতিনি হায়না ইবুংঙো মশামক্না তাকপীরি। ইন্দ্রনা নিংথৌ পূন্নমক্কী মকোক্লিনা বৃহস্পতিসু পুরোহিতশিংগী মনুংদা

পুরোহিত মকোক্সি হায়না লৌগনি। সেনাপতিশিংগী মনুংদনা শিব অমসুং পার্ব্বতীনা পোকপা লালগী লাই কার্ত্তিকেয়সু ইবুংঙো মহাক্নী হায়না ইবুংঙোনা তাকপীরি। পাৎ নত্রগা পৃথ্বীওম্বা ঈশিং-তুংফমশিংগী মনুংদা মহা-সাগরনা খ্বাইদগী হেনবা ঈপাক ওইবা মরম্না মহাসাগরসু ইবুংঙো মহাক্নী। অচৌবা ঋষিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈবা অমসুং খ্বাইদগী অথোইবা ঋষি, ব্রহ্মাগীদি মচানিপা ভৃগুসু ইবুংঙো মহাক্নী।

ৱাহৈশিংগী মনুংদনা খোঙ্গ্রে অমতনা শাবা "ওঁ" (অউম), যজ্ঞশিংগী মনুংদনা খোন-খোক্তনা হন্না হন্না মন্ত্র থীবা জপ যজ্ঞ, লেঙ-খোৎপা তৌদনা লৈবা পোৎশিংগী মনুংদনা হিমালয় চীংশাং, পামেল্লক্তগীনা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা অমসুং ৱাং-চাউবা সনাখোংনাং পাম্বী, খোইয়ুম-লাইনীংবলক্তগী হায়রগনা ইবুংঙো মহাক্নী অথোইবা ভক্ত নারদ, পূঙ-ঈশৈদা য়াম্না হৈবা গন্ধর্ব্বশিংগী মনুংদা হায়রগনা খ্বাইদগী হেনবা অশৈবা চিত্ররথ, মঙাল ফংদুনা মপুং-ফারক্লবা সিদ্ধশিংগী মনুংদনা কপিল মুনি, শগোল্লক্তগীনা সমুদ্র নৈবদা অমৃতদগী থোরকপা উচ্চৈঃশ্রবা হায়বা শগোল, শামু-য়াইশাশিংগী মনুংদনা ইন্দ্রগী ঐরাবত কৌবা শামু লুচিংবা, মীওইবশিংগী মনুংদনা লৈবাক প্রজাশিংগী নুংঙাই-য়াইফনবগী ৱাদা খন্দুনা লৈরবা নিংথৌ, হাৎননবা খুৎশু-খুৎলায় শিংগী মনুংদনা নোংমৈ-শীংজঙ, ষন্বীশিংগী মনুংদনা পাম্মিবখৈ পীবি কামধেনু, চাদ-নাউদহনবশিংগী মনুংদনা নুংশি-নুংশনগী লাই "কামদেব", মঙ্গ-চেন্দবা লিনশিংগী মনুংদনা অনন্ত কৌবা লিন-নিংথৌ, লাইজ-ঈরোলনুংদা লৈবা জীবশিংগী মনুংদনা বরুণ কৌবা ঈশিংগী লাইশিংগী লাইজ-নিংথৌ, পিতৃলোক্তা লৈবা ইপা-ইপু পোকপাশিংগী মনুংদনা পোক্লেন-পোকপা অর্যমা, চৈরাক পীদুনা নীয়ম ঙাকপাশিংগী মনুংদনা অশিংগী নিংথৌ যমরাজ, দৈত্য শাগৈগী হিংচাবশিংগী মনুংদনা ভক্ত প্রহলাদ, মতমগী চৈ থাবা (মতমগী মশীঙ পাশিনবা) অদুগা শর্ম অমসুং অধর্মগী মতুংইন্না শাসন-তৌবশিংগী মনুংদনা "কাল" কৌবা লাই, শাশিংগী মনুংদনা শাগী নিংথৌ নোংশা, উচেকশিংগীনা বিষ্ণুগী শাদোঙ ওইরিবা গরুড়, অনোংবা শেংদোক-খোমদোকপা তৌনবা লৈরিবা পোৎশিংগী মরক্তনা নুংশিৎ, পুৎলায় পাইরবশিংগী মনুংদনা [illegible] ঈশিংগী লৈবা চাশিংগী মনুংদনা অন্তকপা [illegible] খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা গঙ্গা-তুরেল -- পূম্নমক্সি ইবুংঙো মহাক্নি।

ইবুংঙো মহাক্তী পূম্নমক্কী অহৌবা ওইরিবা হৌরকফমনি, ময়ায়দনা পূম্নমক্না

হিংদুনা লৈনফমনি অদুগা পূন্নমক্লা শিরগা অরোইবদনা চঙজফম্মি। বিদ্যাশিংগী মনুংদনা ইবুংঙো মশামকসি "অধ্যাত্মবিদ্যা" হায়বা অথোইবা বিদ্যাদুনি। বিতণ্ডা, জল্প অমসুং বাদ হায়না য়েংথন-বাগী মখল অহুম লৈ। করিগুম্বা হিরম অমগী অশেংবা তত্ত্ব খণ্ডনবগীদমক বাহং-পাউখুম ওইনা বিচার তৌবগী মশক ওইবা মরৈ-য়েংথনববু "বাদ" কৌই। বিতণ্ডা অমসুং জল্পদদি অমনা অমবু করিগু কাপ্পদবদা মায়থীবা পীনবা হোৎনবনি। মখোয় অনী অসিদা করিগুম্বা হিরম অমগী অশেংবা অথূপ্পা অদু খণ্ডবা ঙমদে। মরম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক মশামকসি মখল অহুমদুগী মনুংদা "বাদ" হায়বদুনি হায়না হায়বিরি, মরমদি বারেপ চুম্না তাবা য়াবা লম্বীশিংগী মরক্তা ইবুংঙো মহাক্লা অচুম্বা তাবা লম্বী অদুনি। ময়েকশিংগী মনুংদনা "অ" হায়বা ময়েক অসি শ্রীভগবান মশামক্নি। মসিগী মরমদি "অ" সি ময়েকশিংগী অহানবা (মকোক) ওইবনা মসি য়াওদনা খোন অমতা উচ্চারণ তৌবা নত্রগা বাহৈ অমতা হায়দোকপা য়াদে। মরম অদুনা "অ" সি লেপ্পমক বাহৈ পূন্নমক্কী মশক ওইবা শ্রীভগবান মশামক্নি। বাহৈ অনী নত্রগা অনীদগী হেনবনা পূল্লিনবশিংগী মরক্তা চা-নবা বাহৈ অনীখক্তমক তিল্লগা ওইবা বাহৈ "দ্বন্দ্ব" হায়বা অসিদি শ্রীভগবান ইবুংঙো মহাক্নী। খুদম ওইনা "রাম-কৃষ্ণ" হায়বা বাহৈ অনী তিল্লগা ওইবা বাহৈ অসিদা য়াওরিবা "রাম" অমসুং "কৃষ্ণ" হায়বা অনীসি চা-নবা পুঙবানি অমসুং অনীমক মকোক ওইবা চপ মান্নে অমসুং অমতনি। মরম অদুনা মসিবু "দ্বন্দ্ব" হায়না কৌই। অমুকসু ইবুংঙো মহাক্তী চাননমক মতমশিংগী মনুংদা খক লোই-খম্বা নাইদবা "মতম" হায়বদুনি অদুগা মফম পূম্বগী মায়কৈ পূম্বদা মায়ওন্দুনা লোইনা উরিবা অমসুং কর্ম্মগী মহৈঃ পীবিরিবদুনি।

"শিবা" হায়বা অসিনা জীব পূন্নমকপু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা য়োৎশিনখিগনি। মদুগী "অশিবা" হায়বা অদুসু শ্রীভগবাননি। তুংদা লাকদবশিংগী লাকফমসু ইবুংঙো মহাক্নী অদুগা নুপী ওইবীগী লৈখোলশিংগী মরক্তা ইবুংঙো মহাক্লা অফ-মিংচৎনি, য়াইফ-মরাং-কাইবা মতৌনি, নিংথিবা বাঙাঙ-শাঙাঙনি, নীংশিং-পাঙ্গলনি, পাইমা লৌশিংনি, অখাঙ-কন্না খাঙঙম্বা অচেৎপনি অমসুং খাঙহৈনা ঙাকপীবা হায়বদুনি। ইবুংঙো মাদি সামবেদগী মন্ত্রশিংগী মনুংদা দেবতাশিংনা ইন্দ্রদেবগী মফমদা শকপা বৃহৎসাম কৌবা সুর য়াম্না নুংশিবা ঈশৈদুনি, শৈরেংশিংগী মনুংদনা মতিক-চাবা ব্রাহ্মণশিংনা নুমিৎ খুদিংগী জপ তৌবা গায়ত্রী মন্ত্রদুনি, থাশিংগী মনুংদনা য়াম্না নুংঙাইবা

লৌরোক-থা ওইরকপা "হিয়াঙ্গে" কৌবা থাদুনি, অদুগা ঋতুশিংগী মরক্তনা হৈপাল-লৈপাল শাংপা য়াম্নসু শাদবা অদুগা য়াম্নসু ঈঙদবা "বসন্ত" হায়বা-ঋতুদুনি, মীনম-শোরিবা মীশিংগী জুবার মশান্নদনা মীনমচাবগী হৈশিংবদুনি, চীং-লেম্বশিংগীদনা "চীংলেম্বা" হায়বদুনি, লাল-ঙম্বশিংগীদনা "মায়পাকপা" (জয়) হায়বদুনি, নোম্বা কনবা মীশিংগীদনা "অনোম-কনবা" হায়বদুনি, মী অফবশিংগীদনা মখোয় মখোয়না চেঙ্গিবা অফবা মতৌদুনি, বৃষ্ণি শাগৈরক্তগীনা বসুদেবনি, পাণ্ডুগী মচাশিংগী মনুংদনা অর্জ্জুননি, মুনিশিংগী মনুংদনা ব্যাসদেবনি, কবিশিংগী মনুংদনা কবি উশানানি (শুক্রাচার্য্যনি), মী ফত্তবশিংবু চৈরাক পীবা মতমদা শীজন্নবা রায়েঙ্গে অদুসু ইবুংঙো মহাক্কী অদুগা পজেং-ফিরান থেংনীংবশিংগী জয় তৌনবা উপায়সিংগী মশক ওইবা হৈশিংবা খুশিল-থৌরাং নত্রগা নীতিদুসু ইবুংঙো মহাক্কী। অথুপ্পশিংগী মনুংদা "তুমিন্না লৈবা" হায়বা অদুনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি, মরমদি বা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈবনা উপায় ওইরগা কনাগুম্বনা য়াম্না থুনা চাওখৎপা ঙম্মী। অদুগুম্বা তুমিন্না লৈবা মতৌ অদুসু শ্রীভগবাননি। অদুগা আত্মা অমদি আত্মা-নত্তবা অনীগী খেন্নবা খঙবা অখঙবশিংগী জ্ঞান হায়বদুসু ইবুংঙো মহাক্কী।

অচৎ-চত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্বসিংগী চঙজফম ওইবা হৌরকফম অদুদি পরমাত্মা ওইবা পরমেশ্বর ভগবাননি। শ্রুতিনা অসুম্না হায়ঃ "পরমাত্মাদগী অহানবদা আকাশ পোকখি, আকাশতগী নুংশিৎ পোকখি, নুংশিৎতগী মৈ পোকখি, মৈদগী ঈশিং পোকখি, ঈশিংদগী পৃথিবী পোকখি অদুগা পৃথিবীদগী উ-বা মনা-মশীঙনচিংবা পোকখি।" লৈরিবা পূম্নমক্কী পোক্লবা মরম অদু পরমেশ্বর ভগবাননি অদুগা অচৎপা নত্রগা চত্তবা কনাগুম্বা অমতনা ইবুংঙো মহাক য়াওদনা খক ওইবা ঙমদে। মুন্না খন্থরুরবদি তাইবং পূম্বসি ইবুংঙো মঙোন্দগী তোঙানবা নত্তে, মরমদি ইবুংঙো মহাক্না খুদিংমক্কী আত্মা ওইবিরিবনি। মায়ানা মরম ওইদুনা তাইবং অসিবু ইবুংঙোদগী তোঙানবা অমা ওইনা শেরান্ননা উবদনি। "মায়া" হায়বসিদি শেরান্ননা উবা অওইবা-ওইনা-লৈতবা পোৎকী মমিং অমনি। মসিদি মরুভুমিদা লৈবা মায়ামরিচিকা হায়বা মমাংদা খক লৈরমদবা, হৌজিকসু লৈতবা অমসুং তুংদসু খক লৈরক্রোইদবা ঈশিং-ঈপাক অমগুম্বনি। মরুভুমিগী মশক-মতৌ খঙদবা মখোয়দুনতা মায়ামরিচিকাবু ঈশিং-ঈপাক অমগুন্না শেরান্ননা লৌজবতনি। অশেংবা-মশক খঙবা মীনদি মায়াবু উদে। অদুবু মায়াসিসু শ্রীভগবান্না পুথোকপনি অদুগা ইবুংঙোনা মদুগী বাংমদা লৈরগা মদুবু নিংথিনা পায়দুনা জগৎ পূম্বসি

লৈহন্নবগীদমক্তা শীজন্নে। শ্রীভগবানগী চীংঙু মতিক-মঙালদি ঙমখৈ লৈতে। অদুমকপু অর্জ্জুনগী খঙনীংবদু খরদা ওইরবসু খঙহন্নবা হায়দুনা শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মাগী ঙমখৈ নাইদবা মতিক-মঙালগী মরমদা চুম্নগী ঈচম-চম্বা মওঙদা খুদম ওইনা খদিক্তং অর্জ্জুনদা কাঙথোকই। মতিক-মগুণ লৈরে লৈরে হায়রিবা, শাওঙ-শাদা ফজরে ফজরে হায়রিবা অমসুং শক্তি চেন্নে চেন্নে হায়রিবা হেক মখৈ ভগবান ইবুংঙো মশামক্কী মঙাল-মশোং মরীক অমখক্তংদগী চোংথোরকপনি হায়বসি খঙউ হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী খুৎথাংদা ইবুংঙো মাগী মতিক-মঙালশিং খঙনীংবা ভক্তশিংদা অসুম্না তাকপীরি।

শ্রীভগবানগী শক্তিনা তেংবানবা পূম্নমক অসিবু ফোঙদোক্লিবনি অদুগা ইবুংঙো মাগী মতেংনা পূম্নমকসি লৈবা ঙম্বনি। ফোঙদোক্তুনা লৈরিবা ময়ামসিবু য়াম্না হেন্না পাকচাউনা খঙউবগী করি কান্নগনি? পরমেশ্বর ভগবানগী অমতা ওইবা মশক অদু খঙলগা অরান-খুভম ফংগনি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপী। মায়ানা মরম ওইদুনা অমতা ওইবা অসিবু ময়াম ওইনা উবগী ৱানি। ইবুংঙো মহাক্কী শরূক মচেৎ অমখক্তংনা তেংবানবা অসিবু তেকখি-তাখিদনবা পুদুনা থম্নগা ইবুংঙো মহাক্না মফম খুদিংদা শীন-থুংনা লৈবিবনি। ইবুংঙো মহাক্কী শরূক মচেৎ অমদা তাইবং পূম্বা লৈ হায়বসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি ঃ "পরব্রহ্মগী মশুং অমদা অচৎ-চত্ত তাইবং পূম্নমকসি চঙজদুনা লৈ, অদুগা মশুং অহুমদি ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মঙালগী মশক ওইবা চেতনা অদুদা অমৃত ওইনা লৈ।" তশেংনমক্তি ব্রহ্মগী মচেৎ-মকায় তাবা মওঙ লৈতে; ইবুংঙো মহাক্তী মচেৎ-মশুং-তাদনা অমসুং মওঙ লৈতনা পূম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবিরিবনি। মসিদা হায়রিবসিদি তাইবং পূম্বসি ইবুংঙো মহাক্কী মচি অমদা চঙজদুনা ইবুংঙো মহাক্না অমতা ওইনা লৈ হায়বনি। ময়াম হায়বা করি অমতা লৈতে; ময়ামনি হায়দুনা শেরান্ননা উরিবসি অমতনি। শেরান্ননা উদ্রবা জ্ঞানীশিংগী মফমদদি জীবাত্মাসিসু পরমাত্মামক্লি, ব্রহ্মমক্লি অমসুং পরমেশ্বর ভগবানমক্লি। পূম্নমক অসিবু অমতা ওইনা লৌরগা অমতা ওইবা অদুবু ব্রহ্মনি হায়না কনাগুম্বা অমনা শংশঙনা খঙলবা মতুংদা মহাক্তুগীদমক্তদি অতোপ্পা অমা খঙনীংঙাই লৈত্রে হায়বা য়ারে। মরম অদুনা ভক্তশিংনা পূক্নীং-অনী-লোঙদবমখৈ ঈশ্বরবু নীংলগা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মশক অদুবু শংশঙনা খঙনবা ধ্যান তৌই। অদুম হায়না তৌজরগা মখোয়না ঈশ্বরগী

থৌজাল ফংজদুনা আনন্দগী অবাংবা থাক্তা কাখৎপা ঙমই অদুগা মদুনা মখোয়গী পূশী মহৈং য়ালহল্লি।

---

# তাঙ্কক তরামাথোই

**তরামাথোইশুবা** তাঙ্কক্কী মমিং "বিশ্বরূপ দর্শন যোগ" হায়না কৌই। মথক্কী তরাশুবা তাঙ্কক্কী অরোইবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়বিখিঃ "ঐহাকমক্কী শরূক অমখক্তংনা তেংবানবা পূম্বসিবু তেকখি-তাখিদনবা পুদুনা থম্নগা ঐনা শীন্থুংনা লৈ।" মদু তারবা মতুংদা অর্জ্জুননা ইবুংঙো মহাক্কী অঙকপা বিশ্বরূপ অদুবু মাগী মমীৎমক্না য়েংজবা ফংবদু য়াম্না খৌরাংনা পামজরম্মী। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী বিশ্বরূপ অদু মঙোন্দা চানবীদুনা উহনবীয়ু অদুগা দর্শন ফংজগে হায়না মানা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গচ্চরম্মী। তাঙ্ককসিদা য়াওরিবা অর্জ্জুনগী ৱাহৈশিংসি থোইদোক-হেন্দোক্না লৈশি-লৈথোনবা ৱাহৈশিং ঙাক্তনি। শ্রীভগবাননা অর্জ্জুনগী মফমদা থৌজালবিদুনা মাগী কান্নবগীদমক্তা য়াম্না থূম্নবা আত্মাগী অমসুং আত্মা-নত্তবগী ৱাশিংদু হায়বীরম্মী অদুগা ৱাশিংদুনা মাগী আত্মা-নত্তবা পোৎশিংদা শুন্নাত্তুনা লৈরম্বদু কোকহনবী। হৌজিক্তি ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু অর্জ্জুননা মীচম অমগুম্না লৌদদুনা পরমেশ্বর ভগবানমক্তি হায়না খঙ্গরে। অদুদগীদি মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু "থম্মাল-মীত্তা তাবা" হায়না কৌজরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না মশাগী মশানা মদোম শকতাকচবা অদুমক অদুম ওই হায়বসি অর্জ্জুন মশামক্কীদমক্তদি য়াজরে। অদুবু মহাক্না পূম্নমক অসিগী ঈশ্বর ওইবগী শ্রীভগবানগী বিশ্বরূপ অদুবু য়াম্না কন্না য়েংনীংই। মহাক্না বিশ্বরূপ অদুবু য়াম্না য়েংনীংই য়েংহনবীয়ু

হায়না হায়জবগী মরমদি তুংদা লাক্কদবা মীশিংবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণসি পরমেশ্বর ভগবানমক্কি হায়বা থাজহন্নবগীদমক্কি অমসুং মখোয়গী মফমদা প্রমাণ তৌবা য়াননবনি। কনা অমতনা মাগী পাপ চেল্লবা তাইবং মীৎকী মতেংনা শ্রীভগবানবু উবা ঙম্লোই। ইবুংঙো মহাকপু উবা ফংজবা হায়বা অসিদি ইবুংঙোগী থৌজাল ফংলবতদা ওইথোকই। মরম অদুনা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণগী বিশ্বরূপ অদুবু উজবা ফংনবা থৌজাল পীনবিয়ু হায়দুনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদগী নীজরি।

ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদবা মীচম অমতনা শ্রীভগবানগী বিশ্বরূপ উবা ফংলোই। ইবুংঙো মহাক্না মদুবু য়েংহনগে নীংদুনা কনাগুম্বা মরাইবক ফরবা মী অমদা শক্তি পীবিরবতদা মাগী মফমদা মদু ওইথোকই। তাইবং মীৎনা উবদগী পুক্লীংনা উবনা অমুক হেন্না কুপ্পী অদুগা পুন্নমকসিদগী যোগ শক্তিনা য়েংবনা অমুক খ্বাইদগী হেন্না কুপ্পা, ময়েক লানা অমসুং মনুং-মপান ফাউনা উবা হেল্লি। যোগেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু থৌজানবিদুনা জ্ঞানগী মশক ওইবা যোগগী মীৎ "দৈব্যচক্ষু" পাংহল্লগা বিশ্বরূপ উহনখি। চামা-চামা অমসুং লিশিং-লিশিংনা খুজিং ওইবা, তোঙাল-তোঙাল্লবা মখলশিংগী ওইবা, মীরম্লেনগী নত্তবা অমসুং মশীঙ-লাকঙমদ্রবা মওঙ-মরীলশিং অমসুং মচুশিংগী ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী তোঙান-তোঙানবা মওঙশিং অদুবু ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনদা য়েংহন্নখি। শ্রীভগবানগী হকচাঙ মনুংদা লৈরিবা আদিত্য তরানিথোই, বসু নিপাল, রুদ্র তরামথোই, আশ্বিনী অনী, মরুৎ নিফুমাপন, অদুগা মমাংদা অমুক্তো উখিদ্রিবা অঙক-অঙকপশিংবু য়েংঙো হায়না শ্রীভগবাননা অর্জ্জুনদা উৎপীরম্মী। অর্জ্জুননা য়েংনীংলিবা অচৎপা অমসুং চত্তবা লোয়নমক্লা অমতদা তিন্দুনা লৈরবা অপুনবা মওঙ অদু অদুগা মহাক্না উনীং-উনীংবা অতৈ মখৈদুসু শ্রীভগবানগী হকচাঙনুংদা মানা লোয়নমক মপুংফানা উবা ফংজখি। মসি ইবুংঙো মহাক্কী কৃপাদগীনি।

অর্জ্জুননা উরিবা বিশ্বরূপ অদু ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে, অদুমকপু সঞ্জয়না রূপ অদুগী পুক্লীংনা লাম্বা ঙমগদবা মওঙ অমা লাক্তুনা ধৃতরাষ্ট্রবু তাহল্লম্মী। মশীঙ-লাকঙমদ্রবা মায়থোংশিংদা মশীঙ-থীঙমদ্রবা মচীনশিং অমসুং মমীৎনচিংবা পানবা, মশীঙ-লাকঙমদ্রবা অঙকপা শক্তমশিং য়াওবা, মশীঙ-লাকঙমদ্রবা মীৎথক্লীংঙাই ওইবা লাইগী লীক-কোনশিংনা লৈতেংবা, মশীঙ-লাকঙমদ্রবা লাইগী ওইবা মক্তবা খুৎশু-খুৎলায়শিং থাঙ্গত্তুনা পায়বা, লাইরৈপাক্কী লংত্রিক-লংবা লৈরাং-পরেংশিং থোনবা,

লাইরৈপাক্কী নুংশি-নুংশিরবা চন্দননচিংবগী মনম কয়ানা চুরবা, পূন্নমক অঙকপগী মশক ওইরবা, অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মদোম তরং তরং ইঙান-ঙান্দুনা লৈবা, ঙমখৈ-লৈতনা পাকচাউনা পূমসন-সন্দুনা লৈবা অমসুং মফম পূন্নমক্তা লৈবিবা মরম্না মায়কৈ পূন্নমক্তা মমায় ইওন্দ-ওন্দুনা লৈবা অসিগুম্বা শ্রীভগবানগী অঙকপা শক্তম অমা অর্জ্জুনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা য়েংহনখি হায়না সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা তাক্রম্মী।

সঞ্জয়না বিশ্বরূপ পুথোক্লিবা শ্রীভগবানগী লৈরোল-নোংলোন তূ-না ঙানবা অরংবা মঙাল অদুবু নুমিৎ লিশিং অমগী মঙান্না মতম অমতদা নোংদোল-অতিয়াদা পূন্না থোকমিন্নরগা ঙানবা মঙাল অদুগা মান্নবা য়াই হায়না ফজনা চাংদম্নরম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা দৈব্যচক্ষু পীবিবদগী মখল-মথেল য়ান্নবা সাখায়শিং য়াওবা অপূনবা জগৎ অদু লাইশিংগীসু লাই অমুক ওইরবা ইবুংঙো মহাক্কী সনা-হকচাঙ অদুগী মচি অমদা লৈবদু অর্জ্জুননা উবা ফংজে। বিশ্বরূপ অসিগী মঙালগী মশানা ঙাম্থোরক্তুনা শাবা মৈশানা জগৎ পূন্নমকপু শাহনবা উরগা অর্জ্জুনগী নাপল পূন্নমক মাঙখিদুনা শ্রীভগবাননা পূন্নমক্কী মপুনি হায়বসি মানা খঙজখি। লানফমদুদা লৈবা মী অতৈশিংনদি শ্রীভগবানগী থৌজাল ফংদবদগী বিশ্বরূপতু উরমদে। অর্জ্জুননা বিশ্বরূপ অদু হেক উবা ফংজবদগীদি হান্না মাগা শ্রীভগবানগা মখোয় অনীগী মরক্তা লৈনরম্বা মরূপ ওইবগী মওঙ-মতৌ অদু মাঙখ্রে অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না ঙকপনা থুম্নাৎলবা অমসুং হরাওবনা তূ-চুংলবা মহাক্না বিশ্বরূপ লৌদুনা লৈরিবা পূমথোই-থোইবা মপুদুদা কোক-নোন্দুনা খুরুম্মী। অদুদগীদি অর্জ্জুননা মখূৎ অনী লোন্নদুনা পূমথোই-থোইবা মপুদুদা অসুন্না হঙ্গচ্চেঃ "ইবুংঙোগী সনা-হকচাঙ মনুংদা পুল্লপ-পূন্না লৈরিবা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু অমসুং জীব মখল পূন্নমকপু ঐনা উজরে, হে চীংঙু-ইবুংঙো, অদুগা থম্বালগী আসন্দা ফমদেঙলিবা থব্বায়-পানবা পূন্নমক্কী শাসন তৌবিরিবা মমায় মরি পানবা ব্রহ্মাবু, শিব-মহাদেববু, ঋষিশিংবু অমসুং লাইরৈপাক্কী বাসুকিনচিংবা লাই-লীনশিংবুসু ঐনা উজরে। ইবুংঙোগী বিশ্বরূপ অসিদা মশীঙ-লাকঙমদ্রবা পাম্বোমশিং, পূকশিং, মায়শিং (চীনশিং) অমসুং মীৎশিং পানবা ঐনা উরি, অদুগা য়েংখি-য়েংখি মায়কৈ পূম্বদা ইবুংঙো নহাকপু অসিনি হায়ঙমদ্রবা লোই-খম্বা নাইদবা শক ওইনা উজরে। কদাইব্রায়দনা ইবুংঙোগী রূপ অসিগী অহৌবনো, ময়ায়নো অমসুং অরোইবনো ঐনা লাকশিনবা ঙমদ্রে, হে তাইবং পূম্বগী মপু, লৈরোল-নোংলোন তূবা শক্লোনবু ওইবও!

"লূহপ থোন্দুনা, গদা খূৎশুনদুনা অমসুং চক্র পায়দুনা, লৎত্রিক-লংবা মঙালগী মপৈগী মশক ওইনা মফম খুদিং পূমঙাং-ঙাংনা মৈ ইক্কুনা, ময়েক-শেংনা উবদা য়াম্না ৱানা থোক্লা, অচাকপা মৈ অমসুং নুমিৎকুম্না মায়কৈ খুদিং চাক্কুনা অমসুং অসুম মওইরে ওনঙমদনা লৈবা ওইনা ইবুংঙো নহাকপু ঐনা উজরি। ইবুংঙো নহাক্তী খঙবদা মতিক চারবা অথোইবা লেঙদবা ব্রহ্মনি। ইবুংঙো নহাক্লা লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমকসিগী পোলোইগী তুংনফমনি। ইবুংঙোদি লোই-খম্বা নাইদনা অমাঙ-অতা লৈতবনি। ধর্ম্মগী পথাপ্পু শিদনবা ঙাকপীদুনা লৈরিবা অরেপ্পা অঙাকপা অদুসু অদুগা কুইরবা লিরেন-লিরবা শিদবা মপু "সনাতন পুরুষ" হায়বদুসু ইবুংঙো নহাক্কী। মসি ঐগী থাজবনি। ইবুংঙোদি পোকপা অমসুং শিবা নাইদনা, ঙমখৈ-নাইদনা তৌবা ঙম্না, মশীঙ-লাকঙমদ্রবা পাম্বোমশিং লোঙদুনা, নুমিৎ অমসুং থাবু ইবুংঙোগী মীৎশিং ওইনদুনা, ব্রং ব্রং হৌনা চাকখৎলক্লবা মৈগুম্বা চীন্বান পাল্লদুনা লৈবা ঐনা উজে। ইবুংঙো নহাক্কী নসোং-নঙালতনা অপূনবা জগৎ অসিবু মৈশা পীরগা শাগৎহল্লি। ইবুংঙো নহাক নদোম্‌তনা অহাঙবা তরঙ অসিবু খোন-না লৈবিরি। হে অতোঙ-অরেম ওইবও, ইবুংঙো নহাক্কী ঙক্লবা অমসুং কিরবা নশকসি য়েংবা মতমদা ঐনা উরিবদি মরোল অহম্মক কিবনা থক-থক নীক্কুনা মিপাইরি।

"লাইশিংগী কাঙলূপ-কাঙলূপশিংসিমক ইবুংঙো নঙোন্দা মশা মশাবু কচ্চরগা চঙজরি অদুগা মখোয়গী মরক্তগী কনা-কনাগুম্বশিংনা কিবনা খুবাক-লোন্নদুনা ইবুংঙো নঙোন্দা লৈশি-লৈথোক্লি। মহর্ষিশিং অমসুং সিদ্ধশিংগী কাঙবু-কাঙবুশিংনা ইবুংঙোগী নফমদা লাকই অদুগা "য়াইফরসনু" হায়দুনা মরীক-চুম্না চঙখোল্লবা বেদমন্ত্র শোন্দুনা অমসুং লাইশোল-ঈশৈশিং শক্কুনা ইবুংঙো নহাকপু থাগৎচে। রুদ্র তরামাথোই, আদিত্য তরানীথোই, বসু নীপাল, সাধ্য কৌবা লাইশিং, বিশ্বদেব, অশ্বিনীকুমার মচীন্মনাউ অনী, মরুৎ (নুংশিৎ) কৌবা লাই নীফুমাপল, লৈখিদ্রবা পারোল-পুবোলশিং, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, লাই-হিংচাবশিং অমসুং মালেমদা হিংলিঙৈদা মঙাল ফংখ্রবা সিদ্ধনচিংবা পূম্নমক অসিনা ইবুংঙো নহাক্‌পু অঙকপগা লোয়ননা য়েংলি। হে পাম্বোম চাউরবা ইবুংঙো! পাম্বোম ময়াম, মায় ময়াম, মীৎ ময়াম, পুক ময়াম, ফৈগল ময়াম অমসুং খোঙ ময়াম পানবা, অদুগা অকিবগী মশক ওইরিবা য়াতা ময়াম পানবা অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা অমদি রাং-চাউনা শক্তি লৈরবা ইবুংঙো নহাক্কী শক্তম্বু উরগা মরোল পূম্নমক্লা কিবনা থক-থক

নীকই, অদুগা ঐসু নশক অদু উবদা ঙকপনা লাঙতক্করে।

"হে পূমথুং—থুংনা শীন্দুনা লৈবা ইবুংঙো, নোংদোল পক্লা লৈরিবা, মচু কয়ানা তিন্দুনা ইরঙ-লঙনা ঙাল্লিবা, য়া লাওনা কাথোক্তুনা লৈরিবা, মৈবুলগুম লংত্রিক-লংলবা অমসুং লাওরবা মীৎশিং পাল্লিবা ইবুংঙোগী য়াম্না পাক-চাউরবা শারেল-শক্তম্বু উবদা ঐগী থম্মোয় অসি কিবনা নাক-য়েৎ, থক-খা থক-থক নীক্লে অমসুং পাইম-নুংগী অঙৈংবদু মাঙখিদুনা তপথবা ঙমদ্রে। মহাপ্রলয়গী মতমদা হৌঔবা মৈগী মতৌগুম্না ইবুংঙো নহাক্কী য়াম্না লাওনা কাখৎলবা চীম্বানশিং অমসুং অকিবা ফংলবা নয়াশিংদু উবমক্তদা ঐহাক মায়কৈ-সলায় খঙদ্রে অদুগা নুংঙাইনা অমসুং তপথনা লৈবা ঙমদ্রে। থৌজালগী তুংনফম ওইবা ইবুংঙো, ননাই ঐবু থৌজালবীয়ু, হে লাইশিংগী লাই ওইবও, হে মরোল পূম্বগী তুংনফম ওইবও! ধৃতরাষ্ট্রগী মচানিপাশিং, মখোয়গী মীচঙদা লৈবা মালেমসিগী নিংথৌশিং, ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং কর্ণ অদুগা ঐখোয়গী মমিং লৈরবা লান্মীশিং পূম্নমক ইবুংঙো নঙগী কিনীংঙাই ওইরবা য়ানুংদা গ্রং গ্রং হোৎচিল্লি। মখোয়গী মকোকশিং অদুবুনা ইবুংঙোগী কিনীংঙাই ওইরবা য়া ময়াম্না শিংনা-শানা কুপ্না শাইদৎলে অদুগা য়োৎশিল্লি। মখোয়দুগী লেমহৌবা মচেৎ মচেৎ খরদি ইবুংঙোগী য়ারকশিংদা পন্দুনা লৈহৌই। অসুম্না তুরেলশিংগী লাও-খোংলবা ঈশিংগী কল্লবা তোরৈ ময়ামদুনা সমুদ্রগী ঈপাক তম্না ফুথখিবগুম ভীষ্ম, দ্রোণ-নচিংবা মালেমগী অথৌবশিংনসু ইবুংঙো নহাক্কী মৈ ফ্রি ফ্রি হৌরবা য়ানুংশিংদা হোৎচিল্লি। মৈরানবীশিংনা মৈনুংদা মশা মশাগী মৈতান্না ৰাখৈননবগীদমক্তা য়াঙনা সৎ সৎ পাইশিনবগুম, মওঙ অদুমক্তদা দুর্যোধননচিংবা মী পূম্নমক্লা ইবুংঙো নহাক্কী খায়াৎশিং অদুদা মশা মশাগী শিনবগীদমক খোঙলৈ থু-না থু-না হোৎচিল্লি।

"হে বিষ্ণু, মৈ ড্রং ড্রুং হৌনা চাকখৎলক্লবা ইবুংঙোগী চীনশিং অদুনা মায়কৈ পূম্বগী লাল তৌনীংবা মী লোয়নমকপু য়োৎশিল্লি অদুগা ইবুংঙো নহাক্লা হন্না হন্না লেক-লেক্তুনা লৈরি। ইবুংঙো নহাক্কী নতিক নগুণনা জগৎ পূম্বসি পূমথন-থনখ্রে অদুগা ইবুংঙোগী য়াক্লবা নঙাল-নশেক্লা জগৎ পূম্বসিবু চাকথেক্লগা ইবুংঙোনা নথম্ভগী নঙালদা ঙাম্থোহৈরি। হে লাইশিংগী লাই ওইবা লাইনিংথৌ, অকিবগী শক্লোন লৌরিবা নহাকপু কনানো হায়বদু ইফমদা চানবীদুনা চীনগোয়বিয়ু। ঐনা ইবুংঙো নহাকপু খুরুমজরি, ঐবু পেম্বীদুনা থৌজালবিয়ু। লৈহৌ-নোংহৌদগী লৈরক্লবা ইবুংঙো নহাকপু ঐনা খঙনীংবনা লাঙতক্লে,

মরমদি ইবুংঙো নহাক্কী থৌশিল-থৌরাং অসিবু করিগীনো হায়বসি ঐহাক্না লৌশিনবা ঙমজদ্রে।"

অর্জ্জুনননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মওঙ-মতৌ অদু উবদা মফম-মরাং খঙলমদে। মরম অদুদগীনি ইবুংঙো মহাক্না করি থবক পাঙথোকপা পামদুনা মহাক্কী অঙকপা শক্তি অসি উৎলিবনো হায়না অর্জ্জুনননা মখা তানা হংখিবসি। জীবশিংগী লিলা অসি মতমগী ঈচেলনা পুথোরকপা ঙাক্নি। "ওইখ্রবা", "ওইরিবা" অমসুং "ওইরক্কদবা" হায়বা মতমগী শক্তোন অসি শ্রীভগবানগী মফমদদি হৌজিক হৌজিক ওইদুনা অদুম লৈরিবনি। ঙমখৈ নাইবা লৈত্রবা মতমগী লমহাংদা মহৌশাগী মশক ওইবী মায়াশক্তিনা জগোই শাদুনা লৈ। জীব খুদিংমক্কী মানা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী ফলগা চান-চানবা মালেমসিদা জীব ওইনা লৈগদবা অকক্লবা মতম লৈজে। অদুগুম্বা অকক্লবা মতম মতম অদুবু মাগী মাগী মপূন্সী কৌই। মরাল লৈরক্তবা মহাক অদুগী মপূন্সীদি নুংঙাই অমসুং শান্তি লৈ। অদুগা মরাল লৈরক্লবা পাপীগী পূন্সীদি তশেংনমক অৱাবগী মশক্নি, মরমদি মাবু "মতম" কৌবা মহাকালনা মতিক-চাবা দণ্ডি পী। মতমগী মতুংইন্না জীব পূন্নমকপু পরমেশ্বর ভগবাননা য়োৎশিল্লি। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্তী মরোল পূন্নমকপু মাঙহন্নবা শীল্লিবা "কাল" (মতম) কৌবা লাইদুনি। অচুম-অরান মশক খঙদ্রবা মশাগী ওইজবতা থিরবা অদুগা মায়া-শক্তিগী লীচিংনা পুন্দুনা চিংথ্রবশিংদুনা জগৎকী মপু শ্রীভগবানগী মফমদা চঙশিনবা ঙমদে। অদুবু ভক্ত, যোগী অমসুং জ্ঞানীশিংদি মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা ঈশ্বরদা চঙজবা ঙম্মী। মায়াগী মপু পরমেশ্বরনা জগৎকী মমা-মপা, গুরু অমসুং মরূপনি। অদুগা পাপীশিংগী মফমদদি মহাকালগী মশক ওইবা যমনি। দুর্যোধননচিংবা মী-ফত্ত পূন্নমকপু হাৎকে হায়বগীদমক "মতম" কৌবা লাইদুনা থৌরাং তৌরগা লান্‌ফমদুদা চঙশিল্লক্লিবনি, অদুগা পাণ্ডব খরদং নত্তনা মায়কৈ অনীমক্কী লান্মী পূন্নমকসি অর্জ্জুনননা লাল তৌদুনা মী-হাত্রফাওবদসু হিংলরোইদবনি হায়না শ্রীভগবাননা অর্জ্জুনদা খঙহনবা হৌরক্লম্মী। অর্জ্জুনদি লাল তৌনীংলমদবনি, অদুবু মহাক্না লাল তৌদ্রবসু মখোয়শিংদু শিরগদবা লৈরবনিনা মহাক্না ক্ষত্রীয় ধর্ম্ম ঙাক্তুনা লাল তৌগদবনি হায়বসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা মখাগী অসুম্না তাকপীরম্মী ঃ

"হৌগৎলো, নহাক্না লাল থেংনরগা মিংচৎ ফংজহৌরো। নহাক্কী য়েক্লবশিংবু লাল ঙমদুনা, রাজ্য-পাদবা লৈবাক অমগী মপু ওইদুনা নহাক নুংঙাইরো। মখোয় মখোয়না

তৌখিবা কর্ম্মনা লেপ্পকপা মরাইবক্কী মতুংইন্না ঐনা মখোয়বু হান্ননা হাত্তোক্লুনা থমখ্রবনি, লাল অসিদা নহাক চুম্নতগী খুৎলায় ওইবতমক ওইয়ু, হে ওইথংবা খুৎনসু তেন-কাপ্পা ঙম্বা অর্জ্জুন! দ্রোণ, ভীষ্ম, কর্ণ অমসুং লাঞ্জাওসিগী অতৈ অতোপ্পা মথৌনা লৈরবা লাপ্লোয়শিং অসি ঐনা হান্ননা মথল্লায় লৌথোকখ্রবনি। মরম অসিনা লাল তৌ অমসুং কিরুগনু। লাল তৌদ-তৌ, অদুগা নহাক শোয়দনা লাল ঙমগনি।"

জগৎ পূম্নমক অসি পরমেশ্বর ভগবানগী অনীংবা থৌশিল মতুংইন্না চৎলিবনি। লৈশেম্বা অমসুং প্রলয় হায়বসি ইবুংঙো মহাক্কী লমজিং মতুং ইনবনি। কুরুক্ষেত্রগী লাল অসিসু অধর্ম্মবু মাঙহল্লগা ধর্ম্মবু য়োকখৎকে হায়বগী শ্রীভগবাননা থৌরাং তৌবনি। মরম অদুনা অর্জ্জুনদা ইবুংঙো মহাক্না লাল তৌগদবনি হায়না কন্না ইন্সনবগা লোয়নননা পূক্নীং থৌগৎলি। য়েক্লবা হাৎনবগীদমক্তা লান্‌ফমদা খুৎ য়েৎনসু ওইনসু তেন কাপ্পা হৈবা মীনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু থাগৎলি। ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনদা চিংনবা লৈতনা লাল থেংনরো অদুগা মায়-পাকপগী মিংচৎ অদু ফংজরো হায়না তাকপীরি। ইবুংঙো মহাক্না মাগী ভক্ত অর্জ্জুনদা অসুম্না থৌনা-লিংজেল অমসুং থৌজাল পীবিবসিনা ইবুংঙোনা মাগী ভক্ত অমদা কয়ামুক চানবীবগে হায়বদুগী ময়েক লারবা খুদম অমনি।

কনাগুম্বা মী অমনা য়ৌনা কিমল্লবা নত্রগা ঙকমল্লবা নত্রগা নুংঙাইমল্লবা মতমদা মমীৎতগী মপি তানা কপনৈ, মশা নীক্নে অদুগা রা ঙাঙবা মতমদা লৎকক-লৎকক তৌনৈ। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াৱাশিং অদু তারগা ঙকপনা থুক্কৎখিদুনা মশা নীক্লবা অর্জ্জুননা খুবাং-চাংজৌ তরা লোন্নদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা খুরুমজৈ অদুগা মচেৎ মচেৎ ওইবা খোঞ্জেলগা লোয়নননা মহাক্না অমুক্কসু হন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা অসুম্না হঙ্গচৈঃ "ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইবও, ইবুংঙো নহাক্কী মিংলেন তাবদা অমসুং নতিক-নগুণবু থাঙ্গৎ-ৱাংখৎহনবদা জগৎনা পূক্নীং-মকা-লাম্না হরাওজৈ অমসুং নঙোন্দা য়াম্না খোয়দানা থৱায় লূপচৈ। হিংচায়াইতম্বশিংদি ইবুংঙোগী প্রলয় থোকহন্নবা শক্তম অদু উবদা কিদুনা মফম-মরাঙ খঙদবমখৈ কোয়চেল চেল্লি, অদুবু কপিলনচিংবা সিদ্ধশিংগী কাঙলুপশিংনদি ইবুংঙোগী মাঙদা পুনেমজরি।" শ্রীভগবাননা তৌবা হেক মখৈ লোয়নমক্কী ফননবনি অদুগা ইবুংঙো মহাক মশামকসিদা জগৎ পূম্নমক্কী তুংনফম ওইবনি হায়বা খঙদুনা ভক্তশিংদি শ্রীভগবানগী মতিক-মগুণবু শক-শোঞ্জে। ভক্ত অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু আত্মা পূম্নমক্কী পরমাত্মানি, পূকচেল চাউবনি, ঙমখৈ লৈতবনি, লৈশেম্বা লাই ব্রহ্মাদগীসু

হেন্না চাউবনি, সিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষশিং অমসুং খোইয়ুম-লাইশিংনা মখোয়বু শেম্বীবা মপা ওইনা শ্রীভগবানবু থাজবগা লোয়ননা খুরুমজবসি খুরুমজফম থোকপনি, অমাঙ-অতা লৈতবনি, ফোঙদোক্তুনা লৈরিবা পূম্বসিনি অদুগা ফোঙদোক্তনা থুপ্তুনা লৈরিবা পূন্নমকসিসুনি, ফোঙদোক্তুনা লৈবা অমসুং লৈতবা অনীদুদগী হেন্দোক্লা ওইখ্রবা পরম - ব্রহ্মদুনি হায়না লৌরে অদুগা অসুম্না ইবুংঙো মহাকপু পূন্নমক্কী অথোইবনি হায়না লৌজরগা মানা লৈশি-লৈথোঞ্জে।

অর্জ্জুনগী থম্মোয়দা ভক্তি মপূং ফানা পোক্লদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মতিক-মগুণশিংবু মথং মথং অমুক মহাক্লা অসুম্না হায়থরকইঃ “ইবুংঙোদি ইওইদ-ওইবনি, জগৎ শেম্নবগী মরম ওইবনা লাইশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী অহানবা লাইনি, নৌদুনতা লৈরবসু লিরেন-লিরবনি, মতম পূন্নমক্তা তেক্ত-কায়দনা থব্রায়-পানবশিংগী থম্মোয়শিংদা লৈরক্লবা আত্মাদুনি, পাক-চাউরবা জগৎ পূম্বসিগী তুঙনফমনি, জগৎসিদা থোক্লিবা থৌদোক পূম্বগী অখণ্ডবনি, খঙগদবা অশেংবা “অমা” কৌবা লাইদুনি, অথোইবা পম্বুংনি অমসুং ঙমখৈ নাইদনা তেংবানবা পূম্বসিদা শীন-থুংনা লৈবিবনি। ইবুংঙো মহাক্তী মফম-খুদিংমক্তা শীন-থুংলিবা নুংশিৎনি (বায়ুনি), অশিবগী লাইনি (যমরাজনি), মৈনি (অগ্নিনি), ঈশিংগী লাই বরুণনি, থাজনি (সশাঙ্কনি), থব্রায়-পানবশিংগী মবুংঙো ব্রহ্মনি অদুগা জগৎকী জীব অহানবা ওইরিবা ব্রহ্মাগীসু অপোকপা ওইবা ইবুধৌ পুরেন্নি।” অসুম্না হায়রগা নুংঙাইমনখিদুনা অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজে, লিশিংলক খুরুমজে, অমুক্কসু হন্না হন্না খুরুমজে, মাঙলোমদগীসু খুরুমজে, তুংলোমদগীসু অদুগা মায়কৈ পূন্নমক্তগীসু খুরুমজে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি ঙমখৈ লৈতনা পাঙ্গল লৈবনি, তৌগেদা মনীং ওইবা ঈশ্বরনি, পূন্নমক্তগী চাংদমনীংঙাই লৈতনা খৃৎশু-খৃৎলায় শীজন্নবা হৈবনি, তেংবানবা অসিদা শীন-থুংনা লৈবিরিবনি অমসুং মতৌ অসুম ইবুংঙো মহাক্তী পূন্নমক্কী মশক্তি হায়বসি অর্জ্জুননা য়ারম্মী।

ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক অমসুং মতিক-ময়ায়বু খঙউদবদগী অর্জ্জুননা শ্রীভগবানবু মাগী চান্নবা মরূপনি হায়না খন্দুনা “হে কৃষ্ণ! হে যাদব! হে ইতাও!” হায়না তয়াং-তশোয়না নহালমখৈ কোলোয়নখি; অদুবু মানা ঙাওদুনা নত্রগা নুংশিদুনা অদুম্না কৌজরুবা অদু চানবীদুনা ঙাকপীয়ু হায়না অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রার্থনা তৌজে। নুংঙাই-কুমহৈগীদমক্তা শান্নমিন্নবদা, নুংঙাইনা কোয়মিন্নবদা, ফমুং অমতদা

হীপমিন্নবদা নত্রগা তুমিন্নবদা নত্রগা ফম্মিন্নবদা, চাক্কুক অমতদা চামিন্নবদা, করিগুম্বদা মথন্তা লৈরিঙৈদা অদুগা করিগুম্বদনা অতৈশিংগী মমাংদা কয়ারক হন্না হন্না ফাগী তৌনদুনা থওই-উশীত্তবা শাজৎ কয়া মানা চৎখিবদুগী অয়োল-অরান পূম্বা চানবীদুনা ঙাকপীনবা অর্জ্জুননা তাইবংনো ফজনা খঙঙমদ্রবা শ্রীভগবানগী মফমদা হায়জৈ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি অচৎ-চত্ত তাইবংসিগী মপানি অমসুং পূন্নমকসিগী ঈড়াৎনফম মকোক্নি। ইবুংঙো মহাক্তী অথোইবা দীক্ষা গুরুনি মরমদি ইবুংঙো মহাক্না ইহান-হান্না ব্রহ্মাদা বেদগী জ্ঞান পীবিখি, নুমিৎ বিবস্বান্দনা গীতা তম্বীখি অদুগা হৌজিক হৌজিকমকসু মীওইবগী মহুৎ শিল্লিবা অর্জ্জুনদা গীতা তম্বীরি। ইবুংঙো মহাক্না মান্নবা নত্রগা মঙোন্দগী হেনগৎপা মরোল পূন্নমকসিদা অতোপ্পা কনা অমা লৈতে। লৈরিবা পূন্নমক অসিদি ইবুংঙো মহাক্কী মনাইশিং ঙাক্নি। মসি পূন্নমকসিবু অর্জ্জুননা য়াদুনা মহাক্না শ্রীভগবানগী মখুয়াদা শাংদ্রাং-শাংনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজৈ অদুগা মপানা মচাবু, মরূপ্পা মরূপ্পু অমসুং নুংশিবনা নুংশিববু ঙাকপীবগী মতৌগুম্না মহাকপু থৌজালবিয়ু হায়না শ্রীকৃষ্ণদা মানা নোল্লুক্না হায়জৈ। মতৌ অসুম্না মানা তৌখিবা মরাল পূম্বা ঙাকপীয়ু হায়দুনা শ্রীভগবানগী মফমদা প্রার্থনা তৌরবগী তুংদা অর্জ্জুননা মমাংঙৈদা খক উখিদ্রিবা বিশ্বরূপসি উবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইজরে অদুবু অদুমনদি ওইরগা মাগী মপূক্নীংদি কিবনা লাঙতক্নরে, মরম অদুনা লাই পূন্নমক্কী মপু ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী হান্নগী কোক্তা লুহুপ থোনবা, খুত্তা গদা খুৎশুনবা অমসুং চক্র পায়বা শক্তম অদুমক অমুক হন্না উজনীংঙে হায়না মানা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হঙ্গচৈ। হৌজিক হৌজিক পাম্বোম লিশিং পাল্লিবা ভগবান ইবুংঙোগী হান্নগী পাম্বোম মরি লোঙবা মশক অদুমক্তবু মঙোন্দা চানবীদুনা উহনবিনবা অর্জ্জুননা শ্রীভগবানদা প্রার্থনা তৌজবগী মরমদি খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোক্না নিংথিজবা, ফজবা অমসুং পূক্নীং হুবা শ্রীভগবানগী শক্তমদা সাধকশিংনা ধ্যান তৌজরগা পূক্নীংগী শান্তি ফংবা ঙমই।

ভক্ত অর্জ্জুনগী নীংবা থুংহন্নবগীদমক্তা অতৈ কনামতনা মমাংদা খক উখিদ্রিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মশক ওইবা বিশ্বরূপ অসি মঙোন্দা উৎপীরে। বেদ কয়া নৈনবনা নত্রগা যজ্ঞ কয়া তৌবনা নত্রগা দান কয়া তৌবনা নত্রগা তপ কয়া তৌবনা অর্জ্জুনগুম্বা শ্রীভগবানগী অশেংবা ভক্ত অমা নত্তবা অতৈ কনামতনসু মালেমসিদা ইবুংঙো মহাক্কী বিশ্বরূপ অদুবু উবা ফংবা ঙম্নোই। তশেংনমক শ্রীভগবাননা

অর্জ্জুনদা বিশ্বরূপ উৎখিবগী মরমদি তৌহৈদবা থবক তৌবশিং অদুবু হান্ননা ভগবান ইবুংঙোনা হাত্তোক্লবনি হায়বদু উৎননবা অমসুং অর্জ্জুনবু মাগী ক্ষত্রীয় অমা ওইবগী থেংনফম থোকপা লাল অদু করিমতা চিংনবা লৈতনা থেংনহন্নবা উৎপীবনি। হৌজিক বিশ্বরূপ উৎপগী মরম অদু অর্জ্জুনননা খঙলে হায়বা মতাং অসি য়ৌরকপদদি ইবুংঙো মহাক্কী অকিবগী মশক ওইরবা বিশ্বরূপ মুর্ত্তিদু উরগা পূক্নীং লাঙতক্লবা অমদি পী - কোক ঙাওবা ওইদসু হায়না শ্রীভগবাননা অর্জ্জুনদা তাকপীরম্মী। অদুদগীদি অর্জ্জুননা উনীংবা শ্রীভগবানগী হান্নগী শকফম অদু অমুক হন্না অকিবা লৈতনা অমসুং পূক্নীং-মকা-লাম্না পেন্না য়েংজরো হায়না ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনদা য়াম্না নুংশিবা ৱাহৈনা হায়রম্মী।

অসুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মফমদা নুংশিবা ৱাহৈগা লোয়ননা হায়বিখিবগী মতুংদা ইবুংঙো মশামক্না অর্জ্জুনদা অমুক হান্নগী ইবুংঙো মাগী নিংথিরবা শক্লোন অদু উৎপীখি। ইবুংঙো মহাক্কী ঈংনা ফজবা শকফমদুবু অমুক হঞ্জিল্লবা মতমদদি কিদুনা লৈরম্বা অর্জ্জুনগী অকিবদু কোকখিরম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বসুদেব দেবকীগী মচানিপা ওইনা পোক্লকপা মতমদা অহানবদা পাম্বোম মরি পানবা নারায়ণগী শকফমদা থোরকখি। অদুবু মমা-মপানা ইবুংঙো মঙোন্দা হায়জরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মীচম অঙাঙ অমগী শকফম লৌখি। মতৌ অদুগুম্না শ্রীভগবাননা চতুর্ভুজ রূপ অদু অর্জ্জুনদা উৎলবা মতুংদা অর্জ্জুননা হায়জবদগী ইবুংঙোগী খূৎ অনী পানবা তাইবং মীওইবগীগা অক্দা ওইবা মেঙলবা শকফমদু অমুক মঙোন্দা উৎপীখি। মতাং অসিদা ৱাফম অমা নীংশিংবা য়াই মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা মীচম অমা ওইরম্নবদি ইবুংঙো মহাক্না বিশ্বরূপ শকফম অমুক লৌবা অদুগা অমুক হন্না মখূৎ মরি পানবা নারায়ণগী শকফম অমুক লৌবা ঙম্বা হৌনদে। হৌজিক্তি অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান বসুদেবনি হায়বা খঙজরে। ইবুংঙো মহাক্কী মেঙলবা তাইবং মীওইবগীগা অক্দা ওইবা শকফম অদুবু অর্জ্জুননা অমুক উজরগা, মহাক হৌজিক পূমপেন-পেঞ্জদুনা উনবী মপূক্নীং ঈংলে অমসুং মিপাইবা ফরদুনা মশাগী হান্নগী মওঙদুদা অমুক হঞ্জিঞ্জরে।

শ্রীভগবানগী বিশ্বরূপ, চতুর্ভুজরূপ অমসুং দ্বিভুজরূপশিং অসি ভক্তিবু য়াওদ্রবদি কনানা উবা ফংবগী ৱা লৈতে। অর্জ্জুনদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্তনিনা অমুক্তা উজগে হায়বদা পাক পাক হেক ফংবা ৱারবা ইবুংঙো মহাক্কী শকফমশিংদুবু মহাক্না শ্রীভগবানগা মায় মায় ওন্সিন্নদুনা উজবা ফংজরে। বিশ্বরূপ অমসুং চতুর্ভুজরূপ নত্তবা খূৎ

অনী পানবা মী অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী দ্বিভুজরূপ উবা ফংজবা অসিসু য়াম্না ৱানা থোকই। করি অমুক হায়গনি, স্বর্গদা লৈবা লাইয়াম ফাওবনা শক্তম অদুবু উজনীংদুনা তত্তনা য়াম্না ৱানা খৌরাংনা লৈরিবনি। মরমদুনা বেদশিংদা করি করি য়াওরিবগে হায়বা খঙনীংবগীদমক্তা বেদ শাস্ত্রবু পুক্লীং লুপ্না নৈনরুবখক্লা, নত্রগা লঙজরুবা পাপ কোক্লবা চুম্নগী তপ কন্না তৌবখক্লা নত্রগা লাইরবশিংদা দান কয়া তৌবখক্লা নত্রগা যজ্ঞ কয়া তৌবখক্লা শ্রীভগবানবু অর্জ্জুননা তরায়-তরায়না উবা ফংলিবা অসুম্না কৈদৌঙৈদসু কন্নানা উবা ফংলোই হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা তাকপীরি। অদুমকপু করম্বা উপায় তৌরগা ইবুংঙো মহাকপু মীনা ফংবা নত্রগা সাক্ষাৎ ওইনা (শংশঙনা) উবা ঙমগদগে হায়বদুসু ভগবান ইবুংঙো মশামক্না অর্জ্জুনগী খুত্থাংদা মীওইবা ঐখোয়দা তাকপী। শ্রীভগবান ফংননবা উপায়শিংগী মনুংদা ভক্তিগা মান্নবা অতোপ্পা অরায়বা উপায় অমা লৈতে হায়বসিনি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না তাকপীরিবসি। সংসারগী পোৎ-চৈশিংবু ফংনীংবা ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈরিবা মীশিংনদি ইবুংঙো মহাকপু খঙবা নত্রগা উবা ঙম্লোই। মখোয়দুনা ঙমখৈ লৈতবা অৱা-ঈপাক্তা তাদুনা লৈগনি। অদুগা অমরোমদনা অমুক, পুক্লীং-অনী-লোঙদনা শ্রীভগবানবু নীংজবা অশেংবা ভক্ত ওইবা মীদুনা শ্রীভগবানবু নুংশিরবা আত্মানি হায়না লৌজদুনা ইবুংঙো মাবু লীখুন চুম্না খঙবা ঙমজে। মতৌ অসুম তৌরবতদা ভক্ত অদুনা শ্রীভগবানবু খঙবা ঙম্নবগী অথূপ্পশিংদুদা চপ-চানা চঙজদুনা আনন্দ ফংজে।

গীতা শাস্ত্রগী মচি ওইবা শরূক অমা তাঙ্কক অসিগী অরোইবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীরিঃ "হে পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন! ঐগীদমক্তা পেন্নবা থবক তৌরিবা, ঐখক্তবু অথোইবা পন্থুং ওইনা লৌরিবা, ঐঙোন্দা পূম্নমক কখোক্লবা, সংসারগী অপাম-মিহৌবু থারবা অমসুং থৱায়-পানবা পূম্নমক্কী মফমদা তাথী-তাওইনদবা মী মহাক অদুনা ঐবু লেপ্পমক ফংজে।" মসিনা তাকপদি শ্রীভগবানবু ফংগে নীংলিবা ভক্তশিংনা খ্বাইদগী ইহান-হানবদা মখোয়না তৌরিবা থবক হেক খুদিংমক অমসুং মদুগী মহৈংশিং পূম্নমক ঈশ্বরনা পেন্নবা ঈশ্বরদা কখোক্কনি হায়বনি। কন্নাগুম্বা অমনা তৌনীংবা থবক মখল অমা তৌবা য়াই, অদুবু থবক্তুগী মহৈংচাবগী অপাম্বা অদু থাদোক্তিংমখৈদি মহাক্না শ্রীভগবানগী পেন্নবা থবক তৌবনি হায়বা য়ারোই। থবক্তুসু ইবুংঙো মহাক্কীনি, থবক্তুগী মহৈংদুসু ইবুংঙো মহাক্কীনি অদুগা থবক তৌরিবা মহাক অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী

খুৎলায়নি। ভগবান ইবুংঙোগী পেন্নবগীদমক্তনি হায়না থবক খুদিংমক তৌরগা শ্রীভগবানগী সেবা তৌবা শকই। ভক্ত অমনা মশাগীদমক করিমতা পাম্নদবমখৈ শ্রীভগবানগী মফমদা অখাকপা লৈতনা পুন্নমক কখোকচবা ঙম্লবদি, ইবুংঙো মহাক্না মহাকপু পুমপেন-পেনবিগনি; অদুদগীদি ভক্তদুগী অৱাৎপা অমতা লৈররোই। পুন্নমক থাদোক্লগা, থৱায়মকসু পাম্মুদবমখৈ, ইবুংঙো মহাক্না লোইরবনি হায়না ঈশ্বরগী সেবাদা চঙজরিবা মহাক অদুবু শ্রীভগবাননা অসুক্কী মতিক চানবী মদুদি মহাকপু অরেম্বদা মাঙহন্দনা লেপ্নমক অরান-খুভম ফংহল্লি। ঐখোয়না মায়াগী ৱাখল থাদোক্তনা তাইবংগী পোৎ-চৈশিংবু পাম্লিবমখৈদি নত্রগা ফংনীংলিবমখৈদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী নাক্তা নকসিল্লুবদি লায়রদুনা ঐখোয়না অসুম অসুম ঈশ্বরদগী লাপথোরক্কনি। মপূংক্লীংদা তাইবংগী অপাম-মিহৌ করিমতা লৈত্রবা মহাক অদুনতা ঈশ্বরবু শোয়দনা ফংবা ঙমগনি।

তাইবংগী পোৎ-চৈশিংদা থম্বা অপাম-মিহৌবু থাদোকপা হায়বা অসিমক পুন্সীগী পান্দমনফম ওইরিবা অরান-খুভমনি হায়না লৌবদা করিশু অকায়বা লৈতে। মরম অদুনা পুন্সীগী পান্দমনফমদু ফংননবগীদমক তাইবং মীওইবনা অপাম-মিহৌবু থাদোকপা তাই, অদুগা হিংনরিবা থৱায়-পানবা পুন্নমক্কী মফমদসু তাথী-তাওইনরোইদবনি। ভক্ত অমনা অসিগুম্বা শ্রীভগবানগী পাউতাকশিংসিবু ইন্দুনা লৈরবদি মহাক্না শোয়দনমক ইবুংঙো মহাকপু দর্শণ তৌবা ফংজগনি। মসিদা ঐখোয়না করিমতা চিংনফম থোক্তে।

---

# তাঙ্কক তরানীথোই

**তরানীথোইশুবা** তাঙ্কক্কী মমিংদি "ভক্তি-যোগ" কৌই। গীতাগী তাঙ্কক তরানীপান অসিগী মনুংদগী তাঙ্কক তরূক তরূক পূন্সীল্লগা শরূক অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। অহানবা তাঙ্কক্তগী তরূকশুবা তাঙ্কক ফাওবনা শাবা অহানবা শরূক্তনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা "কর্ম্ম-যোগ" বু মরুওইনা তাকই। তরেৎশুবা তাঙ্কক্তগী তরানীথোইশুবা তাঙ্কক ফাওবদা লৈরিবা তাঙ্কক তরূক অসিনা পূন্সিল্লগা শাবা অনীশুবা শরূক অসিদনা শ্রীভগবাননা "ভক্তি-যোগ" বু মরুওইনা তাকই। হৌজিক "ভক্তি-যোগ" হায়বসিনা তাল্লিবনা সাকার ব্রহ্মনি। "জ্ঞান-যোগ" না তাল্লিবনা নিরাকার ব্রহ্মনি। অনীসিগী মনুংদা "ভক্তি-যোগ" না লায়বা হেল্লি। জ্ঞানীশিংদি শকফোঙদবা নিরাকার ব্রহ্মবু ধ্যান তৌই। মসিদি অরায়বা থবক নত্তে, য়াম্না ৱাবা থবক্নি। হকচাঙ অমসুং আত্মা অনীসিগী খেন্নবা খন্দোকপা ঙম্বগী অরেপ্পা বুদ্ধি লৈত্রবা মীনা জ্ঞান যোগী অমা হেক্তা ওইবা য়াদে। ঈশ্বরবু মওঙ, শকখঙ-খুদম অমসুং গুণশিং লাক্লা লাৎপা ঙম্বনা চপ-চানা মুক্তি হেক্তা ফংবা য়ারে হায়না লৌবদি য়াদে। মদুনা মুক্তি ফংনবা হোৎনবদা অহানবগী ওইনা মতেং খরগী মখৈদি ওইগনি। অদুম অদুম ওইনমক ব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বরদি ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংবগী ৱাংমদা লৈবা, ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, মফম খুদিংমক্তা শীন-থুংনা লৈবা, বুদ্ধিনা য়ৌবা ঙমদবা, পূন্নমক্কী মরূদা লেঙদনা লৈবা অমসুং অমাঙ-

অতা লৈতবা শকউদবা ইবুংঙো মহাক্তুনি। মুক্তি ফংননবগীদমক্তা ঈশ্বরবু মওঙ অমদি গুণ-শিংগী ৱাংমদা অমসুং থক্তা লৈবনি হায়না নীংবা তঙায়ফদে। মুক্তি ফংগে তাল্লিবা মীনা হকচাঙগী ওইবা ৱাখল থাদোক্কনি অদুগা আত্মাগা মরী লৈনবা থাক অদুদা কাখৎকনি।

সাকার অমসুং নিরাকার অনীমক শ্রীভগবানগী শ্বরূপনি। অর্জ্জুনদি নিরাকার ব্রহ্মদা পূক্নীং থিংজল্লমদে। মরম অদুনা নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা অমসুং সাকার ব্রহ্মগী উপাসনা হায়দুনা লৈরিবা উপাসনা অনীসিগী মনুংদা মহাক্কীদমক করম্বা উপাসনানা মতিক চাবগে হায়বসি খঙনীংদুনা অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা হংজে। সগুণ অমসুং সাকারগী উপাসনা তৌবনা অর্জ্জুনগীদি হেন্না মতিক চাই খঙদুনা শ্রীভগবাননা মদু তৌবনা মাগীদমক হেন্না ফৈ হায়দুনা হায়বিরি। থাঙ্গৈশেংনমক অর্জ্জুনগীদমক্তদি খর হোৎনরগা লায়না তৌবা য়াবা মাগা চুনবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনাবু তৌবনা মতিক চাবনি। মদুবু তৌহনগে হায়বগীদমক্তা মদুবু থাগত্তুনা অর্জ্জুনগী ৱাহংগী পাউখুম ওইনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা অসুম্না হায়বিরি মদুদি শ্রীভগবানগী রূপ অদুদা কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মপূক্নীং লোঙদবমখৈ চেৎনা থিংজিঞ্জরবা অমসুং অতৎ-অখম লৈতনা নুংশিনা ইবুংঙো মহাকপু পেন্ননবা ঈড়াচ্চরবা অদুগা অয়ৌবিদা থাজরবা, অদু ওইরবদি, মহাক মপুং ফাবা যোগী অমা ওইরে। মসিগী লাইনীং অসি অভ্যাস তৌবা মতমদা মওঙ নাইনা লৈরিবা পোৎশক অদুমক্তদা পূক্নীং অদু তুংদুনা লৈরে হায়বসি থোক্লবা চ্যেকশিন্না য়েংগনি। পোৎশক অদুগী মনুংদা ঈশ্বরবু উগদবনি, ঈশ্বরবু পোৎশক্কু ওইহনগদবা নত্তে। পোৎশক অদুবু মদুনা লেপ্পমক ওইরিবা লাইশক অদুনা মনুংদগী মপান ফাওরক্তুনা শক্তম লাংলিবা লাই ওইনা শক্তম লাক্কনি। গুণ অমসুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবানগী ধ্যান চুম্না অমসুং তোইনা অভ্যাস তৌরবা মতুংদা গুণ অমসুং মওঙ লৈতবা শ্রীভগবানগী অরায়বা নত্তবা ধ্যান অদু তৌবা ঙম্লকই। অকোনবগী জ্ঞান-যোগ অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি, অদুবু জ্ঞান-যোগগী মতিক ওইদবা মীগীদমক্তদি মদু মতিক-মপা নত্তে হায়না তৌদবনা হেন্না ফৈ হায়না শ্রীভগবাননা তাকপীরি।

গুণ অমসুং মওঙ লৈদুনা অসুম-মওইরে হায়বা ঙম্বা নত্তবা, অমাঙ-অতা লৈতবা, ৱাখলনা লাম্বা ফংদবা, মফম পুম্নমক্তা শীম্লুংনা লৈবা, তাইবংপান অসিগী তুংনফম ওইবা, লেঙদবা অমসুং ওইরিবা অদুতা অদুম ওইদুনতা লৈরবা শক-উদবা পরমেশ্বর ভগবান

মহাকপু পূজা তৌবা হায়বসি অরায়বা থবক অমা নত্তে। মসি মী খুদিংমক্কা তৌবা ঙমদে, জ্ঞানীশিংদনা মসি তৌবা ঙম্মী। গুণ অমসুং মওঙ লৈতবা অশেংবা জ্ঞানগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী নত্রগা ঈশ্বরগী উপাসনা তৌদুনা ধ্যান তৌরিবা জ্ঞানী অদুনা কৈবল্য মোক্ষ ফংই। পরমেশ্বর ভগবাননা অবতার ওইনা অনেম্বা মালেমসিদা মতম মতমগী ওইনা কুমথবিরকপা মতমদা ইবুংঙো মহাক্কা সগুণ অমসুং সাকার ওইরবতনি। অশেংবা জ্ঞানগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি মখোয় অনীসি অমতনি, মরমদি ঈশ্বর অনী শুবা হৌনদে। অদুগা অমুকসু শ্রীমদ্ভগবদ পুরাণদা অসুম্না হায়রিঃ "পূম্নমকসি বসুদেবনি, অনীগুবা পোৎ অমা লৈতে।"

হকচাঙনা হকচাঙগী মপু ওইরিবা "ঐ" গী লাইশঙনি। "ঐ" হায়বা অসি ব্রহ্মনি, ঈশ্বরনি। ব্রহ্ম অমসুং "ঐ" হায়বা অনীসিদা খেন্নদবা উবদু জ্ঞাননি। থৱায়-পানবা খুদিংমক্তা লৈরিবা আত্মাদু "ঐ" নি। মীওইবনা মপোক কয়ারক পোক্লবগী তুংদা "ঐ" মশক খঙলক্তুনা মপূংফাবা জ্ঞান ফংলকই। অদুদগীদি মহাক্না ঈশ্বরদা মশানা মশাবু কখোকচরকই। কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরবু ফংগে হায়রবদি মানা ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা ফাজিন্দুনা লাকশিল্লগা থম্বা তাই, মতম লৈবা খিবিক্তা মপূক্লীংদুবু অৱাবদা ওইরো নুংঙাইবদা ওইরো খল মান্নন থম্বা তাই অদুগা জীব পূম্নমক্কী য়াইফনবা থবকশিং তৌবদা মশাবু শীজন্নবা তাই। পূক্লীংবু লাকশিন্দুনা লৈতানা থম্বা ঙম্লবা মহাক অদুদি ইন্দ্রিয়শিংবু অমুক হন্না খুদুম-চন্নবা কন্না হোৎনরুবগী দরকার লৈত্রে; মখোয় মশা মশানা অদুম খুদুম-চঞ্জরক্লে। অপাম্বা অমসুং পামদবা হায়বা তুম্মা অসি লৈত্রবা পূক্লীং অদু নিংথিনা লৈতারবনি। তুম্মা অসিনা মীওইববু অতোপ্পগী মাঙননবা খলহল্লি। আত্মজ্ঞানগী শক্তিনা অপাম্বা অমসুং পামদবা নত্রগা নুংশিবা অমসুং য়েংথীবা হায়বা ঈচেল অনী অসিবু মাঙহন্লবদা যোগী অমনা অতোপ্পগী য়াইফনবা ৱাখলদা পূক্লীং লূপ্লকই। জীব পূম্নমক্কী সেবা তৌজরগতা মহাক্না পেঞ্জবা ওইরকই। মরম অদুনা মহাক্না মালেমগী য়াইফনবা তত্তুনা থবক তৌরকই। মহাক্না আত্মা মশক খঙলক্তুনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অখাকপা লৈতনা পূম্নমক্কী চঙজফম পীরকই। পরমাত্মাদি মফম খুদিংমক্তা লৈ হায়বা জ্ঞানগী মীৎয়েং অসিদা য়েংলকপা মতমদা মহাক্না মীগা শাগা নত্রগা তীন-কাঙগা খেন্নবা উরক্তে, আত্মাতবু উরক্লে অদুগা মপাম্বোংগী তুংকোইদবা হকচাঙদুবু উরব্রে। থাক অসি য়ৌরকপদদি মহাক ব্রহ্ম মশক খঙলক্তুনা ব্রহ্মবু ফংজরে, অদুগা ব্রহ্ম মশামক্কা অমতা

ওইসিন্নদুনা মহাক ব্রহ্ম ওইরক্রে।

নির্গুণ উপাসনা অমদি সগুণ উপাসনা কৌবা লাই মরাৎ মখল অনী লৈরিবসিদা নির্গুণ ওইবা "ফোঙদোক্তবা" অদুদা মপুক্লীং থম্লিবা মখোয়শিং অদুগী খুৎৱানা "ফোঙদোক্তুনা মশক মগুণ নাইনা লৈরবা সগুণ সাকার" ভগবানদা মপুক্লীং থম্লিবা মখোয়শিং অদুগী খুৎৱাদগী য়াম্না হেল্লি। "ফোঙদোক্তবা" ওইবা পম্বুং অদু য়ৌনবা চৎপদি হকচাঙ-নাইবশিংগীদমক্তদি য়াম্না ৱানা থোকই। "ফোঙদোক্তবা" অদুবু খঙগে হোৎনরিবা মী অদুবু জ্ঞান-যোগী কৌই অদুগা "ফোঙদোক্তুনা" লৈরবা সগুণ সাকার ভগবানবু ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌরিবা মীবু ভক্তি-যোগী কৌই। মখোয় অনীমক্কী পম্বুংফমদি অম্মানি। পম্বুংফম অম্মা ওইজরবসু জ্ঞান-যোগগী লম্বী চৎপনা ভক্তি-যোগগী লম্বী চৎপদগী য়াম্না হেন্না ৱানঙাই ওই। অদুগা গুণ অমসুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবানবু ফংগে তান্নরিবা মীদুসু মাগী ইন্দ্রিয়শিং অমসুং পুক্লীং ফাজিন্দুনা ইবুংঙো মহাক্কী পেন্নবা নিষ্কাম কর্ম্মনচিংবা কয়া তৌবা তাই। মসি তৌবসিসু অরায়বা থবক অমা নত্তে।

নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদি "ঐ ব্রহ্মনি" হায়না ধ্যান তৌবা তারকই নত্রগা হকচাঙবু "ঐ" নি হায়না শেরান্নরা নাপল তৌবা অদু থাদোকপা তারকই। নাপল অদু থাদোকপদি আত্মাবু নিংথিনা খঙদুনা পুক্লীংবু লৈতানা লৈহল্লগা মতম লৈবা খিবিক্তা হন্না হন্না বুদ্ধি তানা হোৎনরবতদা ঙমগদবনি। মরম অদুনা ইন্দ্রিয়শিংগী ৱাংমদা লৈবা নিরাকার ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবা হায়বসি কলি যুগকী মীশিংগীদমক্তদি য়াম্না ৱানা থোকই। সাকার ভগবানবু নীংজবা ভক্তশিংনসু ইবুংঙো মহাকপু ফংবা য়াবনিনা সাকার উপাসনানা হৌজিক মতমগী মীশিংগীদমক্তদি যুৎ চানে। ভক্ত অমগী মতিক-চাবা অমসুং মানা পামজবা থাজবগী মতুংইন্না পুম্নমক্কী ওইবা য়াবা সাকার উপাসনা হায়বা অসিনা নিরাকার উপাসনাদগী খুদোংচাবা হেল্লি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনসু তাকপীরি। অতৈ করি-করা অমতা খল্লুদনা মখোয় মখোয়গী থবক পুম্নমকপু শ্রীভগবানগী মফমদা কথোক্তুনা ইবুংঙো মাগী পেন্নবতা তৌদুনা লৈরিবা, ইবুংঙো মহাকপু অখোইবা পম্বুংফম অমা ওইনা লৌরিবা, পুক্লীং অনী লোঙদবা ভক্তি-যোগনা ইবুংঙো মহাক্তবু ফংলগা লোয়রে হায়না লৌরিবা, অতৎ-অখম নাইদমখৈ ইবুংঙো মহাক্তবু খল্লগা লাৎলিবা অমসুং ইবুংঙো মঙোনখক্তদা মপুক্লীং লুপশিল্লিবা ভক্তশিং অদুদি সংসারগী ৱাখল থাদোকপগী জ্ঞান লাক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লি। মখোয়না শ্রীভগবানরোমদা তপ্না খজিক্তংবু

চঙশিনবা হৌরকপদা শ্রীভগবানদি মখোয়রোমদা চেন্দুম চেনশিল্লকই। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজরক্লবা মখোয়গুম্বা ভক্তশিংবু ইবুংঙো মহাক্না হিরোই ওইদুনা শিবা অমসুং পোকপগা য়াওন্নরবা তাইবং সংসারগী ঈপাক্লুদগী থীন্দনমক লাপ্লোকহনবী।

ভক্তশিংদি সংসারগী ৱাখলগা মরী লৈনফম থোক্তে। মরম অদুনা ভক্তশিংনা মখোয়গী পূক্নীং অমসুং বুদ্ধিবু তাইবং-সাংসারগী পোৎ-চৈশিংদগী চিংথোক্লগা শ্রীভগবানগী মূর্ত্তিদা লেঙদনা থম্বা ঙমনবা হোৎনৈ। মাঙদা থম্লিবা মূর্ত্তিদুবু মখোয়গী থম্মোয়দা পুশিল্লক্লুনা লেঙদনা থম্নগা মীৎ উইশিন্দুনা ইবুংঙো মহাকপু নীংগনি। মদুদা শ্রীভগবানগী ৱাখল নত্তনা অতোপ্পা ৱাখল অমতা লাক্লবদি মদুবু ধ্যান কৌবা য়ারে। পূক্নীংদবু সংসারগী ৱাখল লৈহন্দ্রবদি মদুনা শ্রীভগবান ফংনবগী অথোইবা উপায় অমা ওইরকই। কনাগুম্বা অমনা মপূক্নীংবু শ্রীভগবানদা লেঙদনা থমদুনা ধ্যান তৌবা ঙমদ্রবসু শ্রীভগবাননা মাগীদমক্তা অতোপ্পা উপায় অমা অসুম্না তাকপীরিঃ "ঐঙোন্দা পূক্নীং লেঙদনা থমদুনা ধ্যান তৌবা ঙমদ্রব্দ, ভক্তি-যোগগী নিয়মদু অভ্যাস তৌ, অদুগা ঐবু ফংনবা থিউ।" ভক্তি-যোগ অভ্যাস তৌরবদি ইন্দ্রিয়শিংসি শেংদোরক্লুনা ভগবান ইবুংঙো মহাক্কা নকশিন্নবা য়ারকই। অদুগী মতুংদদি মশানা মশাবু আত্মানি হায়না শক-তাকচরকই। ভক্তি-যোগ অভ্যাস তৌবসিসু সংসারগী থবকশিংদা পূক্নীং চঙলিবা মীওইশিংগীদমক্তদি য়াম্না লুনা থোকই। মসি অভ্যাস তৌবদা মখল মখাগী পান্দম ফংগে হায়না তান্নরোইদবনি। মসিগা পরমেশ্বর ভগবানখক্তগা মরী লৈনগদবনি। মীওইবগী অপাম্বদি করিগু লৈত্রবা মতম খরগীতা ওইবা পোৎশিংদা মহৌশানা ফাজিন্দুনা লৈ অদুগা মরম অদুনা মদুনা মীওইববু থক-খা-ওনবা অৱাবশিংদা চিংশিল্লি। মানা মতম খরদংবু ওইরবসু শ্রীভগবানদা ধ্যান তৌজগে খঞ্জদুনা শেম-শাজরবফাওবদা মপাম্লোংগী ওইবা সংসারগী ৱাখলনা ফুজল্লক্লুনা মানা ধ্যান তৌবা ঙমদে। অদুবু মানা যোগ অদু অভ্যাস তৌবদা অকায়বা নত্রগা অপনবা কয়া থোরক্লবসু, মানা মাগী পূক্নীংবু শ্রীভগবানদা লেঙদনা থম্বা ঙম্নবা তত্তনা হন্না হন্না হোৎনদুনা লৈবা তাই। অদুদগীদি মহাক্না তপ্না তপ্না ধ্যান তৌবা অসুম ঙম্নক্কনি।

ভক্তি-যোগগী নিয়মশিংবু অভ্যাস তৌবা ফাওবা কনাগুম্বা অমনা ঙমদ্রবদি মানা শ্রীভগবানবু পেলহন্নবগীদমক্তা তৌগে হায়না নীংবা থবকশিংদা পূক্নীং-চঙনা তৌবা তাই, অদুদগীদি মহাক্না মোক্ষগী মশক ওইবা সিদ্ধিদু ফংগনি। মসিফাওবদা মানা তৌবা

ঙমদ্রবদি, অদুদগীদি মানা শ্রীভগবানদা মানা তৌরুবা থবক পূন্নমক্কী মহৈংশিংদু লৌররোই হায়না কখোকপা তাই। মসিনা খ্বাইদগী লায়বা লম্বীনি। কর্ম্ম ফল থাদোকপনা মাগী পূকচেল অদু তপ্না তপ্না অসুম শেংদোরক্লুনা মমৈথংদা মানা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙম্নক্কনি। মসিনা শ্রীভগবানবু ফংননবগী অরোইবা উপায়নি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপী। মরম অসিনা থবক্কী মহৈং থাদোকপা হায়বসিবু থাগত্নুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়রিঃ "অভ্যাস তৌবদগী তশেংনা হেন্না ফরিবদি আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞাননি, অদুগা অদুমওইনমক, জ্ঞানদগী অমুক হেন্না ফবদি আত্মতত্ত্বদুবু শংশঙনা খঙগে হায়দুনা হীরী-কোনবনি (ধ্যান তৌবনি); অদুগা পূক্নীং শেংদনা তৌরিবা ধ্যানদগী হেন্নমুক ফবদি মশানা তৌবা থবক্কী মহৈংবু থাদোকপনি, মরমদি থাদোকপসিনা থাদোক্লিবা কনাগুম্বা মীশক্লুগী মপূক্নীংদু শেংহল্লি অদুগা মানা লেপ্নমক পূক্নীংগী শান্তি ফংই।" মসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মমল য়াম্নবা পাউতাক অমনি। পূক্নীংদা শান্তি লৈত্রবদি জ্ঞান ফংবা শুকওই ওইথোক্তে। কর্ম্ম ফল থাদোক্লগা জ্ঞান ফংবা ঙম্মী, জ্ঞান ফংলবা মতুংদা ধ্যান তৌবা য়ারকই, অদুগা ধ্যান তৌর-তৌরগা মমৈথংদা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙমজৈ। মরম অদুনা কনাগুম্বনা অরোইবা পম্বুংফম অদু য়ৌবা ঙম্নবগীদমক্তা কর্ম্মফল থাদোকপদগী জ্ঞানদা, জ্ঞানদগী ধ্যানদা অদুগা ধ্যানদগী ভগবান পরমেশ্বরদা মথং মথং কাখৎলকপনা হেন্না ফগনি।

অশেংবা ভক্ত অমনা থব্বায়-পানবা অমতবু য়েংথী-তুক্কচবা তৌদে, পূন্নমক্কী মফমদা নুংশিনা মরূপকী লীচৎ চৎলি, "ঐহাক" নত্রগা "ঐহাক্কী" হায়বা ৱাখল লৈতে, নাপলগী ৱাখলসু লৈতে, অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীমক্তা অদুগী অদু মঙায়না ফীভম অমতদা লৈ, অৱা-অনা তারবশিংবু থৌজালবি মরমদি মখোয়না ৱারিবদো মা মশানা ৱাবনি হায়না ফাওই, অরানবা তৌবশিংবু ঙাকপী, পূক্নীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দুনা নত্তবা লম্বীদা চৎখিদনবা থম্মী, পূক্নীং-চপ-যুংনা ভক্তি-যোগদা মায়-ওস্সল্লি অদুগা মপূক্নীং অমসুং মবুদ্ধিবু শ্রীভগবানগী মফমদা কখোকই। অসিগুম্বা ভক্ত অমা ওইবা মহাক অদু ইবুংঙো মহাক্কী নুংশিরবা ভক্তনি। মহাক্কী পূক্নীংদি অকবা অমসুং ফত্তবা ফীভম অনীমক্তা লাঙতক্নরুদে। মহাক্না কনাবুসু কলক-মিহৌরুদে। মহাক্না জীব পূন্নমক্তা ঈশ্বরবু উই, অদুগা মফম পূন্নমক্তসু মানা ঈশ্বরবু উই। মসিগী মরমনা মহাক্না পূন্নমক্তা মান্নবা মীৎয়েং য়েংই, অদুগা পূন্নমকপু মহাক্না নুংশি।

অসিগুম্বা মীশক অসিগী ৰাহৈনা নত্রগা ৰাখলনা নত্রগা থবক্না কনাবুসু অৱাবা পীরুদে অদুগা অমরোমদা অমুক কনাগী ৰাহৈনা নত্রগা ৰাখলনা নত্রগা থবক্না মহাকপুসু অৱাবা পীবা ঙমদে। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা লাপ্লরবদা মহাক্না মতিক-চানা লম্মন খুম্বা ঙম্লবফাওবদসু মানা থক লম্মন খুম্মুদে। লম্মন খুম্বগী মহুত্তা মানা অরানবা মীদুবু য়াম্না নুংশি হৈনা ঙাকপী। অশেংবা ভক্ত অমগী মফমদদি য়েক্লবা অমতা লৈফম থোক্তে, অদুগা মহাক্না মানদি য়েক্লবনি খন্দ্রবা মাগী য়েক্লববু লম্মন-খুমগে হায়নসু খনফম থোক্তে। মহাক্কী হৌখিবা পাপকী ফল ওইনা তৌরিবনি হায়না খন্দোক্লুনা মহাক্না মাগী য়েক্লবদুগী ৰাখলদগী নত্রগা ৰাহৈদগী নত্রগা থবক্তগী লাকপা অৱাবা অদু নিংথিনা খাঙই। ভক্ত অমনা অৱাবা অমা ফংবা মতমদা মানা ফংলিবা অৱাবা অদু শ্রীভগবানগী থৌজালদগী ফংলিবা খুদোংচাবা অমনি হায়না লৌই। মহাক্না খল্লিঃ "ঐগী হৌখিবা পাপকী ফল ওইনা ঐনা হৌজিক ৰারিবসিদগী হেন্না ৰাফম থোকপনি, অদুবু শ্রীভগবানগী থৌজালদগী ঐনা ফংফম থোকপা দণ্ডি পূম্বা ফংদ্রবনি; ঐনা অৱাবা খজিক্তমক ফংলগা তোক্লবনি। অদুগা অমরোমদা অমুক ঐনা মসিগী অৱাবা অসি মায়পাকনা থেংনবা ঙম্লবদি ঐনা শোয়দনমক অরান-খূভম ফংবগী খুদোংচাবা অদু ফংগনি।" মরম অসিদগী মঙোন্দা অৱাবা য়াম্না তোয়না লাক্লবসু মহাক পাখৎপীদে, পাখৎপগী মহুত্তা অৱাবদু য়াম্না ঈংনা খাঙদোক্লুনা পেন্না লৈথোকই। থোক্লক-থোক্লককপা থৌদোক খুদিংমক্তা শ্রীভগবানগী থৌজালনা মাগী ফনবগীদমক্তা মদু থোকহল্লকপনি হায়দুনা মহাক্না পেন্থোক্লুনা অদুম লৈথোকই। অসিগুম্বা মপূংফাবা ফীভম অসিদদি অশেংবা ভক্তনতা য়ৌবা ঙমই অদুগা মরম অদুদগী মহাকপু শ্রীভগবাননা য়াম্না চান্না লৌই।

অশেংবা ভক্ত অমগী অতোপ্পা মগুণ খরমুক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মখা তানা হায়রি। মপূক্লীংগী অঈংববু অতোপ্পনা থুগায়দুনা খোয়রাং-খোয়শাউহনবা ঙমদবা, অদুগা মাগা মায়য়োক্লবদা অতোপ্পা মীশিংনা শান্তি ফংজবা মহাক্তু অশেংবা ভক্ত অমনি। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব পূম্নমকপু মশাগুম্না খল্লবা ভক্ত অদুনা কনাবু অমুক কিরুগনি? অহিংসাদা মপূংফারবা মী অদুদা কনানসু হিংসা তৌজরুবা ঙম্বা হৌনদে। খূৎলায় অমতা য়াওদনা জঙ্গলদা লাইনীংদুনা লৈরিবা ভক্ত অদুবু শাথীরবা শা-কৈনচিংবনা শোক্তে, মরমদি মহাক্না খূৎলায় ওইনা পায়রিবা "জীব-পূম্নমকপু-নুংশিবা" হায়বা পূকচেল অদুনা শাথীরবা শাশিংদুবু জয় তৌবা ঙমই। ঈশ্বরগী মশক ওইবা "নুংশিবা" হায়বা অদুগী

মমাংদা তেরোইদবা কনা অমতা লৈতে। অশেংবা ভক্ত অমনা জীব অমবু ৱাখলনা নত্রগা ৱাহৈনা নত্রগা থবক্না ৱাহনবা, খোয়রাঙহনবা, কিহনবা অমসুং পেলহন্দবা তৌদে। ভক্তদি জীব পূম্নমকপু মশামক্কি খন্দুনা নুংশিবা মরমনা মহাক্না মখোয়গী পুক্নীং লাঙতক্নহনগদৌবা থবক অমতা তৌদে। অদুগা কনাগুম্বা অমনা মহাকপু খোয়রাঙহন্নবা হোৎনরবসু মহাক করিমতা নাচুংবিদে, মহৌশাগী মহৌশা অদুম হান্নগী ফীভমদা লেঙদনা লৈবা ঙমই। শ্রীভগবাননা য়াম্না নুংশিবা ভক্ত অমনা মানা পাম্বা পোৎ অদু ফংলগা থোইনা হরাউ-মথোই কাবা, অতোপ্পগী চাওখৎপা উরগা খাঙঙমদবা নত্রগা কল্লকপা, অচীকপদা শা-কৈন্নচিংবগুম্বা শার্থীরবশিং উরগা কিবা অমসুং মী লৈতবা মফমদা লৈগনি নত্রগা চৎকনি হায়বনচিংবা খন্দুনা পাখৎপা পোক্তে।

অদু-অদা ওইগে অমসুং মাল-চাংনচিংবা পোৎশিং মরন্নাইগী ওইনা ফংগে হায়না নীংজদ্রবা নত্রগা মশাগী অপাম্বগীদমক ৱাদ্রবা, পুক্নীং অমসুং হকচাঙ শেংনা লৈরবা, পুক্নীগী থবক পূন্নমক করিগীদমক তৌগদৌরিবনো হায়বা পোরমদু খঙনা হৈশিংলবা, কিগন্দ্রবা, মীচঙ-মীখায় নাইদ্রবা, অতোপ্পনা পীবা অৱা-অনাবু অৱা-অনানি হায়না খন্দ্রবা, ঈশ্বরগীদমক থবক তৌরবা নত্রগা ফল পামদুনা মশাগীদমক থবক অমতা তৌদ্রবা মী অদুদি ঈশ্বরগী মতিক-চারবা ভক্ত অমা ওইরবনি। মহাক মতম চুপ্পদা হরাও-নুংঙাইনা লৈ। মহাক্না লন্নাই ওইবা থবক অমতা তৌদে। মহাক্কী অনীংবদি শ্রীভগবানগী ওইবা অচৌবা অনীংবদা তিঙ্গিনখ্রবনি। মাগী লাইগী ওইবা অনীংবা অদুনা মাবু লাইগী ওইবা থবক তৌহল্লি। মহাক্না মহাক মশাগীদমক্তদি থবক অমতা তৌদে, থবক পূন্নমক ঈশ্বরদা কখোকই। মহাক্নুম্বা অশেংবা ভক্ত ওইরবা মী অমনা সংসারগী ওইবা অপাম্বা পোৎশিংবু ফংনীংলুদে অদুগা মখোয়দুবু ফংদে হায়বগীদমক্তসু ৱারুদে। মতৌ অসুন্না মহাক্না পামজনা থমজবা পোৎ অমা মাঙখ্রবসু, মহাক থৱায় ৱাবা তৌদে অদুগা নুংশিবা কায়নরবসু মহাক পুক্নীং শোকপা তৌদে। অসিগুম্বা মীতা অসিদি ঈশ্বরনা য়াম্না চাম্লবনি।

য়েক্নবা অমসুং মরূপ হায়বা থিদনা পুক্নীং ঈহুল চপ-মান্ননা থম্লবা অমসুং অসুম্না চোপ্পা অমসুং লেম্বদসু চপ মান্ননা লৈদুনা ফীভম কায়দ্রবা, অঈং-অশা অমসুং অৱা-নুংঙাই হায়দুনা তুম্মা তুম্মা লৈরিবশিং অসিদা চপ মান্নবা চাংচৎ অমতদা লৈরবা, অপাম-মিহৌগী ফানয়াই-পুন্নয়াইনা পুল্লম্বদগী নাম্থোক্রবা, থাগৎলবসু হরাওবিদ্রবা অদুগা নিন্দা তৌদুনা চৈরবসু শাউবিদ্রবা (মিংচৎ-ফজবা অমসুং মিংচৎ-ধীবদা অমতা ওইনা মান্ননা

খল্লবা), ৱারেম ঙাঙদনা তুমিন্না লৈবা হৈরবা, অরৈবা অদুতদা নত্রগা অফংবা অদুতদা ইপেন্দা পেন্দুনা লৈরবা, মফম অমদা অরেপ্পা ময়ুম ওইনা খন্দনা লৈরু-লৈরুবা মালেমসিগী মফম মফমদুদা পেস্থোকপা ঙম্লবা, খ্বাইদগী অথোইবা আত্মতত্ত্ববু নিংথিনা খঙদুনা মদুদা পূর্ক্লীং অমসুং বুদ্ধি লৈতানা লৈরবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা ভক্তিনা পীকথল্লবা মী অদুদি শ্রীভগবাননা চানবীবা অথোইবা ভক্ত অমনি। ভক্ত অমনা মাগী হিংননবগীদমক্তা করি অমতা ৱানীংঙাই লৈতে, মরমদি শ্রীভগবাননা মাগী ভক্তবু অসুক্কী মতিক নুংশিবী মদুদি ইবুংঙো মানা মাগী ভক্তগীদমক পোৎলুম পুম্বা পুবি। মথক্তা শন্দোক্লা তাকখ্রবা শিবা নাইদবা মোক্ষপদবীবু ফংহনবা ঙম্বা শ্রীভগবানগী অমৃতগী মশক ওইবা শিদবা ধর্ম্মগী সাধনাশিং অসিবু চোকশিন্না অভ্যাস তৌরগা অমদি ইবুংঙো মহাকপু মখোয়গী অথোইবা লমথুংফম ওইনা লৌরগা অমাঙ-অতা লৈত্রবা ভক্তি-যোগগী লম্বী অসিবু অচেৎপা থাজবা অমসুং থৌনাগা লোয়ননা চৎলিবা ভক্তশিং অদু শ্রীভগবানগী মফমদদি খম-থেংনা নুংশি-চান্ননা থোকই। মরম অদুনা কন্নাগুম্বনা শ্রীভগবানগী মতিক চাবা ভক্ত অমা ওইগে হায়রবদি ইবুংঙো মহাক্না হায়বিরিবা ফীভম অসি য়ৌবা ঙম্লবা হোৎনগদবনি।

# তাঙ্কক তরাহুমদোই

**তরাহুমদোইশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিংদি "ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ" হায়বদি ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ খায়দোকপা যোগ কৌই। তাঙ্কক অসিদদি হকচাঙ নত্রগা ক্ষেত্র অমসুং আত্মা নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগী ৱাফম অদু নৈনৈ। অমরোমদা হায়রগনা তাঙ্কক অসিদা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ হায়বা অনীসিগী খেন্নবদু তাক্লি অদুগা আত্মা অমসুং ব্রহ্ম অমতনি হায়রি। তাঙ্ককসিদগী তরানীপানশুবা গীতাগী অরোইবা তাঙ্কক ফাওবদা তাঙ্কক তরাক লৈ। তাঙ্কক তরুকসিনা শাবা অহুমশুবা অমদি অরোইবা শরাক অসিদদি জ্ঞান যোগবু নৈনরি। মসিদা আত্মাগা ব্রহ্মগা অক্ষানি, অশেংবা মশকশিংসিদা খেন্নবা লৈতে, জীবগা প্রকৃতিগা করম্না মরী লৈনৈ অদুগা কনাগুম্বনা কর্ম্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞান যোগশিং সাধন তৌরগা শ্রীভগবাননা মাবু করম্না লানবী হায়বনচিংবগী তত্ত্বজ্ঞান অদু তাক্লি। জীব অমসুং প্রকৃতি হায়বা অনী অসি পরমেশ্বর ভগবানদগী হৌরকপনি। প্রকৃতিবু মায়া-শক্তি হায়নসু কৌই। মৈদগী মৈখু থোরকই। মৈবু মৈখুনা খুমজিনখিদুনা উদবগুম মায়াশক্তি অসি ঈশ্বরদগী থোরক্লবসু মদুনা জীববু শুক্ষৎখিদুনা ঐখোয় পুন্নমক্লা পরমাত্মাগী মশক ওইবা ঈশ্বরগী অশেংবা মশক অদু উবা ঙমদে অদুগা আত্মানা অসিনি আত্মা-নত্তবনা অসিনি হায়বদুসু ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদে; মদুনা ঐখোয়বু হকচাঙগা আত্মাগা অমতা ওইরবোই নীংহল্লি। মতৌ অসুম্না ওন্ন-তৈননা খলহল্লিবা শেরাননবা ৱাখল অসিবু

কোকহন্নবগীদমক্তা আত্মজ্ঞানবু ফংবা ঙম্নবা সাধক অমনা হোৎনফম থোকই।

তাঙ্কক অসিগী অহৌবমক্তদা অর্জুননা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ, ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অদুগা জ্ঞান অমসুং জ্ঞান ওইনঙাই ওইবশিংদুগী মরমদা খঙজনীংই হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হঙ্গচৈ। মদুদা শ্রীভগবাননা হকচাঙদি ক্ষেত্রনি, লৌবুক্তি অদুগা মহৈং চাবদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা খঙলিবা ক্ষেত্রগী মপু ওইনা লৈরিবা জীবাত্মানা ক্ষেত্রজ্ঞনি নত্রগা পুরুষনি হায়না তাকপী। জীবশিংগী হকচাঙশিংসি তোঙান-তোঙাল্লি, অদুবু সাক্ষি ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদি অমতনি। তোঙান-তোঙানবা জীবাত্মাশিংনা তোঙান-তোঙানবা হকচাঙশিংদা লৈ অদুগা সংসারগী অৱা-নুংঙাইগী মহৈং মখল-মথেল চাই। অদুবু পরমাত্মাদি মফম পুম্নমক্তা শীন-থুংনা অমতা ওইনা লৈ, মতম পুম্বগী ওইনা নীংতম্মী অদুগা সংসারগী অৱা-নুংঙাইনা শোকপা ঙমদে। জীবাত্মানা অমতা ওইনা জীবশিংগী হকচাঙশিংদা লৈবা ওইরম্নবদি জীব-পানবা পুম্নমকসি মতম অমতদা নুংঙাইবা মতমদা লোয়নমক নুংঙাইমিন্নরমগনি অদুগা অৱাবা মতমদনা লোয়নমক ৱামিন্নরমগনি। মদুদি নত্তবনিনা, কনাগুম্বা অমনা ৱাবা মতমদা অতোপ্পা অমনা নুংঙাই অদুগা কনাগুম্বা অমনা নুংঙাইবা মতমদনা অতোপ্পা অমদুনা ৱাই। মরম অদুনা জীবাত্মাশিংসি তোঙান-তোঙাল্লি। তৌইগুম্বসুং হৌরকফম অমসুং তিন্নফমদি অমতনি। মরমগা ফলগা অমতনি। জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা মরূদদি অমতনি। পোৎ অমতনা তোঙান-তোঙানবা মতমদা অমদি মফমদা তোঙান-তোঙান্না ওইবনি। মশক, মওঙ, মমিংনচিংবা মান্নদবা কোল্লীক কয়ামরুমদা ঈশিং হৈজল্লগা নুমিৎকী মমি তাহল্লবদি কোল্লীক মশীঙগী মতুংইন্না নুমিৎকী মমিশিংদু য়ান্না লৈগনি অদুগা ঈশিংনা লেঙবা মতমদা নুমিৎকী মমিশিংদু শোয়দনা লেঙগনি। অদুম অদুম ওইনমক নুমিৎতি লেঙদে, অমতনি। অদুম হায়না জীব-পানবা হকচাঙ খুদিংদা জীবাত্মা অমমম্ ওইনা পরমাত্মাদগী থোরক্লুনা লৈ। মান্নদবশিংগী মনুংদা লৈরিবা মান্নবা অদু খঙলবদা কনাগুম্বা অমনা মশক, মওঙ অমসুং মমিংনচিংবা খেন্নজরবসু "অমতা ওইনা লৈরিবা" অসিবু "ময়ামনি" হায়না শেরান্ননা থাজরম্বদু কোকখিগনি।

সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম অসিনা মখল মখাগী ওহ্োক-ওল্সিন, পুহ্োক-পূল্সিল অমসুং হোংদোক-হোংজিল ময়াম অমা অতৎপা লৈতনা পাঙথোক্লুনা লৈবা মতৌ অমদা লৈ। গুণ অহুম অসি প্রকৃতিদগী পোকপনি অমসুং প্রকৃতিগী গুণশিংনি। মরম

অদুনা প্রকৃতি অসি অহোংবশিংগী মখা পোল্লি। অদুবু আত্মা হায়বদুদি মগুণ লৈতবা মরম্না হোংদোক-হোংজিলগী মখা পোন্দে। হকচাঙ হায়বদু প্রকৃতিনি অদুগা হকচাঙদা নত্তনা বুদ্ধি অমসুং পূক্নীংসু প্রকৃতিনি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ, লৈবাক, পূক্নীং, বুদ্ধি অমসুং অহংকার হায়বা প্রকৃতিগী মখল-মথেল নীপাল অসি লৈশেম্বদা পুথোকখি। লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং আকাশ হায়বা পঞ্চভূত অসিগী মতৌ-মরাংশিং লৈ। মখোয় অদুদি শব্দ (খোঞ্জেল), স্পর্শ (শোকপদা খঙবা), রূপ (মওঙ), রস (মহাও) অমসুং গন্ধ (মনম) হায়বশিং অসিনি। লৈবাক্তী নত্রগা পৃথিবীদি মতৌ-মরাং মঙামক চেল্লি, মরম অদুনা মদুনা মখোয় মঙাগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না পৌই। মথং তারকপদা ঈশিংদি "মনম" চেন্দবা মরম্না মতৌ-মরাং মরিখক্তা লৈ; মৈনা রূপ, স্পর্শ, অমসুং শব্দ হায়বা মতৌ-মরাং অহুমখকসিদা লৈ; নুংশিৎনা স্পর্শ অমসুং শব্দ হায়বা মতৌ-মরাং অনীখকসিদা লৈ অদুগা আকাশনা "শব্দ" হায়বা মতৌ-মরাং অমখক্তুদা লৈ। মখোয়শিংসি অমনা অমদগী মতৌ-মরাং মথং মথং ব্রাংথরকপগী মতুংইন্না অসুম অসুম কূপথরকই অদুগা অরোইবদনা আকাশনা "শব্দ" হায়বা মতৌ-মরাং অদুখক্তা লৈবা মরম্না মদুনা মখোয় পূন্নমক্তগী খ্বাইদগী ইকূপ-কূপই। লৈবাক নত্রগা পৃথিবীদি খ্বাইদগী হেন্না পৌবা মরম্না লেঙদে, ঈশিংনা লৈবাক্তগী হেন্না কূপ্পা মরম্না মদুনা চেল্লি, মৈনা ঈশিংদগী হেন্না কূপ্পা মরম্না মদুনা থক্তা হাইগৎলি অদুগা নুংশিৎনা মৈদগী হেন্নমুক কূপ্পা মরম্না মদুনা মায়কৈ খুদিংমক্তা শীৎপা ঙমই। আকাশতি "শব্দ" হায়বা মতৌ-মরাং অদুমতং লৈ অদুগা মরম অদুদগী মদুদি খূৎনা শোকপা য়াবা মতৌ নত্রগা মওঙ নত্রগা মনম নত্রগা মহাও লৈতে। মরম অদুনা আকাশনা মখোয় মরিমক্তগী হেন্না কূপ্পা মরম্না মদুনা পাক-চাউনা শন্দুনা লৈ। পঞ্চভূতকী ব্রাংমদা লৈবা আত্মাদি অসিগুম্বা মতৌ-মরাংশিং অসি শুক্রে লৈতবা মরম্না মদুদি খ্বাইদগী কূপ্পবশিংদুদগী হেন্না কূপ্পবা কূপ্লেন কূপ্পনি। মরম অদুদগী মদুনা পূন্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবিরি। পোৎ অমবু অরূম্বা ওইহল্লিবসিসু মতৌ-মরাংশিং অদুননি। মতৌ-মরাং অমতা লৈতবা আত্মাদি নত্রগা পরমাত্মাদি নত্রগা পরমেশ্বর ভগবানদি অসিগুম্বা অরূম্বা লৈতে।

অপৌবা হকচাঙ অমসুং অকূপ্পা হকচাঙ হায়না লৈশেম্বদা পুথোক্লিবা অসিবু "অপরা-প্রকৃতি" হায়না কৌই। অদুগা মসিদগী তোঙানবা অতোপ্পা "পরা-প্রকৃতি" হায়না কৌবা অমা লৈরি। মদুদি কূপ্লেন কূপ্পনি। মরম অদুনা মদুদি পরমাত্মা হেক মশামক্তুনি,

পরমেশ্বর ভগবাননি। পরমেশ্বর ভগবানন্না অহানবদা অপৌবা খুৎশেমশিংদু শেম্মী অদুগা মতুংদা জীব ওইনা ইবুংঙো মহাক্না মদুদা চঙখি। অপরা-প্রকৃতিবু পরমেশ্বরগী স্বভাব ওইনা অদুগা পরা-প্রকৃতিবু ইবুংঙোগী স্বরূপ ওইনা লৌগনি। অনীসি প্রকৃতি অমসুং পুরুষকা চপ মান্নে। অপরা অমসুং পরা কৌবা প্রকৃতি অনী অদুবু মফম অসিদা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ হায়না কৌররে। ক্ষেত্রদি হকচাঙনি নত্রগা লৌবুক্নি; ক্ষেত্রজ্ঞদি আত্মানি অদুগা আত্মাসিমক পরমাত্মানি হায়না খঙলবা মতমদা কনাগুম্বা অমনা জ্ঞানী অমা ওইবা ঙম্লকই। পূম্নমকপু খঙবী-উবীবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্ত-মরূপ-মশেল অর্জ্জুনদা, মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা চিংনবা পুম্বা কোকহনখিনবা, মসিগী জ্ঞান যোগ অসি তম্বীখি। জ্ঞাননা কর্ম্মগীদি অরোইবা পম্থুংনি। জ্ঞান হায়বসিনা কনাগুম্বা অমদা আনন্দ পীবতা নত্তনা মশামকপু আনন্দগী য়ুম্ফম ওইহল্লকই।

হকচাঙ অসিবু লৌবুক নত্রগা "ক্ষেত্র" কৌই অদুগা মসিবু মশক খঙইবা অখঙবা মহাক অদুবু "ক্ষেত্রজ্ঞ" হায়না কৌই হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হেক্তা তাকপীবা হৌই। হকচাঙবু লৌবুক হায়না কৌরিবগী মরমদি জীবগীদমক হকচাঙনা কর্ম্মক্ষেত্রনি। লৌউবা মীনা লৌবুক্তা মখল মখাগী মরূশিং হুল্লগা মদুদগী মহৈংমরোং লোকই অদুগা চাই। মতৌ অসুম্না জীবাত্মানা লৌবুক্কী মশক ওইবা হকচাঙসিদা মখল-মখা অয়াম্বা অফ-ফত্ত থবকশিংগী মশক-ওইবা মরূশিং থারগা মদুদগী মহৈংমরোংগী মশক ওইনা থোরকপা অৱা-নুংঙাই মহৈংশিংবু চাই। ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচাঙসিগী মপু ওইনা লৈরিবা জীবাত্মাসি ক্ষেত্রজ্ঞনি। কনাগুম্বনা আত্মাগী অশেংবা মশক খঙলবদি মহাক্না মায়া-সংসারদগী নাম্থোক্লগা ব্রহ্মদা তিন্দুনা আনন্দ ওইনা লৈবা ঙমই।

ক্ষেত্র হায়বদু করিনো অমসুং মদু কমদৌই, মদুদগী হোংলকপা অহোংবশিংদুনা করি করিনো অদুগা মখোয় খুদিং কদায় কদায়দগী লাকই অদুগা মদুবু খঙইবা ক্ষেত্রজ্ঞদুনা কনানো অদুগা মাগী মতিক-ময়াইনা করম তৌই খঙননবা জ্ঞান অদুমক্না থাঙ্গৈশেংবা জ্ঞাননি। হকচাঙ খুদিংমক্তা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা হায়দুনা আত্মা অনী লৈ। পরমাত্মাদি পরমেশ্বর ভগবাননিনা জীব মখল পূম্নমক্কী তোঙান—তোঙানবা হকচাঙশিংদা অমতা ওইনা শীম্থুংনা লৈবিদুনা অসিগুম্বা হকচাঙশিং লোয়নমক্কী মরমদু খঙই। হকচাঙ জাৎ মখল মখলগী মপু মপু ওইবা জীবাত্মা মখল মখল লৈ। পরমাত্মাদি হকচাঙগী মপু নত্তে। কনাগুম্বা জীব অমনদি মশামক্কী হকচাঙবু খঙবা য়াই, অদুবু অতৈ অতোপ্পা হকচাঙগী

মরমদদি খঙবা ঙমদে। হকচাঙগী, জীবাত্মাগী অমসুং পরমাত্মাগী স্বরূপ খঙববুনি "জ্ঞান" হায়না বেদ শাস্ত্রনা হায়নরিবসি। আত্মা অমসুং পরমাত্মাবু অমতনি হায়রগা অমুকসু তোঙান-তোঙানবনি হায়না খঙববুসু "জ্ঞান" হায়না কৌনরি। কর্ম্মক্ষেত্র ওইরিবা তাইবংপানবা অসি প্রকৃতিনি অদুগা জীবনা পুরুষনি। প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনীসিগী অশীন-অরাঙদি পরমেশ্বর ভগবাননি। জীবাত্মাদি মায়া-সংসারনা পুনবা মরম্না সংসারীনি অদুগা পরমেশ্বর নত্রগা পরমাত্মাদি মায়াগী মপুনি অমসুং অসংসারীনি। অদু ওইরবদি মতৌ করম্না মায়াগী মখা পোনবা সংসারী ওইবা জীবাত্মাবু মায়াগী মপু ওইবা সংসারী নত্তবা পরমেশ্বরনি হায়না খঙগনি? জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা মরক্তা শুক্লৈ-লৈতনা অরৈবা ওইনা সেরান্ননা উবা মায়াগী পল অমা লৈ। পল অসিবু লাহোক্তুনা মায়াবু জয় তৌবা ঙম্লবদি মায়াদেবী মশামক্না পরমেশ্বর ভগবান অদুমক ওহোরক্তুনা জীবাত্মাবু খূৎ পায়দুনা চিংশিনবিরগা পরমাত্মাগী নত্রগা পরমেশ্বরগী স্বরূপ ফংহল্লি। অরা-অনা ফংবা হায়বা অসি ক্ষেত্রজ্ঞগী স্বধর্ম্ম নত্তে। মায়া-সাংসারগী পল অদু নাহোক্তুনা মুক্ত ওইরবা মতমদদি সংসারী ওইরম্বা ক্ষেত্রজ্ঞ অদু সংসারী ওইদবা পরমেশ্বর ভগবান অদুমক ওইরকই। ক্ষেত্রনে অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞনে অনী অসিবু খঙননবা জ্ঞান অদুমক্না অশেংবা জ্ঞাননি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবগী মহুৎ ওইরিবা অর্জ্জুনদা তাকপী।

বশিষ্ঠনচিংবা ঋষিশিংনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অশেংবা মশকপু মখল-মখা অয়াম্বা মওঙদা শাস্ত্রশিংদা শুগায়না হায়বিখ্রে, অদুগা তোপ্পা ঋগ বেদ, সাম বেদনচিংবগী বেদ-মন্ত্রশিংদা তোঙান-তোঙান খায়দোক্তুনা মখোয়দুবু তাক্লম্লে, অদুগা অমুকসু থোইদোক-হোন্দোক্না ব্রহ্ম লৈ খঙনবা তাকপা অমসুং ব্রহ্মগী ফোঙদোক্তবা মশক-মওঙবু তাকপা উপনিষৎশিংগী মন্ত্রশিংনসু তোঙান্না তাক্লম্লে। লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং আকাশ হায়বা পঞ্চভূত অসি অহংকারতত্বদগী পোক্লকই; অদুগা অহংকারতত্বসিদি বুদ্ধিগী মশক ওইবা মহৎতত্ত্বদগী পোক্লকই; মহৎতত্ত্বদি সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম্না তিন্দুনা ফোঙদোক্লিঙৈদা লৈবী প্রকৃতিদগী পোকপনি। প্রকৃতিসিমক্তি ঈশ্বরগী শক্তি ওইবা মায়ানি। মসিদি ঈশ্বরগী মখা পোন্দুনা লৈবনি অমসুং মতম পূম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজদুনা শক্তি ওইনা লৈজবনি।

মীৎ, নাকোঙ, নাতোন, লৈয়েঙ অমসুং উনশা হায়না লৈরিবা জ্ঞান-ইন্দ্রিয় মঙা, অদুগা থবক তৌননবা হায়দুনা লৈরিবা চীন, খোঙ, খূৎ, অমাংথোঙ অমসুং ঈশিং-থোঙ

মখোয় কর্ম্ম-ইন্দ্রিয় মঙা, অদুগা ইন্দ্রিয় তরাসিগী মথক্তা লৈবা নুং-গী ইন্দ্রিয় "পূক্নীং" হায়বসিগা পুল্লগা মখোয় ইন্দ্রিয় তরামাথোইসি মহাভূত মঙাদুদগী পোক্লকই। মতৌ অসুম্না প্রকৃতি, মহৎতত্ত্ব, অহংকার, মহাভূত মঙা অমসুং ইন্দ্রিয় তরামথোইসি পুল্লপ-পুন্সিল্লগা তরামাপল শুরে। মখোয়শিংদুগী মথক্তা মীৎনা য়েংননবা মওঙ নত্রগা শক, লৈনা তংননবা মহাও, নাতোন্না নম্ননবা মনম, নাকোঙনা তাননবা খোঞ্জেল অমসুং উনশানা শোক্লনবা শোক্লঙাই ওইবা ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা বিষয়সু লৈরি। ঙম্নমকসি পুন্সিল্লগা মশীঙ কুনমরি শুরে। মখোয় পুম্নমকসি ক্ষেত্রগী মনুং চল্লি। মরম অদুনা মখোয়বু নিংথিনা নৈনরবদি নৈনরিবা মীদুনা ক্ষেত্রবু ফজনা খঙবা ঙমগনি।

অদুগী তুংদা অপাম্বা, পামদবা, নুংঙাইবা, অৱাবা হায়বা অমগা অমগা শম্নবদগী মখল-মথেল থোরকপা পূক্নীংগী বিকারশিংসু লৈরি। মখোয়শিংসিবু আত্মাগী গুণশিংনি হায়না অপঙবশিংনা লান্না লৌই। আত্মাদি গুণ চেন্দবা মরম্না মঙোন্দা গুণ অমতা লৈতে। মরম অদুনা মখোয়দুসু ক্ষেত্রগী ধর্ম্মনি, ক্ষেত্রনি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি। হকচাঙ অমসুং ইন্দ্রিয়শিং পুন্না তিন্সিন্নদুনা লৈবা মওঙ অদুবু "সংঘাত" কৌই। "সংঘাত" অদুদা আত্মাগী মঙাল চঙই অদুগা হিংলি হায়বা তাক্লনবা খুদম ওইরিবা "চেতনা" না, য়োৎ-মতুম্বু মৈ-ইক্লগা ঙাঙশঙ-ঙাঙনা ফোঙদোকপগুম্না, মদুদা প্রকাশ তৌই। পূক্নীং অমসুং প্রাণ-শক্তিবু ফাজিন্দুনা থম্নগা অৱা-অনানচিংববু খাঙলিবা লিংজেল অদুবু "ধৃতি" কৌই। "চেতনা" অমসুং "ধৃতি" হায়বশিংসি অকুপ্পা হকচাঙনা হায়বদি পূক্নীং, অহংকার অমসুং বুদ্ধিনা ফোঙদোকপা খুদম ঙাক্নি। গীতাদদি তত্ত্ব কুনমরিসি য়াম্না শুপচিন্না হায়রি। মখোয়বু মখোয়গী বিকারশিংগা লোয়ননা নিংথিনা খঙগে হায়রবদি মখা তানা নৈনবা দরকার ওই।

মথক্তা শীংথাগ্রিবা তত্ত্ব পুম্নমকসি ক্ষেত্র নত্রগা হকচাঙগী বিকার ঙাক্তনি। হৌজিক্তি ক্ষেত্রজ্ঞগী নত্রগা আত্মাগী জ্ঞান ফংবদা মতিক চাবা পাম্বৈ কুনখক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শীংথাদুনা তাক্লি। মখোয় অদুদি — (১) অমানিত্বম = মশাগী মতিক-মগুণ উত্তুনা চাওথোকপা তৌদনা নোম্লুক্লা লৈবা; (২) অদম্ভিতম = মশাগী লৈজবা মতিক-মগুণদগী হেন্না হায়জন্দুনা অতোপ্পশিংনা খঙসনু হায়দুনা চাওথোকপা লৈতবা অমসুং মশাগী মরাল অমসুং অৱাৎপা মুন্না য়েংসন্দুনা চুমথোক্লবা হোৎনবা; (৩) অহিংসা = বাখল, বাহৈ অমসুং থবক্লা অতোপ্পবু অৱাবা নংহন্দবা; (৪) ক্ষান্তি = মাগী মফমদা

অতোপ্পনা চৈরকপা, ইকাইব-পীরকপনচিংবা কয়া তৌদুনা লাল্লরবফাওবদসু খাঙবা কন্না ঙাকপী-হৈবা; (৫) আর্জ্জবম = পূকচেল তিংনা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা লৈবা; (৬) আচার্য্যো পাসনম = অরান-খুভম ফংনবা উপায়শিংবু তাকপীবা গুরুবু পূক্নীং -চঙনা সেবা তৌবা হায়বদি গুরুগী পাউতাক ফংলগা অধ্যাত্মাগী মায়কৈদা চাওখৎপা য়ানবা গুরুবু খনবা; (৭) শৌচ = নুং-পান ( পূক্নীং-হকচাঙ) শেংনা থম্বা; (৮) স্থৈর্য্য = শ্রীভগবানবু ফংনবা হায়দুনা পূক্নীং-চপ-য়ুংনা অমদি লৈতানা লৈবা; (৯) আত্মবিনিগ্রহঃ = হকচাঙ অমসুং পূক্নীংবু তৌহৈদবা থবক তৌহন্দনা লাকসিন্দুনা থম্বা; (১০) ইন্দ্রিয়ার্থেষু বৈরাগ্য = ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্নগা মখোয়না পান্নিবা রূপ, রসনচিংবা পুম্নমকপু পামসল্লুবা লৈতনা লৈবা মতৌ; (১১) অনহম্কার = ঐনা মহেল্লে হায়বা নাপল শুক্রে-লৈতবা; (১২) জন্ম-মৃত্যু-জরা - ব্যাধি - দুঃখ - দোষ - অনুদর্শনম = পোকপা, শিবা, হনুরকপা অমসুং অনা-অয়েক তৌরক্লিবশিংসিদা অৱাবনি খন্দুনা মখোয়শিংদুদা লৈরিবা ফত্তববু উবা ঙম্বা; (১৩) পুত্রদারগৃহাদিষু অসক্তি = ইচা, ইতু, য়ুমকৈনচিংবদা য়াম্না হেন্না পূক্নীং থিংজন্দুনা হক্না পামসল্লুদবা; (১৪) অনভিষ্বঙ্গঃ = ইতু-ইচানচিংবদুগী অৱা-নুংঙাইবদা ঐ ৱারে অমসুং নুংঙাইরে হায়বা লৈতবা; (১৫) ইষ্টানিষ্টোপপত্তিষু = ফংনীংবা অমসুং ফংনীংদবা ফংবদা পূকচেল চাংচৎ অমতদা লেপ্তুনা মতম পুম্বদা লৈবা (অমরোমদা হায়রগা অফবা ফংবদসু হরাওদবা অদুগা ফত্তবা ফংবদসু শাউদবা); (১৬) ময়িচানন্য যোগেন অব্যভিচারারিনী = ভগবান বসুদেবদা চঙজবা নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বসি লেপ্তুনা কৈদৌঙৈদসু লেঙলরোইদবা ভক্তি অদু তৌদুনা লৈবা; (১৭) বিবিক্তদেশসেবিত্বম = অশেংবা অচীকপা মফমদা লৈবা হৈনবা; (১৮) জনসংসদি অরতি = চুম্নগী মীয়াম তিনবা মফমদা লৈনীংদবা হায়বদি ভক্ত ওইদবা মীচম ময়াম তিনফমদা চৎপা অমসুং লৈবা পামদবা; (১৯) অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বম = আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনবদা মায়-ওম্নবা অমসুং (২০) তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম = আত্মা-তত্ত্বগী জ্ঞান অদুদগী ফংগদবা মহৈঃ অদুগী মরমদা নিংথিনা খঙবা হায়বদি আত্মতত্ত্ব খঙলবদি মোক্ষ ফংই হায়বা খঙবা। ঐখোয়না তাইবং সংসার অসিদা মপোক কয়ারক পোক্লুনা হঞ্জন হঞ্জন অৱা-অনা নংলিবসি ঐখোয়না ঐখোয় ইশাগী অশেংবা ইশক ওইরিবা "আত্মা" বু মশক খঙদবদগীনি। মরম অসিনা শ্রীভগবাননা জীবশিংবু নুংশিবিবদগী মখোয়না মখোয় মশা মশাগী অশেংবা মশক অদু খঙজবা ঙম্নবগীদমক্তা মথক্কী উপায় কুন অসিবু তাকপীবনি।

হায়রিবা সাধনা কুন অসিনা আত্মজ্ঞান ফংনবগী পাম্বে ওইবা মরম্না "জ্ঞান" নি অদুগা মসিগী ওন্ন-তৈন্নবশিং অদুনা অজ্ঞানগী মশক্কি হায়না শ্রীভগবান্না তাকপিরি। মরম অদুনা আত্মজ্ঞান তানবদা মতিক চাবা মীওই অমা ওইগে খল্লিবা মীনা মথক্কী গুণশিং অসি চেনবা তাই।

কনাগুম্বা অমনা মথক্তা হায়গ্রিবশিংসিবু তৌরগা খঙবদা মতিক-চাবা পোৎ অদু খঙলবা মতমদদি মহাক্না অশি-লমসিদগী হেন্দোক্না চৎখিদুনা অমৃতগী মশক ওইবা "মোক্ষ" হায়বদু ফংই। অশেংবা মশক ওইবা খঙগদবা ব্রহ্ম হায়বদুদি অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈতে, ফোঙদোক্তুনা লৈবা পোৎসু নত্তে অদুগা ফোঙদোক্তবা মরম্না লৈতে হায়বসু য়াদে। মহাক্তী ফোঙদোকপা অমসুং ফোঙদোক্তবা পোৎ অনীদুদগীসু তোপ্তোপ্না অমা ওইনা লৈ। মরম অদুনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়ঃ "আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মসি ফোঙদোক্লুনা লৈরিবা পোৎশিংদগী অতোপ্পা অমনি অদুগা ফোঙদোক্তবা পোৎশিংদগীসু অতোপ্পা অমনি।" মরম অদুনা ব্রহ্মদি মশা মতোমতমক ঙান্দুনা লৈবা পোৎশক অমনি। অদুবু মহাক্না পূন্নমক্কী হৌরকফম ওই। মহাক্তী গুণ অহুমনা শোকপা ঙমদে, অদুমনদি ওইরগা গুণশিংদুগী মপুদি মানা ওই। ব্রহ্মদি ঐখোয়গী পূক্নীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংবগী ৱাংমদা লৈ।

ব্রহ্মদি পঞ্চভূতনা শাবা অচৎ-চত্ত পূন্নমক্তা মনুং-মপান ফাউনা পূমথুং-থুংনা লৈ। খঙগদবা ব্রহ্মদু থৱায়-পানবা পূন্নমক্তা চঙদুনা খোঙ-খুৎ পানবশিংগুম ওইনা মফম খুদিংমক্তা লৈ। মরম অদুনা মফম খুদিংদা মাগী মখোঙ-মখুৎশিং, মমীৎশিং, মকোকশিং অমসুং মচীনশিং ইরৈতা লৈ অদুগা মফম খুদিংদা মাগী মনাকোঙশিংসু ইরৈতা লৈ। জীবাত্মাগী মশীঙসু জীব-পানবশিং লৈরিবমখৈ মশীঙ-লাকঙমদবমখৈ লৈ। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মনা মরোল পূন্নমক্তসু শীন-থুংনা লৈ। অদুগা মানা জীব পূন্নমক্তা পূমথুং-থুংনা লৈবা মতৌ অদু খঙহন্নবগীদমক্তা উপাধি লৈতবা মহাকপু মিংথোল কয়া কয়া থোঞ্জিন্দুনা ব্রহ্মনা ঙমখৈ লৈতনা শীন-থুংনা লৈ হায়বা তাক্লি। থৱায়-য়াওদ্রবা অশিবা হকচাঙনা লেঙ-ওত্তুনা থবক তৌবা ঙম্বা হৌনদে। ব্রহ্মনা হকচাঙদা চঙদুনা লৈরিঙৈ মতমদুতদা হকচাঙনা লেঙ-ওত্তুনা থবক তৌবা ঙম্বনি। এঞ্জিন-ড্রাইভরনা এঞ্জিন থৌবগুম ক্ষেত্রজ্ঞনা এঞ্জিনগী মশক ওইরিবা হকচাঙবু থৌই। হকচাঙ, পূক্নীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লেঙ-ওত্তুনা থবক তৌহল্লিবা উবা ফংবা ঙমদবা "ব্রহ্ম" কৌবা শক্তি অমা লৈ। মহাকপু

হকচাঙগী মনুংদা তোপ্পা লৈরিবা "ঐ" হায়বদুনি হায়নৈ। মহাকপু ইন্দ্রিয় পুন্নমক্কী মচৎ-মতৌশিংদু চেনবগুম ওইনা শেরান্ননা উই, তৌইগুম্বসুং মহাক্তী ইন্দ্রিয়শিং পানবমক্তি পান্দে। অদুমকপু মহাক্তী মীৎ পান্দ্রবসু উবা ঙমই, নাকোং পান্দ্রবসু তাবা ঙমই, নাতোন পান্দ্রবসু মনম নম্বা ঙমই, খোঙ পান্দ্রবসু চৎপা ঙমই — অসিনচিংবা। অসুম্না ইন্দ্রিয়শিং পান্দ্রবসু ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংদু লোয়না মহাক্না তৌবা ঙমই।

ব্রহ্মদি কনা অমতগা হকচন্না শোরু-শম্নদে অদুবু পুন্নমকপুদি মহাক্না পুবিরি। মহাক্তী লেঙলবসু-লেঙনা লেঙদে। লেঙবা অমসুং লেঙদবা হায়দুনা লৈরিবা থরায়-পানবা পুন্নমকসিদা মহাক লৈ। মহাকসি য়াম্না কুপ্পা মরম্না মহাকপু মীওইবনা খঙবা ঙমনদে। মহাক্তী পুন্নমক্কী মনুংদদা লৈবা নত্তনা মপান্দসু লৈ। মহাক য়াম্না নক্না লৈ অদুবু মহাক নকসু নক্না য়াম্না লাপই। সংসারগী মায়া-ঈপাক্তা ঈরাক্করিবা অপঙবশিংনদি মহাকপু উবা ঙমদে, মরম অদুনা মখোয়গীদমক্তদি মহাক য়াম্না থাপ্না লৈ। অদুবু জ্ঞানীশিংগীদমক্তদি মানা য়েংউ য়েংউ মফম খুদিংদা ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্পা অমা উদবা মরমদগী খুদিংমকসি ব্রহ্ম ওইনা য়াম্না নক্না লৈ। অপৌবা মীৎয়েংনা পান্দা য়েংবা মতমদা তেংবানবা অসি ময়াম ওইনা উবগী ৰাদনি, তৌইগুম্বসুং জ্ঞানীশিংগী অকুপ্পা মীৎয়েংনা নুং-দা য়েংবা মতমদদি ময়াম হায়বা শুক্রে লৈতে। নুং-গী মীৎয়েং অদু জ্ঞাননা থুম্নাৎলবা মতমদা জগৎ নত্রগা তাইবং-খুৎশেম পুন্নমকসি ব্রহ্ম ওইনা উগনি। অমম্বদা মশক খঙদনা লম্বেলদা তাদুনা লৈবা থৌরি অমবু লিল অমা ওইনা নত্রগা অতোপ-অতোপ্পা পোৎশিং ওইনা উরু-উরুবা মীদুনা মশা-মশাগী পুক্নীংগী ৰাখল মতুংইন্না ময়াম অমা ওইনা উবা য়াই, অদুবু থৌরি অদুদি থৌরি অদুম ওইনা লৈ। অদুম হায়না অমতা ওইবা ব্রহ্মবু মায়াগী অমম্বনা নত্রগা অজ্ঞানগী অমম্বনা মরম ওইদুনা মমিং অমসুং মওঙ তোঙান-তোঙানবা পোৎশক ময়াম অমা ওইনা উহল্লকপা য়াই, অদুবু অমতা ওইবা ব্রহ্মদি থৌরিনা থৌরি অদুম ওইবগুম ব্রহ্ম অদুম ওইনা লৈ। জ্ঞানী-নত্তবশিংনা ব্রহ্মবু তোঙান-তোঙানবা মওঙদা লৌনরবসু, ব্রহ্মদি "অমতা" ওইবা "অশেংবা য়ুম্ফম" অদুনি।

ব্রহ্মদি পুন্নমক্তা অমতা ওইনা লৈবনি, অদুবু মহাক অসি লৈরিবা থিবিক্তা শীন-থুংনা লৈবা মরম্না য়াম্না য়াম্বগুম ওইনা তৌই। খুদম ওইনা পীবা তারবদি আকাশ ওইনা পীবা য়াই — মদুদি আকাশসে য়ুম-কৈশিং, চফু-চনাইশিং অমসুং অতোপ-অতোপ্পা পাত্রনচিংবগী মনুংদা চঙদুনা লৈবা মতমদা আকাশ ময়াম ওইনা উবতনি, তশেংনমক্তি

আকাশনা পুন্নমক্তা অমতা ওইনা শীন-থুংনা লৈবনি। য়ুম-কৈশিং অদুনা তেকখ্রবসু নত্রগা চফু-চনাইশিং অমসুং অতোপ্পা পাত্রনচিংবদুনা কায়খ্রবসু আকাশতি আকাশ ওইনা তেক্ত-কায়দনা অমতা ওইনা অদুম লৈ। মতৌ অদুগুম্না ব্রহ্মসু আত্মা শরূা থবায়-পানবা পুন্নমক্কী মনুংদা লৈ অদুগা মপান্দসু শীন-থুংনা লৈ. শির-তুংদা থবায়-পানবশিংগী হকচাঙশিংনা তাক-তুমখ্রবফাওবদা ব্রহ্মসু আকাশগুম্না ব্রহ্ম ওইনা করিমতা তেক্ত-কায়দনা অমতা ওইনা অদুম লৈ। ব্রহ্মনা জীব পুন্নমকপু শেম্বীরগা পালহনবীবনি, প্রলয়গী মতমদনা মাঙহনবীবনি, অদুগা অমুক লৈশেন্নকপা মতমদনা নৌহৌনা শেম্বীবনি। মঙাল পুন্নমক্কী মঙালদুসু পরমাত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদুনি। মহাক্না বুদ্ধি-লৌশিংদা, পুক্নীংদা, নুমিৎ-থাদা, থরান্মীচাকশিংদা, মৈনচিংবদা মঙাল পীবি। জ্ঞানগী মশক ওইনা মানা মশা মতোমতা ঙান্দুনা লৈ, মাবু ঙালহনবা অতোপ্পা মঙাল অমা লৈতে। মহাক্কী মঙালনা মরম ওইদুনা নুমিৎ-থানচিংবা পুন্নমকসি ঙানবা ঙম্লিবনি। জ্ঞানগী মশক ওইনা মহাক্না মতোমতা ঙান্দুনা লৈবনা মহাক অমম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞানগী ঈরাংমদা লৈ। খঙগে তাল্লিবা খঙগদবা আত্মতত্ত্বদু মহাক্লি অদুগা জ্ঞানগী পম্বুংসু মহাক্লি। মহাক্তী থবায়-পানবা পুন্নমক্কী থম্মোয়নুংদা ফমদেংদুনা লৈবিবনি। মতৌ অসুন্না, ক্ষেত্র হায়বসি করিবুনো অদুগা খঙগদবা ব্রহ্মগী অশেংবা মশক অদুবুনা করিবুনো হায়বদু শ্রীভগবাননা শন্নপ্পা মথক্তা তাকপীখ্রে। মসিবু খঙজরবদা ভক্ত অমনা শ্রীভগবান্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংবা ঙমজে।

প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনীমকসি অতোপ-অতোপ্পা মচাকশিংদগী ওইরকপা নত্তে; পরমেশ্বর ভগবানগী হম্ববা অমসুং হেনগৎপা মওঙশিংনি। অদুগা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ওইনা হোংলিবা শকওংশিং অদুগা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিদগী ওইবা নুংঙাইবা, অৱাবা অমসুং শুম্নৎপা হায়বা মখোয় পুন্নমক অসিদি প্রকৃতিদগী ওইরকপমক্লি। হকচাঙ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী হৌরকফমগী হীরমদদি ঈশ্বরগী মায়া প্রকৃতিনা মরম ওই অদুগা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবগী মহৈঃ চাবগী মতাংদনা পুরুষনা নত্রগা মদুগা অর্থ মান্নবা জীবনা নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞনা মরম ওই। মরম অদুনা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনীসিনা সংসারগী মরম ওই। জীবাত্মানা হকচাঙ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওহ্মোক্লুনা লৈবী প্রকৃতিদা লৈবা মরম্না প্রকৃতিদগী পোক্লকপা গুণশিংবু হাকথেংনৈ। গুণশিংসিগা শম্নরুবসিনা জীবাত্মানা অফবা অমসুং ফত্তবা নাওয়োমনুংদা চঙদুনা

মরূ-হুম্লুনবগী মরম ওই। তৌইগুম্বসুং হকচাঙনুংদা লৈরিবা য়াইবীরেল পরমাত্মাদি করি অমতা তৌদনা পূন্নমকপু য়েংদুনা লৈবা সাক্ষীনি, হকচাঙনচিংবনা তৌবা থবক লোইনা য়াব্বিগুম তৌনা লৈবা মশক্তি, পূন্নমক্কী ঙাক্লৌ ওইবিরিবা মশক্তি, অথোইবা মহৈং চাবনি, পূন্নমক্কী আত্মা ওইদুনা শীন-থুংনা লৈবা মপুরেলগী মশক্তি অমসুং পরম-ঈশ্বরনি।

প্রকৃতি, জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা মখোয় অহুম অসিবু মখোয় মশেল অমগা অমগা লৈনরিবা মরী অদুগা ঈরোয়ননা খঙলবা মীদুনা, মহাক্না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং-ইন্না কৈনো-কৈনো ফীভম হেক অমদা লৈদুনসু, শিরতুংদা অমুক হন্না সংসারসিদা হুন্লক্লুনা পোক্লররোই হায়বসি শোয়দ্রবনি। অব্বাবা অমসুং নুংঙাইবনচিংবা ফংলিবা পূন্নমক অসি প্রকৃতিদগী ফংবা ঙাক্তনি অদুগা অমুকসু অহেনবা অফবা মপোক অমসুং হন্থবা মপোক হায়দুনা মপোকশিং তম্লক্লিবসি প্রকৃতিগী গুণশিং অদুগী মতুংইন্ননি। গুণ অহুম অসিদগী লাম্থোকপা ঙম্লবা মতমদা জীবনা আত্মস্বরূপ খঙবা ঙম্লকই। মরম অদুনা কনাগুম্বা অমনা গুণ অহুম পোকপী প্রকৃতিগী তত্ত্ব অমসুং আত্মাগী স্বরূপ অসিবু নিংথিনা খঙবা ঙম্লবদি মহাক্না অরান-খুভম ফংবা ঙমগনি। অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌরুবদগী অজ্ঞানী অমনা সংসারসিদা অমুক হন্না পোক্লক্লুনা অব্বাবা নংলবগী ব্বানি, অদুবু জ্ঞানীদি, মাগী লঙজরুবা পাপ পূন্নমক আত্মজ্ঞানগী মৈনা চাকথেকখিদুনা, সংসারসিদা অমুক হন্না পোক্লররোই।

মতিক-চারবা সাধক অমনা পূক্লীং অনী লোঙদনা ধ্যান-যোগ তৌরগা মশানা মশাদা আত্মাবু উজে, আত্মা-দর্শন তৌজে। জ্ঞানীশিংনা জ্ঞান-যোগগী পাম্বৈনা আত্মাবু শংশঙনা খঙই অদুগা নিষ্কাম-কর্ম্ম যোগীনা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌদুনা পূক্লীং শেংদোক্লগা অশেংবা পূক্লীং অদুদা আত্মাগী মমি শেংনা তাহন্লগা আত্মাবু শেংনা খঙবা ঙম্লকই। অদুমকপু অসুন্না তৌবা অমসুং খঙবা ঙমদবা মী অতৈ কয়ামুক লৈরি। মখোয়গীদমক্তসু গীতানা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা পীরি। মখোয়না অতোপ্পা অখঙ-অহৈ গুরুনচিংবদগী আত্মতত্ত্বগী মরমদা মনাকোঙশিংনা তারগা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা আত্মাবু উপাসনা তৌবা য়াই, অদুগা অদুগুম্বা মখোয় অদুসু মখোয় মখোয়না আত্মাগী মরমদা তাজরিবা অদুদা পূক্লীং লূপ্পনা মরম ওইদুনা পোকপা অমসুং শিবগী সংসার ঈপাক অসিদগী লাম্থোকচৈ। সাধকশিংনা মখোয় মখোয়গী মতিক-মপা চাবা মতুং ইন্না মশা মশাগা চুনগদবা সাধনা তৌদুনা আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনবা য়াই। মসিনা তাকপদি সাধনা পূন্নমকপু ইবুংঙো

মহাক্না য়াই হায়বনি।

পোক্লকপা হেক মখৈ, অচৎপবু ওইরে নত্রগা চত্তববু ওইরে, ক্ষেত্র ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসি তিন্নবদগী থোরকপনি। অমরোমদা হায়রগা অচৎ-চত্ত পূন্নমকসি অপরা-প্রকৃতিগা পরা-প্রকৃতিগা অনীসি তিন্নবদগী ওইরকপনি। অসুম তৌনা ক্ষেত্রজ্ঞনা ক্ষেত্রগা তিন্নবদগী সংসার হায়বসি ওইরকই। হকচাঙদা লৈবা তত্ত্ব পূন্নমক জগৎ সংসারদা লৈ। মরম অদুনা হকচাঙগী তত্ত্ব মুন্না খঙলবদি প্রকৃতি নত্রগা ক্ষেত্র অমসুং পুরুষ নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগী তত্ত্ব খঙবা ঙমগনি। পুরুষকা প্রকৃতিগা পুল্লগা জগৎ ওইরে অদুগা হকচাঙগা আত্মাগা পুন্না লৈমিন্নরগনা পুন্সী হায়বদু ওইরে। অদুবু আত্মাদি অসঙ্গনি। করিমতনা মসিবু শোকহনবা ঙমদে অদুগা আত্মা-নত্তবা অমতনসু মসিদা ঈথিল পীবা ঙমদে। মসিগীদি অপাম্বা, অরাম-খৌরাংবা, অৱাবা অমসুং শুস্কৎপা নত্রগা পঙথবা হায়বনচিংবদু লৈতে। থৱায়-পানবা পূম্বদা খক তাক-তুমদনা লৈরিবা মপু ওইরিবা পরমাত্মাবু উরিবা অদুগা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা মখোয় অনীমকপু মাঙ-তাক্তবনি হায়না উরিবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি তশেংনমক অচুম্ববু উরবনি, অদুগা জ্ঞান লৈতবা মীশিংনদি অশেংবা আত্মাবু শেংদবা হকচাঙগা অম্মানি হায়না লান্না লৌই। মখোয়না হকচাঙদমক উবা মরম্না, মখোয়গী হকচাঙদু মাঙখ্রবা মতমদা লোইনমক পুম্মাঙ-মাঙখ্রে হায়না মখোয়না লৌই। মদুদি শুকনৎ-নত্তে। হকচাঙদুনা মাঙখ্রবা মতুংদসু জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মাদি অদুম লৈহৌই। পরমেশ্বর ভগবাননা পরমাত্মাগী রূপ লৌদুনা জীব খুদিংমক্তা লৈ হায়বসি কনাগুম্বা অমনা উবা ঙম্লবা মতমদা নত্রগা মহাক মশামক্তা লৈরিবা শ্রীভগবানগা অচৎ-চত্ত পূন্নমক্তা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্তুগা মশা অমতনি হায়বসি মহাক্না খঙবা ঙম্লবা মতমদা মহাক্না অতোপ্পবু শোকহল-পলহন্দুনা মহাক্না মশামকপু অৱা-অনা পীজবা খক তৌদ্রে। অদুদগীদি মহাক থাঙ্গৈশেংনমক অথোইবা পম্বুং তম্না চৎলি।

পরমেশ্বর ভগবানগী প্রকৃতি কৌবী মায়া শক্তি অদুতনা কর্ম্ম পূম্বসি তৌই। মহাক মশাগী হকচাঙবু আত্মানি হায়না শেরাম্নন লৌজবা অপঙবা মীনদি আত্মানা থবক তৌই হায়না লান্না খঞ্জবগী ৱাদনি, অদুবু তশেংনা হায়রবদি আত্মানা করিগুম্বা থবক অমতসু তৌদে। হকচাঙ অসিদি পরমেশ্বর ভগবানগী য়াথং মতুংইন্না প্রকৃতিনা শাবনি। মী-মীদুনা তৌরি-তৌরিবা থবক-ইনখাঙশিংসি মা-মাগী হকচাঙগী নাওং মতুংইন্না তৌবা ঙাক্লি।

মা-মাগী হকচাঙ অদুসু মা-মানা নহাল মপোক্তা পামজখিবা অদুগী মতুং-ইন্না হন্দক মপোক্কী হকচাঙসি মা-মাগী অপাম্বদু থুংহন্নবা হায়দুনা ইবুংঙো মহাক্না পীবিবনি। মরম অদুদগীনি জীব-পানবশিংনা হকচাঙ মখল মখল ফংজবসি। অদুবু লেঙলি-পাল্লিবশিংগী য়ামথ্রবা মওঙ-মতৌশিং অসি "অপূনবা অমা" হায়বদুদা হেন্দোক্তনা লৈবনি। অদুগা মদুমক্তদগী মখল-মথেলগী তাইবংপান অসি ফোঙদোক্লকই হায়বসি কনাগুম্বনা খঙলবা মতমদদি নত্রগা মশক, মওঙ অমসুং মমিং তোঙান-তোঙান্না উহল্লিবা প্রকৃতি কৌবী মায়াগী শক্তোন্দা অমতা ওইবা পরমাত্মানা সাক্ষী ওইনা লৈ হায়বসি মহাক্না খঙলবা মতমদদি মহাক ব্রহ্মগা অমতা ওইনা তিন্নরৈ।

হকচাঙনা লৈত্রিঙৈদগী পরমাত্মানা অহৌবা অমসুং অরোইবা হায়বদু লৈতনা অদুম লৈরক্লবনিনা, য়াইবীরেন শিদবা অসিনা করিগুম্বা মচাক অমদগী শেম্নকপা নত্তবনিনা অমসুং মসিনা করিগুম্বা গুণ অমতা চেন্দবনিনা মসি মাঙ-তাকপা লৈতে। মসিনা মতম পূন্নমক্তা মশাগী মওঙ অদু শুককায়-কায়দনা লৈরক্লি, হৌজিকসু লৈরি অদুগা মতুংদসু অদুগী অদুম কায়দনা লৈগনি। মসিনা প্রাকৃত ওইবা থবক-ইনখাঙ অমতা তৌদে। মসিনা মশাগী মওঙদা লেঙদনা হকচাঙগী মনুংদা লৈজরবসু হকচাঙনা তৌবা থবক্তা মসিনা করিমতা য়াওদে; মরমদুনা মসিগা কর্ম্মগী মহৈংগা মরী লৈনদে। থবক তৌরিবদি প্রকৃতিননি; মরমদুনা প্রকৃতিগী থবকশিংদুনা তশেং-তশেংনা লৈরিবা পরমাত্মাবু মকশিলহনবা ঙমদে। মসিদি মখোয়দুগী ৱাংমদা লৈ। মফম পূন্নমক্তা শীঙ্থুংনা লৈরিবা তরঙ-অহাঙবা "আকাশ" অসিনা য়াম্না কূপ্লবা পোৎ অমা ওইবা মরমদগী মদুনা করিগুম্বা পোৎ অমতগা তিন্নদুনা অমতা ওইসন্নবা তৌদে। মতৌ অদুগুম্মদনা হকচাঙ মখল-মখাগী মনুংদা কোয়থুং-থুংনা অমতা ওইনা লৈরিবা আত্মা অদুসু, কূপ্লেন-কূপ্না হায়বদু ওইবা মরম্না, হকচাঙশিংদুদগী তোঙান-তানা লৈ অদুগা হকচাঙ অমতগী করিগুম্বা অফ-ফত্তগা শম্নরুদুনা মকশিন-চুশিনবনচিংবা তৌদে।

নুমিৎ অমখক্তংনা তাইবংপানবা পূম্ববু ঙালহনবগুম, মতৌ অসুম্না, হকচাঙ খুদিংদা অমতা ওইনা লৈরিবা আত্মানা হকচাঙ পূম্বদা চেতনা পীদুনা ঙালহল্লি। নুমিৎকী মঙালনা নুমিৎ লৈ হায়বগী প্রমাণ ওইবগুম, চেতনানা আত্মা লৈ হায়বগী প্রমাণনি। হকচাঙদা চেতনা য়াওদ্রবদি, মৈতালদা মৈ য়াওদ্রগা অশিবা মৈতাল ওইবগুম, হকচাঙ অদু অশিবা হকচাঙ ওইরে। মতৌ অসুম্না আত্মজ্ঞানগী মীৎনা য়েংদুনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ

অনীসিগী খেন্নবসিবু খণ্ডলিবা অদুগা প্রকৃতিগী মশক ওইবী মায়াদগী করম্না নাহ্লোক্লুনা অরান-খুভম ফংবা ঙমগাদগে হায়বসিবু খণ্ডলিবা মখোয়শিং অদুদি সংসারগী ঈপাক লাহ্লোক্লুনা অথোইবা খুভম ওইরিবা শ্রীভগবানগী ধামবু য়ৌই, অদুগা অমুক হন্না মখোয় হকচাঙ অমা অমা লৌদুনা মপোক তন্নক্তে।

---

# তাঙ্কক তরামরি

**তরামরিশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিংনা "গুণ ত্রয়বিভাগ যোগ" হায়না কৌই। মসিদা প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুম অদুগী মওঙ-মতৌ কমদৌবগে, মখোয়না জীবশিংবু পুনবা মওঙশিংনা করম করম তৌই, মখোয়না পুনবদগী নাম্থোকপা হায়বা অদুনা করম তৌবনো অদুগা মখোয়দগী নাম্থোক্রবা মহাক অদুগী মতৌ মরাংনা করম তৌবনো হায়বশিংদু তাক্লি। গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রিবমখৈদি জীবনা মাগা ব্রহ্মাগা লৈনরিবা অরেপ্পা মরী অদু খঙবা ঙমদে। কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী আত্মাগা পরমাত্মাগা তথন-থানবা লৈতবনি হায়বসি খঙদ্রিবমখৈসু মহাক্না মায়া-লাংদা অদুম থুদুনা লৈগনি। আত্মাগা হকচাঙগী মশক ওইবা প্রকৃতিগা তোঙান-তোঙানবনি। আত্মাদি থবক তৌদে অদুগা তৌনরিবা থবক-ইনখাঙ পুম্নমকসিদি গুণ অহুম চেল্লিবা প্রকৃতিনা তৌজবনি।

তাঙ্কক অসিদা তাক্লিবা জ্ঞান অসিদি খ্বাইদগী ফবনি অমসুং অথোইবনি হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ৱাংনা থাঙ্গৎলি। ইন্দ্রিয়শিং, পূক্নীং অমসুং বুদ্ধিনচিংবগী মমিশিং অদু জ্ঞানদা তাহন্দ্রগা জ্ঞানদুনা অশেংবা নত্রগা অথোইবা জ্ঞান হায়বদু ওইরকই। অমরোমদা হায়রগা গুণ অহুম্না মকহন্দ্রবা জ্ঞানদি অশেংবা জ্ঞাননি। অরান-খুভম ফংনবগীদমক্তদি মসিগী জ্ঞান অসিনা তং-তাবা লম্বীনি। মরম অদুনা, মদুবু চাংদম্নঙাই

লৈতবা অশেংবা অমা ওইনা ময়ামদা খঙহন্নবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না লাউথোকই। পূমথোই-থোইবা জ্ঞান অসিবু খঙবা মরমদগী মপান্থোংগী পোৎলম ময়ামগী ওইবা সংসার অসিনা মখোয়গী পুক্নীংবু চিংশিনবা ঙমদ্রবা মুনিশিংনা মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা অৱাংবা থাক্তা কারগা মোক্ষগী মশক ওইবা অথোইবা সিদ্ধিবু ফংবা ঙমই। জ্ঞান অসি ফংলবা মখোয় অদুনা পরমেশ্বর ভগবানগা চপ-মান্নবা মতৌ ফংলকই। মখোয়দি ইবুংঙো মহাক্না অমতা ওইশিন্নরক্তুনা "ঐ" নত্রগা "নহাক" নত্রগা "মহাক" হায়বগী ৱাখল লৈরক্তে, অদুগা মখোয়না পোকপা অমসুং শিবগী ৱাংমদা লৈরকই। মীওইবনা মসিগী ফীভমদা লৈবা হায়বা অসিদি শ্রীভগবানগা মান্নবা ফীভমদা লৈবা হায়বনি। ফীভম অসিদা লৈরক্লবা মখোয়দুবুদি তাইবং শেম্বা মতমদা অমুক হন্না পোকহন্দ্রে অদুগা প্রলয়গী মতমদসু মখোয়বু অৱাবা পীদুনা করিমতা ওৎলুদ্রে।

জগৎ সংসার অসিদা থোক্লি-ওইরিবা পূন্নমকসি ক্ষেত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগা অনী তিন্নবদগী থোক্লিবা ঙাক্লি। মখোয় অনী তিন্নরিবসিশু ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবা অমগী মখা পোন্না তিন্নহল্লিবনি। প্রকৃতিগী অহানবা শক্লোন "মহৎতত্ত্ব" অসিবু গীতাগী লোন্দাদা "মহৎযোনী" হায়না কৌই। প্রলয়গী মতমদা মুক্তি ফংহৌবা ঙমদবা জীবমখৈ প্রকৃতিনা মমা অপোকপী ওইরগা পরমেশ্বর ভগবাননা অপোকপা মপা ওইদুনা মদুদা মরূ হল্লগা পূন্নমক পোকহল্লি। মরমদুনা মফম পূন্নমক্তা লৈরিবা জীব হায়না খঙনরিবা পূন্নমক অসি প্রকৃতি কৌবী মমাদগী পোক্লকপনি অদুগা শ্রীভগবাননা মখোয় পূন্নমক্কী মরূ-হূনবা মপানি। জীবশিংদি প্রকৃতিদা গর্ভ পুহল্লগা মাগী মাগী নহাল মপোক্কী কর্ম্ম মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা কায়াৎশিং লৈবা হকচাঙশিং পুরগা পোক্লকপনি। মরম পূন্নমক অসিদগী ঐখোয়না তশেংনা খঙবা ঙমলে মদুদি অচৎ-চত্তশিংগী পোকপা হায়বদু ওইরকপসি শ্রীভগবান মশামক য়াওদনা প্রকৃতি মথস্তনা ওইহল্লকপা ঙমদে।

সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়না খঙনরিবা গুণ অহুম অসিগী মরক্তা সত্ত্বগুণনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা গুণনি, মদুগী মথংদা রজঃ গুণ লৈ অদুগা খ্বাইদগী হন্থবা অমসুং ফত্তবা গুণ অদুনা তমঃগুণনি। গুণ অহুম অসিনা অমগা অমগা হেন্দোক-হেঞ্জিন নাইদনা চাং-চপমান্ননা লৈবা মরৈ অদুবু প্রকৃতি কৌই; অদুগা গুণ অহুম অসিনা ঈথক-ঈপোম হৌরক্তুনা অমনা অমদগী অৱাৎ-অহেন নাইবা ওইখ্রবা মতম অদুদা মখোয়বু প্রকৃতিদগী পোক্লকই হায়না হায়নবতনি। তশেংনমক্তি মখোয় প্রকৃতিদগী পোক্লকপা নত্তে,

প্রকৃতিদগী মওঙ ওন্থরকপনি অমসুং প্রকৃতিগা মখোয়গা মশা অমতনি। প্রকৃতিদগী পোক্লকই হায়নরিবা গুণ অহুম অসিনা শিবা নাইদবা জীবাত্মাবু হকচাঙ-পোন্নুংদা ফাজিন্দুনা থমই। অজ্ঞানতনা মরম ওইদুনা মাবু হকচাঙনুংদা পুন্দুনা থম্বগুম লৈ।

গুণ অহুমসিগী মরক্তগী সত্ত্বগুণ হায়বসিনা মক্তবা ওইবা মরমনা মঙাল পীবা ঙম্বগী অমসুং নুংঙাইনা হিংবা ঙমহনবগী মশক ওই। মসিদি ফীভম য়াম্না চেৎলি অমসুং মশাগী ওইজবা থিদে। মালেমগী নুংঙাইবা হায়বা হন্থবা মনুংঙাই অসিদি মক্তবা অয়ৌবী মনুংঙাই “আত্মানন্দ” হায়বদু নত্তে অদুগা তাইবংগী হন্থবা জ্ঞান অদুসু পূমশেং-শেংবা অয়ৌবী “আত্মজ্ঞান” হায়বদু নত্তে। অশেংবা সত্ত্বগুণগী লৈখোল চেনবা মীদুগীদি তাইবংগী হন্থবা অপাম্বা অমতা লৈরোই, মরমদুনা মহাক অদুদি আত্মজ্ঞান ফংবদা মতিক চাই। অদুগা অমরোমদা রজঃ গুণদি ফংদ্রিবা পোৎশিংবু পাম্বগী খৌরাংবা পোকপগী অমসুং পেন্নাইদবা অপাম্বশিংদুবু ফংননবা হোৎনবগী অদুগা ফংনবা হোৎনবশিংদুগী মরক্তা খর ফংলবদা মখোয়শিংদুবু থাদোক্লীংদদুনা য়ান্নরগা লৈবগী হৌভম ওইবা পূক্নীং-ঈথিলগী লৈখোলদুনি। মসিনা অফ-ফত্ত মহৈঃ লৈবা থবক-ইনখাঙশিংগা পকশিন্নহন্দুনা হকচাঙনা ফীজেৎনদুনা লৈরিবা জীবাত্মাবু পুন্দুনা থম্মী। রজঃ গুণ চেনবা মীবুদি ফংনীংবা ময়াম্না কন্না চিংদুনা থবক য়াম্না চিলহল্লি, অদুবু মাদি “ঐ” হায়বদুগী ৱাখলনা মোৎহল্লবা থবকশিংদা পূক্নীং লূপ্তুনা লৈগনি। “মী অতৈশিংবু সেবা তৌনীংবগী অপাম্বদু মঙোন্দা লৈবা য়াই, অদুবু মদুগী অপাম্বদুনা মাবু মিংচৎ ফংহন্নবরোমদা অমসুং মানা থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা ঙমখিবশিং অদুনা চাওথোক্লবরোমদা হোইজিনগনি।” অওইবমক মানা অতোপ্পশিংগী য়াইফবগা লোয়ননা মা-মশামক্কী য়াইফববুসু পামসনগনি।

তমঃ হায়বা অহুমশুবা গুণ অসিদি মসিনা অফবনি মদুনা ফত্তবনি নত্রগা মসিনা অচুম্বা হায়বদুনি মদুনা অরানবা হায়বদুনি হায়বা খঙদবা অপঙবা হায়বদুগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপনি অদুগা মসিনা হকচাঙ-নাইদুনা লৈরিবা জীব পূন্নমকপু পঙথহন্দুনা থম্মী, মসিনা তৌফম থোকপা থবক তৌবদা খৌওই-ৱাওইহন্দদুনা, তন্দে-মান্দেহন্দুনা অমসুং অনম-অহা চুরগা তূন্নীংহন্দুনা জীববু সংসারদা পুন্দুনা থম্মী। তমঃগুণ চেনবা মীদি আত্মজ্ঞান তানসিনগে খক খল্লোই, য়াম্না তনবা মরম্না থবক তৌনীংলোই অদুগা য়াম্না কা-হেন্না তূমগনগনি। মরমদুনা মাদি য়াম্না নীংবা কায়গনগনি অমসুং লৈখা অসুম অসুম তাথরক্কনি। মহাক্না অরানববু অচুম্বা ওইনা লৌগনি অদুগা ৱারেম ঙাঙদুনা অমসুং

থৌরেম তৌদুনা অদুম লৈখোকনি।

সত্বগুণনা জীববু নুংঙাইবদা ইন্দিল্লি, রজঃগুণনা মহৈ লৈবা থবক-ইন্‌খাঙ তৌবদা থোইন্দিল পী, অদুবু তমঃগুণনদি অফ-ফত্তবা খঙনবা জ্ঞানবু মমশিনহন্দুনা থম্নগা তৌগদবা থবকপু তৌদনা নাঞ্জংননা অমসুং ঙাওচৎননা লৈবা মতৌদা জীববু থম্মী। বাখল-লৌশিং ইথোক-থোক্তবা, মশাদা হৈনীংবা অমতা পোক্তবা, হিরম খুদিংমক্তা ইথৌ-থৌওইদবা অমসুং তনবা হায়বশিংসি তমঃগুণগী মতৌ-মরাংনি। সত্বগুণ নত্রগা রজঃগুণ চেনবা মীনদি অফবা ফল ফংবা থবক্তি তৌই; অদুবু তমঃগুণ চেনবা মীদুনদি মাগীসু মীগীসু অফবা ওইবা থবক করিমতা তৌদে। মহাক মশামক্তা মশাগী তৌদ-য়াদবা মথৌ ফাওবা তৌগনি হায়বা কাওথোকচে।

গুণ অহুম অসি অমনা অমদগী মখোয় মশেল অথোই-অহেন তান্নদুনা লৈ। করিগুম্বা মতমদনা সত্বগুণনা রজঃগুণ অমসুং তমঃগুণবু নম্বৎলগা থোইগৎলক্লুনা কাখৎলকই, করিগুম্বা মতমদনা রজঃগুণনা সত্ব অমসুং তমঃগুণ অনীবু নম্বৎলগা থোইগৎলক্লুনা কাখৎলকই অদুগা করিগুম্বা মতমদনা তমঃগুণনা সত্বগুণ অমসুং রজঃগুণ অনীসিবু নমথেক্লগা হেনগৎলকই। গুণ অহুম অসি করিগুম্বদসু তোকখায় তোকখায় তাদুনা লৈতে অদুবু মখোয় অহুমসি অমনা অমদগী থোইগৎপা তান্নবা অমা ইরৈ-লৈ। চাং খেন্নজরবসু গুণ অহুম অসি মীওই খুদিংদা লৈ।

ঐখোয়গী হকচাঙসিদা মীৎ, নাকোঙ, নাতোন, চীন, ঈশিং-থোঙ অমসুং শৌচথোঙ হায়দুনা লৈ, অদুগা লৈরিবা থোঙ পুন্নমক্তা অশেংবা জ্ঞানগী মঙাল ফাওরক্লুনা হকচাঙদা ঙাল্লবা মতমদা সত্বগুণনা মথোই কারক্লুনা রজঃগুণ অমসুং তমঃগুণ অনীসিদগী হেনগৎলে হায়বসি খঙনগনি। সত্বগুণ-না মথোই কাদুনা লৈরবা মহাক অদুগী হকচাঙ, পুক্নীং অমসুং আত্মাদু শেংনা ময়েক থোক্লুনা শান্তিদা লৈগনি। ঈশ্বরগী ওইবা অশেংবা মতৌ অদু মাগী হকচাঙগী থোঙশিং অদুদা উৎলকই অদুগা মানা শকউদবা ঈশ্বরবু শক-খঙজবা ঙমলকই। মরম অদুনা ঈশ্বরদা চঙজবা পাম্বা কন্নাগুম্বা অমনা তমঃদগী রজঃগী থাক্তা অদুগা রজঃদগী সত্বগী থাক্তা কাখৎলগা সত্বনা সত্ববু মায়থীবা পীহল্লগা গুণশিংগী বাংমদা লৈবা অথোইবা মঙালগী মশক ওইবা খুভম অদু য়ৌনবা কন্না লাক্লে। পেন্নাইদনা কারাম্বা, মতম পুন্নমক্তা থৌ-চিনবা, তুংগীদমক থবক-থৌরম কয়া পায়খৎপা, পুক্নীং অমসুং হকচাঙ পোথাবা লৈতবা, মিকাবা — অসিগুম্বা লক্ষণাশিংসি রজঃগুণনা মরায়-

কাঙখৎলকপা মতমদা ওইরকই। অদুগা মসিনা অসিনি মদুনা অদুনি হায়বা খঙন-লৌশিংগী মঙালনা তাদনা অমম্বদা লৈবা হায়বদি ৱাখল-লৌশিং ইথোক-থোক্তনা লৈবা, তৌগদবা থবক্তা থৌওই-ৱাওইদবা নত্রগা মশাদা হৈনীংবা অমতা পোক্তবা, হীরম খুদিংদা তন্থরকপা পোক্রক্তুনা তৌফম খঙদনা পঙথদুনা লৈবা অসিনচিংবা পুন্নমকসি তমঃগুণনা হেনগৎনা লৈরকপা মতমদা মথোয় কাররকই।

সত্ত্বগুণনা হেনগৎলকপা মতমদা হকচাঙনা ফিজেৎনদুনা লৈরিবা তাইবং-থৱায়না হকচাঙবু থাদোক্রবদি, অদুদগীদি, থৱায় অদু মহর্ষিশিংনা ফংগদবা শেংলবা লাইরৈবাকশিং অদু তান্না চৎলি। অদুগা রজঃ গুণনা হেনগৎলকপা মতমদা কনাগুম্বা মী অমনা পুন্সী চেংজেল লোন্নবদি, মহাক থবক তৌবগী মহেঃ চানীংবা মীতাশিংগী মরক্তা পোক্রৈ; অদুগা তমঃগুণনা মথোই কারিঙেদা কনাগুম্বা অমনা খম্নুং-সৱা তান্নগদি, মহাক ৱাখল খনবা-ঙমদবা শা-ঙানচিংবা অতোনবা মপোক্তা পোক্রুই। শিরতুংদা অসিগুম্বা অতোনবা মপোক্তা পোক্রবা মহাক অদুগী মরায়বক অদুদি কয়াদা থীগ্রবনো! মহাক্না হন্থবা মপোক্লুদগী অমুক হন্না কন্না হোৎনদুনা মীওইবগী মপোক্তা কাখৎনবা লাক্নগনি।

সত্ত্বগুণনা ইন্সন্দুনা তৌবা অফবা কর্ম্মগী মহেংদি শেংই অমসুং নুংঙাইবগী মশক ওই; অদুবু রজঃগুণনা মরম ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহেংদি অৱাবগী মশক ওই; অদুগা তমঃগুণনা ইন্সন্দুনা তৌবা নাতৈ-চাদবা কর্ম্মগী মহেংদি অপঙবা মপান থোকপনি হায়না তত্ত্ব-খঙবা অশিংবশিংনা হায়। সত্ত্বগুণদগী অশেংবা জ্ঞান পোকই, রজঃগুণদগী কারাম-মিহৌবা পোকই অদুগা তমঃগুণদগীনা থরেক্লবা, তৌফম খঙদবা, পঙথবা অমসুং খঙদবা হায়বশিংদু ওইরকই। সত্ত্বগুণনা মালেমসিদা শান্তি পী, অদুগা রজঃ অমসুং তমঃগুণ অনী অসিনা মালেম্বু থুম্নাৎত্রবদি, মালেমসিদা শান্তি অমসুং অশেংবা চাওখৎপা হায়বদু কৈদৌঙেদসু লৈবা ঙম্লোই। লাইবক ফদুনা মীওইপোক্তা পোক্লক্লবশিংনা হন্থবা মপোকশিংদা কুমথদনবা সত্ত্বগুণ চেন্নবা লাক্নগদবনি। সত্ত্বগুণ চেনবশিংনা অফবা কর্ম্ম তৌরগা স্বর্গরোমদা কাখৎলি, রজঃগুণ চেনবশিংনা রজঃগুণনা মরম ওইবা কারাম-চাউবগী কর্ম্ম তৌরগা মীরম্লেন্দা মীশিং ওইনা অসুম পোক্রৈ; তমঃগুণ চেনবশিংনা ফত্তবা কর্ম্ম তৌদুনা লৈখা তারগা গরক মায়কৈদা চৎলি।

আত্মানা হকচাঙ মনুংতদা লৈবা নত্তে, মফম পুন্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবনি। শীন্থুংনা লৈবা আত্মাগীদমক্তদি লেঙ-খোৎপা হায়বদু লৈতে, থবকসু করিমতা তৌদে। থবক

পুন্নমক্তা শিন্নোং ওইরিবসি গুণশিং নত্তনা অতে অতোপ্পা অমা লৈতে। থবক পুন্নমক অসিগী দায়ী গুণশিংনতা ওইগনি। আত্মাবু খঙদবা মীনা গুণশিংনা তৌবা থবকশিংবু মশানা নত্রগা আত্মানা তৌবনি হায়না শেরান্ননা লৌই। মরম অদুদগী মহাক তাইবং সংসারসিদা অদুম পুন্দুনা লৈ। মহৌশাগী গুণশিংসিগী মখা পোন্দুনা কনাগুম্বা অমনা লৈরিবমখৈদি মহাক্না মহাক মশামক্কী অওইবা মশক অদু হায়বদি আত্মাদু মুন্না খঙবা ঙমদদদুনা ঈশ্বরগী নাক্তা চঙশিনবা ঙম্মোই। গুণশিং অসিগী ৱাংমদা লৈখ্রবা আত্মাগী মশক ওইবা পরমেশ্বর ভগবানদি সাক্ষিগী মশক ওইনতা লৈবনি। মসিবু খঙলবা সাধক অমনা মায়াগী লাংদগী নাগ্নোরক্লুনা মুক্তি ফংবা ঙমই।

হকচাঙবু ওইরক্লবগী মরম ওইরিবা গুণ অহুম অসিদগী কনাগুম্বনা হেক লাগ্নোকপা ঙম্নবদি, মহাক্না পোকপা, শিবা, অহল-ওইশিন্নকপা অমসুং মখোয়সিদগী পোক্লকপা অৱা-অনাশিংদুদগী নাগ্নোক্লুনা ৱাই-পূমশং-শংই অদুগা হিংন-হিংনমকসু অরান-খুভমগী অমৃত অদু থকপা ফংই; অমরোমদা হায়রগা জীবাত্মানা মানা ফিজেৎনরিবা হকচাঙদুদা লৈনা লৈনা অরান-খুভমগী নুংঙাইবা হায়বদু ফংগনি, অদুগা মহাক্কী হকচাঙবু থাদোক্লুনা শিবা হায়বদু ওইরবা মতুংদসু মহাক শ্রীভগবানগী ধামদা চৎকনি। আত্মাবু তশেংনা খঙলবা মীনা গুণ অহুমগী ৱাংমদা লানখৎখিদুনা অরান-খুভম পাংই হায়বসি তাবদা অর্জ্জুননা গুণশিংদুদগী লাগ্নোক্লবা মীগী মওঙ-মতৌ ওইবা শকখঙ-খুদমশিংদু জগৎ গুরু শ্রীকৃষ্ণদগী খঙনীংখি। মরম অদুনা অর্জ্জুননা মাগী য়াম্না খঙনীংবগী খৌরাংবা অদু কোক্লনবা খৌরাংবা কোকহনবীবা ঙম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা "হে প্রভু! গুণ অহুমদুদগী হেন্দোকখ্রবা কনাগুম্বদুবু করম্বা খুদম-চাংদমশিংনা খঙনগনি, মানা চৎপা লমচৎ-শাজৎনা কমদৌই অদুগা গুণ অহুম অদুদগী মহাক্না মতৌ করম্না লাগ্নোকপগে?" হায়না হংজখি। অর্জ্জুননা হংলিবা ৱাহং অহুম অসি য়াম্না মরুওইবা ঙাক্তনি।

ৱাহংশিংদুগী পাউখুমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মথং মথং অসুন্না তাকপীরম্মীঃ "সাধনা মপুং ফাদুনা তাইবং পুন্সীদা হিংনা হিংনা মায়াবু জয় তৌবা ঙম্নবা মীতা অদুবুদি মায়াগী গুণ অহুম্না মশাদা চঙশিল্লক্লুনা মপূকচেল করিমতা হোংহনবা ঙমদে। গুণশিংদুনা মকা-ফোঙলক-ফোঙলকপা মতমদা মানা মখোয়বু তাথীরুদে। সত্ত্বগুণগী জ্ঞানগী মশক ওইবা নুংঙাইবা থবক, রজঃগুণগী অপাম্বনা তাহৎলবা অৱাবা থবক অমসুং তমঃগুণগী কতনগী ওইবা অপঙবা থবকশিংনা করিগুম্বা মরম অমা নত্রগা অমদগী লাক্লবসু অৱাবা পীবশিংনি

হায়না খন্দুনা মানা য়েংথীরুদে অদুগা মখোয়শিংসিনা লাপথোকখ্রবা মতমদসু অথোইবা নুংঙাইবদু মঙোন্দা পীবিবনি খন্দুনা মানা মখোয়বু পান্নুদে। অদুগুম্বা মীতা অদুদি গুণশিংদগী লাম্থোক্লবা মীনি। পূক্নীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংদগী মহাক্কী আত্মানা চেম্থোক্লুনা লৈরগা মহাক্না গুণ অহুম্না তৌরিবা থবকশিংদু য়েংদুনা লৈবা ঙমই। আত্মাগা গুণশিংগা মরী লৈনদে। মরম অদুনা করিমতা নাচুংদনা ফন্নগা লৈথোকপা মীশক অমগুম্না মহাক্না গুণশিংনতা মখোয় মখোয়গী থবকশিং তৌজবনি মশাদি থবক তৌবা করিমতা য়াওদে খন্দুনা শুকলেঙমক হেক লেঙদবমখৈ নীংঙাইদনা মশাগী অওইবা মওঙদা ফীভম করিমতা কায়দনা লেপ্তুনা লৈবা ঙমই। মহাক্কী মফমদদি অপাম্বা অমসুং পামদবা হায়বদু লৈতে অদুগা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীমকসু চপ-মান্নে। আত্মাবু মশক খঙদুনা মহাক মশামক্কী নুং-গী ওইবা মওঙ অদুদা অদুম লেঙদনা লৈরবা অসিগুম্বা মীদুদি অৱাবদা ৱাবিদে, নুংঙাইবদা নুংঙাই-মথোই কাবিদে, থাগৎলে হৰাওবিদে অমসুং চৈরে শাউবিদে। মতম পুম্বদা মহাক্তী ইপেন্দা-পেন্দুনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমই। মশাদা অপাম-মিহৌবা লৈতবা মরম্না মাগী মীৎয়েংদা লৈতুম,নূঙদুম অমসুং সনা-মতুম মমল চপ মান্নে অমসুং অমতা ওই হায়না য়েংবা ঙমই। খোইদাবা অমসুং খোইদাদবদা অদুগা লেঃস্বা অমসুং চোপ্পদা নত্রগা থাগৎপা অমসুং ঘীনা-ঙাঙবদা মহাক্তী অমদসু অমদসু চপ মান্নবা ফীভমদা লৈ। মহাক্কী আত্মাগা অতোপ্পগী আত্মাগা অমতনি হায়না মহাক্না উবা ঙম্বা মরম্না পূন্নমকসি ময়াম ওইনা মপাম্থোংদা উজরবসু মঙোন্দদি অমতনি। মঙোন্দা মৰূপ অমসুং য়েক্লবা হায়বগী ৱাফম লৈতে। মহাক্না, মশাগীদমক ওইজবা থিবা ওইনা, থবক অমতাতৌদে। নুংশিবগা লোয়ননা মহাক্না জীব খুদিংমকপু সেবা তৌই। অসিগুম্বা লমচৎ-শাজৎ চত্তুনা লৈবা মীশক অমবু গুণ অহুম অদুদগী লাম্থোকখ্রবনি হায়না হায়নৈ।

“গুণ অহুমসিদগী হেনগৎখিদুনা শ্রীভগবানবু ফংগে হায়রবদি সাধক অমনা মশাগী ওইজবা থিরোইদবনি অদুগা পূক্নীং অনী লোঙদবা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীভগবানবু তত্তনা পেন্নবা সেবা তৌরগা থৌগলগনি। ইন্দ্রিয়শিংগা মখোয়গী অপাম্বা পোৎশিংগা শম্নবদগী পোকপা চুম্নগী অৱাবগা য়ান্নবা তাইবংগী নুংঙাইবদু নত্তবা অরোই-অথম নাইদবা অথোইবা নুংঙাইবা অয়ৌবী আনন্দগী মউ ওইবা ইবুংঙো মহাকপু সেবা তৌবশিংনা গুণশিংসিদগী লাম্থোকপা ঙমই। জ্ঞান অমসুং ভক্তি অনীমক্কী পন্থুংফমদি গুণ অহুমসিদগী লাম্থোক্লুনা অরান-খুভম ফংবনি অদুগা অমুক গুণ অহুম অসিগী ৱাংমদা লাম্থোক্লুনা

চৎনবগী উপায়না ঈশ্বরগী থাখলবু তত্তনা খন্দুনা লৈবনি। পরমেশ্বর ভগবানগা ভক্তগা মখোয় অনীসিদি য়াম্না নক্লনা মরী লৈনৈ মরমদি ভক্তনা গুণশিংদুদগী হেনগৎখিদুনা গুণশিংদুগী অমোৎপশিংদু চেন্দ্রবা মতমদা মানা ব্রহ্মগী থাক্তা লাকই। ব্রহ্মগী স্বরূপতি অমর ওইবনি, মাঙ-তাকপা নাইদবনি, নিত্য ওইবনি অমসুং অমৃতগী মশক ওইবা নুংঙাইবনি। তাশ্কক অসিগী অরোইবা অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না মশামকসি শিবা নাইদবা, ময়েং-তাবা লৈতবা, মতম পুন্নমক্তা লৈদুনতা অদুম লৈরক্লবা অদুগা তুংদসু অদুম লৈহৌরগদবা ধর্ম্মগী অমসুং অথোইবা অমমুক লৈত্রবা অয়োবী নুংঙাইবগী মশক ওইরিবা সগুণ ব্রহ্মগী তুংনফম অশেংবা পরব্রহ্মদুনি হায়না তাকপীরি।

---

# তাঙ্কক তরামঙা

**তরামঙাশুবা** তাঙ্কক অসিগী মমিং "পুরুষোত্তম যোগ" হায়না কৌই। মসিগী তাঙ্কক অসি য়াম্না পীকই অদুগা অদুম ওইনমক মসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরিবশিংসিদি য়াম্না মরু ওইবা ঙাক্তনি। ভক্ত অয়াম্বনা মসিগী তাঙ্কক অসি চীনফা পুনৈ। "পুরুষোত্তম" হায়না কৌবা শ্রীভগবানগী মরমবু খঙহন্নবগীদমক্তা তাঙ্কক অসিদা ইবুংঙো মহাক মশামক্না অর্জ্জুনগী খুৎথাংদা মীওইবা ঐখোয়দা য়াম্না চংখোলনা তাকপীরি। তাইবংপানবা অসি ইবুংঙো মঙোন্দগী হৌরকপনি অমসুং অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বা খঙহন্নবগীদমক্তা তাইবংপানবা অসিবু খোংনাংবট পাম্বী (বটবৃক্ষ) অমগী মতৌগুম্না হায়বা হৌই।

উরু-উরানা থক্রোমদা লৈবা অদুগা মশা-মরেঙনা খারোমদা লৈবা উ-পাম্বী অমতা তাইবং-সংসার অসিদা ঐখোয়না উবা ফংদে। মালেমসিদা ঐখোয়না উরিবা উ-পাম্বীশিং অসিদি মহৌশানা থক্রোমদা মশা-মরেঙ অমদি উনানচিংবা লৈ অদুগা উরু-উরানা খারোমদা লৈ। অদুবু সংসারগী পামেলদি অঙকপা অমনি মরমদি মালেমগী পাম্বীশিংগা মদুগা থক-খা ওন্নৈ। তাইবংপানবা অসিবু উ-পাম্বী অমা ওইনা লৌবা তারবদি, অদুদগীদি মদুগী হৌরকফম মরু অদু ব্রহ্মনা শোয়দনা ওইফম থোকই। লৈশেমদ্রিঙৈ মমাংদা সৃপ্নগী অমতা ওইনা পরমাত্মা নত্রগা পরমেশ্বর ভগবান লৈরম্মী, অতৈ অতোপ্পা অমতা

লৈরমদে। অদুবু মতুংদা ইবুংঙো মহাক্না লৈরি-লৈরিবা মরোল পুন্নমক অসিবু শেম্নগে নীংখিবদগী মরোলশিংসি শেমখি। পুন্নমক ইবুংঙো মঙোন্দগী ওইরকখি। মরম অসিনা গীতাদা সংসার-পামেলসিগী মরু-মরা থক্তা লৈ হায়বসি পরমাত্মাবু মরুনি অদুগা সংসার-পামেলসিবুনা পরমাত্মাগী মায়া-শক্তিনা শাবনি তাকপনি। জগৎ সংসারসিগী হৌফম অমসুং তুংনফমদি ইবুংঙো মহাক্নি।

অঙকপা সংসার-পামেল অদুনা মতৌ করম্না "অশ্বত্থ" হায়বা মিংথোল অদু ফংখ্রিবনো হায়বা অদুগী মতাংদা শ্রীভগবাননা অসুম্না তাকপীঃ "খোংনাংবট পাম্বী হায়নসু হায়নরিবা "অশ্বত্থ" হায়বসিদি "অনিত্য", তুংকোইদবা নত্রগা মতম খরতগী ওইবা হায়বনি। পামেলদুগী মপালশিং অমসুং মহৈংশিং অদুদি মনম নম্নবগীদমক্তসু অদুগা চানবগীদমক্তসু অনীমক্তা করিসু চন্নদে। অদুম ওইনমক মদুগী উনাশিং অদুদি নুংশিৎনা শিৎপদা অরেপ্পা লৈতনা ফ্র-ফ্র- হাইদুনা লৈগনি। মরম অদুনা মদুবু "ছলদল" — ফ্র-ফ্র হাইবা উনাশিং হায়নসু কৌনৈ। উনাশিংদুনা ফ্র-ফ্র হাইবগুম্না তাইবং-পোৎশিংসু মতম পুম্বদা তাইবংগী নুংশিত্তা ফেরে-ফেরে হাই, মরা চেত্তে, মতম মতমগী মফম হোংদোক-হোংজিল তৌই। মসিগী অচুম্বা অসি তাইবং মীশিংবু খঙহন্নবগীদমক্তা অদুগা মদুবু জয় তৌবা ঙম্নবা হোৎনহন্নবগীদমক্তা পামেল অদুবু "অশ্বত্থ" হায়না কৌই।

"তাইবংপানবা অসিবু তাইবংপানবা ওইনা উরিবা মহাক অদুদি লান্না উরবনি, অদুগা মদুবু পরমাত্মা ওইনা উরিবা মহাক অদুনা চুম্না উরবনি। তাইবংপানবা অসিদি ওইরক্লিবা ফল অদুনি; অদুগা ফল অদু ওইরকহনবা মরম অদুনা ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্পা অমনা ওইরোই। ফলগী মশক ওইবা তাইবংপানবা অসি মসিবু শেম্বীবা ব্রহ্মদগী ওন্থোরকপা মশক অমমক্নি। জীবশিং অসিনা পামেলদুগী মশা-মরেঙশিংনি। সংসার-পামেল পুম্বদু মওঙ সুনা পুল্লপ শুপচিন্না অমসুং পীকসন্না ওইরিবা মরূদু ব্রহ্মনি। পামেল অসিবু খঙবদগী হেন্দোকপা অতৈ খঙনীংঙাই অমা লৈত্রে। মসিবু খঙলবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি বেদশিং খঙলবা মীনি।

উ-পাম্বীশিংবু ঈশিংনা য়োকখত্তুনা চাউহনবগুম সংসার-পামেল অসিবু মহৌশাগী গুণ অহুম্না ঈশিং ওইনা চাইদুনা য়োকখৎপী অমসুং ময়োল ইতত্তনা চোংখৎহল্লি। উনা অনৌবশিং অদুনা ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংনি। ইন্দ্রিয়শিংনা খুৎলায়শিং ওইরগা জীবশিংনা

মখল-মথেলগী মচাকশিংসি চাই। জীবশিংনা সংসার-পামেল অসিগী মশা-মরেঙশিংগী মশক্তি হায়না হায়খ্রে। মশা-মরেঙশিং অদুগী মরক্তা অচৎ-চত্ত হায়দুনা লৈরিবা মীওইবদগী হৌদুনা তীল, কাঙ, উ-ঝানচিংবশিং ফাওবদা লৈরিবশিংনা মখারোমদা অদুগা অতোপ্পা খরনা দেবতাশিংদগী হৌদুনা ব্রহ্মা ফাওবনা ধর্মগী মশা-মরেঙশিং ওইনা মথক্রোমদা শন্দোক্লুনা লৈ। খারোমদা হাইথদুনা লৈরিবা মীরম্লেন অসিদি পাপ-পুণ্যগী মশক ওইবা কর্মশিংনা মরম ওইদুনা মহৈংপাম্বা থবকশিংগী লমদমনি। স্বর্গনচিংবা থক্রোমদা লৈবা মরোলশিংদা চৎলগা জীবশিংনা অফবা থবক্কী মহৈঃ চারুই অদুগা মফমশিংদুদা চাফম-থোকপা মহৈংশিংদু চাবা লোয়রগা মখোয়না মালেমদা অমুক কুমলকই। মখোয়না মালেমসিদা হেন্না হেন্না ফবা থবকশিং অমুক তৌদুনা অমুক হেন্না ঝাংবা মরোলশিংদা কাখৎনবগীদমক্তা হোৎনরৈ। মদু তৌদ্রগনা, মখোয় হাইগৎপা ঙমদ্রে।

পামেল অসিগী অশেংবা শক্তম অদু মালেমসিদা উঙমদে। মসিনা কদায়ঝাইদগী হৌরকপগে নত্রগা মফম কদায়ঝাইদা পামেল-উরেপফম ওইবগে অদুগা কদায়ঝাইদা লোম্বগে হায়বদু তাইবং-মীওইবনা খঙবা ঙমনদে। মরা চেৎনা অমসুং লুনা তাগ্রবা পামেল অসিবু ককথৎপা হায়বসি অরায়বা থবক অমদি নত্তে। অদুবু সংসারগী পোৎশিংবু পামদবগী মশক ওইবা বৈরাগ্য হায়বা নত্রগা মীরম্লেনগী মতৌবু হকচিন্না পামসিন্দবা হায়বা য়াম্না থৌরবা শীংজঙনা পামেলসিবু ককথৎপা ঙমই। অদুগুম্বা কল্লবা অমসুং থৌরবা খূৎলায় অদুনা পামেলসিবু ককথৎপা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রে। ঈশ্বরগী মফমদা চঙজনীংবা মীওইনা সংসারগী পোৎশিংদা "ঐগীনি" হায়বা ঝাখল থাদোকপা ঙম্লবদি, মহাক্কী মপূক্নীং অদু শেংদোকখিদুনা মহাক্না ঈশ্বরবু ফংনবা লম্বীদা চৎপা হৌগনি। মতৌ অসুন্না মহাক্না সংসারগী মশক ওইবা উপাম্বী অসিবু বৈরাগ্য কৌবা কল্লবা অমসুং থৌরবা শীংজঙনা য়াম্থৎলবা মতুংদা পরমাত্মাগী মশক খঙলবা অফবা গুরুগী মনাক্তা চত্তুনা অথূপ্পা তত্ত্ব হংগদবনি। মদুম তৌরগা, মফমদুদা চৎলুরগা সংসারসিদা অমুক হন্না হল্লক্লরোইদবা অদুগুম্বা মফম অদু মানা থিগদবনি। "সংসার-পামেল অসিগী হৌরকফম ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবানবু থিবদি শ্রীভগবানবু খঙবা মীতাগা সঙ্গ তৌরগা থিগদবনি। অসুন্না থিদুনা খঙলক্লবা মতুংদা থিরুরিবা মীদুনা অশেংবা পোৎকী মমি ওইবা শেংদবা অসিবু অসুম অসুম পামদবা ঙম্লক্কনি।" মীবু মী

ওইনা পোকহল্লক্লিবসিদি মানা সংসারবু জয় তৌরগা পরমেশ্বর ভগবানবু ফংজৌ হায়না ইবুংঙো মহাক্না মঙোন্দা খুদোংচাবা পীবিবনি। অদুবু মানা সংসারগী ঈপাক্তা লূপশ্রবদি মহাক মাঙজরে। মরম অসিনা মীওইবনা বৈরাগ্য সাধন তৌদুনা আত্মাগী মরম নৈনগনি অদুগা পৃন্নমক্কী হৌরকফম অমসুং চঙজফম আদি পুরুষ পরমেশ্বর ভগবানগী খুয়াদা পূক্নীং অনী লোঙদবা ভক্তিগা লোয়ননা চঙজগনি। শ্রীভগবাননা পেন্নবা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা ঐখোয় মীওইবনা ইশা ইশাবু কখোকচবা তাই। অদু ওইরবদি ইশা ইতোম-ইতোমতনা সংসারদগী বৈরাগ্য ওইরে অদুগা মদুগী ফল ওইনা শ্রীভগবাননা ঐখোয়বু হন্না হন্না পোকপা অমসুং শিবদগী লাম্থোকপীরক্কনি।

মায়া-সংসার থাদোক্নুনা শ্রীভগবানগী মফমদা চঙজবা য়ানবগী অহানবা তৌগদবা থবক্তী মশাদা নাপল অমসুং পঙথবা মতৌ নৈতনবা হোৎনগদবনি। সংসারগী তুং-কোইদবা পোৎশকশিংদা লৈবা অপাম্বগী দোষশিংবু জয় তৌরবা, আত্মজ্ঞানদা মায় ওক্নন্দুনা ফীরেপ চেৎনা লৈরবা, লন্নাই অপাম্বশিংবু থাদোক্লবা, অবা-নুংঙাই অমদি অঙৈং -অশানচিংবা অনী অনী চৎপী ফাইবোকশিংদগী নাম্থোক্লবা অমসুং অজ্ঞানগী মতৌ লৈত্রবা অদুগুম্বা মীশিং অদুনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা পম্থুংফমবু য়ৌই। অমুক্তংবু মফম অদুদা মখোয়না য়ৌশ্রবদি মখোয়না সংসারসিদা অমুক হল্লক্তরে। মদুগুম্বা শ্রীভগবানগী পরমধাম অদুদদি কোরৌ নুমিৎনসু ঙান্দে, থাজনসু মঙাল পীদে অমসুং খাম্বী-মৈনসু ঙান্দে মরমদি ইবুংঙো মহাক্তী অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মশা মতোমতা ঙান্দুনা লৈবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-ময়াইগী মঙালতনা মফমদুবু পুমঙাল-ঙালহল্লি। পম্থুংফম অদুবু য়ৌরবা মখোয়দুদি মরায়বক য়াম্না ফরবনি মরমদি মখোয় অমুক হন্না পোকলক্রে। জগৎ অসিদি ঈশ্বরগী শরূক মরি থোকপগী শরূক অমখক্তংদা ফোঙদোকফমনি। শরূক অহুমদি জগৎ-সংসার অসিগী বাংমদনি। মায়া-সংসারগী বাংমদা লৈরিবা "পূর্ণানন্দ পুরুষোত্তম" গী স্বরূপ অদুদা জীবশিংনা ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী পাম্বৈনা চঙজগদবনি।

জীবদি ঈশ্বরগী অমাঙ-অতা লৈতবা সনাতন অংশদগী ওল্লকপনি। ইবুংঙো মহাক্কী য়েলহৌঙেদগী লৈরকপদগী অদুম লৈরগদবা নিত্য ওইবা শরূক মচেৎ অমনা তাইবংপানসিদা অহিংবা আত্মা ওইরগা প্রকৃতিদা থূপ্তুনা লৈ। পূক্নীংগা জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙাগা পূল্লগা তরূক অসি তিন্নদুনা মপোক কয়ারক্কী হকচাঙশিংসি ওন-ওন্দুনা চৎখিবনি অমসুং চৎকদৌরিবনি। চফু মখল কয়াদা ঈশিং হৈজন্দুনা নুংশাদা থম্বদা চফু খুদিংমক্তা নুমিৎকী

মমি অমমম তাগনি। অদুগুম্মদনা জীব খুদিংমক্তা আত্মা ওইনা পরমেশ্বর ভগবানগী মঙাল-মশেক অমমম তাগনি। ঈশিংদা নুমিৎকী মমি তারগা নুমিৎপু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম্না মায়না আত্মাবু শোকহনবা ঙমদে। চফু খুদিংদা হৈজনখিবা ঈশিংদু হৈদোকপ্রবা মতমদা নুমিৎকী মমিনা নুমিত্তা মশানা অদুম হঞ্জঞ্জখিবগুম কনাগুম্বা অমগী অজ্ঞানদু মাঙখ্রবা মতমদা মাগী আত্মাদু পরমাত্মাদা মশানা হঞ্জঞ্জখি।

জীবাত্মানা কর্ম্মগী ফল মতুংইন্না অনৌ-অনৌবা হকচাঙ অমমমদা চঙশিল্লকপা মতম মতমদা অদুগা হকচাঙবু থাদোক-থাদোক্রম্বা মতম খুদিংদা, মহাক্না পুক্লীং অমসুং জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা অসিবু, মালংবনা নুংশিবা লৈনমশিংবু মখোয়গী য়াহীপফমশিংদগী পুদুনা কোয়চৎ-চৎপগুম, পুদুনা চৎলি। মতৌ অসুন্না অপৌবা হকচাঙ অতোপ্পা অমা লৌরবা মতুংদা মানা নাকোঙ, মিৎ, উনসা, লৈয়েং, নাতোন অমসুং পুক্লীংসু য়াওনা মখোয় তরুক অসি শীজন্নদুনা ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বা মচাকশিংদু চাদুনা লৈ। অমরোমদা হায়রগা, শিরতুংদা জীবনা অকুপ্পা হকচাঙ পুরগা থোকখি অদুগা মাগী মাগী কর্ম্মগী মতুংইন্না অতোপ্পা হকচাঙ অমা অমদা চঙলগা পাপ-পুণ্যনচিংবা ফংই। জীবনা মাগী পুন্নীদা ফংলিবা অৱা-নুংঙাই পুন্নমকসি কর্ম্ম ফলগী মতুংইন্না ওইরকই। অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা অপঙবা মীনা মাগী হকচাঙবু করম্না থাদোক্তুনা চৎলি অদুগা মথংগী মপোক্তা মহাক্কী হকচাঙ মওঙ করি ওইগদগে হায়বদু খঙবা ঙমদে। অদুদসু নত্তনা, অপঙবা মীনদি হৌজিক হৌজিক মানা ফংলিবা হকচাঙ মতা অসিদা অৱা-নুংঙাইগী মহৈঃ চাদুনা লৈরিবদু করিগীনো হায়বদুসু খঙদে। অদুবু জ্ঞানগী মিৎ পাংলবা জ্ঞানীশিংনদি মরম পুন্নমকসি খঙই।

আত্মাবু খঙবা যোগীশিংনা, তত্তনা হোৎনদুনা, মখোয় মখোয়গী থম্মোয়নুংদা থুপ্তুনা লৈরিবা আত্মাবু উবা ঙমই; অদুবু থম্মোয় শেংদবা অমসুং আত্মতত্ত্ব খঙদবা অপঙবা মীতাশিংনদি, ফনা কন্না হোৎনরবা ফাওবদা, আত্মাদুবু খক উবা ঙমদে। পরমেশ্বর নত্রগা পরমাত্মাগী চৈতন্য শক্তিনা জগৎকী চৈতন্য অমসুং জীবগী চৈতন্য অনীমক ওইরকপনি। জগৎ পুম্ববু ঙালহল্লিবা কৌরৌহনবা নুমিত্তগী লাকপা সনা-ফুদোংনা ফজবা মঙাল, থাজগী মেঙলবা মঙাল অদুগা খাম্বী-মৈগী অরংবা মঙালসু — মখোয় পুন্নমকসি পরমেশ্বর ভগবানদগী থোকখিবনি অমসুং পুন্নমক্তুগী হৌরকফমদি ইবুংঙো মহাক্তনা ওইগনি। মতাং অসিদা শ্রীভগবাননা নুমিৎ, থা অমসুং মৈদা মশক পান্না হায়রিবসিগী

মরমদি মখোয়সি য়াওদনা জগৎসিদা কনা অমতনা হিংবা ঙমদে হায়বনি। মখোয় অহুমসি য়াম্না মরু ওইবা ঙাক্তনি, অতৈ অতোপ্পশিংগা খক মান্নবা য়ারোই। পোৎ খুদিংমক অমগা অমগা মান্নদে। খুদম ওইনা হায়রবদা, ঐখোয়না মিংশেলদা য়েংবা মতমদা, ঐখোয়না ঐখোয়গী শক উবা ফংই, অদুবু উ মচেৎ অমদা ঐখোয়না য়েংবা মতমদদি ঐখোয়না ঐখোয়গী শক উবা ফংদে। অদুগা অমুকসু, নুমিৎকী মঙালনা পূম্নমক্তা চপ মান্ননা তারবসু, মঙাল অদুনা চফু অমুবা অমদা তাবগা অরংবা পোৎশক অমদা তাবগা তাবা মতা অনী অদু খক মান্নরোই। অরংবা পোৎশক অমদা তাবা মঙাল অদুনা অমুবা পোৎশক অমদা তাবা মঙালদুদগী হেন্না তেজ ফুদোকফম থোকই। সত্ত্বগুণ য়াম্না চেনবা নুমিৎনচিংবা পোত্তনা অতৈ পোৎশিংদগী হেন্না ইবুংঙো মহাক্কী তেজ ফুদোকপা হেনবা মরম্না অতৈ অতৈ পোৎশিং হায়দনা ইবুংঙো মহাক্না মখোয়বু মশক পান্না হায়বনি।

পরমেশ্বর ভগবানদি য়াম্না থৌজাল লৈবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মপাঙ্গলতনা অরূম্বা পৃথিবীবু তাখিদনবা অমসুং মচেৎ মচেৎ ফক্কায়খিদনবা ঙাকপীরি। ইবুংঙো মহাক্না থৱায়-পানবা পূম্ববু হিংহল্লিবনি অমসুং অমৃতগী রস পূম্নমক্কী মশক ওইবা থাজ ওইরগা মহৈ-মরোং অমসুং মনা মশীঙ পূম্নমকপু নোয়-পেলহন্দুনা মপুংফানা চাউহল্লি অদুগা মখোয়বু থৱায়-পানবশিংগী মচিঞ্জাক ওইনহল্লি। শ্রীভগবানগী শক্তিনা পীবিবা থাজগী মেঙলবা থাবল য়াওদ্রবদি মনা-মশীঙ অমসুং মহৈঃ মরোঙশিংসি হাউবসু হাউরোই। অদুগা ঐখোয়না চাশিল্লিবা অচাপোৎ পূম্নমককপু তুস্মান্নবা ঐখোয়গী হকচাঙনুংদা “বৈশ্বানর” হায়না কৌবা পূন্সীগী মৈ অমা লৈ। মৈদুনা মৈচাক ফরিবমখৈ ঐখোয় চাক লাম্মি অদুগা মদুনা শোম্বুরকপা মতমদদি ঐখোয় চাক লামদ্রে। শ্রীভগবান মহাক মশামক্না হায়রিবা মৈ অদু ওইবিদুনা ঐখোয়গী হকচাঙদা লৈবিরগা, ইবুংঙো মহাক্না হকচাঙদা জীবনী-শক্তি হোঞ্জিনবা প্রাণ অমসুং হকচাঙদগী কান্নদবা মচাক হোন্দোকখিবা অপানগা তিন্নদুনা শাইদুনা চাগদবা, চুপ্তুনা চাগদবা, লেক্তুনা চাগদবা অমসুং থক্কদবা চিঞ্জাক মখল মরিবু তুস্মাল্লি।

অদুগা অচৎ-চত্ত থৱায়-পানবা পূম্নমক্কী থম্মোয়নুংদা চঙদুনা “অন্তর্যামি” গী মশক ওইবা শ্রীভগবাননা ফম্বাল লাংই। ইবুংঙো মঙোন্দগী পুণ্য-কর্ম্ম-তৌবশিংগী নীংশিংবগী পাঙ্গল অমসুং অফ-ফত্ত খঙবগী জ্ঞান পোকই, অদুগা পাপ-কর্ম্ম-তৌবশিংগী অকাউবা অমসুং জ্ঞান-মাঙবা মতৌ অদুসু ইবুংঙো মঙোন্দগী পোকই। মরম অদুনা পরমেশ্বর

ভগবানবু ঐখোয়না থিফম অমসুং খঙফম থোকপা জ্ঞানদাতা গুরুনি হায়না লৌগনি। বেদান্তগী অর্থবু তাকপীদুনা গুরু সম্প্রদায় চৎহনবা বেদব্যাসদেবসু ইবুংঙো মহাক্নি। থাঙ্গৈশেংনমক বেদান্ত লেংইবা অদুগা বেদ পূম্নমক্না খৃৎলায় ওইরগা খঙগদবা মশক অদুসু ইবুংঙো মহাক্নি, অদুগা বেদ-শাস্ত্র হৈবসু ইবুংঙো মথন্তনি।

তেংবানবা অসিদা "ক্ষর" (মাঙবা নাইবা) অমসুং "অক্ষর" (মাঙবা নাইদবা) হায়না পুরুষ অনী লৈ। লৈশেম্বদগী হৌনা ওইখিবা মহৌশাগী ওইবা মশকপু হোং-হোংদুনা শেম্লিবা পোৎ পূম্নমক মাঙবা নাইবা ঙাক্নি অদুগা মাঙবা নাইদবা হায়বদুনা "অহোংবা লৈতবা" হায়বদুনি। জীবশিংসি প্রাকৃত জগৎসিগা শম্নরিবমখৈ পরমেশ্বর ভগবানদগী তোঙান-তাবা অংশগুম্মী, অদুগা "জীবভূত" ওইদুনা মখোয়বু "ক্ষর" নি হায়নৈ। অদুবু জীবশিংগা পরমেশ্বরগা হায়বদি জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতা ওইরবা মতমদদি মখোয় "অক্ষর" ওইরে। জীবশিংগী মহৌশাগী ওইবা হকচাঙশিংসি অহোংবা নাই। জীব অমগী কর্ম্মফল চাবা "জীবাত্মা" অমসুং সাক্ষি স্বরূপ ওইবা "অন্তরাত্মা" হায়দুনা আত্মা অনী লৈ। অন্তরাত্মাবু "অক্ষর পুরুষ" হায়না কৌই। অদুবু অনীদুগীসু মথক্তা, মরোল অহুমদা চঙদুনা লৈরিবা, পূম্নমকপু ঙাক্তুনা থম্বীরিবা অমসুং য়াইবীরেলগী (পরমাত্মাগী) শক্তম লৌবিরিবা অদুগা ইবুংঙো মহাক্না মথোইরবা পুরুষ পরমেশ্বর ভগবান মশামক অদু লৈরি। পূম্মক্তগীসু পূমহেন-হেনবা অথোইবা পুরুষ অসিবু "পুরুষোত্তম" হায়না কৌই। পরমেশ্বর ভগবানবু পুরুষোত্তম কৌবগী মরমদি ইবুংঙো মহাকসি লৈখা-তাদুনা মাঙগদবশিং অমসুং মাঙলোইদৌবশিং অনীমকসিগী ৱাংমদা লৈ। মরম অসিদগী তাইবং অসিদা অমদি বেদশিংদসু ইবুংঙো মহাকপু খ্বাইদগী ৱাং-থোইবা "পুরুষোত্তম" নি হায়না খঙনরি।

আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা পুরুষোত্তমবু মতৌ অসুম্না খ্বাইদগী ৱাং-থোইবা পুরুষনি হায়না খঙলিবা মীদুনা পূম্নমকপু পূমখঙ-খঙলদুনা মওঙ পূম্নমক্না পরমেশ্বর ভগবানবু মথৱায় য়াওনা লুনা-চান্না নীংজৈ। অদুম্না সাধক অদুনা জগৎ গুরু শ্রীভগবানবু পুরুষোত্তমনি হায়না চেৎনা থাজবগা লোয়ননা নীংজবা ঙমজরবদি, মহাক্না ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইসন্নবা ঙমই। মহাক্কীদমক্তদি অৱাংবা নত্রগা অনেম্বা, নুংঙাইবা নত্রগা অৱাবা, অফবা নত্রগা ফত্তবা, অপাম্বা নত্রগা পামদবা, ফজবা নত্রগা অথীবা হায়বনচিংবশিংদু লৈতে। মপূংফাবা আত্মাগী জ্ঞান অদুবু মহাক্না ফংখ্রবা মতুংদদি, মহাক্না

মফম পুন্নমক্তা আম্মাতবু উরে, অদুগা তৌনরিবা থৌদৌশিংসি ঈশ্বরগী লিলা ঙাক্তনি হায়না লৌরে। মতৌ অসুম্না কনাগুম্বা অমনা পরমেশ্বর ভগবানবু শেংনা খঙলবা মতমদদি মহাক্না মহাক্কী পুন্সীগী থৌ পুন্নমকপু পাঙথোক্লবা হায়বদু ওইরে অদুগা মহাক কর্ম্মগী অফা-অপুন্দগী নাম্থোক্তুনা হিংনা হিংনা মুক্তি ফংবা হায়বদু ওইরে।

মতৌ অসুম্না তাক্কক অসিগী থৃপ্লেন-থৃপ্পবা তত্ত্বজ্ঞান অসিবু পাপ-লৈত্রবা অর্জ্জুনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না তম্বীরে। মসিবু কনাগুম্বা অমনা খঙবা ঙমজরবদি, মহাক্কীদমক্তদি খঙগদবা পুমলোই লোয়রে, অতৈ অমমুক খঙনীংঙাই লৈত্রে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা "হে অনঘ" (হে পাপ লৈত্রবা) হায়না কৌরি। মসিগী মরমদি অসিনি মদুদি মপূক্নীং শেংদবা পাপ-চেনবা মীশিংদি তাক্কক অসিদা য়াওরিবা অচুম্বদুগী মরোল অদু খঙবা য়াম্না ৱানা থোকই, অদুবু কনাগুম্বা অশিংবা মীনদি মপূক্নীং অসুম অসুম শেংদোক্লক্তুনা মসি খঙলগা আত্মজ্ঞান ফংবা অমসুং "কৃতকৃত্য" (মথৌ লোয়রবা মী) ওইবা ঙম্নকই। অর্জ্জুনদি পাপ লৈত্রবা অশেংবা ভারতবংশদা পোকপনিনা মহাক্কীদমক্তদি করি অমুক হায়রুনি? অদুগা অমুকসু "ভারত" হায়বসিগী য়াম্না ফজরবা অর্থ অমদা অমুক হায়রগদি "আত্মজ্ঞানদা পূক্নীং চঙলবা" হায়বনি। মরম অদুনা, পাপ লৈত্রবা অমসুং আত্মজ্ঞানবু পামজদুনা মদুদা মপূক্নীং অনী লোঙদনা লৈরবা সাধকশিংনা "পুরুষোত্তম যোগ" দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরিবা তত্ত্বজ্ঞানসিবু খঙজরবদি মখোয় মখোয়গী মথৌ পূম্বা পাঙথোক্লবা শক্রে অদুগা মখোয় পোকচমনগী মহেৎ য়াম্লে।

---

# তাঙ্কক তরাতরাক

**তাঙ্কক** অসিগী মমিং "দৈবাসুর সম্পদ-বিভাক যোগ" কৌই। মসিদা লাইগী অমসুং হিংচা-য়াইতম্বগী ওইবা লৈখোলশিংদু মাচা খায়দোক্তুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাক্লি। লাইগী লৈখোলশিংদি অরান-খুভম ফংনবগী মরমনি অদুগা হিংচা-য়াইতম্বগী লৈখোলশিংদুনা পোক্ল-শির-তৌবা মপোক্তা পোক্লবগী মরমনি। গুণশিংগা কর্ম্মগা য়াম্না নক্লনা মরী লৈনৈ। কর্ম্মশিংসি গুণশিংগী মখা পোল্লি মরমদি সত্ত্বগুণ চেনবা মীশিংনা পুণ্য চেনবা থবক তৌই, অদুগা রজঃ অমসুং তমঃ গুণ চেনবা মীশিংনা ফত্তবা থবকশিং তৌই। সত্ত্বগুণনা হেনবা মীশিংনা মুক্তি ফংনবগী লম্বীদা খুমাঙ-চাওসন্নবা কন্না হোৎনৈ অদুগা রজঃ অমসুং তমঃ গুণগী মীতাশিংনা সংসারগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবদু ফংননবগীদমক্তা তৌহৈ-তৌহৈদবা থবকশিং তৌদুনা লৈবা মরম্না মখোয়না কৈদৌঙৈদসু মুক্তি ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অনীসিদগী পোক্লকপা রাখল পূম্নমক থাদোক্লগা সত্ত্বগুণনা হেনগৎনবা মীওইবনা হোৎনবা তাই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয়দা তাকপীরিবদি শাগী রাখল থাদোক্লগা মুক্তি ফংনবগী অকারমদা কাখৎপা ঙমনবা লাইগী রাখল চেল্লু হায়বনি। অহানবমক্তদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী খুৎথাংদা মীওইবা ঐখোয়দা মখাগী শেংলবা গুণ কুনতরাকশিংসিগী মরমদা থারকপা শাজৎ-লাকচৎশিংদুবু তাকপীরি ঃ—

(১) অজ্ঞানদগী ওইরকপা "অকিবা" হায়বদু পোক্তবা, শাস্ত্রনা নত্রগা গুরুনা তৌ হায়না তাকপা থবকশিংদা অকিবা লৈতনা চঙশিনবা, ঈশ্বরনা তম্বনি খন্দুনা থবক পুন্নমকপু ইবুংঙো মঙোন্দা কখোক্তুনা অকিবা লৈতনা তৌবা, অদুগা মা মশামক্তগীসু অতৈ অতোপ্পশিংদা অকিবা ফংহনদবা; (২) পুক্নীং-ৱাখল শেংনা লৈবা — পুক্নীং ৱাখল শেংহনবা তারবদি নত্তবা অমসুং ওইদবা লমচৎ-শাজৎ চৎপা অসিনচিংবা থাদোক্কদবনি; (৩) মশানা মশাবু খঙজনবগীদমক আত্মজ্ঞান তাবা যোগদা মায়-ওম্নবা অমসুং পুক্নীং ফাজনবা ঙম্বগী মশক ওইনা লাইনীং-পরৈ-চেৎপা; (৪) দান তৌবা — দান তৌবা মতমদা দান তৌরিবা মহাক অদুনা মফম, মতম অমসুং দান লৌরিবা মীদুগী পুকচেল অদু দান তৌবদা মতিক চারব্রা হায়বদু য়াম্না মুন্না খল্লবা মতুংদা দান তৌগনি। দান তৌগদৌরিবা পোৎশক অদুসু ধর্ম্ম কায়দনা তাল্লকপা ওইগনি অদুগা দান তৌরিবদুসু পুকচেল শেংনা অফবা থবকশিংগীদমক ওইগদবনি; (৫) ইন্দ্রিয়শিংবু কাহেলহন্দনবা লাকশিনবা; (৬) বেদ অমসুং স্মৃতি শাস্ত্রনা তাকপা ঈড়াৎ-থৌরমশিংনচিংবা থবকশিংবু পাঙথোকপা; (৭) বেদ-শাস্ত্রবু তমদুনা অমসুং পাঠ তৌদুনা নৈনবা; (৮) তাইবংগী নুংঙাইবা থাদোক্তুনা পুক্নীং-হকচাঙ শেংনবা অকনবা তপ তৌবা; (৯) পুকচেলদা লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা; (১০) অহিংসা — মীহাৎ-চৈহাৎ তৌদুনা নত্রগা ফু-চৈদুনা নত্রগা পুক্নীংনা ফত্তবা খন্দুনা নত্রগা ৱাহৈনা থীনা হায়দুনা থৱায়-পানবা অমতবু অৱাবা পীদবসি অহিংসানি, অদুবু অতেংপ্পদা অৱাবা পীবদি নত্তনা কনাগুম্বনা চাক কা-হেন্না চাশিন্দুনা মশানা শ্রীভগবাননা লৈরিবা মশাগী হকচাঙদা অৱাবা পীবা অসিসু অহিংসাগী মায়য়োক্তা লৈবা হিংসা ওইগনি, মরম অদুনা চাং-তম্না চাদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাঙদা অৱাবা পীদনা দৈবী সম্মপৎ ওইবা "অহিংসা" সিবু তানসিনগনি; (১১) অওইবা ঙাঙবা; (১২) শাউনীংলুবা লৈতবা — লাইগী গুণ চেনবা মীশিংদি শাউনদে, মরমদুনা মীনা শাউহন্নবা থীনা কয়া তৌরক্লবসু মদুদা শাউদনা খাঙগদবনি, মদুদা শাউরুরবদি, অফবা ফল অমতা ওইদনা মাঙ-তাক্কনি; (১৩) সংসারগী পোৎশিংদা য়াম্না পুক্নীং চঙশিনবা তৌদবা; (১৪) মতম চুপ্পদা পুক্নীং উনমুক ঈংথনা লৈবা, (১৫) মীগী মরাল থিদুনা মীগী ফত্তনবা তুংদা ৱা-ঙাঙবা তৌদবা; (১৬) অৱাবদা তাদুনা লৈরবশিংগী মফমদা মখোয়গী অৱাবদু কোক্লবা থৌজালবিবা; (১৭) অতোপ্পগী মরল-মথুমনচিংবদা কল্লক-মিহৌবা পোক্তনা মশাগী লৈজবা অদুতদা পেঞ্জবা; (১৮) ৱাঙাঙ-শাঙাঙদা লিরী-

খোইরিবা; (১৯) ধর্ম্ম কায়বা নত্রগা তৌহৈদবা থবকশিং তৌবা কিবা; (২০) পুক্নীংদা ঈপা-পাখৎনা অকা-অকুম লৈবা মতৌদু লৈতবা; (২১) অফবা থবক তৌবদা নত্রগা অৱা-অনা নংলিঙৈ মনুংদা অখাঙ-কনবগী মতিক-ময়াই লৈনা মরিল-পানবা; (২২) ঙাকপী হৈবা; (২৩) অৱাবা নত্রগা খুদোংথীবা কয়া লাক্লবসু মদুদা পাখৎপা তৌদনা খাঙহৈবা; (২৪) হকচাঙ মনুং-মপান শেংবা — মপাম্থোংগী হকচাঙবু শেংহনবদি ফজনা তকথোক-চামথোক তৌদুনা ঈরুজথোক্লগা ঈরায়-লায়না শেংদোকপা য়াই অদুবু নুং-গী নত্রগা পুক্নীংগী ওইবা শেংদোকপদি য়াম্না মরু ওইবা মরমনা লাইনীংবনচিংবা অফবা নিষ্কাম কর্ম্মশিং তৌরগতা ওইথোকই; (২৫) কনাগুম্বা অমতগসু য়েংথীনদবা অমসুং (২৬) ঐদি অশিংবনি নত্রগা অচৌবনি খন্দুনা নাপল শুকতৌ তৌদনা য়াম্না নোল্লুক্না সন্মাণগা পামদনা লৈবা।

মথক্তা হায়খ্রিবশিংসি লাইগী লৈখোল চেনবা মীতাগী লোয়ন-গুণশিং ঙাক্তি। অদুগা মখোয়শিংসি শ্রীভগবাননা ঐখোয়দা পীবিবা ললগী মশক ওইরবা য়াম্না তাঙলবা খুদোলনি। মসিদি হুরানবশিংনসু হুরানবা ঙমদ্রবা অদুগা মাঙ-তাকপসু নাইদ্রবা ললনি। মসিনা মীওইববু মোক্ষ নত্রগা মুক্তি ফংবা ঙমহল্লি। মতৌ অসুন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা দৈবী-গুণশিংবু মীওইবা ঐখোয়গী য়াইফনবগীদমক্তা তাকপী।

মদুগী মতুংদা আসুরী গুণশিংগী মশক অমুক শ্রীভগবাননা তাকপা হৌরকই। ওইদনা অওইবা শাজন্নদুনা তাৎ তৌবা; লল-থুম লৈবনি, মশক-মতৌ ফজবনি অমদি মতিক-মগুণ লৈবনি হায়না নাপল তৌবা; ঐ মঙাইরে হায়দুনা মশাগী লৈজবা শক্তিদগী হেন্দোক্লা অতোপ্পদা উৎপা, মশাবু মতিক-চাবনি খঞ্জদুনা চাউথোকচবা অমসুং ইকাই-খুম্নবদা মতিক চাবা নত্রগসু মখোয় মশাবু ইকাইখুম্নফমনি হায়না খঞ্জবা অমসুং ইকাইখুমহন্নীংবা; শাউগনবা; নুংশি হৈতবা, পূকচেল খাবা অমসুং বুদ্ধি-বিচারগী মখা পোন্দনা তৌফম থোকই অমসুং তৌফম থোক্তে খঙদনা থবক খুদিংমক মচিং-মশোন্দা তৌবা মতৌ — মখোয়শিংসি হিংচাবশিংগী লৈখোল চেনবা মীতাশিংগী মগুণশিংনি। অসিগুম্বা গুণশিং চেনবা মীশিংদুদি হিংচা-য়াইতম্বগী শাজৎনা হৈজল্লবনি। মখোয়গী মপাম্থোংগী শকফমশিংদুগীদমক্তদি মীওইবা হায়বদু ওইজরবসু, মখোয়না মী হায়বা মিং অদু ফংবদা মতিক-মপা চাদে। মখোয়না নাপল তৌরগা অমসুং অথোই-অচাউরমনচিংবা কারগা মখোয়বু দৈবী গুণশিং চেল্লে হায়বা য়ারোই। মখোয়দি, য়েৎনঙাই লৈতনা, হিংচা-

য়াইতম্বশিংগী কাঙলুপ্তা চনগনি। শকওঙ-শাদাদা ফনা ফজরবসু, সমাজদা থাক য়াম্না ৱাং না লৈজরবসু, লল-থুম অমদি সম্পত্তি অঙকপা ফংনা লৈজরবসু নত্রগা ময়ামগী মরক্তা মচীন-মৱা য়াম্না চৎপা ওইজরবসু মখোয়বু মীশিংনি হায়না লৌবা য়াদে। খুদম ওইনা হায়রবদা, রাবণ মীওইবগী হকচাঙগী মওঙ অদু লৈরম্মী, মহাক নিংথৌরেল অমা ওইরম্মী, মহাক ললগী মপু ওইবা কুবেরগুম নত্রগা মঙোন্দগী হেন্না মতিক-মগুণ লৈরম্মী; অদুবু মরমশিং অসিনা মরম ওইরগা মহাকপু দৈবী গুণশিং চেল্লি হায়না লৌবা য়ারোই। মহাক্না চেল্লিবা গুণশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা মহাকপু "রাবণ-হিংচাবা" হায়না লৌনরিবনি।

লাইগী গুণশিং চেনবা মীশক অমনা অথীবা মায়থোঙ পানবা য়াই নত্রগা অকিবা শকওঙ-শাদাশিং পুবা য়াই, অদুবু মদুনা হিংচাবদৌনা অয়ৌবী অমাঙ-অতা অমদি ওইদে। মাবু অহানবদা মতম খরদংদি য়েংনীংলমদবা য়াই অদুবু মাগী লাইগী ওইবা গুণশিং অদুনা য়োৎচাবীনা য়োৎচেৎশিং চিংশিনবগুম মীয়াম্বু চিংশিল্লক্কনি অদুগা থীরম্বা মশক অদুসু অসুম অসুম মগুণ লৈনা ফজরক্কনি। অমরোমদা অমুক খুদম অমা য়েংশি, মীশক অমা মশক-মতৌদা শুম্লাৎনঙাই ওইনা ফজবা মরমনা মহাকপু য়েংবদা অহানবদা য়াম্না পেনবা য়াই অদুগা মাগী খোঞ্জেলসু অহানবা তাবদা য়াম্না নুংশিবা য়াই, অদুবু মঙোন্দা হিংচাবগী গুণশিংনা হৈজন্দুনা লৈরবদি মাগী হকচাঙগী ফজবা অমসুং খোঞ্জেলগী নুংশিবা অদুনা মরম ওইরগা মহাক্না লাইগী গুণশিং চেল্লে হায়বা য়ারোই। মাগী ফজরিবা শকফম অদু কোন্নথংদা তুক্কচনঙাই ওইরক্কনি অদুগা মানা ঙাঙথোরকইবা নুংশিবা খোঞ্জেলগী ৱাহৈশিং অদুনা মতুংদা থাংজৌনা য়ানবা ওইনা থোক্লীংঙাইনি। মতৌ অসুম্না আসুরী সম্পৎ অমসুং দৈবী সম্পৎ অনী অসি মী-মীদুগী মচৎ অমসুং শাজৎপু শাগৎলিবা মগুণশিং অদুগা মরী লৈনৈ; হকচাঙগী মওঙ, শকফম অমদি ৱাঙাঙগা মরী থক লৈনদে।

"সুর" অমসুং "আসুর" হায়বা অনী অসিদি মীওইবগী লমচৎ-শাজৎকী মতুং-ইন্না লৈবনি। পূকচেল-খোইজেল ফজবা, জ্ঞান-লৈবা, খ্বাইদগী কান্নগদবা অফ-অফবা থবক তৌবা মীতাশিংবু "সুর" হায়না খঙনৈ। অদুগা মশাগী ওইজবতা থিবা, ধর্ম্ম লৈতবা, মরমচৎ কাম্বা, মপূকচেল ফত্তবা, মী মাঙনবা তৌবা মীতাবু "আসুর" কৌই। আসুরদি হৈশিংজরবসু অমদি শক্তি লৈজরবসু অহংকারনা লাকহৎথিদুনা অৱাবা য়াম্না নংই।

লাইগী হৌনশাদি তাইবং-সংসারগী লাংদগী লাম্থোক্লগা অরান-খুভম ফংননবনি অদুগা হিংচা-য়াইতম্বশিংগী হৌনশানা তাইবং-সাংসারগী লাংদুদা ফাজিন-পুন্সিন্নবনি। লাইগী-লমচৎ-চৎপা অমসুং হিংচা-য়াইতম্বগী-লমচৎ-চৎপা হায়দুনা জীব খাঙলূপ অনী থোক্লা খায়দোক্লিবা অসিগী মনুংদা লাইশিংগীদুগী মরমদদি মমাংদা ফনা য়াম্না ফোঙদোকখ্রবা মরম্না শ্রীভগবাননা হৌজিক হিংচা-য়াইতম্বশিংগীদুগী মরমদা মরু ওইবা খরমুক অসুম্না হায়রিঃ "হিংচা-য়াইতম্বগী লমচৎ-চৎপা মখোয়শিংদুদি তৌগদবনা করিবুনো তৌরোইদবনা করিবুনো হায়বা করিমতা খঙদে, নুং-পান অনীমক মোৎলি, অশেং-অমাং লৈতে, আচার-বিচার লৈতে অমসুং অচুম্বনা করিনো অরানবনা করিনো হায়বগী ৱা লৈতে। মখোয়না শাস্ত্রগী নিয়ম-নিতিদু খঙদে অদুগা খঙলবসু থাজদবা মরম্না চৎনীংদে।

মখোয়না অতোপ্পগী ফংফম থোকপা হকশিংদু করিমতা খল্লুদনা মশাগী হকচাঙগী নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবগীখক্তা থবক তৌই অদুগা য়াম্নসু শাথী। পুন্সীগী পান্দম ফংননবা করি থবক তৌগদগে হায়বদু মখোয়না খঙদে। অরানবা থবক তৌবদা মখোয়না চিংনবা নত্রগা অকিবা করিমতা পোক্তে। ঈশ্বর লৈবগী তেংবানবা অসি অরেপ্পা নিয়ম অমগী মখাদা লৈরিবনি অমসুং জীবশিংনা মখোয় মখোয়না তৌরু-তৌরুবা থবকশিংগী অফ-ফত্ত মহৈঃ চারিবনি হায়বসি মখোয়না থাজবা ঙমদে। মখোয়না হায়রি মদুদি তেংবানবা অসিদা অচুম্বা লৈতে, অচুম্বা লিচৎকী য়ুম্ফম লৈতে, মসিবু ঙাকপী-শেনবীবা চীংঙু কনা লৈতে, মসিদি নুপী অমসুং নুপা অনীসি তিন্নরগা হেক্তা ওইরকপনি, অদুনা তিন্ননীংবগী অপাম্বদু নত্তনা মদুগী মরম অমা লৈতে। মখোয়গী ৱাখলদি হিংলিঙৈদা মশাগী নুংঙাইনবতা হোৎনগদবনি হায়বসিনি। মখোয়না অচাউরম কাবদগী, হকচাঙ নুংঙাইনীংবদগী অমসুং ময়াই-কাবদগী অরানবা তৌহৈদবা থবক কয়া কয়া তৌরক্তুনা মীওইবা সমাজদা অশান্তি পুশল্লকই। শির-তুংগী ৱা করিমতা খন্দনা হিংলিঙৈদা য়ারিবমখৈ মশা নুংঙাইনা হিংননবা, পেন্না কোইননবা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবা হোৎনরগা লোয়রে খন্দুনা মখোয়না অকিবগী মশক ওইবা থবক কয়া তৌই অদুগা মদু ঙম্ননবা পেনবা নাইদনা লল-থুম তাক্সল্লি। মখোয়না শা-ষণনচিংবা তোপ্লবা জীবশিংদা অমদি মী অতৈদা নুংশিবা উৎপগী ৱা লৈতে। অসিগুম্বা জ্ঞান য়াওদবা থবকশিংসি তৌদুনা মশাবু মাঙহঞ্জরবা অমসুং ময়ামগী করিমতা কান্নবা লৈত্রবা মীওইশিংসিনা ফজরবা তাইবংসিগী য়েক্লবশিং ওইনা তাইবং মাঙ-তাকহন্নবগীদমক্তা পোক্লকই।

মখোয়শিং অদুনা অপাম্বা, নাপল, ওইদনা অওই-শাবা অমসুং চাউজনীং-মতৌ হায়বশিংদুগী মখা পোন্দুনা অদুগা মতম পূম্বা তুং-কোইদবা পোৎশিংনা শুস্কৎলগা পঙথদুনা নিন্দা তৌনফম ওইবা শেংদবা থবক তৌবগী ৱাশক লৌরগা থবক চখৈ। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিদি লান্না নুপী-নুপা পান্দোংনবা, জুৱার শান্নবা, শানৈ-য়ুনৈবনচিংবা ফত্তবা থবকশিংদা তত্তনা চঙশিল্লি। নাপল অমসুং ওইদনা-অওই-শাবা ইজ্জৎ হায়বদুনা হোৎইদুনা পুরবা মবুক-মাংবা মখোয়শিংসিদি ণরক তম্না চখরবনি অমসুং তাইবংসিদা তুক্কচনঙাই ওইবা লমহেনবা য়েক্নবশিং ওইনা লৈরবনি। মখোয়গী পূল্লীগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা পান্দমদি ইন্দ্রিয়শিং পেলহল্লগা নুংঙাইবদুনি, অদুগা মসিনা মলোয়রে হায়না মখোয়না চেৎনা খল্লি। অসুম্না শিদ্রিফাওবা কোন্নরবা শীঙথাবা ঙমদ্রবা মিকারুবগী তাইবং চিন্তাশিংনা মখোয়শিংসিবু ওৎলি। কান্নদবা আশাগী মশক ওইবা থৌরী লিশিং লিশিংন্না মশাবু পুনখিদুনা অদুগা আশাশিংদুবু ফংদ্রগা ওইরকপা অশাউবদা লূপখিদুনা মখোয়না চুমদবা পাম্বৈনা লল-থুম পৈশন্নবা হোৎনৈ।

মখোয়না ধর্ম্মগী ৱা শুকথা থাজদে। শিরবা মতুংদা জীবশিংগী পূল্লী অমমম লৈ অদুগা মা মানা তৌবা থবকশিংগী ফল ওইনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা মখল মখাগী তোঙান-তোঙানবা হকচাঙ লৌই হায়বসি মখোয়না থাজদে। মরম অদুনা মখোয়না মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবগীদমক্তা করি তুংদা থোক্লগদগে খল্লদবমখৈ তৌনীংবদা মনীং তৌনা তৌই। মখোয়না খল্লিবদি মখোয়গী য়েক্নবা অমতা লৈহল্লোই, লৈরবসু মাঙহনগনি; মীচং-কনবা মীশিং ওইন্নবা দেশা-উপায় তৌদুনা লল-থুম পৈশিনগনি, শেলনা মী-খোম্বা য়াগনি হায়বনচিংবসিনি। মখোয়গুম্বা হিংচা-য়াইতম্বগী পূকচেল চেনবা মীতাদুনা অসুম্না হায়রিঃ "ঐ ঙসি মসি ফংখ্রে, অদুগা ঐগী পূক্নীংনা নীংদুনা থল্লিবশিংসিসু ঐনা ফংখিগনি। ফংলিবসি ঐগী ওইরে, অদুগা ফংলক্কদৌরিবা লল-থুমদুসু তুংদা ঐগী ওইগনি। মানা ঐগী য়েক্নবনি, অদুনা ঐনা মাবু হাত্তোক্লে, অদুগা ঐগী অতোপ্পা য়েক্নবশিংবুসু ঐনা হাৎখিগনি। ঐ পুন্নমক্কী তৌবা ঙম্বা মপুনি অদুগা পোৎ খুদিংমক্কীসু মপুনি। ঐহাক চার-থক্ল তৌদুনা নুংঙাইনা লৈরিবা মীদুনি। "মায় পাকপা", "অঙম্বা" অমসুং "নুংঙাইবা" হায়বশিংদু ঐনি। ঐ লল-থুম লৈবা ইনাকখুনবনি অমসুং শাগৈ ৱাংবনি; ঐগা মান্নবা অতোপ্পা কনা অমা লৈরিবগে? ঐনা অচৌ-অচৌবা ঈড়াৎ-থৌরমশিং পাঙথোক্কনি, ঐনা দান য়াম্না পীগনি, অদুগা মদুদা ঐনা হরাও-নুংঙাইনা

লৈগনি।" মতৌ অসুম হায়দুনা মখোয় ময়াই-কানা লৈ। তশেংনমক্তি মখোয়না পূর্ণীগী অশেংবা পান্দম অদু শুকখণ্ড-খণ্ডদনা পণ্ডথদুনা লৈ।

মখোয়দি অপাম্বনা লাকহৎখিবনা মখোয়না হৌজিক হৌজিক লৈরিবদুদগী অমুক হেন্না হেন্না লৈবা পাম্মি। অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না অরানবা লম্বীদা হালেংদনা চত্তুনা লল-থুম পৈশন্নবা লাক্নে। মখোয়গী পূকচেলদি কয়ামুক শাথীবগে হায়ববু মী অতৈনা ফংজগদবদু মখোয় মথন্তগী ওইনা লৌরগা মখোয়না নুংঙাইনা হিংনীংই। মদুদি অরানবা ৰাখলনি। অপাম্বা হায়বসিদি পাম্নি-পাম্নিবদু হেক ফংলিবমখৈ অপাম্বা অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি। অদুগা সংসারগী অপাম্বসি লৈরিবমখৈদি কনামতনা কৈদৌনুংদা অশেংবা নুংঙাইবদু ফংবা ঙম্লোই। মসিগী অচুম্বসিবু মখোয়না খঙবা ঙমদে। মতৌ অসুন্না তাইবংগী পোৎশিংবু পাম্বগী ৰাখল কয়াদা পূক্নীং চোয়রদুনা অদুগা পণ্ডথবগী লাংদা থুরদুনা মখোয়না ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংতবু পেলহন্নবা হোৎনবদা লাইচুদুনা লৈ অদুগা অসুম অসুম মশীঙ-লাকঙমদবা পাপশিং তৌবদগী ণরক কোমদা ওন্থে।

আসুরি সম্পৎ লৈবা মীতাশিংসিনা যজ্ঞ অমসুং দাননচিংবা কয়া তৌজরবসু করম্না ণরক তারিবনো হায়বদুগী মরমদি মখোয়শিংসিনা মশানা মশাবু ৰাংনা থাঙ্গচদুনা, লমকেৎ-লমহাইবা ওইদুনা, ললগী নত্রগা ওইদবা ইজ্জৎকী নাপলদা ময়াই-কারগা ঙাওদুনা য়াম্না চাউথোক্লা থৌনিরোল কায়বা ঈড়াৎ-থৌরমশিং মমিংতা ওইনা পাঙথোকসন্নবদুনি। মখোয়শিংসিদি লম্বোই-ফিজেৎ শেচ্চরবসু নত্ত-নত্তবা থবক কয়া হালেংদনা তৌই। অসিগুম্বা মীফত্তশিংসিনা ঐ মঙাইরে হায়বগী নাপলদা, অকল-অরীংদা, মীরাক-মীথুমদা, অপাম-মিহৌদা অমসুং অশাউবদা হৈনবী ওইখিদুনা ককঙাউনরগা মখোয় মশা মশাদা অমসুং অতোপ্পশিংগী হকচাঙশিংদা লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবানবু হস্থনা লৌই অমসুং কল্লক-য়েংথীনা তৌই। মখোয়না ধর্ম্মবু তাথীনা চৈ। অসিগুম্বা মীতাশিংসিদি শ্রীভগবানগা য়েংথীনবনি।

মীওইলক্তগী খ্বাইদগী তোল্লবা, কল্লক-য়েংথীগনবা; নুংশি-হৈতবা অমসুং ফত্তবতা তৌগনবা মী-ফত্তশিংসিবু, মখোয় মখোয়না তৌজবা কর্ম্মগী মতুংইন্না, শা-কৈনচিংবগী মপোক্তা পোকহন্দুনা সংসার ঈপাক্তা ইবুংঙো মহাক্না তত্তনা হুন্থে। শির-তুংদা জীবাত্মাবু পরমেশ্বর ভগবাননা মমা অমগী গর্ভনুংদা থম্মী অদুগা মদুদা মাগী তুংগী ওইগদবা হকচাঙ অদু শাগৎলি। হিংচা-য়াইতম্বা লীচৎ-চৎপা মীতাশিংনা শিরগা শা-কৈনচিংবগী

মপোক্তা পোক্লনবা মতম পূম্বদা হিংচা-য়াইতম্বশিংগী নাওয়োম্নুংদা মখোয়বু শ্রীভগবাননা লত্তনা লংশিল্লি। মরম অদুনা মখোয়দি তোল্লবা মপোক্তা পোক্লুনা অদুম লৈথে। ঐখোয়না ঙসি তাইবং-সংসার অসিদা অসুক য়াম্বা জীব মখল কয়া অমা উরিবসি মানা মানা তৌরকপা কর্ম্মশিংদুগী মতুংইন্না ওইরক্লুনা উহল্লক্লিবনি। মসিনা ঐখোয়দা য়াম্না কান্নবা পারা অমা তম্বী। ফত্তবা তৌবা মীশিংনা য়াইফবা ফংবসিদি শুকওই-ওইথোক্তবনিনা, মখোয়না লাম্থোকপদা ৰারবা অদুগুম্বা তুক্কচনঙাই মশক ওইরবা গরক্তা তাদুনা অৱাবা ফংবা তাবনি। মরম অদুনা অসিগুম্বা অপঙবা অমসুং ফত্তবা মীশিংনা মপোক মপোক খুদিংদা হিংচা-য়াইতম্বশিংগী পিবুকনুংদা হঞ্জন-হঞ্জন চঙলগা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙমদে অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল ফংদদুনা মখোয়না হান্নগী মপোক্লুদগী অমুকসু অসুম অসুম হম্থখিদুনা হায়বদি কৈদগী লিলগী, লিলদগী তীলগী, তীলদগী উপাম্বীনচিংবগী হকচাঙশিং ফংলগা তোম্থ-তোম্থবা মপোক্তা তাথখিদুনা ইকোল-হেক-কোনবদদি খ্বাইদগী তোম্থবা মপোক্তা তারে।

গরক্কী লমদম তাবা থোঙ্গাল অহুমখক লৈ। মখোয় অহুম অদুনা হিংচাবগী মচৎ পুম্নমক্কী মরু ওইবা য়ুম্ফম অদু শেম্মী। মখোয় অদুদি অপাম্বা (কাম), অশাউবা (ক্রোধ) অমসুং মিহৌবা (লোভ) হায়বশিংসিনি। মীওইববু ওৎ-নৈরিবা হিংচাবা মখোয় অহুমসি গরক ফংনবগী মরম ওই। মখোয়সিনা মীওইবদা লৈবা হিংচা-য়াইতম্বা লমচৎপু য়োকখথলি অদুগা মীওইবা মশাবু মাঙ-তাকহল্লি। মখোয় অহুমসিদগী নাম্থোকপা ঙম্নবা মহাক অদুদি থোইদোক হেন্দোক্লা ফরবনি মরমদি মহাকতনা বেদ-শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংবু ইনবা ঙমগনি। মহাক্লা মাগী আত্মাগী য়াইফনবা হোৎনৈ। মীওইবদি জীব ময়াম অসিগী মকোক্তা লৈবনিনা মসি খঙফম থোকই। মরম অদুনা কাম, ক্রোধ অমসুং লোভ হায়বা মীওইবা ঐখোয়গী য়াম্না শাথীরবা য়েক্লবা অহুম অসিবু বৈরাগ্য (সংসারগী মতৌবু ধর্ম্মগী ওইনা থাদোকপা), শান্ত (পুক্নীং নৈতানা লৈবা) অমসুং ত্যাগ (থবক্কী মহৈঃ থাদোকপা) হায়বা লাইগী ওইবা গুণ অহুম অসিনা খুৎলায় ওইরগা খুদুম চনবা তাই। ঈশ্বরনা তৌবা ঙমদবা থবক অমতা লৈতে। মরম অদুনা ইবুংঙো মাগী ওইবা গুণ অহুম অসি শারমচৎকা থেংনবা লান্দা মতেং লৌগদবা মতিক চাবা খুৎলায়শিংনি। মখোয়গী মতেং লৌরগা য়েক্লবশিংদুবু উৎ-ওলহনগদবনি। মরু-মরাফাওবা লৈহলহৌবা য়াদে, মরমদি মদুনা ময়োল চোংলক্লগা মদু শিররোই। মরম অদুনা মরু-মরা খুদিংমক্লু

হেক উৎ-ওলহল্লবতদা, মদু অমুক হিংগৎলকপগী বা লৈত্রে। অসুন্না য়েক্লবা অহুম অসিবু উৎ ওইনা মাঙহনবা ঙম্নবা মীতনা মশাগী য়াইফনবা লমচৎ-শাজৎ চত্তুনা পূর্ণীগী পান্দম ফংবা ঙম্নবা হোৎনৈ, অদুগা অসুম তৌদুনা জীবাত্মাবু মথক্রোমদা কাহল্লগা মানা অথোইবা খুভমবু ফংজে।

তৌইগুম্বসুং, শাস্ত্রনা তাকপা য়াথংশিংবু লংশেক্লগা মশাগী মচিং-মশোলগী মতুংইন্না তৌনীংবতা তৌরবা মী মহাক অদুদি সিদ্ধিসু ফংলোই, নুংঙাইবসু ফংলোই অদুগা অথোইবা পম্বুংদুসু য়ৌবা ঙম্লোই। মদুবু শাস্ত্রগী বা ইনবা কৌই। মরমদুনা সাধক অমনা মাগী পূর্ণীদা শাস্ত্রনা তৌফম থোকই তৌ হায়না তাক্লিবা থবকশিংদু তৌগনি অদুগা তৌফম থোক্তে তৌগনু হায়না থিংলিবা থবকশিংবুনা তৌফদে। অদুম তৌরবদি মানা পরমগতি ফংগনি।

---

# তাঙ্কক তরাতরেৎ

**তাঙ্কক** অসিগী মমিংনা "শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ" হায়না কৌই। শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংগী মতুংইন্না কনাগুম্বা অমনা কর্ম্ম তৌরবদি মহাক্কী পূন্সী মহৈং শোয়দনা য়ানগনি। হৌজিক তাঙ্কক অসিদা শাস্ত্রবু উশীৎ-থৌওইদবদি নত্তনা অদুবু মদুগী নিয়মশিংবু ইন্দি-ইন্দনা মরন্নাই থাজবদি লৈজনা ঈড়াৎ-পূজা তৌরিবশিংদুগী থাজবা-মথাজদু করম্বা মতাগীনো, মদুবু সত্বগী ওইগদ্রা নত্রগা রজঃগী ওইগদ্রা নত্রগা তমঃগী ওইগদ্রা, মদুগী মহৈং ফংগদ্রা নত্রগা ফংলোইদ্রা হায়বশিংসি অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা খঙনীংদুনা হংজখি। অর্জ্জুনগী ৱাহংশিংসিগী পাউখুম ইবুংঙো মহাক্না পীবি। মীওইবগী থাজবসি সত্বগুণদগী ওইরকপা, রজঃগুণদগী ওইরকপা অমসুং তমঃগুণদগী ওইরকপা হায়দুনা মখল অহুম খায় হায়না ইবুংঙো মহাক্না তাকপী। অসুম্না খায়দোক্লিবসি মায়াগী শক্তিননি। হৌখিবা মপোক কয়ামরুমদগী চেল্লকপা গুণদুগী অমসুং তৌরকপা পাপ-পুণ্যগী ওইবা কর্ম্মশিংগী তারিবা অথূপ্পা মমিদুগী হায়বদি সংস্কারদুগী মতুংইন্না মী খুদিংমক মরন্নাইগী ওইবা থাজবা মথাজ লৈজে? মথাজশিংদু অমগা অমগা মান্নদে। সত্বগী ওইবা থাজবা মথাজদুনা অরান-খুভম ফংনবরোমদা চৎলি, রজঃগী ওইবদুনা সংসারগী ওইবা মখা তাথবা থবক-ইনখাঙশিংবু কন্না তান্নদুনা লৈরগা প্রকৃতিদা য়ুংশন্দুনা লৈ অদুগা তমঃগী ওইবদুনা অমম্বগী মশক ওইবা করিশু-খঙদবরোমদা চৎলি। মী অমগী

থাজবা মথাজ হায়বসি মহাক মশাগী হৌনশা তুংইন্না ওই অদুগা মরম অদুনা মদুনা মহাকপু মশক তাকই। কনাগুম্বা মী অমগী মথাজ অদুমক মহাক মশামক্কী মওঙ-মতৌনি।

হৈনখিবা শাজৎ ময়াম্না পূল্লগা ইশাগী লমচৎ ওল্লকই অদুগা লমচৎ অদুদগী মীওইবগী লাইবক ওল্লকই। ঐখোয় ঐখোয়না ঙসি ওইরি-ওইরিবা ফীভমশিংসি হৌখি-হৌখিবা পূন্সীশিংদগী তুংশিল্লকপশিংদুনি। শিৱ্বা তুংগী ওইরক্কদবা ঐখোয়গী লাইবক অদুসু হন্দক মপোক্তা অথোই শরূক ওইনা লৈখিবা গুণ নত্রগা ৱাখলনা শেম্মী। তশেংনমক হায়রবদা ঐখোয়গী লাইবক অসি, অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু, ঐখোয়দা মমাংগী মপোকশিংদা মমি তাখিবা থবকশিংগী অমসুং পূক্লীংদা পোকখিবশিংদুগী ফলশিংদুনি। ঙসিনা হয়েং শেম্বা মরম্না ঐখোয়গী তুংগী পূন্সীসু ঐখোয়না শেম্বা ঙমই। লাইবক ফবনা ঐখোয় হৌজিক মীওই মপোক্তা পোকপা ফংলরে। মীওই মপোক অসিদদি ধর্ম্ম-কর্ম্মগী সাধনা তৌবা ঙমই অদুগা অতৈ মপোকশিংদদি মদু তৌবা ঙমনদে। মরম অদুনা ঐখোয়না মীওই-মপোক্তা পোকচবা তাঞ্জা ফংলিঙৈসিদা হম্বা মপোক্তা হঞ্জন হঞ্জন পোক্কদুনা অসুম অসুম কুমথখিদনবা অকারম ফংনবা হোৎনবা তাবনি।

মীওইবদা লাই, মী অমসুং শা অহুমসিগী শক্তি থূপ্তুনা লৈ। শক্তি নত্রগা গুণ খেন্নবগী মতুংইন্না লাই-লাৎপগী মওঙসু খেন্নে। আত্মাগী কান্নবা খল্লবা অমসুং জ্ঞানগী মঙাল ফংলবা সত্ত্বগুণ চেল্লবা মীশিংনা নুং-বু ঙালহনবা ঙম্বা দেবতাশিংবু নীংজ-শোঞ্জে। মখোয়না খঙদদুনা নিয়ম কায়না দেব-পূজানচিংবা তৌজরবসু মদুদগী মখোয়না য়াইফবা ওইবা মহৈঃ ফংগনি মরমদি মখোয়না মখোয়গী থূপ্তুনা লৈরিবা লাইগী শক্তিবু চাওখৎনবা দেবতাশিংবু পূজা তৌই। অদুগা চাকপগী পেনবা নাইদবা মৈগী মশক ওইবা রজঃ গুণগী মীশিংনা মীকোক থোংনবা, লল-থুম নৈনবা অমসুং সংসারগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবদু ফংনবা তৌ-ঙম্বা লল-থুমগী লাইওই-মীওই-তৌবশিং অমসুং হিংচাবশিংবু লাৎলি। অদুগা লৌশিং লৈতবা অমম্বগী মশক ওইবা তমঃগুণগী মীশিংনা ভূত-প্রেতনচিংবা অমাংবা লাইশিংবু পূজা তৌই। রজঃ অমসুং তমঃ গুণ চেনবা মীশিংগী লাই-মরাৎশিংসিনদি মখোয়বু অরান-খূভম ফংহনবা ঙম্লোই। মখোয়না পাপকী ওইবা ফলদমক ফংগনি। বেদ-শাস্ত্রশিংদা তাকপী-তম্বীরন্নিবা ব্রত অমসুং তপশিংদি

আত্মজ্ঞান ফংনবা ঙাক্তনি। অদুবু মখোয়না মশাবু ধর্ম্ম লৈরে হায়বগী নাপলদা, মখোয় মঙায়রে হায়বগী চাউথোকপদা, অপাম-মিহৌদা, রাগদা অমসুং নমজা-নমথেক্লবা মতৌদা হকচিন্না চৎখিদুনা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা থারমদ্রবা অকিবগী মশক ওইবা তপ জাৎতা মখল মখল লন্নাই ওইনা তৌরিবা মীশিংদুদি হিংচা-য়াইতম্বগী বুদ্ধি চেনবা মীশিংনি। অপঙবা মীশিংদুনা লান্না হোম-জপনচিংবা সাধনা তৌবদা শাথীনা চারা হেন্দুনা মশাগী পঞ্চভূতপু কংসলহল্লি অদুগা পরমাত্মাগী অংশ ওইরবা জীবাত্মাবু ৱাহল্লি। অদুগুম্বা তৎ-লাওবা লাইনীং জাতাশিংদুদি মখোয়গী শিনবগী মরম ওইদুনা তোকই। মসিবু গীতানা য়াদে।

গুণ অহুমগী মতুংইন্না মীশিংগী স্বভাব তিন্নদবদগী মখোয়গী চাননবা চীঞ্জাকসু সত্ত্বগী ওইবা, রজঃগী ওইবা অমসুং তমঃগী ওইবা হায়দুনা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই। চীঞ্জাক হায়বসি মীওঙ শেন্নবা মরুওইবা অমনি। চীঞ্জাক্লা মীওইবগী হকচাঙ পাঙ্গল কলহল্লি। হকচাঙ অসিসু পূক্নীংগা হকচিন্না মরী লৈনবা মরম্না পূক্নীংগী পাঙ্গলসি হকচাঙগী পাঙ্গলগীসু মখা পোল্লি। হৌন-লীচৎ খঙবা, অফবা হৈনবীশিং লৈবা, ধর্ম্মগী ওইবা মহোৎনশিং হোৎনবা, মীনুংশি খঙবনচিংবা পূন্নমক অসি অফবা চীঞ্জাক হায়বদুগী মগুণগী মখা পোল্লি। অদুগা লায়না, পূক্নীংগী অশোনবা, ধর্ম্মবু থৌশা-ৱাশাদবা হায়বনচিংবশিংসিবুনা অরানবা চীঞ্জাক্লা থোকহল্লি। মরম অদুনা পূক্নীংবু অৱাংবা থাক্তা লেঙদনা থমগে হায়রবদি চাহৈবা-চাহৈদবা চীঞ্জাকশিংদু মুন্না য়েংবা তাই। অদুগীসু মথক্তা, চীঞ্জাকশিংদুনা চাবা য়াবা ওইজরবফাওবদা, মখোয়বু মখোয়না শাবনা মনিল ফোং ফোং কারিঙৈদা খক চারোইদবনি। ঙসি ঈশিংদা থোংবা চীঞ্জাক্তু মথংগী নুমিত্তা চারোইদবনি, অদুগা থাওদা তাউরবা পোৎশিংবুনা মনম নমথীদ্রিঙৈদা চাথোকহৌগনি।

সত্ত্বগুণ চেনবা মীওইনা পুন্সী তোলোইগদবা, হীংবগী পাঙ্গল হাপকদবা, পূক্নীং-মরা-চেৎপা হেনগদবা, থৱায়-নুংঙাইগদবা, লায়না-তীন্না কোক্নদবা, মহাউ শেংনা লৈবা, থুম-য়াকমন্দবা, মচি ওইবা, মোরোক শামন্দবা, থুস্মন্দবা, অমেংবা, থম্মোয় ফহনবা চেং, গেহু, শঙ্গোম, হৈ-রা, মনা-মশিঙ, খোইহীনচিংবা অশেংবা চীঞ্জাকশিংসি য়াম্না পামজনা চাই। রজঃগুণ চেনবা মীনা খামনবা, শীনমনবা, থুস্মনবা, মোরোক শামনবা, ফকমনবা, য়াম্না শাগৎহনবা, থুম য়াকপা, মৈথক্তগী লৌথরকপদা ঙাইদুনা পোকপমখৈ শাবা, পূক্নীং -হকচাঙদা অৱা-অনা পোকহনবা, লায়না পোকহনবা, য়াম্না য়াকপা অমসুং তিলহৌ,

চনম, অমদি মসলা য়াম্না থাকপা মরেক-মহাউ কনবা চীঞ্জাকশিং চানীংই। মসিগুম্বা চীঞ্জাকশিং অসিনা চারীবা মীশিংদুবু ময়াই-কাহল্লি অমসুং ঙাওহল্লি। তমঃগুণ চেনবা মীওইনা মহী য়াওদদুনা কংলবা, মহাউ য়াওদ্রবা, পুমদুনা মনম নমথীরবা, অহিং-নোংলেম্লবা, লুখাক ওইরবা অমসুং লাইদা কৎহৈদ্রবা তুক্কচনঙাই ওইরবা অমাংবা চীঞ্জাকশিং অদু চাবা পামজৈ।

সাধক অমনা মাগী চীঞ্জাক চাবা অমসুং থকপা মতমদা মাগী চান-থক্লবা পোৎশিং অদুগী অশেংবা, মখোয়বু থোং-থাক্লিবা পাত্রশিংদুগী অশেংবা অদুগা থোংলবা চীঞ্জাক অদুবু য়েনগদৌরিবা মী নত্রগা মীশিংদুগী অশেংবা হায়বা "অশেংবা" অহুম অসি য়াম্না মুন্না য়েংশিনগদবা ওই। চাগ-থক্কদবা পোৎশিং অদু শেংঙে অমসুং অফবা ওইরে হায়বদুখক্কদি য়াদ্রি। মখোয় অদু অফবা পাম্বৈশিংনা ফংহল্লক্কদবনি; য়াম্না লিকপা, মপূক-শেংদবা অমসুং লূদবা মীশিংবুনা মখোয়গী লৌরুফম ওইরোইদবনি অদুগা লৌরুফম মফমদুসু অমোৎপা ওইরোইদবনি, হায়বদি চীঞ্জাক অদু ফত্তবা মফমদগী লৌরুবা ওইরোইদবনি। ফত্তনা অমসুং শেংদনা তাল্লকপা পোৎচৈশিং অমতা কনাগুম্বা অমগী য়োক-থাক্লবীগদমক শীজন্নরোইদবনি। মখোয়শিং অসিদি ফংলকফমমত্তদা শেংদ্রে। ফংফমসু, ফংলক্লবা উপায় ওইবা থবক পরীঙশিং অদুসু অদুগা ফংলক্লিবা পোৎশিংদুসু লোয়নমক পূমশেং-শেংনিম্নগনি। থোংনবা পাত্রশিংসু অমোৎ-অকাই পকহন্দনা তরু-তহেনবা হায়বদু ওইগনি। চান-থক্লবা পোৎশিং অদুবু য়েল্লিবা মীদুসু মাগী হকচাঙ অমসুং মফি-মরোলশিং লু-নানবতা নত্তনা মশাগী হৈনবী অমসুং লমচৎ-শাজত্তসু লু-নানগদবনি। অচা-অথক য়েল্লিঙৈদা মঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী তুক্কচবা, অশাউবা, পূক্কীং-ৱাবা অমসুং ৱাওইদবা মতৌ-মরাঙ অমতা লৈরোইদবনি, মহাক হৱাও-মকা-লামগদবনি অমসুং মশাদু থীং-খাঙ লাউগদবনি। চারিবা মীশিংবু সেবা তৌনা তৌনা মাগী মপূক্কীংদুদা নত্তবা শাজৎকী মাঙহন্নীংঙাই ওইবা ৱাখলশিং লৈবা তারবদি মাগী হকচাঙগী ওইবা লু-নানবা অমসুং শুদ্ধৎপা মতৌদুখক্কা চারিবা মী নত্রগা মীশিংদুবু য়াইফহনবা খক ঙল্লোই। মাগী ফত্তবা ৱাখলশিংগী খঙবদা লুরবা শাহুমশিংনা চারিবা মী নত্রগা মীশিংদুদা তোয়না তোয়না খোঙদারগনি অমসুং মখোয়গী লাইনীং-লমদা শাথীনা অপনবা পীগনি। চারিবা চীঞ্জাক অদুনা ফরগা পুক্কীং ফগদৌরিবনি। কনাগুম্বা অমগী পুক্কীংনা ফরগা মানা ঈশ্বরগী নাক নকপা ঙমগনি। মরম অদুনা সাধক অমনা অফ-অফবা অশেংবা চীঞ্জাকশিং চাগনি।

গুণগী মতুংইন্না চীঞ্জাকপু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকখ্রে, অদুগা মদুগুম্মদনা যজ্ঞ, তপ অমসুং দান মখোয় অহুম অসিসু মখল অহুম অহুম থোক্লা অদুম খায়দোকই। সত্ত্বগুণ চেনবা মীওইনা শাস্ত্রগী মতুংইন্না অমসুং যজ্ঞদুগী মহৈঃ ফংনীংলুবা তৌদনা তৌফম থোকই হায়না পূক্নীংদা চপ-য়ুংনা লেপ্লগা পাঙথোক্লিবা যজ্ঞ অদু সাত্ত্বিক ওইরে নত্রগা শেংলে। মানা যজ্ঞগী মশক ওইনা তৌরকপা থবক পূম্নমক্তি থবায়-পানবা পূম্বগী কান্নগদবা ঙাক্তনি। তাইবংপানগী লল-থুম, মিংচৎ, ফম, অচাপোৎনচিংবা ফংননবা যজ্ঞ তৌবদি শাস্ত্রনা য়াদে। মরম অদুনা মানা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা শাস্ত্রগী কাঙলম মতুং ইন্নগা তৌগদবা মথৌমক ওইনা পরমেশ্বর ভগবানবু পেন্নবা যজ্ঞ তৌই। অদুগা রজঃ গুণ চেনবা মীতানা মালেমসিদা লৈরিঙৈসিগীদমক্তা লল-থুমনচিংবা মহৈঃ ফংননবা অদুগা নাপলনা মরম ওইদুনা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি হায়না উচ্চনীংবা অমা য়াওনা মীনা উশীৎ-থৌওইনবা রজসিক যজ্ঞ তৌই। মসিদি শেংদবা যজ্ঞনি। অদুগা ধর্ম্মগী চৎন-পথাপকী মায়য়োক্তা শাস্ত্রগী কাঙলম হুক্তনা, ব্রাহ্মণনচিংববু পীজ-পীথক তৌদনা নত্রগা প্রসাদি য়েম্থোকপনচিংবা য়াওদনা, দান তৌদনা নত্রগা পুরীৎশিংদা দক্ষিণা তৌবনচিংবা য়াওদনা, লাইশোল-তিনশোন শক-শোন্দনা নত্রগা বেদমন্ত্র থীদনা (নত্রগা থীরবসু ওন্ন-তৈননা থীদুনা) অদুগা থাজবা য়াওদনা তৌবা যজ্ঞবু তমসিক যজ্ঞনি হায়না লৌনৈ। মসিদি মফম-মরাং খঙদবা অমম্বগা মান্নবা অপঙবগী যজ্ঞনি।

মথং তাবদা শ্রীভগবাননা হকচাঙগী, ৱাঙাঙগী অমসুং পূক্নীংগী তপ হায়বা মখল অহুমদুগী মরমদা হায়রি। দেবতাশিংবু, ব্রাহ্মণশিংবু, লাইনীং-লম্বী তাকপীরিবা গুরুশিংবু, পণ্ডিতশিংবু অমসুং ইমা-ইপাগুম্বা ইথক-থোংবা মীতাশিংবু খুরুম্বনচিংবা তৌদুনা পূজা তৌবা, নুং-পান শেংবা, ঈচম-চম্বা, ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্তুনা লৈবা, শাস্ত্রনা তাকপা থবক তৌবা অমসুং জীব অমতবু পূক্নীং-হকচাঙগী অৱাবা পীদবা (অহিংসা) হায়বশিংসি হকচাঙনা তৌবা তপ কৌই। তপ মখল অসিদদি হকচাঙ অমসুং মদুগী মতিক-মঙালশিংদুবু জীব পূম্নমক্কী সেবাগীদমক্তা (মরুওইনা অনাবশিং অমসুং দম্বা তারবশিংবু সেবা তৌনবগীদমক্তা), ঈশ্বরবু ঈড়াৎনবগীদমক্তা, ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেন-কোলোয়নবা তীর্থস্থানশিংদা চৎনবগীদমক্তা, স্বর সাধণ তৌদুনা পূক্নীং-হকচাঙ ফানবগী শাজেল শান্নবগীদমক্তা, ইন্দ্রিয়শিংবু মাঙনীংঙাই ওইবা লম্বীশিংদা চৎখিদনবা ফাদুনা থম্নবগীদমক্তা শীজন্নগদবনি হায়রি। অদুগা ৱা-ঙাঙবগী তপ হায়বদুদদি মীগী পূক্নীং

নাহল্লোইদবা, অচুম্বা, নুংশিবা, তানীংবা অমসুং কান্নগদবা য়াৱাশিং ঙাক্তা চীনগোইনগনি, অদুগা বেদশিংবু চাং-নাইনা হঞ্জিন-হঞ্জিনসু থীগনি। ৱা য়াম্না কা-হেন্না ঙাঙলোই, মীনম্বা ৱা হায়রোই, মীবু তুংদা হন্দুনা ৱা-ঙাঙবা তৌরোই অদুগা কৈদৌঙৈদসু কম্থা-কঞ্জাওননা ৱা ঙাঙলোই। মরু ওইনা মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু নীংশিংদুনা ৱা ঙাঙগনি।

হৌজিক মথংদা পূক্নীংগী তপ হায়বদুনা করিনো? মদুদি পূক্নীংবু তরু-তরুনা মকা-লাম্না ঈংনা থম্বদুনি, তমথীবা পূকচেল চেলহন্দনা নুংশি-থৌজাল লৈহনবদুনি, ৱা-ঙাঙদনা আত্মাগী ধ্যান তৌবদুনি, মশানা মশাবু ৱারকচবদুনি অমসুং লৌথূপ-লৌকোই লৈতবদুনি। মসিনা তাকপদি পূক্নীংদা লাঙতক্নবা, খোয়রাঙবা, তুক্কচবা, অকিবা, মিহৌবা অমসুং চাউথোকপা হায়বশিংসি লৈরোইদবনি হায়বনি। থৱায়-পানবা পূম্ববু নুংশিবগী ৱাখলনা পূক্নীংদুবু পীক-থলহনগদবনি। পূক্নীংদুনা ঈশ্বরদা লৈবা তাবনি। তাইবংগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবশিংবু ফংনবা কন্না হোৎনবা তোকপা তাবনি। পূক্নীং অদুদা হেন্না হম্থবা ৱাখল অমতা চঙহল্লোইদবনি। পূক্নীং-ৱাখল পূম্নমক্না হেন্না ৱাংবা থাকশিংদা কাননবা মায়কৈদা পাংগদবনি। মসিনি পূক্নীংগী অচুম্বা তপ হায়বদু।

মথক্তা পনখ্রিবা তপ মখল অহুমসিগী মরক্তা অমখক্তং ৱাৎপদা, আত্মাগী তরং তরং ঙানবা মতৌ "আত্মজ্যোতি" না মঙাল ফুদোকপা ঙমদে। অদুম হায়না "থাওমৈ, থাওমৈগী দোশী অমসুং থাও হায়বা মখোয় অহুম অসি লোয়নমক মঙাল অমা ঙালহন্নবগীদমক্তা তঙাইফদ্রবা মরুওইবা মচলশিংনি। হকচাঙনা থাওমৈনি, পূক্নীংনা থাওনি অদুগা লৈয়েংনা দোশীনি। অহুম অসি লোয়নমক নিংথিনা ফীভম চানা লৈগদবনি"।

তপ অহুম অসিবু করিগুম্বা মীরম্নেনগী কান্নবা মহেৎ অমতা ফংনীংলুদনা অমসুং ঈশ্বরগী পেন্নবা হায়দুনা থাজবগা লোয়ননা তৌরবা মখোয়দু সত্ত্বগুণগী ওইরে। অদুগা মিংচৎ ফংনবীগদমক্তা, মীনা ইকাইখুন্নবীবা নত্রগা থৌগল তৌবীবা পাম্বগীদমক্তা অমদি উচ্চনীংবা মরমগীদমক্তা নাপল অমা য়াওনা পাঙথোক্লিবা তপ অদুদি রজঃ গুণগী ওইবা তপনি। মখলসিগী তপ অসিদি মরাসু চেত্তে, তুংসু কোইদে অদুগা অরেপ্পা মহেৎসু লৈতে। অদুগা পঙবদগী মশানা মশাবু ৱাহনবগা লোয়ননা অতোপ্পবু মাঙহন-তাকহন্নবগীদমক্তা লৌখৎলিবা তপ অদুবুনা তমঃ গুণগী ওইবা "তামসিক তপ" নি হায়নৈ।

দান তৌবগী থবকশিং অসিসু হকচাঙগী তপনি হায়না লৌবদসু করিমতা কায়দে। সত্ত্বগী ওইবা মওঙদা তৌরিবমখৈদি ইফদ-ফৈ। দান তৌবা মতমদা, দান তৌরিবা মী অদুনা দান তৌগদবা মফম, মতম অমসুং দান অদু ফংগদৌরিবা মীদুগী পূকচেল অদু য়াম্না মুন্না খল্লবা মতুংদা দান তৌগনি। অদুননি অখঙ-অহৈশিংনা "দান তৌবা মতমদা দেশ, কাল অমসুং পাত্র য়েংলগা দান তৌগদবনি" হায়না হায়নরিবসি। মীশক য়েংদবমখৈ দান তৌবদি শাস্ত্রনা য়াদে। অতোপ্পগী কান্নবগীদমক্তা মথৌ ওইনা পীফম থোকপনি হায়না মহুৎ-মরেংগী ৱা লৈতনা, মতম চানা, মফম চানা অমসুং ফংবা য়াবা মতিক-চাবা মীতাদা পীবা দান অদুবু সত্ত্বগী ওইবা দান কৌই। অদুবু দান অদু করিগুম্বা অমা মহুৎ-মনাই ওইনা ফংবগী ৱাখলগা লোয়ননা নত্রগা মশাগী ওইজবা অমা তুংদা ফংনবগী আশাদা পূক্নীং ৱানা পীরবদা নত্রগা মদু পাম্মু-পাম্মুনা পীনীংদনা খুল্লং-লম্মণগী মওঙদা পীরবদা, মদু রজঃগুণগী ওইবা দান "রাজসিক দান" হায়বদুনি। অদুগা তৌফম থোকপা হৌনবী নিংথি-নুংঙাই তৌবিদনা নত্রগা নাপল-কানা সম্মাণ য়াওদবমখৈ উশিত্তবগা লোয়ননা পীফম থোক্তবা অরানবা মীদা মফম অমদি মতম য়েংদনা পঙপীদ-পীরিবা অদুগা পীবা মতমদসু চৈ-থাংদুনা মীগী মপূক নাহনবা ওইনা পীরিবা দান অদুবু তমঃগুণগী ওইবনি হায়নৈ।

চাদ-থক্তবা মীদা অচা-অথক পীবদি চুম্মী অদুগা ইনাক-খুনবা নত্রগা মরমচৎ চুমদবা মীশিংদা পীজ-পীথক তৌবদি লাপ্পি, পাত্র চাদে। লায়নাশিং থিংবা ঙমদবমখৈ থোক্লবা মফমশিংদা অনাশঙ লিংখত্তুনা দান তৌবা য়াই অদুগা ঈশিং-ঈচাউশিংনা নত্রগা ঈকংশিংনা চাকতাঙ ফীভমশিং থোকহল্লবা মফমদসু মদুদা লৈবা মীশিংদুগী অরাম-খৌরাং কোকহনবা ওইনা অচা-অথক দান তৌবা য়াই। মিংচৎ নত্রগা মীয়াম্না শক্ল-শোন্নবা নত্রগা ব্যবাহার নত্রগা শক্তিগুম্বা খর মহুৎ-মরেং ওইনা ফংননবা পীরিবা নত্রগা খোইদৌ-শীকপা মতৌদা নত্রগা কন্না হায়মনবদগী য়ানীং-য়ানীংদনা দান ফংগদৌরিবা মীদুদা হেক্তা লাক্তুনা লংশিনবগুম পীরিবা দানশিংদুদি শেংদে। "দান তৌরিবা অদুসু পীয়ু পীয়ু হায়বা খুদিংদা চাই-চাইদুনা য়েল্লোইদবনি; অদুগা মফম মখল মখলদা মদুবু হৈথরোইদবনি। অসিগুম্বা কান্নদনা অরেম্বদা চাদিং তৌবা দান মতা অসিদি কৈদৌনুংদা তৌফদে। মী ময়ামদা খঙহন্নবা থবক্কী মমি অমতা দান তৌবগী থবক অদুদা তাহল্লোইদবনি। ঈশ্বরগী সেবা ওইনা মদু কান্নহনগে নীংনা তৌবা অমসুং কান্নহনবা

ওইগদবনি। শন্না হায়রবদা দান হায়বসিদি ভক্তি হায়বদুগা লোয়ননা পূকচেল য়ান্না শেংনা পীগনি।"

রজঃ গী অমসুং তমঃগী ওইবা যজ্ঞ, তপ অমসুং দাননচিংবশিংদুবু থাদোক্লগা সত্ত্বগী ওইবশিংদুদমক কনাগুম্বা অমনা তৌবা ঙম্নবদি মহাক য়াইফবা ফংগনি হায়বদু মথক্তা হায়খ্রে। অদুবু সত্ত্বগী ওইবা অফবা থবকশিংদুবু তৌবদা অশোয়-অঙাম কয়া লাকপা য়াই। অশোয়-অঙামশিংদু লাকহন্দনবগীদমক্তা ঈশ্বরগী মিং কৌদুনা নত্রগা শোন্দুনা ইবুংঙো মহাক্কী মতেং লৌরগা অফবা থবকশিংদু তৌবা তাই। মদু ওইরবদি ব্রহ্মগী নত্রগা ঈশ্বরগী মিংখৈদি করিনা ওইবা তারে? মিং অমমম থোন্দ্রবদি মী খুদিংগী মশক পান্না কৌনীংঙাই লৈতবা মরম্না মী খুদিংগী মিং অমমম থোন্নরি। অদুগুম্মদনা ব্রহ্মবু কৌননবা ব্রহ্মগী অহুম-ফাংবা মিংখৈদি "ওঁ তৎ সৎ" হায়বসিনি। ইহান হেক হান্না শেমখিবা ব্রহ্মানা যজ্ঞ তৌবা মতমদা পরমেশ্বর ভগবানগী হায়বদি ব্রহ্মগী মিংখৈ অহুমসি উচ্চারণ তৌখি অদুগা মানা লৈশেম-নোংশেম্ তৌখিবা মতমদুদগী হৌদুনা মিংখৈ অসি ব্রাহ্মণশিংনা বেদমন্ত্র শোনবা মতমদা অমসুং যজ্ঞগী মতমদা পরব্রহ্মবু পেলহন্নবগীদমক্তা শোন্নরক্নি। তৌরিবা থবক পূম্নমক "ওঁ তৎ সৎ" কীদমক্তা হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানগীদমক্তা তৌবনি হায়না খনগনি। সাধক অমনা শব্দ অহুমসিগা লোয়ননা তপ, দান অমসুং যজ্ঞনচিংবা তৌরবদি ইবুংঙো মহাক মশামক্তা মঙোন্দা চঙদুনা থবক তৌরবনি। অদুদগীদি মানা তৌরিবা থবক অদু মাগী ওইদ্রে, ইবুংঙো মহাক্কী ওইরে। অদু ওইরবদি থবক খুদিংমক অশোয়-অঙাম য়াওদনা মপূংফাবা হায়বদু ওইরে।

"ওঁ" হায়বা পরমেশ্বর ভগবানগী খ্বাইদগী ফবা অমসুং ফজবা মিংখৈসি "অ", "উ" অমসুং "ম" হায়বা ময়েক অহুম অসি তিন্নরগা ওইবনি। "অ" না মফম খুদিংমক্তা মপান নাইদনা শীম্নুংনা লৈবা "সর্ব্ব ব্যাপক" পু খঙনৈ, "উ" না তৌঙমদবা লৈতবা "সর্ব্বশক্তিমান" বু খঙনৈ অদুগা "ম" না পূম্নমক খঙবা "সর্ব্বজ্ঞ" বু খঙনৈ। মখোয়সিনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর অহুম্সু খঙনগনি। "ওঁ" হায়বা মিংখৈ অসিনা নির্গুণ অমসুং নিরাকার পরব্রহ্মবু আত্মাগী মশক ওইনা খঙনৈ। "তৎ" হায়বা ইবুংঙো মহাক্কী মিংখৈসিনা নিরাকার (মওঙ লৈতবা) ব্রহ্মগী মশক ওইনা অমদি পূম্নমকপু তৌবা ঙম্বা ঈশ্বর ওইনা খঙনৈ। "তৎ" হায়বদি "মদু" হায়বনি। মওঙ নাইদুনা লৈরিবা লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ অসিগী ৱাংমদা ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদনা ফোঙদোক্তনা লৈরিবা অদুবু

"তৎ" কৌই। অদুগা অহুমশুবা "সৎ" হায়বদুনা সাকার অমসুং সগুণ ওইবা পরমেশ্বরবু খঙনৈ। মসিনা মওঙ লৈবা অমসুং মগুণ লৈবা লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ অসিবু খঙনৈ। মরম অসিনা যোগীশিংনা ওঁ ওঁ ওঁ হায়না ধ্যান তৌরগা পরব্রহ্মবু মশাগী আত্মাগী মশক ওইনা শংশঙনা উই। অদুদগী "তৎ" হায়বা অসিনা শংশঙনা উবা নত্রগা খঙবা ঙমদবা অমসুং শীঙ্গুংনা লৈবা তৌঙমদবা লৈতবা ঈশ্বরবু লৈ হায়বসি তাকই। অদুগা "সৎ" হায়বা মিংখৈসিনা লেঙলি-পাল্লিবা অমদি উরিবা তাইবংপানবা পূম্নমকসিগী মশক ওইনা ফোঙদোক্লুনা লৈরিবা অদুগা তাইবংপানবসিবু ঙাকপী-শেনবীরিবা মপু পরমেশ্বর ভগবানবু তাকই। "ওঁ" "তৎ" অমসুং "সৎ" হায়বা মখোয় অহুম অসি চিখহৌবা লৈতনা তিন্নরগা ব্রহ্মবু খঙনৈ। মরম অদুনা থবক খুদিংমক "ওঁ তৎ সৎ" হায়বদি ব্রহ্মগীদমক পেন্নবা তৌগদবনি।

"ওঁ" হায়বা মিংখৈ অসি শোনবগা লোয়ননা ব্রহ্ম নীংবশিংনা শাস্ত্রগী পরীঙ-পথাপ তুংইন্না তৌবা যজ্ঞ, দান অমসুং তপকী থবক-থৌরম পূম্নমক তৌই। অনীশুবা মিংখৈ "তৎ" হায়বসিগী শীজন্নবা মওঙদি মসিনি মদুদি মসিবু শোল্লগা অরান-খুভম পাম্বা মীশিংনা মহৈঃ পাম্বা তৌদনা যজ্ঞ, দান অমসুং তপকী থবকশিং পাঙথোক্লে। অদুগা "সৎ" হায়বা ব্রহ্মগী অহুমশুবা মিংখৈ অসিনা তশেংনা ওইদ-ওইরবদা শীজন্নে। মরম অদুনা য়াইফবা ফংগদবা পুণ্য চেনবা থবক্কী মরমদসু "মসি সৎ কর্ম্মনি" হায়দুনা "সৎ" হায়বা ৱাহৈ অসি য়াইফ-তানবা থবক্কসু মরী লৈনহন্দুনা শীজন্নে। যজ্ঞ, তপ অমসুং দান তৌবদা পুক্নীং চেৎনা য়াম্না থাজনা লৈবা ফীভমদুবুসু "সৎ" নি হায়না খঙনৈ, অদুগা য়াইবীরেন শিদবগীদমক্তা নত্রগা পরমেশ্বর ভগবানগীদমক্তা পেন্নবা তৌরিবা থবক অদুসু "সৎ" নি, য়াম্না ফবনি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা হায়নৈ। মিংখৈ অহুমসিগী মনুংদগী অমখক্তংবু থবক অমা তৌরমদাইদা শীজন্নবদসু থবক অদুগী য়াইফনবগী মশক ওই। অদু ওইরবদি ইবুংঙো মাগী মিংখৈ অহুমসিবু পূম্না শীজন্নবা মতমদদি করি ওইগনি? অথোইবা য়াইফবা হায়বদু শোয়দনমক ওইগনি।

ব্রহ্মগী মিংখৈ অহুমসিবু শোঞ্জরগা কনাগুম্বা অমনা থবক তৌজবা ঙম্লবদি মহাক মঙ্গল ওইরে অমসুং য়াইফরে। অদুবু থবক পূম্নমক যজ্ঞবু ওইরো, দানবু ওইরো, তপপু ওইরো নত্রগা হেক অতৌবা থবক মখৈ ওইরো "থাজবা" হায়বদুমা য়াওনা তৌদ্রবদি থবকশিংদু মহৈঃ অমতা য়ানবা ঙমদে। "থাজবা" হায়রগা শাস্ত্র, গুরু অমসুং অন্তরাত্মা

ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদা নত্রগা পরব্রহ্মদা নত্রগা পরমেশ্বর ভগবানদা চেৎনা থাজববু খঙনগনি। মসিগী মথাজ অসি য়াওদনা তৌরিবা যজ্ঞনচিংবা থবক পূন্নমক অদু হিংলিঙৈ অমসুং শির-তুং অনীমক্তা মহেঃ লৈতবা নত্রগা কান্নদবা হায়বদু ওইরে। মরম অসিনা সাধক অমনা সত্ত্বগী ওইবা থাজবা মথাজদু লৈরগতা মহাক্না শোয়দনা আত্মজ্ঞান ফংগনি অদুগা অথোইবা খুভম য়ৌবা ঙমগনি।

---

# তাঙ্কক তরানীপান

**গীতাগী** অরোইবা তাঙ্কক অসিগী মমিং "মোক্ষ-সন্ন্যাস যোগ" কৌই। গীতানা হৌরিবা অমসুং লোইরিবা মওঙশিংসি য়াম্না অর্থ লৈনা নিংথিজে। অহানবা তাঙ্কক্কী অহানবা শ্লোক অদুমক "ধর্ম্ম" হায়বা ৱাহৈসিনা লুচিংবা ওইরগা "ধর্ম্মক্ষেত্রে" হায়না হৌই। অদুগা অরোইবদনা "মোক্ষ-সন্ন্যাস যোগ" হায়বা তরানীপানশুবা তাঙ্কক অসিনা লোইশিল্লি। মতৌ অসুম্না গীতাদা তক্সীরিবসিদি "ধর্ম্ম নীংশিংউ, ধর্ম্মবু ইতৎ-তত্তনা অভ্যাস তৌদুনা থবক ওইনা উৎলু অদুগা মোক্ষ ফংঙু" হায়বা অসিমক্কি হায়বসি তশেং তশেংলে। গীতানা বেদ পূম্নমক্কী অর্থগী চিশল্লকপা মচিনি। অরোইবা তাঙ্কক অসিনা অমুক মপূং ওইবা মতাংনি। মসিদা গীতা অপূম্বগী অমসুং বেদ অপূম্বগী অর্থ খোমজন্দুনা শমলপ্না তাক্লি। মমাংগী তাঙ্কক পূম্নমক্তা হায়খিবশিংদুগী অর্থশিংদু লায়না খঙবা য়ানবা অরোইবা তাঙ্কক অসিদা অমুক হন্না শুপচিন্না হায়রি।

"সন্ন্যাস" অমসুং "ত্যাগ" হায়বা অনীসিগী অর্থদি "থাদোকপা" হায়বদুনি। অদুমক ওইদুনসু, মখোয় অনীগী অর্থদা নুং-গী অশেংবা মশক তোঙান-তোঙান্না লৈ। অনী অসি কদায়দা অমদি করম তৌনা খেন্নবনো হায়বদুদি মাংগী তাঙ্ককশিংদা শেংনা তাকখিদ্রে।

মরম অদুনা অর্জ্জুননা অনীদুগী খেন্নবদু খঙনীংদুনা হংলকপা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুন্না তাকপীরম্মীঃ "য়াম্না কূপ্না খঙ-হৈরবশিংনা মহৈঃ ফংনীংবগী অপাম্বগা লোয়ননা তৌবা থবকশিং থাদোকপবু "সন্ন্যাস" গী অর্থনি হায়না খঙনৈ, অদুগা লৌশিং-লৈবশিংনা তৌরুবা থবকশিংগী মহৈংশিংগী অপাম্বা থাদোকপবু "ত্যাগ" কী অর্থনি হায়না খঙনৈ।" অনীসিগী পম্বুংদি অমতনি। মসিদা হায়রিবদি থবকপুদি নত্তনা থবক্কী মহৈংবু থাদোকপা হায়বনি। থবক তৌবা হায়বসিমক্তবু জীব হিংসানচিংবা মরাল কয়া লঙশিল্লি অমসুং সংসারদা পুন্নবগী মশক্কি হায়দুনা পণ্ডিত খরনদি কর্ম্ম থাদোকপনা চুম্মি হায়; অদুমকপু ৱাখল লৈবা অতোপ্পশিংনা যজ্ঞ, দান অমসুং তপকী থবকশিংদি থাদোকফদে হায়না হায়। মীওইবনা হকচাঙ লৈরিবমখৈদি থবক-পূমথা-থাদোকপা হায়বসিদি শুকওই-ওইথোক্তে।

জীব পুন্নমক্কী কান্নবগীদমক্তা, থম্মোয় শেংহন্নবগীদমক্তা অমসুং ঈশ্বরগী সেবা তৌনবগীদমক্তা শাস্ত্রনা তাকপা থবকশিং তৌবদি ঐখোয়না থাদোক্কদবা নত্তে। মতিক-মপা চাদনা মশাগী মথৌদাং হেক থাদোক্তুনা সন্ন্যাসী অমা হেক্তা ওইরগা অৱা-অনা কোক্তুনা শান্তি ফংলগনি হায়বসু লৈতে। অদুবু কর্ম্ম-লম্বীগী ৱাংমদা কর্ম্ম তৌবগী অধিকার লৈতনা আত্মজ্ঞান তানখিবা সর্ব্বকর্ম্ম সন্নাস তৌবা মীতানদি কর্ম্ম তৌরবসু তৌদে, ক্ষেত্রনা তৌজবনি অদুগা ক্ষেত্রজ্ঞদি থবক তৌদে হায়না য়াম্না চেৎনা থাজৈ। মরম অদুনা মঙোন্দদি কর্ম্ম থাদোকপা অমসুং থাদোক্তবগী ৱা হায়ফম লৈতে। অদুবু ঐখোয়না য়ূম-কৈ অমসুং নুপী-অঙাঙনচিংবা থাদোক্তুনা লম্বোইবা ওইবা ঙমদ্রবসু তৌরিবা কর্ম্মশিংগী মহৈংদি থাদোক্তুনা থম্মোয় শেংননবা হোৎনরগা ঈশ্বর ফংনবা হোৎনগনি।

যজ্ঞ, দান অমসুং তপকী অফবা থবকশিংবুদি থাদোকফদে মরমদি মখোয়বু ফল য়েংদনা তৌর-তৌরগা থম্মোয়দা অসুম অসুম অমোৎপা লৈরক্তে। কর্ম্মগী মহৈঃ পামদনা মদুবু তৌদুনা পূক্কীং লৈতানা লৈবা অশিংবশিংগী মফমদদি তশেংনমক কর্ম্মসে মখোয়গী থম্মোয় শেংদোক্কীংঙাইগী মশকনি। ঈশ্বরবু থম্মোয়নুংদা মমি তাহনগে হায়রবদি, থম্মোয়দুবু হান্না যজ্ঞ, দান অমসুং তপ তৌর-তৌরগা শেংহনবা তাবনি। থম্মোয়দুবু শেংলবদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলগনি মরমদি থম্মোয় শেংদোকত্রবা মীশক অদুনা মশাগী অশেংবা শক্তম ওইবা পরমাত্মাবু নত্রগা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি। মরম অদুনা

হায়রিবা থবকশিং অসিবুদি অপাম্বা থাদোক্তুনা, মহৈঃ ফংনবগী ৱাখল খল্লুদনা অমসুং অতনবা লৈতবমখে তৌফম থোকপনি খন্দুনা শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি হায়বসি শ্রীভগবানগী মতনি।

ইবুংঙো মহাক্কী মত অসিগী মতুংইন্না অমদি দোষ লৈবা মরমদগী কর্ম্ম পূম্বা থাদোক্কদবনি হায়বা অতোপ্পশিংগী মতপুনা ককথৎপা ওইনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না "ত্যাগ" হায়বসি মখল অহুম থোক্না খায়দোকপী — তমঃ গুণগী ওইবা, রজঃগুণগী ওইবা অমসুং সত্ত্বগুণগী ওইবা হায়দুনা। শাস্ত্রনা হায়বা তৌফম থোকপা থবকশিংবু তৌদনা থাদোকপা হায়বসি অচুম্বা নত্তে। মসিবু খঙদবদগী নত্রগা তনবদগী নত্রগা থৌওইদবদগী থবকশিংদুবু কনাগুম্বনা থাদোক্রবদি, মদুগী মথাদোক অদু তমঃগুণগী ওইবা মথাদোক হায়বদি তামসিক ত্যাগ ওইরে। মসিদি অমম্বগী মশক ওইবা "জ্ঞান-য়াওদবা" হায়বদুগী মতৌনি। অদুগা কনাগুম্বা অমনা অমুক মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌবু অৱাবগী নত্রগা পূক্নীং-হকচাঙদা ৱাই-চিন্নীংঙাইগী মশক্কি হায়না কিদুনা থাদোক্রবদি, মহাক অদু রজঃগুণদা লৈরবনি হায়নৈ, অদুগা মাগী থবক মথাদোক অদুবুনা রজঃগুণগী ওইবা "রাজসিক ত্যাগ" নি। অসিগুম্বা রজঃগুণগী ওইবা মথাদোক অসিনা কনাবুসু অশেংবা থাদোকপগী অশেংবা মহৈঃদু ফংহনবা ঙমদে। অদুগা সত্ত্বগুণ চেনবা মীতানা পূকচেল শেংনা মশাগী মহৌশাগা চূশন্নবা তৌফম থোকপা অশেংবা মথৌশিং তৌবদা ওইজনাম-পূজনামগী নত্রগা মনা- ফংনীংবগী ৱাখল অমসুং "ঐ থবক অতৌবা মীনি" হায়বা নাপল থাদোকই। মদুগী মথাদোক অদুবু সত্ত্বগী ওইবা "সাত্ত্বিক ত্যাগ" কৌই।

থবক কন্না নোমদুনা অচুম্বা লম্বীদা শেল তাল্লবা অদুগা থবক্তুগী ফল ফংদুনা নুংঙাইবদি য়াওদনা মানা তাল্লকপা শেল অমসুং মাগী অতোপ্পা অরৈবা পূম্নমক ঈশ্বরদা কখোক্তুনা ইবুংঙো মহাকপু পেলহনবা ঙম্নবা মীশক অদুদি অশেংবা ত্যাগীনি। কর্ম্মফলবু থাদোকপা ঙম্নবদি সত্ত্বগুণ হেনগৎলে। অদুদগীদি আত্মজ্ঞান তানবা ঙম্নবা শক্তি পোক্রকই। সত্ত্বগুণদা চঙদুনা লৈবা জ্ঞানী অদুনা লোয়নমক উই অমসুং খঙই অদুগা মাগী চিংনবশিংসু লৈতে। মহাক্না থবক্কী মহৈঃ লৌদে, মহাক্কী থম্মোয়দি শেংই অদুগা মপূক্নীংদুদসু শান্তি লৈ। মহাক্তী য়াইথীবা থবকপুসু হঙ্গোইবা তৌদে অদুগা য়াইফবা মঙ্গলগী মশক ওইবা থবক্তসু হকচিন্না পামসল্লুবা তৌদে। জ্ঞানীদি কর্ম্ম তৌরবসু কর্ম্ম

তৌদবগা চপ মান্নদা লৈ। মহাক্কীদমক্তদি থবকশিংসি, নুংঙাইববু ওইরবসু অৱাববু ওইরবসু, নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি। মহাক্কা মহাক্কী মপূল্লীদা অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া থেংনরবসু থোইদোক্কা ৱাবিদে অদুগা ওইজ-ওইথক্লচিংবা নুংঙাইনীংঙাইগী খুদোংচাবশিং ফংলবসু থোইদোক্কা হৱাউবিদে।

থবক পূন্নমকপু থাদোকপা হায়বসিদি মালেমদা লৈরিবা শাবানবা জীবশিংগীদমক্তদি শুকওই-ওইথোক্তে। অদুবু থবক্কী মহৈংবু থাদোকপদি মীওইবনা ঙমফম থোকই অদুগা অদুগুম্না থাদোকপা ঙম্নবা মী মহাক অদুনা অশেংবা ত্যাগী হায়বদু ওইরে। থবক্কী মহৈং থাদোকপা ঙমদদুনা মপূংফাবা আত্মজ্ঞান ফংদ্রিবা মীশিংগীদি শিরগা মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না মশানা অদুম নুংঙাইবগী, নুংঙাইতবগী অমসুং অৱা-নুংঙাই য়াম্নিন্নবগী মশক ওইবা মখল অহুমসিগী মহৈংশিং লাকচৈ, অদুবু আত্মজ্ঞান ফংলবা মীশিংগী মফমদদি শিরবা তুংদা কর্ম্মগী ফল ওইনা তাইবংগী অৱা-নুংঙাই অমতা লাক্লরোই মরমদি মখোয়দি শিরগা ব্রহ্মদা অমতা ওইনা তিন্দুনা অৱাবগা লোয়নদবা নুংঙাইবা অয়ৌবী "আনন্দ" হায়বদু ফংদুনা লৈখ্রে। মখোয়দি তাইবং পূল্লীদা পাঙথোক্লিবা থবক পূন্নমক প্রকৃতিনা তৌবনি হায়বসি মুন্না খঙই অদুগা মখোয়গী মরন্নাইগী ওইবা অপাম্বসু অমতা লৈতে। "অপাম্বা" হায়বদু লৈত্রবনিনা মখোয়গী মপূক্লীংদা শান্তি লৈরে। "ঐনা তৌবনি, ঐনা ৱাবনি নত্রগা নুংঙাইবনি" হায়বা ৱাখল অসি মখোয়দদি লৈতে। মরম অদুনা কর্ম্মগী পাপ অমসুং পূণ্যগী মশক ওইবা ফলনা মখোয়বু শোকপা ঙমদে। কর্ম্মগী ফলবু থাদোক্লবা মী মহাক অদুগীদমক্তদি তাইবংগী ৱাগদবা অমসুং নুংঙাইগদবা অমতা লৈত্রে। মহাক্কী মপূংফাবা জ্ঞান অদু ফংলবনিনা তাইবং অসিদা অমুক হন্না পোক্লররোই। অদুবু অপাম্বা নত্রগা অনীংবা অমগী মখা পোন্না কনাগুম্বনা কর্ম্ম তৌরবদি, কর্ম্মদুগী ফল ওইনা মানা থংনবা মপোক্তা পুণ্যগী মশক ওইবা নুংঙাই-য়াইফবা মপোক ওইনা নত্রগা পাপকী মশক ওইবা অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবনা পীক থল্লবা মপোক ওইনা নত্রগা পাপ-পূণ্য য়ান্নবা ময়ায় ওইবা মপোক ওইনা মপোক অহুমসিগী মনুংদগী অমদদি শোয়দনা পোক্কনি।

মথংগী মপোক্কীদমক্তা কর্ম্ম অসি য়াম্না মরু ওইবা মরম্না, কর্ম্ম যোগী অমনা কর্ম্মগী অকুপ্পা হীরম খুদিংমক মুন্না খঙজিনগদবনি। কর্ম্ম তৌরগা কর্ম্মগী মহৈং চারিবদু আত্মা নত্তে। বেদান্তনচিংবা দর্শণ শাস্ত্রশিংগী মতুংইন্না কর্ম্ম পূন্নমকপু পাঙথোক্লবীগদমক্তা মরম

মঙাখক লৈ। মখোয় মঙাদুদি — (১) থবক মফম, (২) থৌবু (কর্ম্ম কর্ত্তা), (৩) থবক-পাঙথোক্লবা পাম্বৈশিং ওইরিবা তোঙান-তোঙানবা ইন্দ্রিয়শিং, (৪) থৌবুনা মখল-মখা অয়াম্বা মওঙদা থবক থৌরম পাঙথোক্লবা হোৎনবগী ক্রিয়াশক্তি অমসুং (৫) ঈশ্বরগী শক্তি নত্রগা নোংদমখোন। পূক্লীং অমসুং থবায়গী তুংনফমদি হকচাঙনি। মরম অদুনা হন্দক্কী মপোক্তা কর্ম্ম ফল ওইনা ফংলরিবা হকচাঙ অসি থবক মফমনি, অধিস্থাননি। "ঐ থৌবুনি" হায়বা অহংকারনচিংবা জীবাত্মাগী চেতনাশক্তি চঙফম ওইবা অন্তকরণনা কর্ত্তানি, থৌবুনি। জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্ম ইন্দ্রিয় মঙা, পূক্লীং অমসুং বুদ্ধি মখোয় তরানীথোইসিনা থবক পাঙথোক্লবা পাম্বৈশিং নত্রগা খুৎলায়শিংনি। প্রাণ, অপান, সমান, উদ্যান অমসুং ব্যান কৌবা পঞ্চপ্রাণ মঙানা হকচাঙ কয়াৎশিং অমসুং পূক্লীংগী পাঙ্গল পুন্নমক পীবা মরমনা মখোয়সি থবক-থৌরম পাঙথোক্লবা ক্রিয়াশক্তিনি। মদুবু "চেষ্টা' হায়না কৌই। ঈশ্বরগী শক্তিনা থবায়-পানবা হায়দুনা লৈরিবশিংগী পূল্লীদা থুপ্পুনা লৈ। ইবুংঙো মহাক্না জীব খুদিংবু থবক মখল মখা কয়াদা থৌজল্লি। মী অমনা তৌরি-তৌরিবা থবক হেক মথৈসি, অচুম্ববু ওইসনু নত্রগা অরানববু ওইসনু, মখোয় মরম মঙাখকসিনা থৌইল্লিনবনি। পূক্লীংনা তৌবা, ৱাঙাঙনা তৌবা অমসুং হকচাঙনা তৌবা হায়দুনা তোঙান-তোঙানবা থবক মখল অহুম লৈ। মখল অহুমসিগী থবকশিংসি তৌবদা মরম মঙাদু চঙদবা য়াদে, অদুগা মরম মঙাদু নত্তনা অতোপ্পা মরম অমতসু লৈতে। মরম অদুনা থবক পুন্নমকসি মরম মঙা অসিদনা পাঙথোকপনি। আত্মাদি মখোয় মঙাদুগী মনুং চন্দে। মরমসিদগী কনাগুম্বা মবুদ্ধি-মরৌশিং ৱাৎপা মীনা মহাক্কী আত্মাবু থৌবুনি হায়না লৌরবদি মহাক্কী ৱাখল অদু শেরান্নরবনি অদুগা মহাক্না পোৎপু পোৎশক খঙনা উবা ঙমদ্রবনি।

আত্মতত্বগী মরমদা নিংথিনা খঙলবা মীনা মশাবু কর্ম্মকর্ত্তানি হায়না খন্দে। অর্জ্জুনদি অহানবদা মশাবু কর্ম্মকর্ত্তানি হায়না খল্লম্মী অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংগী ৱাদি খল্লমদে। আত্মাদি থবক করিমতা তৌদে। "ঐ কর্ম্মকর্ত্তানি" হায়বা ৱাখল লৈত্রবা, মবুদ্ধিবু করিগুম্বা পাপ-পূণ্য অমতনা মোৎহনদ্রবা অমসুং আত্মতত্ব নিংথিনা খঙলবা মীনা শ্রীভগবানগী য়াথং মতুংইন্না মী হাৎপগী থবক তৌরবসু মহাক মী হাত্তে অদুগা মহাকপু মী হাৎপগী থবক অদুনা পুন্দে। মঙোন্দা পাপ চঙদে। থবক অমতা তৌদবা আত্মানা কনাবুসু হাৎপা তৌদে, হাৎলী হায়রিবসিদি মথক্তা পনগ্রিবা মরম মঙাদুনতা তৌবা

ঙাক্তনি। অজ্ঞানীনতা আত্মানা থবক তৌই অমসুং মী হাৎলি হায়না শেরান্ননা লৌজবনি। কনাগুম্বনা, মহাক মশামক আত্মাদা লূপখিদুনা, আত্মাদা পোত্থাখ্রবদি নত্রগা মাগী জীবাত্মানা পরমাত্মাগা অমতা ওইসিন্নখ্রবদি মীহাৎপনচিংবা থবকশিংগা মা-মশাগা মরী করিমতা লৈনদ্রে। মহাক্না আত্মাগী স্বরূপ্তা চঙশিন্দুনা লৈরগা হিংলিঙৈদফাওবা মুক্তি ফংবা ঙমই। অদুগা কর্ম্মগী মহৈঃ থাদোকপা ঙমদ্রিবা, হকচাঙদগী আত্মাবু তোঙান্না খন্দোকপা ঙমদ্রিবা অমসুং "ঐনা থবক তৌবনি" হায়না নাপল তৌরিবা মী মহাক অদুনদি ফীভম অসিদা তারকপা ঙম্লোই।

কর্ম্ম পূম্নমক্কী থৌইস্লিন অহুমখক লৈ। মখোয় অদুদি জ্ঞান, জ্ঞেয় অমসুং জ্ঞাতা হায়বশিংসিনি। জ্ঞাননে, জ্ঞাননা খঙগদবা খঙনীংঙাই ওইবা জ্ঞানগী মচাকনে অমসুং চেতন আত্মাগী মশেক্কা লোয়ননা লৈবা মরমদগী থবক করম্না তৌগদগে খঙবা অখঙবা মীনে মখোয় অহুম অসিনা থবক তৌনীংহন্নবা মচাক ওইদুনা কর্ম্মদা ইস্লিল্লি। খঙবা, খঙগদবা অমসুং খঙলিবা অহুম্মক জ্ঞানদগী ওইবনি। অদুগা খূৎলায় ওইবা ইন্দ্রিয়শিংনে, তৌগদবা থবক্তুনে অমসুং থবক তৌরিবা মীদুনে অহুমসি তিল্লগা থবক অমা থোকহল্লিবনি। থবক লৈরবা অদুগা থবক তৌগদবা মীদুসু লৈরবা অদু ওইরবদি ইন্দ্রিয়শিংগী মতেং লৌদুনা তশেংবা থবক হায়বদু থোকপা হৌবা য়ারে। লীক্লাই-মিংশেলদগী হেন্না লূরবা অমসুং লংলবা বুদ্ধিদা আত্মাগী মঙাল-মশেক্না য়ৈরকপদা আত্মাগী মমি তারকই অদুগা বুদ্ধিদুদগী পূক্নীং, ইন্দ্রিয়শিং অমসুং পঞ্চপ্রাণনচিংবদা মঙাল-মশেক য়ৈখিদুনা থবক থৌরম পূম্নমক পাঙথোকখিবনি। হকচাঙ, ইন্দ্রিয়শিং অমসুং পঞ্চপ্রাণনা আত্মাগী মঙাল-মশেক ফংদনদি থবক করি অমতা তৌবা ঙমদে। মায়াগী মপু ওইবা আত্মা অদুমক্না জ্ঞান স্বরূপ ওইজরবসু মায়া প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না আত্মাদগী ঙাল্লকপা জ্ঞানজ্যোতিবু মশক ওম্থোকহল্লি। মরম অসিনা, প্রকৃতিগী গুণশিং খেন্নবগী মতুং ইন্না, জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মকর্ত্তাগী মখলসু অহুম অহুম লৈ।

জীবশিংনা নহালপোক্কী তৌজমল ওইনা মীগী, কৈগী, হৌদোংগী, লিলগী, ককচেংগী অমসুং অতৈ অতোপ-অতোপ্পা জীবশিংগী তোঙান-তোঙানবা হকচাঙশিং ফংই। মপাম্থোংগী মিৎয়েংদা জীব পূম্নমক্কী হকচাঙশিংসি তোঙান-তোঙানবা ওইনা উজরবসু আত্মাদি অনীশুবা নত্তে, অমতনি, মফম পূম্নমক্তা শীম্থুংনা অমতা ওইনা লৈবনি, হকচাঙ-কায়াৎশিং পান্দবনি অদুগা মচেৎ-মচেৎ খায়দোকপসু য়াদবনি হায়না খঙলিবা

জ্ঞান অদুবু "সাত্বিক জ্ঞান" কৌই। "সাত্বিক জ্ঞান" নত্রগা সত্ত্বগুণগী ওইবা জ্ঞান অসিগী মতেংনা জ্ঞানী অমা ওইরক্লবা কনাগুম্বা অমনা তোঙান-তোঙানবা শক্রোন পুবা লেঙলি-পাল্লিবা পুন্নমক্তা অমতা ওইনা লৈবা মাঙ-তাকপা নাইদবা ইবুংঙো মহাকপু তোঙান্দনা উবা ঙমই অমসুং অতোপ্পগী আত্মাগা মশাগী আত্মাগা অমতনি হায়না খঙবা ঙমই। অসিগুম্বা জ্ঞানসি ফংলবতদা মীওইবনা মীওইনা পোকপগী মহৈং য়ানগনি। অদুগা জীব অমগা জীব অমগা পূক্নীং-হকচাঙ মান্নদবগুম, তোঙান-তোঙানবা হকচাঙশিংদা তোঙান-তোঙানবা আত্মা অমমম লৈ হায়না শেরান্নবা উহল-খঙহল্লিবা জ্ঞান অদুবুনা রজঃ গুণদগী থোক্লকপা "রাজসিক জ্ঞান" হায়বদুনি। "রাজসিক জ্ঞান" লৈবা মীতানা "হকচাঙগী ৱাংমদা থোইদোকপা আত্মা হায়বা অমা লৈতে" হায়না লান্না লৌই। মসিনা মঙোন্দা অৱাবা পী। অদুগা মফম অমসুং মতম পুন্নমক্তা শীঙ্খংনা অদুম লৈবা আত্মাবু, অচুম-অরান বিচার তৌদবমখৈ, মসিনা মলোয়রে মতাগুম গুপ্পগী হকচাঙ নত্রগা মুর্ত্তি নত্রগা মওঙ অমতদা অদুম পুল্লপ-তুঙশিন্দুনা য়াম্না পীকশন্না লৈবনি হায়না খঙইবা জ্ঞান অদুবুনা তমঃগুণদগী পোকপা "তামসিক জ্ঞান" হায়বদুনি। মখল অসিগী জ্ঞানদদি হকচাঙগী ৱা খঙবদগী হেনবা লৈতে অদুগা শিরগা ণরক তাগনি নত্রগা স্বর্গ কাগনি হায়বগী ৱাসু লৈতে। মসিনা হকচাঙগী অপাম্বদমক পেলহন্নগা লোয়রে অদুগা শেল-না ঈশ্বরনি হায়না খলহল্লি।

মতৌ অসুম্না কর্ম্মসু মখল অহুম থোক্না খায়দোকই — সাত্বিক কর্ম্ম, রাজসিক কর্ম্ম অমসুং তামসিক কর্ম্ম হায়দুনা। "ঐ থৌবুনি" হায়বা মশাগী নাপল য়াওদনা, থবক্কী মহৈং অমতগী আশা তৌরুদনা, পাম্বা পামদবা ৱা থিদনা মশাগী মথৌনি খন্দুনা অমসুং হকচিন্না পামলুদনা পাঙথোকপা থবকপু "সাত্বিক কর্ম্ম" কৌই। মসিদি মশাগী ওইজবা থিদে অদুগা জীবশিংগী য়াইফনবা ঈশ্বরদা থবক্কী ফল পুন্নমক কখোক্তুনা ইবুংঙো মহাকপু পেলহল্লি। অদুগা মহাক মশাগী অপাম্বশিংবু পেলহন্নবা তৌবা নত্রগা ঐ মঙাইরে হায়বা সেরান্নবা নাপলগী ৱাখল অমনা থৌজন্দুনা য়াম্না ৱানা পাঙথোকপা থবকপু রজঃগুণদগী পোক্লকপা "রাজসিক কর্ম্ম" হায়না কৌই। অদুগা তুংদা কর্ম্মগী ফল ওইনা করি থোক্লগদগে হায়বা করিমতা খন্দনা, মশাগী মতিক-মপা চাবা-চাদবা বিচার তৌদনা, অতোপ্পা জীবশিংগী অৱা-অনা ফংগদবা নত্রগা মশামক্কী অমাঙ-অতা থোক্কদবা নত্রগা ধর্ম্মনচিংবা মাঙগদবা পুন্নমকসিবু শুকখল-খল্লুদনা পঙবদগী তৌনীং-তৌনীংলকপা

ৱাখল অমা অমদগী পঙতৌ-তৌবা থবক অদুবুনা "তামসিক কর্ম্ম" কৌই। অসিগুম্বা অজ্ঞানগী থবক্তী হিংসাদা য়ুম্ফম ওইবনিনা জীবশিংদা অৱাবা পী।

মতৌ অসুম্না থৌবুসু (কর্ম্মকর্ত্তাসু) মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই — সাত্ত্বিক কর্ত্তা, রাজসিক কর্ত্তা অমসুং তামসিক কর্ত্তা হায়দুনা। থবক্কী মহৈঃ দা খোয়দারুবা তৌজদবা, ঐনা মহেক্নে হায়বা মশাগী নাপল লৈজদবা, অৱাবা নত্রগা খুদোংথীববু মরিল-ফনা মায়য়োক-য়াঙম্বা, ইচঙ-থৌবা নত্রগা তৌগে হায়খ্রবদা হন্দবা, থৌরে-ফবা, মায়পাকপা নত্রগা মায়খুবনা মচি-লেঙহনবা ঙমদ্রবা, থবক ওইরক্কদরা ওইরক্রোইদরা হায়বগী মিপাইবা লৈত্রবা নত্রগা পায়রুবা থবক্তু তৌবদা ৱাগদরা হায়বগী চিন্তা লৈত্রবা অমসুং মতম পুম্বদা থৱায় য়াওনা থবক পাঙথোক্রবা থৌবুবু "সাত্ত্বিক কর্ত্তা" কৌই। অদুগা নুপা-নুপী তিম্নবদা হকচিন্না পামসনবা, থবক্কী মহৈঃদা কা-হেন্না পামসনবা, অতোপ্পগী মরল-মথুম্বু লৌনীংদুনা য়াম্না মিহৌবা, অতোপ্পদা অৱা-অনা য়াম্না পীহৈবা নত্রগা মীনুখাঙ ওইবা, হকচাঙ অমসুং পুক্নীং শেংদবা, অচাউরম কাবা অমসুং অৱা-নুংঙাইদা পুক্নীং-ঈথিল নাইবা (ফংলগা হরাওবা ফংদ্রগা ৱাবা) থৌবু অদুবু "রাজসিক কর্ত্তা" কৌই। অদুগা মথংদা, শাস্ত্রনা য়াদবা থবক তৌগনবা, পুকচেল লেপ্তবা, লৈবাক-মচা তাদবা, মঙক-কনবা, চোকশিনবা ৱাৎপা, মীনম-শোরিগনবা নত্রগা লৌনম চাউগনবা, মশাগী ওইজবা য়েংদুনা অতোপ্পগী হিংনবগী পাম্বৈবু মাঙ্হনবা, থবক য়ৈথোক্কনবা নত্রগা তৌগদবা থবক তৌদনা তন্দে-মান্দেনা লৈবা, নুংশুক-নুংজানগনবা, অতোপ্পবু ঈকাইহনবদা হৈনবা, নীংঙাইগন্দবা, মতম পুম্নমক্তা ৱাগন্দুনতা লৈবা, থবক অমা তৌবদা মতম য়াম্না চংহনবা অমসুং ৱাখল থেনবা থৌবু অদুবু "তামসিক কর্ত্তা" কৌই।

মথংদা গুণগী মতুংইন্না মখল অহুম অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা লৈরিবা বুদ্ধিগী অমসুং পুক্নীং-লেপ্পগী মখায়দোকশিং অদুগী মতাংদসু শ্রীভগবাননা তোঙান-তোঙান মাচা-খায়না তাকপীরি। শাস্ত্রনা তাকপা থবক্কী অমসুং থাদোকপগী লীক্লম্বু, করি তৌফম থোকপগে করি তৌফম থোক্তবগে হায়বদুবু, কিগদবনা করিনো কিরোইদবনা করিনো হায়বদুবু, সংসারদা জীববু পুন্সিন্দুনা লৈবা অদুগা মদুদগী নাম্থোক্তুনা মুক্তি ফংবা হায়বদুনা করিনো হায়বদুবু খঙবা ঙম্নবা বুদ্ধিবু "সাত্ত্বিক বুদ্ধি" কৌই। ধর্ম্মগী হৌন-লীচৎনা করিনো অদুগা অধর্ম্মগী হৌনদ-লীচৎনা করিনো অদুগা তৌহৈবনা করিনো তৌহৈদবনা করিনো হায়বদুসু খঙবা ঙমদবা নত্রগনা পাপ-পূণ্য লেপকদবা থবক থৌরম খুদিংমক্কী

অরেপ্পা ৰাফম থম্বা ঙমদবা অদুগুম্বা চিংনগনবা অমসুং মপূংফাদবা বুদ্ধিবু "রাজসিক বুদ্ধি" কৌই। অদুগা ধর্ম্ম নত্তববু ধর্ম্মনি হায়না শেরান-তুরান খনবা অমসুং পোৎ পুম্নমকপু মখোয় মখোয়না ওইরিবা অদুদগী ওন্ন-তৈননা উবা অদুগা হীরম পুম্নমক্তা ওন্ন-তৈনবা ৰাখলদা পুবা অদুগুম্বা অজ্ঞানগী অথাবা লৈচিন্না কূপশিল্লবা বুদ্ধি অদুবুনা "তামসিক বুদ্ধি" কৌই।

বুদ্ধিবু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপগুম্না পূক্নীং লেপ্পগী মখলসু অহুমথোক্লা খায়দোকই। তত্তবা যোগ অভ্যাসনা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তত্তনা লূপ্তুনা লৈবা মরমদগী কৈদৌনুংদসু অতোপ্পা হীরম অমদা চত্তনা পূক্নীংবু লেঙদবা ৰাখল অদুদা চেৎনা থম্নগা অদুগা মদুনা পূক্নীং, থৱায় অমসুং ইন্দ্রিয়সিংবু পরমাত্মাদা ফাজিন্দুনা থম্নগা মখোয়গী থবকশিংবু খুদুম চম্লবা — অদুগুম্বা পূক্নীং-লেপ্পা-মরেপ অদুবু "সাত্ত্বিক ধৃতি" কৌই। "সাত্ত্বিক ধৃতি" দগী ভক্তি অমসুং জ্ঞান পোক্লকই। অদুগা মশাগী অচাউরম তানখৎপদা, মমিং চৎনবা হোৎনবদা, মহৈঃ ফংগদবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌবদা, লল-থুম তানবদা, মতম পুম্বদা ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ফল ফংনবা হোৎনবদা অদুগা থৌদোক মতাং হেক হেক লাকপদা মদুগী মতুংইন্না মহৈঃশিংবু চানীংদুনা কনাগুম্বা অমনা মদুবু য়োংনা চু পায়বদৌনা চেৎনা য়ান্নবা হোৎনবদা অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া লীংজেল লৈনা মায়োক্লহল্লিবা পূক্নীং মরেপ অদুবুনা "রাজসিক ধৃতি" কৌই। অদুগা অপঙবা মী অমনা কা-হেন্না তূম্ববু, অকিববু, অৱা-তেংথাববু, নুংশুক-নুংজানববু, মৎ কাববু, মীনুংশি খঙদববু অমসুং ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবতা পাম্ববু থাদোক্তবা অদুগুম্বা পূক্নীং-মরেপ অদুবু "তামসিক ধৃতি" কৌই।

মতৌ অসুম্না "নুংঙাইবা" হায়বদুসু মখল অহুম শুই। মতম চংনা শাজেল তৌদুনা অহানবা নুংঙাইবা তানখৎলকপদা হুগুম্না খুদোংথীনঙাই ওইনা ৰাগদবা অদুগা মমৈদনা আত্মাবু মুন্না খঙজরগা অমৃতগুম্না অপেনবা পোক্কদবা অশেংবা মনুংঙাই অদুবু "সাত্ত্বিক সুখঃ" কৌই। মসিগী নুংঙাইবা মনুংঙাই মখল অসিবু ফংনবা হোৎনরকপদা অহানবদদি য়াম্না ৰানা থোকপা মরমনা অহানবদা হুগুম্বনি হায়বনি, অদুবু মমৈদা সিদ্ধ ওইরক্লগা আত্মাদগী ঙাল্লকপা আনন্দগী মশেক্লা অমাঙ-অতা লৈত্রবা নুংঙাইবা অয়ৌবী অমা পোকহনবা মরম্না পোলোইদদি অমৃতগুম্বনি হায়বনি। তৌইগুম্বসুং ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী পামজবা মচীঞাকশিংগা শম্নবদগী থোরকপা নুংঙাইবা মনুংঙাই অদু

অহানবদদি অমৃতগা চপ মান্নবা ওই অদুগা মমৈথংদদি হুগুন্না ৱানঙাই অমসুং খুদোংথীনঙাই ওই। অদুগুম্বা শেংদবা মনুংঙাই অদুবু “রাজসিক সুখঃ” হায়না কৌই। মদুগী মনুংঙাই অদু মুন্না খন্থরুম্নবদি অৱাবগী মশক্নি। অদুগা হৌবদসু লোইবদসু হুগুন্না ঙাক্তা ওইদুনা অনম-অহা-চুবা, তুম্নীংবা, তনবা অমদি ৱাখল-চোইবদগী থোরকপা মনুংঙাই অদুবুনা “তামসিক সুখঃ” কৌই। মসিদি হৌবদগী লোইবফাওবদা মুন্না খন্থরুম্নবদি নুংঙাইনীংঙাই ওইদে। মসিগী মনুংঙাই অসিদা থৱায় তাজরিবা মীতাশিংদুগী মফমদদি হীরম পুন্নমক চমন্নবগী মশক্নি।

মথক্তা মখল অহুম অহুম থোক্না খায়দোকপ্রিবা পুন্নমকসি গুণ অহুমদগী ওইবা ঙাক্তনি। অদুগা সংসারসিদা লৈরিবাশিংসিসু গুণশিং অসিদগী ওইদবা অমতা লৈতে। মালেমসিদদা নত্তনা নোংলোন্দা লৈবা লাইয়ামগী মরক্তফাওবা প্রকৃতিদগী পোক্লকপা গুণ অহুমসিদগী নাম্থোক্পা ঙমদে। মীওইবা সমাজগী মনুংদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র হায়দুনা বর্ণ মরি খায়রম্লিবসিসু গুণ অহুমদগী ওইখিবনি। শাগৈদগী অহানবদা ওইখিবা নত্তে। মখোয়গী থবক পুন্নমকসু মখোয় মখোয়গী পোকপদগী লোয়নরকপা গুণশিংগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙান্না খায়দোকখি। ব্রাহ্মণশিংনা সত্বগুণনা মকোক ওইনা, ক্ষত্রিয়শিংনা রজঃগুণনা মকোক ওইনা, বৈশ্যশিংনা তমঃগুণ-য়ান্সিন্বা রজঃগুণনা মকোক ওইনা অমসুং শূদ্রশিংনা তমঃগুণনা মকোক ওইনা পোকপনি। পূক্নীং লাকসিন্দুনা থম্বা, ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনবা, তপ তৌবা, পূক্নীং হকচাঙ শেংদোক্না থম্বা, অতোপ্পনা তৌবা মরাল ঙাকপী হৈবা, অখাঙ কন্না লৈবা ঙম্বা, পূকচেল-তিংনা লৈবা, বেদনচিংবা শাস্ত্রগী অর্থ খঙবা, বেদনা তাকপা কর্ম্মশিংবু করম্না তৌবা হৌনৈ খঙবা, আত্মতত্ব নত্রগা ব্রহ্মতত্ত্ববু নিংথিনা খঙবা অদুগা শাস্ত্র অমসুং ঈশ্বরবু থাজবা মতৌ অসি পুন্নমকসি ব্রাহ্মণ অমগী মহৌশা ওইবা মথৌশিংনি। মখোয়না মখোয়গী মথৌশিং অসি তৌরগা ফংলকপা জ্ঞান অদু শন্দোক্তুনা অতোপ্পশিংদসু শান্তি ফংহন্নবা হোৎনবি। অদুগা বল-থৌনা মরীল লৈবা, মতিক-মঙাল লৈবা, য়াম্না হৈশিংবা, পূকচেল হোংদবা, লান্দগী মায়-লৈয়দবা, থম্মোয় চাউনা পীনহৈবা, অচুম্বগীদমক মথৱায় থাদোকপা ঙম্বা অমসুং লুচিংগনবনা ক্ষত্রিয় অমগী হৌনশাদগী পোকপা মথৌশিংনি। অদুগা লৌউ-শিংউবা, শা-ষণ য়োকপা, লম্লোল-ইতিক তৌবা অমসুং খুৎশা-হৈবগী থবক্তা মায়-ওন্সিনবনা মশাগী হৌনশা ওইনা লোয়নরক্লবা বৈশ্য অমগী মথৌশিংনি। অদুগা শূদ্রশিংগীদি মপাঙ্গল অমসুং মথৌনানা

মীওইবগী সেবা তৌববুনা মখোয়গী মপোক্কী মহৌশা ওইবা মথৌশিংনি। মশা মশাদা পীথোক্লরকপা নত্রগা তম্নকপা মথৌদাং অদুনা হন্দক্কী মপোক্তা মশা মশাগী অথোইবা কর্ম্ম ওইগদবনি। মশা মশাগী মহৌশা ওইবা মথৌ মথৌদা মায়পুনরগা মী খুদিংমক্লা মায়পাকপা ফংগনি।

অচ্চচত্ত পূম্বগী হৌরকফম ওইরিবা অদুগা পুন্নমক্তা শীম্বুংবিরিবা অদুগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান মহাকপু মীওইপোক অমনা মহাক মশাগী মথৌশিং তৌবনা ঈড়াচ্চরবদি মহাক্কী পূল্পী মহৈঃ য়ানবা ঙমগনি। মরম অদুনা বর্ণ মরিনা অমসুং আশ্রম মরিনা মখোয় মখোয়গীদমক তম্নকপা থবকশিংদুবু ফল পাম্বা থাদোক্তুনা মতম পূম্বদা তৌদুনা লৈগনি। অদুদগীদি মখোয়গী থম্মোয়শিংদু শেংদোকখিদুনা মখোয়না সিদ্ধি ফংলগা মমৈথংদা অরান-খুডম ফংগনি। মরম অদুনা মীওইবনা মাগী মাগী মশিন অদু নিংথিনা পাঙথোক্তুনা ঈশ্বরবু পেন্নবা সেবা তৌরগতা মাগী মীওই-মপোক অদু মপূং ফানা মহৈঃ য়ানবা ওইগনি। অদুগা মী খুদিংনা মশাগী মথৌ তৌদনা অতোপ্পগী মথৌবু তৌবদি খুদোংথীনীংঙাইগী নত্রগা কিনীংঙাইগী মশক্নি। য়াম্না নিংথিনা মপূংফানা তৌথ্রবা হেন্না চাউবা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা থবক অদুদগী, হেন্না হম্থ-তোম্থবা নত্রগা অরান-অহুই লৈবা ওইজরবফাওবদসু, শাস্ত্রনা মাগী মথৌ ওইনা তাকপা থবক্তুনা মী খুদিংগীদমক থোইদোক হেন্দোক্লা ফৈ, মরমদি মপোক্কী মনাৎ ওইনা লোয়নমিন্নরক্লবা ঈশ্বরনা পীবা মথৌ অদু তৌদুনা লৈবা মীনা পাপ অমতা ফংদে। ক্ষত্রিয় অমনা মশাগী মথৌ থাদোক্তুনা ব্রাহ্মণগী মথৌ পায়রুবা চুমদে। মশাগী মথৌ অদুদি, দোষ কয়া চেনবা ওইজরবসু, মী অমনা থাদোকফদে, মরমদি থবক পূন্নমকসি, মৈখুনা মৈবু য়োম্বগুম, দোষ অমা নত্রগা অমনা য়োম্লিবনি অদুগা মশাগী মথৌ তৌবা মতমদা কনাদসু পাপ চঙলোই। ব্রাহ্মণনা জীব হাৎতবা য়াদবা যজ্ঞ তৌই, ক্ষত্রিয়না য়েক্লববু হাৎলগা হিংসা তৌরি অমসুং বৈশ্যনা মাগী কারবার হিংনবা হায়দুনা শেন্দোংদু শেংনা হায়দোক্তে অদুগা করিগুম্বা মতমদসু অরোনবা করবার তৌবা য়াওই। অসুম হায়না মখোয়না মখোয় মখোয়গী থবকশিংদু দোষ লৈরবসু চথরি। তৌবতদি মখোয় মখোয়না মখোয়গী থবকশিংদু চথবা মতমদা ঈশ্বরবু কাউবা য়াদে।

মা-মানা তৌবা থবক পূন্নমক শ্রীভগবানগীদমক তশেংনা তৌবনি অদুগা মদুগী মহৈঃ অদুসু ইবুংঙো মহাক্লা ফংগদবনি হায়না তশেংনা লৌজরিবা মীতাশিংদু তশেংনা

সন্ন্যাসীশিং ওইরবনি। মখোয়না সংসারগী পোৎ অমতবু হকচিন্না পান্নুদে, পূক্নীংবু খুদুম চন্দুনা ফাথরগা থম্মী অমসুং থবক তৌরু-তৌরুবা মফম খুদিংমক্তা মখোয়গী থবকশিংগী মহেৎ থাদোকই। অসুম্না মখোয়না খমথেংনো থাদোকপগী পূল্লীগী মরেল অমা লেন্দুনা তাইবং-থবকশিংদগী নীংখা তন্নগা সিদ্ধি ফংবা ঙমই। মসিগী থাক অসিবু ফংগ্রবা মীতা অমনা মতৌ করম্না জ্ঞানগী অথোইবা মপূং ফাবা পন্থেং ওইরিবা আত্মাগী অশেংবা মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংবা ঙম্বগে হায়বদুগী মওঙদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না শন্নপ্পা হায়রম্মীঃ "মক্ত্রবা বুদ্ধি চেন্নগা, অৱাবা নত্রগা খুদোংথীবগী মায়য়োক্তা লিংজেল ফনা মশামকপু লিশাংশিংনা ৱারকচরগা, পানগী খোঞ্জেলনচিংবা অতৈ অতৈ ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী মচাকশিংবু থাদোক্লগা, অপাম-পামদবু হুঞ্জেক্লগা (সংসারগী অপাম্বদা চিংশিনবা অমসুং পামদববুনা তুক্কচবা হায়বশিংদুদগী নাহোকচরগা), অচিকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈরগা, চাং-কক্লা ৱাংনা অয়াংবা চীঞাক চারগা, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অমদি পূক্লীং হকচাঙবু খুদুম চন্দুনা থন্নগা, মতম পূম্বদা লাইনীং-হীরী-কোনবগী শাজেল তৌবদা পূক্লীং লুপ্পুনা লৈরগা, বৈরাগ্যদা লৈরগা, অদুগা মখোয়শিংসিদা নত্তনা নাপলবু, অকন-শাববু, হেদোই-হরাও কাববু, অপাম-মরাঙবু, অশাউববু অমসুং পৈসন্দুনা থম্বগী ৱাখলবু থাদোক্লগা, "ঐগী" হায়বা পূক্লীংদা লৈবা ৱাখলদগী নাহোক্লগা অমসুং পূক্লীং মরা-তপ্পা লৈরগা মীশক অমনা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংদুনা ব্রহ্মগা অমতা ওইশিন্নরকপদা মতিক চারকই।"

করম্না ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংলগা ব্রহ্মগা অমতা ওইশিন্নরকপা ঙমগদগে হায়বসিবু শ্রীভগবাননা অর্জ্জুনদা তাক্লবা মতুংদা অদুগুম্বা জ্ঞান অদু ফংলবা মীদুগী ফীভমদুবু মথংদা অসুম্না তাকপী মদুদি অদুগুম্বা মীতা অদুনা মপূক্নীং উন-ৱাইমুক চীক্লা লৈরগা মাঙগ্রবা পোৎ করি-করাগী মরমদা অৱা-তেংথাবসু তৌরুদে, ফংদ্রিবা পোৎ করি-করাগীসু ফংনীংলুবা তৌরুদে, থৱায়-পানবা পূম্নমক্কী মফমদসু মশাগা চপ-মান্ননা খন্দুনা লৈ; অদুগা মানা অদুম হায়না লৈরগা ইবুংঙো মাগী মফমদা ভক্তি অথোইবদু তৌজে। ভক্তি যোগদা চঙলবা মীতনা ইবুংঙো মহাকপু করিনো কনানো হায়বদু খঙবা ঙম্মি। ভক্তি যোগ য়াওদনা লাইরিক য়াম্না হৈরে হৈরে হায়বা পণ্ডিতশিংনা ফাওবনা শ্রীভগবানবু হেক্তো মশক খঙবা হায়বদুমদি ওইথোক্তে। ভক্তি যোগনা মরম ওইরগতা ব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীভগবানগী স্বরূপ অশেংববু ময়েক-শেংনো খঙবা ঙমই। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো

মহাকপু ময়েক-শেংনা খঙলবা মীনা থীন্দনমক ঈশ্বরগী লৈবাক ওইরিবা বৈকুণ্ঠদা চঙই। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজরবা, লম্নাইগী ওইজবা থাদোক্রবা অমসুং পুক্নীংদা কর্ম্ম পুন্নমকপু মখোয়গী মহৈংশিংগা লোয়ননা ঈশ্বরদা কখোত্তুনা লৈরবা অশেংবা ভক্তনদি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালদগী মতম পুন্নমক্তা লেঙদনা অমদি মাঙ-তাকপা লৈতনা লৈবা মোক্ষগী মশক ওইবা খুভমবু ফংজে। মোক্ষ পাম্বা মীনা শ্রীভগবানগী পেম্নবা থবক তৌফম থোকই অদুগা মদুদা মানা তোঙবা নত্রগা মাঙবগী বা খনফম থোক্তে। মাদি মপু ওইরিবা শ্রীভগবানগী য়াথং মতুংইন্না থবক অদুম তৌগদবনি, মরম্নাই মচিং-মশোল নাইনা থবক অমতা তৌফদে। মরম অদুনা মোক্ষ পাম্বা মীতানা শ্রীভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না থবক পুন্নমক তৌগনি, অদুগা অসুম্না তৌরিবা থবক পুন্নমকপুসু পুন্নমক্কী মপু ওইবিরিবা শ্রীভগবানগী পেম্নবগীদমক ইবুংঙো মঙোন্দা কখোক্কনি, ইবুংঙো মহাকপু খ্বাইমক্তগী অথোইবা ওইনা নীংদুনা ভক্তি কৎকনি অদুগা বাখল পরীঙ চুম্না থম্বা ঙম্বগী যোগ তৌদুনা মতম পুম্বদা শ্রীভগবানদা পুক্নীং চেৎনা থমদুনতা লৈগনি। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াদা চঙজদুনা লৈরবতদা মানা সংসারগী লাংদগী নাম্থোকপা ঙমগনি।

মতৌ অসুম তৌনা কনাগুম্বনা শ্রীভগবানদা পুক্নীং থিংজন্দুনা লৈরবদি, মহাক্না, ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালদগী, লাম্থোকপদা য়াম্না বানা থোকপা সংসারগী অবাবা অমসুং খুদোঙথীবা পুন্নমকপু লায়না লাম্থোকপা ঙমগনি। অদুবু অসুম্না তৌবা তোক্তুনা নাপলদা তোংলগা শ্রীভগবাননা হায়বা বাবু হে-তোংদুনা থৌওই-বাওইনা তাদবমখৈ থবক চখরবদি মহাক মাঙজগনি। লাম্মি অমা ওইরিবা ক্ষত্রিয়-মচা অর্জ্জুননা জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণগী "লাল শোক্নৌ" হায়বা য়াথং অদু তাদবমখৈ মাগী গুরুনচিংববু লান্দা হাৎলগা পাপ লঙশিনগনি খল্লগা মানা লাল শোক্তররোই হায়খি। অর্জ্জুননা মহাক মশামকপু মানা তৌরিবা থবকশিংদুগী থৌবুনি অদুগা থবকশিংদুগী অফ-ফত্ত ফল পুম্বা মহাক্না ওইহনগনি হায়না খল্লম্মী। মানা মশাগীদা খন্দুনা ঈশ্বরগী থৌদা হীক্তোক্কে খল্লম্বসি হৌনদবনি। মহাক্কী শ্রীভগবানগী খুৎলায় অমা ওইরগা ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবদু পাঙথোক্কদবনি। মাগী "ঐ লাল শোক্তররোই" হায়বা অরানবা বারেপ অদুদি অরেম্বদা তাদুনা তোক্কনি, মরমদি ক্ষত্রিয় ওইবা মাগী হৌনশা অদুনা, বাখল ফৈরেংনবদগী য়ানীং-য়ানীংদনা লৈজরবসু, মাবু নমদুনা লাল তৌহনগনি। প্রকৃতিগী গুণশিংগী মতুংইন্না মী অমনা মাগী হৌনশাগী মথৌ অদু পাম্নবসু পামদ্রবসু অদুম তৌই। অদুবু মহাক্না ঈশ্বরগী

য়াথং মতুংইন্না মশাগী মথৌবু তৌনীংনা তৌরবদি মাগী পূন্নী মহৈঃ য়াল্লে।

থবায়-পানবা হায়দুনা লৈরিবশিংসিদি মতম পূম্বদা পূন্নমক্কী মথক্তা শাসন তৌদুনা লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী থৌশিলগী মখা পোল্লি। ইবুংঙো মহাক্না মখোয় পূন্নমক্কী থম্মোয়-লকানুংশিংদা অমতা ওইনা লৈবি, অদুগা মায়া তৌবা মীনা জগোয়নচিংবো শাহনগে হায়বগীদমক হং-লাইশিংবু লংনা পুন্দুনা চিংলগা যন্ত্রশিংদা থাঙ্গত্তুনা চোং-ফনহনবগুম, মখোয়বু ইবুংঙো মহাক্না মাগী মায়া শক্তি শীজন্নদুনা কোয়লেঙ-লেঙহন্দুনা কোয়চৎ-চৎহল্লি। মতৌ অসুম্না থবায়-পানবা পূন্নমকসি ঈশ্বরগী মখা পোন্না লেঙলি-পাল্লিবনি। কন্নাসু ইবুংঙো মহাক্কী খুৎশীন্দগী নাম্বোকপা ঙল্লোই। মরম অদুনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াখাদা চঙজবা তাই। কন্নাগুম্বা অমনা ইবুংঙো মাগী মফমদা খমথেংনো চঙজবা ঙম্নবদি, ইবুংঙো মাগী থৌজালদগী মহাক্না ময়ামদগী পূমহেন-হেনবা অথোইবা শান্তি অদু ফংবা ঙমগনি অদুগা লেঙদবা খুভম অদুসু ফংগনি। অর্জ্জুনদা পীখিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইদগী ফবা পাউতাক্তি মাগী থম্মোয়লকানুংদা লৈরিবা পরমাত্মাগী মফমদা চঙজৌ হায়বসিনি। মসিনা আত্মজ্ঞানগী থুপলেন-থুপ্পা শরূক অমা ওই অদুগা গীতাগীসু মসিনা মচিদ-মচি ওইবা ৱানি। মসিবু মীচম অমনা হেক্তা খঙবা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা খমথেংনা চঙজরবা অশেংবা ভক্ত অমনদি মসিবু লায়না খঙবা ঙমই।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীঃ "মতম পূম্বদা ঐবু চেৎনা খল্লু; ঐবু নীংজবা ইদাইরেম ভক্ত ওইয়ু; ঐগী পেন্নবগীদমক পূন্নমক ঐঙোন্দা কখোক্রগা ঐবু ঈড়াৎলু; জীব পূন্নমকপু নশামক্লি খন্দুনা নুংশিয়ু; পূক্নীং, হকচাঙ অমসুং ৱাহৈনা ঐবু খুরুমজৌ। মতৌ অসুম তৌরগা নহাক্না শোয়দনা ঐগী নাক্তা লাক্কনি। মসি ঐনা নঙোন্দা ৱাশক্কুনা হায়বনি, মরমদি নহাকসি ঐগী য়াম্না নুংশিরবা মরূপ্নি।" ঈশ্বরগী মফমদা অসুম্না চঙজবখক্তনা ইবুংঙো মাবু ফংনবগী উপায়নি। মসিনা ভক্তিগী অরোনবা ৱাফমনি। মসিগী থুপ্লেন-থুপ্পা শরূকসি অর্জ্জুনদা হায়বিরম্বগী মরমদি অসিনি মদুদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অচান-থোইবা মরূপ-ভক্তদি মহাক্নি।

"ঐ" অমসুং "ঐগী" ৱাখলবু লৈত্রবদি, কন্নাগুম্বা অমনা তাইবং পূন্নীগী পম্বুং ওইরিবা অরান-খুভম্বু শোয়দনা ফংবা ঙমগনি। মহাক্কী মফমদদি তাইবংগী অৱা-নুংঙাইনা চঙবা ঙমদে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মহাক্কী মরূপ অমসুং ভক্ত ওইরিবা অর্জ্জুননা

মদুগী থাক অদু য়ৌরকপদু পান্নম্মী অদুগা মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্মগী মমল লৈবা মতম্মী কয়ামুক্তা মহাকপু তম্বীরম্মী। পাউতাকশিংসি পীবদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুন্না অমুক হায়বিখিঃ "ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোকউ, অদুগা ঐঙোনখক্তদা অখাকপা লৈতনা কখোকচরগা চঙজরো। নঙবু ঐনা পাপ পুন্নমক্তগী লানবীগনি। মরম অসিনা নহাক ৱাগনু।" ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিরিবসি অর্থ য়াম্না লৈ। ইবুংঙো মহাক্না "সর্ব্বকর্ম্মান পরিত্যজ্য" হায়দদুনা "সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্য" হায়রম্মী। মদুনা তাকপদি "ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী মরমদা নৈনবশিংদা য়াওশিল্লুদনা অমসুং মদুদা জ্ঞান মাঙহল্লুদনা শ্রীভগবাননা নুংঙাইগদবা থবক পুন্নমক পাঙথোকউ হায়বনি।" বর্ণ অমসুং আশ্রম ধর্ম্মনচিংবা ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মসু য়াওনা পুন্নমক্কী ওইনা চম্না তাকপা অফ-ফত্ত ধর্ম্ম পুন্নমকসিবু থাদোক্লগা সুপ্ন শ্রীভগবান নত্তনা অতোপ্পা চঙজফম অমা লৈতে লেপ্তুনা মোক্ষ পাম্লিবা মীশক অমনা ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াখাদা চঙজদুনা লৈগনি। অসুন্না চঙজরিবা মহাক অদুনা শ্রীভগবানগী ময়াথং ইন্দুনা থবক খুদিংমক তৌগনি, ইবুংঙো মহাক্কীদমক হিংগনি, ইবুংঙো মহাকপু মফম খুদিংমক্তা উবা ঙম্নবা লাক্লগনি, ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবদু পাঙথোকপা ঙম্নবা লাক্লগনি, ইবুংঙো মহাক্না মহাকপু থম্মী-থম্বীবা মফমদুদা অমসুং ওইহল-ওইহল্লিবা ফীভমদুদা নুংঙাইনা লৈগনি। মহাক্না মহাক্কী মথৌ ওইনা তৌফম থোকপা থবকশিংদুবু চুনব্রা চুনদব্রা হায়না থি-হুম্বগী থবক খক তৌরোইদবনি, অদুগা মাগী মথৌ ওইবা থবকশিংদুগী মহৈঃ অমতসু য়েংলুদনা ঈশ্বরগী মফমদা তৌবা পূজাগী থবকশিং ওইনা তৌগনি। অসুন্না শ্রীভগবানগী মফমদা মহাক্না চঙজরবা মতুংদদি, শ্রীভগবাননা মহাকপু কনবিরগনি, ঙাকপী-শেন্বীরগনি অদুগা মঙোন্দা অকিবা, চিংনবা, নুংনাংবা অমদি অৱাবা অমতা লৈহল্লরোই।

অরোইবদা অর্জ্জুনগী গুরুদেব ওইবিরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা গীতা পূম্বা খঙলব্রা অদুগা অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা পঙথরগা মানা শেরান্নবা খঙলম্বদু মাঙখ্রবা হায়না হংবিরম্মী। মসিনা তাকপদি করিগুম্বা চিংনবা য়াওরবদি চিংনবা মতাঙদু উপায় অমরোমদা পুথোক্তুনা অমুকসু হন্না থৌজাল হৈবা ইবুংঙো মহাক্না মনাই ভক্ত অর্জ্জুনদা তাকপীগে হায়বনি। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালনা অর্জ্জুনগী পঙথরম্বদু কোকখ্রে অদুগা মানা অশেংবা আত্মতত্ত্ববু তশেংনা খঙবা ঙমখ্রে; অদুগা মাগী চিংনবা পূম্নমক কোক্লবা মতুংদদি অর্জ্জুনদো ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ময়াথং অতুং ইন্না থবক (লাল)

তৌজরগে হায়না য়াখ্রে। সংসার-মায়াদগী লাম্থোকপা হায়বদুদি পরব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু খঙবনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী ময়াথং মতুংইন্না থবক তৌরগে হায়না য়াববুনি। মসিবাইদা অর্জ্জুন অমসুং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অনীগী ৱারী-ৱতায় শান্নবা লোইশিনখ্রে।

মখোয় অনীগী ৱারী-ৱাতায় অসি মমল য়াম্না য়াম্মী অদুগা ঙক্নীংঙাইসু ওই। মসিবু সঞ্জয়না তাজখি অমসুং খঙজখি। সঞ্জয়গী গুরুদেবদি শ্রীব্যাসদেবনি। মাগী গুরুদেবগী থৌজালদগী দিব্যদৃষ্টি ফংদুনা সঞ্জয়না কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী খ্বাইদগী ৱাংলবা যোগশিংগা মরী লৈনবা থৃপ্লেন-থৃপ্লা ৱাদুবু যোগ পুন্নমক্কী মপু "যোগেশ্বর" হায়বদু ওইদুনা লৈবিরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্কী মচীন্দগী তাজখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং অর্জ্জুন অনীগী ঙক্লবা অমসুং তাবমক্তদা পাপ-কোক্লবগী মশক ওইবা ৱারী-ৱাতায়দুবু হন্না হন্না নীংশিংলুরগা মহাক মীৎকুপ খুদিং পুক্নীং-তুজুংনা নুংঙাইবা পোকই; অদুগা মানা উখিবা থোইনা ঙক্লবা শকফম "বিশ্বরূপ" অদুবু নীংশিং-নীংশিংলুরগসু মাগী মপুক্নীংদা অমুক থোইনা হেন্না হেন্না ঙকপা পোক্লে অমসুং অমুক হন্ন-হন্নসু পুক্নীং-তুজুংননা মহাক হরাও-নুংঙাইজৈ হায়না সঞ্জয়না মাগী পুক্নীংগী ৱাবু নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অথুপ্না লৈতনা ফোঙদোকখি।

গীতাগী অহানবা হেক হৌবমক্তদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা কুরুক্ষেত্রগী লাল অদুগী ফীভমদু সঞ্জয়দা হংখিবনি অদুগা সঞ্জয়না মদু করিমতা চিখ্নদনা মথং মথং নিংথৌদুদা হঙ্গচ্চখিবনি। হৌজিক গীতাগী অরোইবমকসিদা সঞ্জয়না মাগী অরেপ্পা মত অদু নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অসুম্না হঙ্গৎলিঃ "যোগগী মপু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা গাণ্ডীবা লীরুং পায়বা তেনহৈবা অর্জ্জুনগা অনীনা লৈবা মফম মফমদা লক্ষ্মী (লল), মায়পাকপা, মথং মথং চাওখৎলকপা মতৌ অমসুং অচুম্বা অমদি চেৎসনবা লৈবাক-ঙাক্লোন শোয়দনমক লৈগনি।" ধর্ম্মনা জয় ওইবা হায়বসি অচুম্বা নিয়মনি। কুরুক্ষেত্রগী লাল অসি যুধিষ্ঠিরগা দুর্যোধনগা অনীগী মরক্তনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা অনীনা ধর্ম্মগী মশক ওইবা যুধিষ্ঠিরগী মায়কৈদা লেপ্লবনিনা যুধিষ্ঠিরনা লান্দুদা মায়পাকপা হায়বসিমা শোয়দ্রে অদুগা অধর্ম্মগী মশক ওইবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মচানিপা দুর্যোধননা মশানা অতাবিদা মায়থীবা ফংবা হায়বদুমসু শোয়দ্রে। ধর্ম্ম লৈতবা কৌরবশিং অদুদি নাপন্না লাকহৎখিদুনা মমীৎ তাঙখি অদুগা মরম অদুনা মখোয়না ধর্ম্ম লৈবা পাণ্ডবশিংবু অৱাবা মখল কয়া কয়া,

অমগী মথংদা অমা, পীদুনা লাক্লরম্মী। মখোয়না তৌজরুবা অদুগুম্বা পাপকী মশক ওইবা কর্ম্মশিংগী ফল ওইনা মখোয় পুম্মাগু-মাগুতাকখি। মখোয়গী মায়কৈদনা পাণ্ডবশিংগীদগীদি মী অমসুং উপায় য়াম্না হেন্না লৈজরবসু মখোয়না ঈশ্বরগী হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থৌজালগী অকনবা পাঙ্গল অদু তাল্লমদবা মরম্না মখোয় মমৈথংদা হৌগৎপা হেক য়াদব মখে মায়থীখি। অমরোমদা পাণ্ডবশিংদি শ্রীভগবানগী থৌজাল ফংজখিবা মরম্না লান্দা মায়পাকখি। মরমদুনা তাইবংপানবা অসিদা ঈশ্বরগী থৌজালগা মান্নবা করিমতা লৈতে।

গীতাগী অরোইবা তাঙ্কক অসিগী মচি ওইবা ৱাদি শ্রীভগবানগী থৌজাল ফংনবগীমদত্তা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজৌ হায়বা থুপ্লেন-থুপ্লা পাউতাকসিনি। শ্রীভগবাননা তাকপী-তম্বীরিবসিমক যোগনি অদুগা মদুগী গুরু ওইবিরিবা ইবুংঙো মহাক্না যোগ পুন্নমক্কী মপু যোগেশ্বরনি। মীওইবা ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক তত্তনা থেংনরিবা পুক্ষীগী লাল অসি মায় পাকহন্নবগীদমক্তা ভগবান ইবুংঙো মহাক্না তম্বীনীংলিবা পারা অদুদি মফম অসিদা পীবিরিবা ইবুংঙোগী পাউতাক অসিনি। মসি ইবুংঙো মহাক্কী ময়াথংমক্লি অদুগা মসিবু ঙাক্লা চৎপা ঙম্নগনা মীওইবনা মীওইনা পোক্রুকপগী মহৈঃ য়ানবা ঙমগনি। মসিনা ঐখোয়গী পুক্লীংবু থেমজিনবিদুনা পাঙ্গল অমসুং ধর্ম্ম-থাজবা হায়বদু পীবিরগা ঐখোয়বু শান্তি ফংহনগনি, নুংঙাইহনগনি অদুগা আনন্দগী লম্বীদা খূৎ-শমদুনা পুবিগনি। মরম অদুনা মসিবু থাজবগা লোয়ননা তত্তনা নৈনরগা কনাগুম্বা অমনা মাগী নুতিগী পুক্ষীদা থবক্ত-থবক ওইনা পাঙখোক্লুনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজরবদি মহাক ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবদা মতিক চপ চারে। ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংজরবা মহাক অদুগীদমক্তদি মহাক্না তৌরু-তৌরুবা থবকশিংদা মায়পাকপগী মায়-পাকৃপা ঙাক্তা অদুগা ওইরু-ওইরুবা ফীভমশিংদা অফবগী অফবা ঙাক্তা, ফজবগী ফজবা ঙাক্তা অমদি চাওখৎপগী চাওখৎপা ঙাক্তা ওইরগনি।

হরি ওঁ তৎসৎ



*"চিংনবনা ঐঙোন্দা নৈসন্দুনা লৈবা মতমদা, নীংবাকায়বা মরম্না পূক্নীংগী অৱাবা করি অমতা হন্দ্রবদা অমসুং আশাগী মঙাল-মশেক অমফাওবা উদ্রবা মতমদা ঐনা "শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা" দা চঙজে। অদুগা ইপূক্নীং লুমহন্নবা শ্লোক অমা ফংজৈ; অদুদগী ঐহাক খুদক্তা ঐবু নম্মাংলম্বা অৱাবগী মরক্তা নোকপা হৌই। গীতাগী ৱাখললখনবশিংনা নুংঙাইবা ফংগনি অদুগা নুমিৎ খুদিংগী অনৌ-অনৌবা অর্থ থোরক্কনি।"*

**—এম, কে, গান্ধী**

Printed at Padma Printers (Computerised)
Paona Bazar, Imphal, Manipur.